# রস হুম্ফুমরি শৈশক



খোমজিনবা-
শৌগাইজম থানিল সিংহ

**RAS HUMPHUMARI SHEISHAK**
(A compilation of Songs in Manipuri of the 64 rasas)
Compiled by Padmashree Sougaijam Thanil Singh and
Published by Smt Lourembam Ningol Sougaijam Ongbi Kumudini Devi

First Published 2007
Number of Copies 1000




Copies Available at **Kumari Sougaijam Bhani Devi**
Yaiskul Yumnam Leikai,
Yumjao Lairembi Awang Leirak, Imphal

Price Rs 350/-

Printed at Iboyaima Printers, Moirangkhom Loklaobung, Imphal




# কচ্ছবা



গুরু লৈচোম্বম কোইরেং সিংহ



গুরু শগোলশেম কালিদমন সিংহ

লাইওইখ্রবা পূংগী শক্লাইরবা গুরু
লৈচোম্বম কোইরেং সিংহ,
লাইওইখ্রবা শগোলশেম কালিদমন সিংহ
শক্লাইরবা ঈশৈগী গুরু অনীগী মফমদা
তোল্লবা ননাই ঐহাক্না লাইরিক অসি কচ্চরি।

শৌগাইজম থানিল সিংহ

# A FEW WORDS

The valley of Manipur is constantly exposed to the currents and cross-currents of Indian religious expression and the fascinating search for the discovery of the rich cultural heritage of Manipur in the life-style of the Indo-Mongoloid groups of people through a few centuries still continues Historians are still to decide when the settlement took place in the Manipur valley It has been said that Manipuri civilization began taking shape on the Koubru Peak which lies North-West of the Manipur Valley It must have been several thousand of years ago that the first human settlement took place on the Koubru peak and seeds were sown for the unique pattern of culture which came to be known as Manipuri culture

The first King who ruled the Kingdom mentioned in recorded history of Manipur was Pakhangba (33-154 A D ) The founding of the Ningthouja Principality and Pakhangba's accession to the throne of Manipur in 33 A D was a great landmark in the history of Manipur Pakhangba's main contribution was the founding of a powerful and stable principality

The Principality founded by Pakhangba absorbed all other principalities in the course of centuries The term "Meitei" was originally used to identify the Ningthouja Clan alone It has now run as a common surname for all the clans under their sway Pakhangba physically consolidated the principalities under one entity and brought them under one administration The present day Manipur is the result of this consolidation

From the beginning of the history of Manipur, culture and religion were inseparably interlinked Dance and Music formed important parts of Manipuri religious festivals and their development was through the religious festivals Arts and Culture in Manipur are not merely entertainment nor decoration but they became a part of

life and apart from happiness and merry-making are significant facets of religious expression, a form of worship and prayer, associated closely with the life of the people. This expression of art as a spiritual history of a people is to be seen in the dances and various other leelas and festivals which exhibit clearly the great spiritual forces which are the foundations of Manipuri culture.

Historically speaking, Hindusim entered Manipur during the reign of King Kyamba (1467-1508) who started worshipping Vishnu From the time of Kyamba, the immigration of Brahmins and other people from the rest of India was also started. They came with their languages, customs, manners, beliefs, religions and books. This in turn, had ushered in a new dimension to Manipuri Culture In the reign of King Khagemba (1597-1652) a group of Kirtan Singers who called themselves Bangdesh pala (Ariba Pala) made their presence felt. King Charairongba (1697-1709) was initiated to the Nimandi cult and Vaishnavism began to assume importance as the state religion. During the reign of the great Manipuri King Garibaniwaz (1709-1748) Ramandi Cult with the worship of Rama and Hanuman was introduced. Under order, the entire Ramayana and a small portion of the Mahabharat were adopted into Manipuri. He also popularised the Bhagavat in Manipur by taking the original manuscript from Assam. He founded an image of Hanuman and images of Ram and Sita.

The crowing point, however, was reached in the reign of Rajarshi Bhagyachandra (1763-1798). It was with him that Bengal Gaudiya Vaisnavism in all its manifestation became closely associated with Manipur Rajarshi Bhagyachandra was a great seer, innovator, and a man endowed with a rare creativity in arts. He heralded a cultural renaissance in Manipur by introducing two important cultural forms of Manipur, namely Ras Leela and Nat Sankirtana. As said, the blending of religion and culture has always been an exclusive trait of the Manipuris and when Rajarshi Bhagyachandra promoted the growth of Manipuri Culture he did it with a religious programme which suited the Manipuri minds. He was a great King and a great Bhakta. The unique contribution made by him to Manipur history was the effort he made to achieve an almost complete cultural

integration in his times and the catalystic work he did to bring all clan cultures into one beautiful blend which later on came to be known as Manipuri Cultural tradition It was not a mere adoption of a new religion, but a rebirth, a new creation as expressed in distinctive Manipuri way of life in consonance with the creative spirit of the artistic people and their old tradition This tradition became more and more enriched till it found its great flowering during the reign of King Chandrakirti (1850-86) The reign of Churachand Singh (1891-1941) and King Bodhachandra Singh (1941-1955) saw great steps to modernisation and with them, new trends in Manipuri Culture For the first time, the whole of India was exposed to the beauty and intricacies of Manipuri Culture It created a new awareness to every Indian for her rich and varied heritage Three great Gurus were closely associated with this new era They were Guru Amubi, Guru Amudon and Guru Atomba Besides these Gurus, several distinguished Gurus of Manipuri Sankirtana including Laichombam Koireng, Kongbrailatpam Abhiram (Ibomcha) Sharma, Sagolsem Kalidaman, Maibam Ibungohal, Thangjam Chaoba had contributed their might also New experiments and innovations have been carried out without losing control of the tradition Various organisations and personalities have sprang up and played important roles in the advancement and propagation of Manipuri Culture They have introduced distinctive variations to the Manipuri tradition

With the advent of Hinduism in Manipur, new art forms based on traditional Manipuri art, have been sprang up Nata Sankirtana and Ras leela are the most prominent among them A Sankirtana may be divided into two aspects viz, the musical aspect and the cholom aspect Both aspects have their own respective importance One is complimentary to the other The Cholom aspect may further be sub-divided into two, viz, Pala Cholom and Pung Cholom A Nata Sankirtana performance lasts generally from one to five hours at a stretch There are five major artistes in a Nata Sankirtana performance, viz, Ishei Hanba (the lead Singer) assisted by a Duhar (the leader of the Kartal Players) and a Khonpangba (a helper) along with a major Pung player (Mridanga player) assisted by another pung player Pung (Mridanga) has also became an indispensable

part of Manipuri Sankirtana and Ras In any Performance of Ras Leela and Sankirtana Pung Player is a must (Pung Yeiba in Sankirtana and Rasdhari in Ras).

The beauty of Manipuri Nata Sankirtana lies in the fact that it is a new creation patterned on Vaishanavite philosophy, integrated with the traditional beliefs of the land, with a lot of Manipuri Folk tunes specially Pena Sheishak integrated into it The Manipuri Thang-Ta (Martial Arts) also contributed immensely to the evolution of the movements of singer and drummers of Manipuri Sankirtana Great Gurus of Manipuri vocal and instrumental music under the patrongage of great Kings of Manipur have left their legacy of scholarship, splendour and beauty as a part of a great cultural heritage

The present publication is merely a compilation of the various songs of the 64 rasas presented by distinguished Gurus in Manipuri I sincerely feel that Padmashri Sougaijam Thanil Singh has done a commendable job in this regard

**L. Joychandra Singh**
Former Secretary
Manipur State Kala Akademi and
Former Director, J N Manipur Dance Academy

# লাইরিক অসিগা মরী লৈনবা ৱাহৈ খরদং

'বস হুন্ফুমবিগী শৈশক' কৌবা ইযাম্বা শ্রীশৌগাইজম থানিল সিংহ পদ্মশ্রীনা খোমজিন্দুনা পুথোক্কদৌবিবা লাইবিক অসি খূৎই ওইবিঙৈদা পাজবে।

ইযাম্বা শ্রীথানিল সিংহ নহা ওইবিঙৈদগী হৌনা মণিপুবী নট সঙ্কীর্ত্তণবু থৱায তানা পামজবকই। মশাগী অচেৎপা অনীংবা সাধনা অমগা লোযনদুনা সঙ্কীর্ত্তণ কলাগীদমক্তা কখোকপা অমদি নিংহন্নদবগী পান্দমদা ওজা গুরুশিংবু নোল্লুকপা, ভক্তি ব্যবহাব থমজবনা ওজা গুরুশিংদগী কৃপা আশির্ব্বাদ ফংজখিবগী মহৈনা ভাবতবর্ষগী মফম খুদিংমক অমদি পৃথিবীগী মফম কযাদা মণিপুবী নট সঙ্কীর্ত্তণগী ফজবা, অচুম্বা, অশেংবা বসকী মহাও অদুবু মযেক শেংনা শন্দোবকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবকই অমদি মণিপুবীশিংগী কলাগী সভ্যতা কলা কৃস্তিবু মযেক লানা খঙহন্নবগী থৌদাং লেপ্পা লৈতনা হোৎনবকই। থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুবী নট সঙ্কীর্ত্তণ কলাগী হীবম অসিদা মবিল ফুনবা, মচং ওইবা ছাত্র-ছাত্রি, সেবক কলাকাব কযা শেমগত্তুনা পৃথিবী পূম্নমক্কী ওইবা মখল কযাগী কলাগী ঈচেলদা, মণিপুবী নট সঙ্কীর্ত্তণ কলাবু মৃতুশঞ্জিবনী অমৃতগুম, খ্বাই পূম্ন মক্কী মাঙজিল থাববা, মপাঙ্গল লৈববা শাফুগা লোযননা, মীওইবগী থম্মোয হূববা তাহ্নাদা, লেপ্পা নাইদনা মণিপুবী সঙ্কীর্ত্তণ কলাবু তোমথিল ঙাল্লিবা, ঈরু তাববা কলাগী ঈচেল ওইবক্লবা হোৎনবা, অমদি ইবমদম অসিগী সঙ্কীর্ত্তণ কলাবু যোকখৎলিবা চঙ থোকপা কলা প্রেমী অমদি মণিপুবগী কলা সংস্কৃতিবু মখোং শেমগৎত্তুনা যোকখৎপা অচৌবা থৌদাং যাবিবা শক্লাইববা মীশক অমনি।

ইযাম্বা শ্রীথানিল সিংহনা জৱাহবলাল নেহরু মণিপুব ডান্স একাদেমীগী প্রধান গুরু অমদি ডিবেক্টব ওইনা থবক পুবিবিঙৈ মসিগী মমাঙদগী মতম শাংনা লোযনজবক্লবা অমদি একাদেমী অসিদা ঈশৈগী গুরু অমা ওইনা লৈজবকপদগী ঐহাকপু নুংশিবিদুনা লাইবিক অসি কৃপ্না যেংলগা ইশাগী ৱাহৈ খবদং ফোংদোক্লবা নীংশিংবিবকখি। মসিমক ঐগী লাইবক ফবনি খঞ্জে।

মসিগীদমক রস হুম্ফুমরি শৈশক্কী ঈশৈশিংবু খোমজিনবিদুনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লবা ৱানা হোৎনবিরিবা ঐগী ইযাম্বা পদ্মশ্রীবু থাগচ্চরি।

নট সঙ্কীর্ত্তণদা রস হুম্ফুমরি হায়বসি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ ঐবু পোকপা গুরুদেবনা তাকপিবদগী তাজরকই। নট সঙ্কীর্ত্তণদা খোঙদাজরকপদগী মসিগী ঈশৈ অয়াম্বা থেংনজরক্লে। রস হুম্ফুমরিগী মনুং চল্লিবা ঈশৈ পূম্নমক বিপ্রলম্ভ মখল মরি অমসুং সম্ভোগ মখল মরিদগী অমমমনা ৮/৮ থোক্লগা বিপ্রলম্ভদা ৩২ অমসুং সম্ভোগতা ৩২ পূন্না ৬৪ ওইরকপনি হায়বসি গুরুজনশিংনা তাকপি। রস হুম্ফুমরিগী ঈশৈ অয়াম্বা অষ্টকাল হায়বদি অয়ুক নুংথিল অমসুং নুমিদাং পূল্লগা শারিবা নোংমগী মতম্ব নিপাল থোক্লা খায়দোকপা শরূকশিংগসু মরী লৈনৈ। মসিগী কুপথবা শরূক লাইরিকসি য়েংবিরগা, পাবিরগা খঙবিরগনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অমদি লৌখৎলিবা রস হুম্ফুমরিগী মৈতৈলোল শৈশক ঈশৈশিং অমদি মসিগা মরী লৈনবা ৱাহৈ খবদং শন্নপ্না লৌখৎচরিবসিনা ইয়াম্বগী য়াথং ঙাকচবা ওইজগে।

রস হুম্ফুমবিগী ঈশৈ পূম্নমক পদাবলি গীতি কাব্যদা লেংবিরম্বনি। ঈশৈ খূদিংমক্কী রচনা বস শাস্ত্রদা যূম্ফম ওইবনি। অদুনা বস হুম্ফুমরি মিংথোল্লম্বনি। ৱাফমসিগী মযেক লাবা খুদম "চৌষষ্ঠি রস/রসহুম্ফুমরি" কৌবা লাইবিক অমা মৈদিংঙু শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি, নাওজিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা (ফম্বাল মিংথোল) ১৮৫০-১৮৮৬ কী মতমদা ইদুনা থম্বীরম্বা অসিনা ওইরি।

অৱাবদি অসুক মমল য়ামখ্রবা রস হুম্ফুমরিগী শৈশক মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা শ্রীগোবিন্দজীদা কৎপিখি হায়না তাজে। হায়রিবা মতম থাবাল অমসুং নুমিৎনচিংবদি শেংনা ইশিনবা ৱারোল ফংনদবনা চপ-চাবা মতম খঙবা ঙম্মদ্র। ফোঙদোকখ্রবা রস হুম্ফুমরি লাইরিক্কী ৱাহৌদোক্তা পনবিবম্বদি চৈথাবোল কুম্বাবগী (অনিশুবা খুৎনম) লামায ৪২৭ তা পল্লিবা" বামন ৬০ না নুমিৎ ১৫ নি চঙনা হৌবা তল পীজখি। পালা ১৯ না ঈশৈ শকখি। নগর কীর্ত্তণ কৎখি। ফিবাল ৭০০, থাউমৈ ১,০০০ থান্দুনা শ্রীযুৎ য়াওনা থাঙ্গপাৎ কোয়না নগরকীর্ত্তণ চৎলে" হায়বসি ওইবিগদ্রা অসিনি। মসিনা চুম্বা তাবগদি মতমসি অমুজাম্বা কুলগী কুম শক ১৭৯৮ (খৃ: ১৮৭৫) মেরা থাশি ইরাই নুমিৎ, ওক্টোবরগী তাং ২৯ ওইগদ্রা নীংজৈ।

মৈতৈলোন্দা বস হুম্ফুমবি ফাংনবগী ঈশৈ লাক্ত্রিঙৈদা নট সঙ্কীর্ত্তণগী শৈশক মখল কযা মৈতৈলোন্দা শক্লবগী ঈশৌ লাকখ্রে। মৈতৈলোনগী নট সঙ্কীর্ত্তণ নীংশিংলকপদা চোংথোবকই হৌখ্রবা লমযানবিবম্বা গুরু কযা সংস্থান কযা মিং পঞ্জববদা গুরুশিংগী ওইনা ১। বাজকুমাব সুর্য্যবোবো, ২। কোঞ্জেংবম তোযাইমা, ৩। লৈমপোকপম হেবাচন্দ্র (ঐবু পোকপিবম্বা), ৪। শগোলশেম কালিদমন, ৫। মযাংলম্বম ইবোবী, ৬। সোবাম অঙাংহল, ৭। শ্রীখাঙেনবম গুলাপি (ঐগী গুরুদেব), ৮। গুরু অভিবাম শাবা (ইবোমচা) শর্ম্ম, ৯। ৰাইখোম চাউবা, ১০। বাজকুমাব ইবোতোনসনা অমসুং ১১। বাজকুমাব মাধুর্য্যজিৎ অসিনচিংবা কযা কযানি।

ঐগী পাবুং শ্রীমাধুর্য্যজিৎনা এস এস বি বটালিযানগী ওর্গেনাইজব ওইবিবিঙৈদা এস এস বিগী জৱান কযা নট সঙ্কীর্ত্তণ মৈতৈলোন ঈশৈ তম্বীবগা কাংগী খুবাক ঈশৈ শকহনবিখি। ঈশৈ তম্বীখিবনা ঐগী গুরুদেব শ্রীগুলাপি সিংহ সঙ্গীত বত্ননি। হীবমসিদা গুরুদেববু তেংবাংখিবদি ইযাম্বা শ্রীতোইজম নিত্যাই সিংহ, ইযাম্বা শ্রীকোন্থৌজম সনাতন অমসুং শ্রীথোঙাম গোপাল সিংহ অসিনচিংবনি। মতমগী ঈচেলদা নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈবু ইমালোন মৈতৈলোন্দা শক্লবকপগী ঈহৌদা শব্দক যাবিবকপা শীংথাবা যাবা ওজা কযা লৈবি। পূম্নমক লৌখৎচবা ওইথোক্তে ৰাবৌবিবোই।

মৈতৈলোন্দা ঈশৈ ফাংনবা, তাল ফাংনবা, খূবাক ঈশৈ ফাংনবা অমসুং সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক ফাংনবকখিবগী শাংলবা ইতিহাস লৈবি। হীবমসিদা মণিপুবগী খুঙ্গং অমদি লৈকাযশিং, পূং ঈশৈ যোকখৎনবা লিংবা সংস্থার্নাশিং অমসুং মণিপুব সাহিত্য পবিষদ ইম্ফালনচিংবগী শীংথাবদা মতীক চাববা থৌবম কযা লৈখ্রে। খুদম খবদং পঞ্জববদা ইং কুমজা ১৯৬০গী অদুৰাইদগী মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ইম্ফালনা শীনবিদুনা মণিপুবগী লৈকাই, খুঙ্গং অমসুং আসামগী কাছাব জীলাগী মৈতৈ তাবা মফমশিংদা পাঙথোকখিবা মৈতৈলোনগী নট সঙ্কীর্ত্তণ ফাংনবগী থৌবমশিং চহী অনিবোম চঙনা পাঙথোকখি। অবোইবগী থৌবম কৈশাম্পাৎকী থাংজম মোধুগী মাগুবতা নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা নোংমদা পালা অনি অনি শকখি। নীনি চনবগী নুমিত্তা খাঙেনবম গুলাপি সিংহ গুরুদেবগী শৈশক্তা ননাই ঐসু থৌগল ফংজখি। অবোইবা নুমিৎকী অহানবা শৈশক শ্রীশগোলসেম কালিদমন

গুরুনা থোনখি। অকোনবা শৈরোই শৈশক্লা গুরুদেব শ্রীকোংব্রাইলাৎপম ইবোমচা (অভিরাম শাবা) শর্ম্মনা থোনখি, অসুম্না য়াইস্কুলগী কালিমাই মাণ্ডব, উরিপোক্কী গোপালাজি মাণ্ডব, শগোলবন্দগী শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দজীগী মাণ্ডব, খুরাইগী থাংজম পাবুং চাউবা সিংহগী মাণ্ডব, থংনবা চহীদনা অজ্ঞা বোরঠাকুর শর্ম্মগী মাণ্ডব, ৱাঙ্খেদা ৱাঙ্খে অমুগী মাণ্ডব, য়ুম্নাম লৈকাইদা কারাম মাণ্ডব অমসুং শ্রীনিত্যাইনন্দ মাণ্ডব, শীংজমৈগী লাইতোঞ্জম মাণ্ডব, সেগা লম্বীদা অনৌবম মাণ্ডব, ব্রহ্মপুরগী গুরুঅরিবম মাণ্ডব অসিনচিংবা মফম কয়াদা মৈতৈলোনগী সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক পাঙথোকখি।

মৈতৈলোনগী নট সঙ্কীর্ত্তণ চাওখৎনবা হোৎনবিরকপশিংগী মবক্তা মব্ব ওইবা থৌদাং লৌবিরকখিবা সংস্থান কয়ানি। পূম্নমক পঞ্জনবগী খুদোংচাবা থাদোকচবগা ঐহাক্লা হকথেংনজহৌবা অমতং লৌখৎচনিংবদি "মণিপুর সঙ্গীত নাট্য মহাসভা" নি। সভাসিগী মরুওইবা লমজিং লমতাকপনা ঐগী পাবুং সনখ্বা মাধুর্য্যজিৎ, শ্রীকালিদমন অমসুং ঐগী গুরুদেব শ্রীগুলাপী, শ্রীমাইবম ইবোহল, শ্রীথাংজম চাওবা সিংহনি।

বস হুস্ফুমবিগী শৈশকপু মৈতৈলোন্দা শকপা যানবা লৌখৎলকখিবা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীগী থৌরম্বু মপুং ফানা শৌগৎপিখিবদি গুরুদেব শ্রীশগোলশেম কালিদমন সিংহ সঙ্গীত বত্ননি। কলা একাদেমীগী মখাদা অঙম্বা মতেং পাংবিখিবা ওজা গুরু কয়াগা লোয়ননা রস হুস্ফুমবিগী মৈতৈলোল শৈশক শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী মাণ্ডবতা কালেলগী ২৮ নি পানবা ইবাই নুমিৎ তাং ২। ৬। ১৯৮৯ ইংগী নুংথিল পূং ২ তাবদা সঙ্কীর্ত্তণগী হৌনবী কাযদনা রসকী অহানবা শৈশক বাল্যমিলন শ্রীমাধুর্য্যজিৎ সনা, জন্মস্থান্না ঈশৈ হনবিদুনা শ্রীৱাইখোম নিংথৌজাউ সিংহনা পূং য়ৈদুনা হৌদোকখি। অনিশুবা শৈশক্লা শ্রীশঞ্জেনবম চন্দ্রহাস সিংহনা ঈশৈ হনবিদুনা "বংশীধব্বনি" রস শকখি। অসুম্না নুমিৎ ৩২ নি চুপ্না ইম্ফালগী অকোইবদা লৈবা মন্দিব মাণ্ডব মফম ১২ দা মৈতৈলোনগী রস ৬৪ শৈশক পাঙথোকখি। পঞ্জনিংবদি নুমিৎ ৩২ চুপ্না পাঙথোকপা বস ৬৪গী মৈতৈলোন শৈশকশিং অদুগী মনুংদা করিগুম্বা কনাগুম্বা ওজা ঈশৈ শকপিগদবা অনা অয়েক য়াওরকপদগী শোয়বা তারবদা গুরু কালিদমন সিংহনা চোংথোক্নুনা মচা সেবক খরগা লোয়ননা শোয়দনবা

*মেনখৎপিখি। অসুম্না ইপা ইবুংঙো, ঐখোযগীলক্তগী লাইবৈবাক্তা তিনবিথ্রবা শ্রীগুরুদেব কালিদমন্না মৈতৈলোন শৈশক্কীদমক থৱায হকচাং কৎপিবম্বদু নীংশিংলুবগা মীত্তগী পীবাং ঈহৌবকই।*

মৈতৈলোনদা বস হুম্ফুমবি শৈশক পাঙথোকখিবসিগা শাগোন্নবা পূংগী মেল ৬৪সু কৎখি। পূংগী মেল ৬৪ শুনা কৎনবা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবনা লাইবিক অসি পুথোকপিবক্লিবা শ্রীশৌগাইজম থানিল পদ্মশ্রীনি।

হন্দক ঐগী ইযাম্বা শ্রীশৌগাইজম থানিল সিংহনা খোমজিন্দুনা পুথোক্কদৌবিবা "বস হুম্ফুমবিগী শৈশক" হাযবসিদি মৈতৈলোন্দা শক্লখিবা মণিপুব ষ্টেট কলা একাডমীনা ইং ১৯৮৯ দা যাম্না নীংথিনা শীনবি লাঙবিবগা পাঙথোকখিবা শৈশক অদুনি। লাইবিকসিদা ঈশৈ অমদি বসকী শক্তক্তা নত্তনা শৈশকশিং পাঙথোকখিবা লৈকাই মাগুব, শৈশকশিংদা শক্তক যাবিখিবা পূংযৈবা, ঈশৈ শকপা, দুহাব অমদি অতৈ মবী লৈনবা কযাগী ৱাবোল যাওবে। ইযাম্বনা লৌখৎপিবক্লিবা থৌবমসি থোইদোক্লা মক্ত ওইবনি হাযদবা ঙমদে। মসিনা তুংগী মীবোলদা কান্নববা উবোং অমা ওইহৌবগনি।

খোমজিনবিবিবা বস হুম্ফুমবিগী মৈতৈলোল শৈশক ঈশৈশিং অসি কূপ্লা যেংলুবদা পদাবলিগী হান্না লৈজবা ৱাহৈ শব্দগা খজিক খেন্নবা যাওবা উজে। অদুবু যুম্ফমসি লৈববদি মতুংদা হেন্না মবীক চূম্বা ওইবক্কনি হাযবগী থাজবা পোকচে।

মৈতৈলোন ওল্লকপদগী নট ঈশৈবু নুংশিবিবা মশীং হান্নদগী চাদা খুজিং ওইনা হেঙ্গৎলক্কে। লুবিবদি ঈশৈগী ছন্দ, অর্থ, তাল অমদি বসনচিংবগী মশাগী ওইজবা, হান্নগী মশক কাযহন্দবা অদুনি। হাযজনিংবদি বৈষ্ণব কবি অমদি অথোইবা সাহিত্যকাবশিংনা লেংবিবম্বা পদাবলি গীতি কাব্যশিং, ঐখোযগী ইনিংথৌশিং অমদি গুরুশিংনা মীত্তগী পীবাং শীঙ্গদুনা শেম্বীবম্বা, লোযননা লৌখৎপিবম্বা নীংথিজথ্রবা পদ বচনাশিংবু মৈতৈলোন্দা ওহ্লোকপা হাযবসি তবাইবা নত্তে। ঈশৈদং শকচ-শোঞ্জবা ঐখোযগী ওজা গুরুশিংনা যাম্না ৱানা হোৎনজদুনা লুথ্রবা পদাবলি কীর্ত্তণ ঈশৈবু ইমালোন্দা শক-শোনবা যানবা, বস হুম্ফুমবিগা চূন-চাননা শেমগৎপিবকপসি তবাম্না ওকচবগা লোযননা থাগচ্ছবি।

ওজা গুরুশিংনা শকপী শোনবিথ্রবা বস হুম্ফুমবিগী শৈশক ঈশৈশিংবু খোমজিনবিবগা মাঙখিদনবা হোৎনবিবিবা ইযাম্বা শ্রীথানিল পদ্মশ্রীবু থাগৎচ্ছবি। মৈতৈ পূংগী শক্লাইববা কলাকাব অমনা নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈবু পুকচেল শেংনা নুংশিবী হাযবসি লাইবিক অসিনা মযেক লাবা খুদম ওইবে। মতুংদসু নট সঙ্কীর্ত্তণগীদমক হেন্না মপূং ফাবা লাইবিক কযা পুথোকপিবকপা ঙম্বা শ্রীগোবিন্দজীনা থৌজাল পীনবিবা ওইসনু। 'বস হুম্ফুমবিগী শৈশক' কৌবা লাইবিকসিনা মণিপুবী নট সঙ্কীর্ত্তণগী ইতিহাসতা মুৎলবোইদবা যূম্বী অমশুম মতম চুপ্পগী লেঙদনা লৈহৌবা শোযদ্রবনি। লাইবিকসিগী বস মতাং মতাংদা লৌখৎলিবা শৈশক ঈশৈশিং অসি ইমালোনগী ওইবনা শৈশকপিবক্তদবশিংদা চেকশিনবিনবা অমদি হেন্না নীংথিজবা ওইহনবিনবা অবোইবদা নোল্লুকচবি।

হীবমসিদা ইশাগী ৱাহে খবদং ফোঙদোকচনবা খুদোংচাবা পীবিবকখিবা ইযাম্বা পদ্মশ্রীবু থাগচ্ছবি। লোযননা, অযোল অবান যাওববসু ঙাকপিনবা পাবীবিবশিংগী মফমদা খুকমজবি।

শ্রীশ্রীবাসেশ্বৰী শ্রীগোবিন্দজীনা জয ওইবি।

**লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ**
সঙ্গীত নাটক একাদেমী এৱার্ডি,
গুরু, জবাহবলাল নেহরু মণিপুব ডান্স একাদেমী,
সঙ্গীত বত্ন, মণিপুব সাহিত্য পবিষদ,
(এ), আর্টিষ্ট গ্রেড এ, এ আই আব ইম্ফাল।

# খোমজিনবগী ব্রারোল

অহানবদা বস ৬৪ গী মতাংদা ৱাহৈ খবদং থমজবি। মীওইবগী মিৎ, নাকোংনচিংবা মপানগী ইন্দ্রিয় অমসুং পূক্লিং-লৌশিংনচিংবগা থম্মোয মনুংগী ইন্দ্রিয় মখোয অনীগী মথৌনা বিভাবনচিংবা মবী লৈনবদগী অতোপ্পা মথৌ অমবু থোকহন্দবা অঙকপগী মশক ওইবা নুংঙাইববু বস কৌই।

বিভাবনে অনুভাবনে অমসুং ব্যভিচাবিভাবনে অহুম্না তিন্নবদগী বস ওই। বিভাব = ওইহন্নবা কাবণনি, অনুভাব=কোন্না ওইবনা কার্যনি, ব্যভিচাবী= থোইদোক্না ওনশিন্দুনা চৎপনা সহকাবীনি। মখোয অহুম অসিনা তিন্নবদগী হাযবদি মবী লৈনবদগী বস থোক্লকই।

শৃঙ্গাব বসদা বতিনা, বীব বসদা উৎসাহনা, করুন বসদা শোকনা, অদ্ভুত বসদা বিস্ময়না, হাস্য বসদা হাস, ভযানক বসদা ভীতিনা, বীভৎস বসদা জুগুপসানা অমসুং বৌদ্রবসদা কোপনা, স্থাযিভাবনি। কনাগুম্বশিংনা নাট্যগী বসদা মখল নিপালনি হায, কনাগুম্বশিংনা শান্তবস থাবগা বস মাপলনি হায। শান্তবসকীদি নির্বেদনা স্থাযিভাবনি। ভোজনা হাযবদি বৎসল্য অমসুং প্রেম বস কৌবা বস অনীমা লৈবি। অনীসি হাপ্লগদি বস মখল তবামাথোইনি, ব্যসল্য বসদা মমকাবনা অমসুং প্রেম বসদা চিত্তদ্রবনা স্থাযিভাবনি। বস তবামাথোই অসিনা তৃশ্ঠ অমসুং শ্রব্য কাব্য অনীমক্তা ওই।

শ্রীগৌবাঙ্গনা হৌদোকপা কীর্ত্তণ মখল অনীগী মনুংদা লীলা কীর্ত্তণবু বস কীর্ত্তণ হাযনা কৌনৈ। বস কীর্ত্তণদা যাওবা অপ্রাকৃত বস পূম্নমক অদুবু কীর্ত্তণ তৌই। তৌইগুম্বসুং বস পূম্নমক অদুবু বৈষ্ণবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা শকই। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু ব্রজলীলাতদা পল্লি।

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীবাধিকাদা শৃঙ্গাব বস ওই, অঘ হিংচাবগী মপুক মনুংদা চংখ্রবা সখাশিংনা লীন-হিংচাবগী হুনা চাক্লবদা করুন বসনা ওই, সখাশিংবু কনগে হায়না অঘ হিংচাবগী মপুক মনুংদা লেংশিনখ্রবদা বীভৎস বসনা ওই।

গোপ নিঙোলশিংগী ফি হুরানবদা হাসরস ওই, হিংচাবা হাৎপদা বীররস ওই। শ্বরারেন্দনা শাওরকপদা রৌদ্ররস ওই, মাখল হুরানবদা ভিতি অকিবা রস ওই, ইবুংঙো মহাক্কী প্রতিবিম্ব মেনিনচিংবা তাবা মমিবু উবদা বিচিত্র অঙকপা রসনা ওই। যশোদানা উদুখলদা পুনবদা শান্তবস ওই অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরি অসুম্না অলঙ্কার শাস্ত্রনা লেংই। মাসুম তৌদুনা রস পুম্নমক্না ব্রজবৃন্দাবন্দা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণদা পূর্ণতম ওই, মথুরাদা পূর্ণতর ওই, দ্বারকাদা পূর্ণ ওই, শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নবা লীলানা অতৈদগী হেল্লি। ব্রজদা শান্নবা লীলা রস পূম্বদগী শৃঙ্গারনা পুম্নমক্তগী হেল্লি। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা বসবু গৌড়ীয় কীর্ত্তণনা শকই। অসুম্না শকপদা অলঙ্কার শাস্ত্রনা শ্রীবাধাকৃষ্ণগী মধুব বসবু ৬৪ থোক্না খায়দোকই। অহানবদা শৃঙ্গার রসপু মখল অনী থোক্না খায়, মদুদি বিপ্রলম্ভ অমসুং সম্ভোগ য়াম্না খমথেংনা নুংশিনরবা শাবী-শানৌ অনীগী উনবদগী রতিনা য়াম্না চাওখৎলকই, অদুগী উননিংবগী খৌরাংববুদি কোকহনবা ঙমদবে, অদুগুম্বা ভাব অদুবু বিপ্রলম্ভ কৌই। চান্নবী চান্নবা অনীগী কাইনবা কোক্তুনা লৈমিন্নববা মতমদা অনিমক্কী য়াম্না হরাউবগী মশক ওইবা পূক্লিংদা পোকপা নুংঙাইবা ভাবপু সম্ভোগ কৌই।

অসিগুম্বা বিপ্রলম্ভবু মখল ৪ থোক্না খায়দোকই। মখল মরি অসিগী অমমমদা মখল নিপান নিপান থোক্তুনা পুন্না মখল ৩২ শুই। অমরোমদা সম্ভোগ মখল মরি থোকই। মখল মরি অসিগী অমমমদা মখল নিপান নিপান থোক্তুনা পুন্না মখল ৩২ শুই, বিপ্রলম্ভ মখল ৩২ অমসুং সম্ভোগ মখল ৩২ পুন্না ৬৪ অসিনা রস ৬৪ ওইদুনা লাইরিকসি পুথোকচৈ।

লাইরিক অসিগী ওইথংবা নাকলদা বঙ্গালী অমসুং সংস্কৃত ৱাহৈশিং থমজরিবসি ছন্দ তাকচবনি। ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ হন্দোকচবা নত্তে।

ইমারোল মৈতৈলোন চাওখৎনবগী পান্দমদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীন্দুনা রস হুম্ফুমরিবু মৈতৈলোন্দা ফাংনবগী থৌরম অমা তাং ২। ৬। ১৯৮৯ ইংদগী তাং ৩। ৭। ১৯৮৯ ইং ফাওবা নুমিৎ ৩২ চুপ্না ইম্ফালগী মফম ১২ দা পাংথোকখি। নুমিৎ খুদিংগী নুংথিল পৃং ২ দগী হৌদুনা মখাদা পীজরিবা মাগুপশিং অসিদা নোংমদা পালা ২/২ হায়বদি শৈশক অনী অনী শক্তুনা পাংথোকখি। মাগুবশিং অদুদি শ্রীগোবিন্দজীউ মাণ্ডব, শ্রীবড়ঠাকুর

শর্ম্মা মাণ্ডব, লমলোং বজাব, শ্রীবামজীপ্রভু মাণ্ডব, নিংথেম পুখ্রি মপান, কেলি মাণ্ডব, কাংজাবী লৈবক নাগমপাল, অনিকখম্বম মাণ্ডব, খোংমন মংজিন, নিত্যাইনন্দ মাণ্ডব, যুম্নাম লৈকাই, নবসিংহ মাণ্ডব, নাওবেম লৈকাই, কলিমাই মাণ্ডব, যাইস্কুল, খাবম লাকপা মাণ্ডব, এলাংবম লৈকাই, অনৌবম মাণ্ডব, তখেল লৈকাই, জগবন্ধু মাণ্ডব, উবিপোক, শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দ মাণ্ডব, শাগোলবন্দ। মথক্তা পীজবিবা মাণ্ডবশিং অসিগী মনুংদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ মাণ্ডব অমসুং শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দ মাণ্ডব নত্তনা অতৈদি নুমিৎ ৩/৩ চুপ্না পাংথোকখি। অসিগুম্বা বস ৬৪ ফাংনবসিদা মমল যাম্লবা মাণ্ডবশিংবু পীবিদুনা মপুং ফানা পাংথোকহনবিখিবা অসিগীদমক থাগৎপা ফোংদোকচবি। ফাংনবা অসিদা শৈশক অমমমদা পুংযৈবা, ঈশৈ শকপা, দুহাব, খোনপাংবা, পালাশিং মাণ্ডব মপু মোইবুং খোংবা পুন্না মী মশিং ১৭/১৭ না মপুং ওইনা কৎখি।

মশাগী মবোলবু নুংশিজবা, যোকখৎপা অমদি চাওখৎহঞ্জবা পাম্বা লৈবাকসিগী শক্লাইববা শৈশকপা ওজাশিং, পূং যৈবা, মোইবুং খোংবা অমদি ব্রহ্মণ বৈষ্ণবশিংগী হোৎনজমনগী মপান্না সঙ্কীর্ত্তণগী বস ৬৪ শৈশকপু মৈতৈলোন্দা পুথোকপা ঙমজবিবনি। মসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা থব্লায যাওনা হোৎবিখিবা ওজাশিংগী লমন তোনশিল্লবনি। মসিগীদমক্তা ওজাশিংবু কোতি প্রনাম তৌজে। মসিগী মথক্তা ওজাশিংনা শকপিখিবা বসশিংবু অইবা মযেক ওইনা পীবিবমদুনা তুংগী মীবোলগীদমক খনবীদুনা অমদি লাইবিক ওইনা ফোংবা যাবগী থাক্তা পীবিবকপগীদমক্তসু ওজাশিংবু অমুক্কা হন্না থাগৎপা ফোংদোকচবি।

লাইবিক অসিদ বস ৬৪ মৈতৈবোল শৈশক ঈশৈশিং অসিবু শৈশকপিখিবা ওজাশিং, দুহাব, পুংযৈব পূন্নমক্কী মমিং মথাগা লোযননা মখোয মখোযনা শকপিখিবা ঈশৈগী বস, শকখিবা থাবাল অমদি মফমনচিংবা পূন্নমক তুংগী মীবোলগী পূক্লিং লৌশিং থোক্লবা অমদি লংলা লংজিন খঙজনবগীদমক ঈশৈগী অবোই অবোইবা তাঙ্কক তাঙ্কক্তা হাপচবি।

মৈতৈলোল ইমালোলবু নুংশিজবা মসিবু চাওখৎনবা হোৎনবিখিবা মণিপুব ইমাগী শক্লাইববা লেমজনিংঙাই ওইববা নট সঙ্কীর্ত্তণগী শৈশকপশিংদি বাজকুমাব সুর্য্যবোবোসনা, কোঞ্জেংবম তোযাইমা, লৈমাপোকপম হেবাচন্দ্র, শগোলশেম কালিদমন, মযাংলম্বম ইবোবী, সোবাম অঙাংহল, খাংঙেম্বম গুলাপ্পী,

অভিরামশাবা (ইবোমচা) শর্ম্মা, ৱাইখোম চাউবা, রাজকুমার ইবোতোনসনা, রাজকুমার মাধুর্য্যজিৎ সিংহ ওজাশিং অসিগী লমন পুন্সি চুপ্পা তোন্দুনা লৈহৌরগনি।

রস ৬৪ শৈশক অসিবু ফাংনবগী থৌরমদা থৱায় হকচাং য়াওনা মশাগী অচিনবা থবক কয়া কাইথোকপীদুনা অঙন্বা মতেং পাংবিখিবা ওজাশিংগী মিং ওইনা পঞ্জরবদা মাধুর্য্যজিৎসনা, ওজা ইবুঙোহল, ওজা কলিদমন, ৱাইখোম ওজা নিংথৌজাও, লাইশ্রম ওজা তোনুয়াইমা মপোকসিমগী ওজাশিংগী লমন তোনশিল্লবনি। অৱাবদি ওজাশিংনা লৈরিঙৈদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা কন্না হোৎনজখিবনি অদুবু ঙমখিদে। ঙসিদি মতম কুইনগী তুংশিদা কচ্চবা ঙল্লে। ওজাশিংনা লাইরৈবাক্কগী লৈচিল পোমাই হাংদোকপীদুনা য়েংবিরকপা ওইসনু। লাইরিক অসি প্রেসতা চংদ্রিঙৈদা মশাগী অচিনবা থবক কয়া কাইথোকপিদুনা বনালনচিংবা কুপ্না য়েংবিখিবা ঐগী মরুপ নোংথোনবম কুঞ্জমোহন সিংহ অমসুং ইয়াম্বা রাজকুমার ঝালজিৎ সিংহ অনীগী মফমদা শিংবা ঙল্লরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি।

লাইরিকসিগী প্রুফ ককপিদুনা অশোই অরান য়েংবিখিবা লোয়নননা ঐগী নীংজবা ৱাখল্লোনগী পান্দম কয়া মপুং ফানবা হোৎনদুনা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা ঐগী ইচাশিং (সেবক) ডা: এম থোইবা সিংহ অমসুং কৈশাম কুবের সিংহ থম্মোইদা থোইদোক্লা অপেনবা পোকচখি। লোয়নননা ইচা অনীনা তুংগী ওইবা পুন্সিদা মখোয়না তৌজবা হীরম খুদিংদা ঈশ্বরনা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীবিনবগীদমক্তা থম্মোয় শেংনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি।

তোল্লবা ননাই ঐবু ইতিক ইপা চাদ্রবা চাউরবা থবক অসিবু নমদুনা পাংথোক্লবা হোৎনবিখিবা অমদি লোইবা নাইদবা উৎসাহনা ঐবু লৈত-লায়র ৱাখলদগী থাপ্না থন্বীদুনা নুংঙাইখ্রবাময়েং তাবা লৈত্রবা শ্রীভগবানগী উজ্জ্বল-রস তা লুপহনবিখিবা লাইওইখ্রবা গুরুশিং অরোইবদা অমুক্কা হন্না খুরুমজে।

ইতি—

**শৌগাইজম থানিল সিংহ**, পদ্মশ্রী,
প্রধান গুরু এন্দ ডাইরেক্টর (রিটয়ার্দ)
জে. এন. ডান্স একাডেমী, ইম্ফাল।

# হীরম

# অহানবা শৈশক

# রস – বাল্য মিলন

# রাগ – মালব

### গুরু বন্দনা

শ্রীগুরু বৈষ্ণব গোসাই, ননাইবু চানবিয়ু
হন্না হন্না খুরুমজরি শকচ শোঙ্জবসে শ্রীকৃষ্ণগী লীলা গুণবু।
গোকুলদা কৃষ্ণচন্দ্রনা নন্দগী শঙ্গাযদা
পূর্ণিমা থানিলগুম্না, থাজ পূন্না ডানবিববে।
অঙকপা ওইনৈ অঙাংবু উবদা
নন্দ যশোদা লুপথ্রে বাৎসল্য প্রেমদা
ব্রজবাসীশিং, গোপ-গোপী পূন্নমক অঙাংবু উবদা।

### রাগ মালব
### তিন্তাল মচা

ঙাল্লবে নবদ্বীপ্তা ব্রজগী হবিনা
শচীগী মচা ওইনা ডানবিববেনে।
নোংহৌ ঙন্না কুচু লোৎশিনখবে
ফুদোংবা সনানা লৈতেংলে।
মুক্তা পবেংনা ঙক্তা হাইবকপনা
উবোক্ পবেং পাইবকপা গুম্মী।
অতিযাগী থা, নদিযাগী থা লৈতদুনা
হাযবনি চাংদমফম।

**লোল–** অসুম্না জয ওইবি পূর্ণ অবতাব গৌবহবি; শচী জগন্নাথ মিশ্র হবাও মথোয কাবি। প্রভুনা থা তরুক শুবকপদা শচী জগন্নাথ মিশ্র অনীনা মচাবু

চউম্বিবে অমসুং মিংথোনবিবে। অসুম্না নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউবি বাৎসল্য প্রেমদা লুপ্লি।

## ঈশৈ

**জাহ্নবীব কূলে** – কুম্মৈ ওইনবে অঙাংবু উবদা।

**খেলাব মত** – তোপ তোপ্পা মশুণ চেনবা অঙাংনি।

**ব্রজেব** – ঙাঙ্নৈ মীয়াম্না।

**শোভেযে** – খেন্নবা লৈতে গোপ গোপীশিংদো লেপনৈ পূক্লিং অমত্তদা। গোকুলগী গোপীশিং লাক্কুনা হাযজৈ তাবিযুনে নন্দবানী, অঙা ওবশুল্লে ঐখোযগী থম্মোয উনিংবনা লাঙতক্লবে।

## ঝরি তাল্পা

তূম্লিবা মচাগী মনাক্তা ফমদুনা যশোদা।

**তনবি** – তন বি বি বি বি বি বি বি, বি বি বি-বি বি-বি-বি।

তননা অ অ অ-অ-অ-অ-অ-অ-অ।

**বলি কেশোলিলে** – নন্দ কিশোবনা হাযজৈ, তাবিযু বানী হৌদোকপিবো নচা ব্রজ মীযাম অসে বানবনি।

**উঠ বাছা** – হৌবো হৌবো ইমাগী নীলমনি মীকপ থোক্লোনে।

**মাযেব প্রাণ** – ইমাগী থৱায ওইজবা নঙনিনে।

**কালি নাখায়** – অহিং চুপ্পা উদবদা উনিংবনা ঙাওবেনে।

**উঠ বাছা** – মিৎকপ থোক্লো মনি মতুম, কবিগীনো পংতূমদতূম।

**তুমি বাছা** – তূম্বদি তূমজৌ কবি হাযনি হৌগৎপগদি শান্নগে হাযনি।

**উঠ ওহে** – লাক্লবে গোপ-গোপীশিংনা শঙ্গোম শুম্মখিনি ঐদি নঙবু যেংদুনা লৈবসু যাবোই। ইমানা যেংবদা পেলহৌবোই।

**শুনিয়া মাযেব** – তাবদুনা নীলমনি হৌগৎলক্লে থীন্দনা অঙাংগী মহৌশানিনা তন্দে মান্দে মওংদা।

**আনন্দ** – নুঙাইবে যশোদা ঐদি ব্রজনিংথৌ যেংবিহৌবো।

**আজ** – ঐদি লাইবক ফৈদা।

**নাচে নন্দের** – মচাবু চেৎনা কোন্দুনা চুপচবক্লে, বানী নুঙাইবা ঈপাকথক্তা তাউবে। লাইবক ফৈদা যশোদা ঐহাকসে।

**আমায় প্রাণ** – লাইবক ফৈকো ঐহাকসে, ইচাবু ঐনা ফংজবসে।

**কুথাহোতে** – পূক্লিং হুনা নুংশিজৈ যেংজনিংই, যেংদুনতা লৈজনিংইনেসে।

**গোপকুল** – ইচানা চাউবক্লবদি যণশেনবা চৎলনিকো তোল্লি তোল্লি।

গোপমক নৎলমদ্রবদি ঐনা মীকুপ্ অমা থাদোকচবোই ইচাসে।

**লোল**– অসুন্না নন্দ যশোদা অনানা নুঙাইবা ঈপাক্তা তাউবি। অসোমদা কংসগী কৈশুমশঙদা বাসুদেব দেবকী অনীনা ৱাতান্নে। গোকুলদা লৈখিবা থৈখিবা ঐখোযগী ইচা অনীদা থাবুম তকক শুবে, চউন্বা, মিং থোনবা মতম ওইবে। গর্গাচার্য্য মুনি কৌহল্লসি, অসুন্না খন্নে। কংসগীদি মনাইনি বাসুদেবগীদি চান্নবা মীওইনি লোন্না চত্তুনা গর্গাচার্য্য মুনিবু কৌহল্লই। মুনি যৌবক্লে, বাসুদেব দেবকী অনীনা খুৎ লোন্নদুনা খুকমজৈ। তাবিযু মুনি গোকুলদা লৈবিবা নন্দগী মচা অসে ননাই ঐগী ইচানি। কংস কিদুনা থৈখিবনি। মুনিনা অমুক্তা চানবিদুনা চৎপিদুনা অঙাংগী চউন্বা পাঙথোকপিযু মমিংসু থোনবিযু। লোন্না চৎপিযু পূকচেল ফত্রবা কংসগী মনাই উখ্রগা অৱাবা তাগনি চেকশিনবিযু মুনি।

## ঈশৈ–মেনগোয়

নাপ চীক্লা বা তান্নবে গর্গ মুনিগা।
**মেনওন** (বৃষভানু দুলাবী)
মগুণ লৈববা মুনিনি। বাসুদেবগী পাউ পুদুনা
লাক্লে গোকুলদা হবাউ নুংঙাইনা।

**নন্দ ভুবন** – লাক্লে গোকুলদা হবাউ নুঙাইনা।

**কিয়েপদম্বীনি** – ৱাখল্ অমা খনবা লৈতনা।

**চলিলা সুন্দরী** – যৌবক্লে মুনি নন্দগী শঙ্গাযদা হবাউজবে নন্দ গর্গবু উবদা, নন্দনা উবে গর্গ মুনিবু ভক্তিনা মাঙওইনৈ খুৎ লোন্দুনা। আসন থাজবে, মুনি লেঙশিল্লো, হাযজৈ নন্দনা মুনি মফমদা।

## তাঞ্চপ

**বৃষভানু সুতে** – মুনি যেংলদুনা হাযজৈ নুংশিনা অঙাংগী বাফম্ অদো।

**আহেবিনী** – থা তরুক শুবে ইচাগী মমিং অসে থোনবিযু।

**শ্যামনাম** – ঙসি অসে চউমগে মুনি লাক্লিঙৈসিদা নুংশি চানবিযুনা।

**লোল**– অসুম্না চউম্বগী পোৎলম লাঙবা লোইখ্রে। **শ্বস্তী** বাচন তৌবে গর্গমুনিনা। অঙাং অনী চউম্নীবে। অঙাং অনীবু মিং থোল্লগে খল্লে গর্গমুণিনা। নিংথিবা আসন্দা ফম্হল্লি। অনীবু উবদ অঙকপা ওইখি। মিৎফম হোংখিদবে মুনি' নন্দ যেংদুনা গর্গমুনিনা হাযবকই, "তাবো ব্রজনিংথৌ, নাচা অহল অসি মাবু উকবা মীপুম খুদিংমক্না অবা অনা লৈবোই, নুংঙাইগনি। মাগী মিংদি হবে বাম থোল্লসি। অকল অথৌসিংনা মাব খঙনগনি বলবাম হাযনা।" অঙাং অতোমবগী মখুৎ পাযবগা গর্গ মুনিনা নন্দদা হাযবকই– "তাবো, নিংথৌমচা অসিদি শুণগী তুংনফমনি; সত্য, ত্রেতা, দ্বাপব, কলি, যুগ মবিমক্তা শক্লোন মবি পুবিবা সঙ্কীর্ত্তণবু তাইবংদা শন্দোকপিবা, মদুতনা লান্নগনি কলি জীব পূম্বা, চীন্দা কৃষ্ণ শোনবা। কুচুনা সনাবু ঙমজবা, নিত্যাইনন্দ আদ্বৈতনা শ্রীঅঙ্গ ওইবা। শ্রীবাসনচিংবনা খুৎলাই ওইবা ভক্তশিংনা কোযনা থৌগঙবা, সঙ্কীর্ত্তণনা থবায ওইবা, দ্বাপবগী মমৈসিদা, নঙগী নাচা ওইনা পোক্লবিবনি, খঙজৌ হৌখ্রবা ওইবিবা। ওইবক্কদবা যুগ মবিগী ৱাবু নন্দগী মফমদা গর্গমুণিনা শান্নেদো। বৈকুণ্ঠগী নাবাযণনা মাবু উকবদা জগত্তা লৈবা জীব পূন্নমক্কী থম্মোযবু চিংশিনবিবা কৌবসি কৃষ্ণ হাযনা অসুন্না অঙাং অনীগী মমিং থোনবিবে। অসুন্না কৃষ্ণগী নাম হেক তাবদা ব্রজ মীযাম পূন্নমক পান্নোম বাংনা থাঙ্গৎতুনা।

## ইশৈ

জয় জয় কৃষ্ণচন্দ্র জয় জয় কৃষ্ণচন্দ্রনা জয় ওইবে।
শ্রীনন্দেব নন্দ শ্রীনন্দগী মচা ওইব গোকুলগী থাজ ঙাল্লি ঈংনা থাজশুন্না।
অশংবা মনি মানবা কৃষ্ণগী কুচু ঙাল্লবসু জগৎসিদা।

**লোল**– গোকুলদা গর্গ মুণি লাক্কুনা অঙাং অনী মমিং থোল্লি তাবদা বৃষভানু কুটীবদা অনীনা মচানুপীবু মমিং থোন্নবগীদমক নন্দগী শঙ্গাযদা লাক্লম্মী। গর্গ মুণিদা হঙ্গৎচৈ খুৎলোন্দুনা, "মুণিদেব, ননাইগী ইচাসিমতগা, মিং থোনবিবম্মু।" ৱা অসি তাবদা গর্গ মুণিনা অঙাংবু যেংলগা হাযবকই–

''তারো, বৃষভানু নিংথৌ নন্দগী মচা কৃষ্ণগা তৎনা থানবা য়াদ্রবা নচাগী গুন্নি। মাগী মমিং থোল্লসি রাধা হায়না। অসুম্না অঙাংগী মমিং থোনবা লোইরে।

যশোদানা রাধাবু নাউশুমদা হীপহল্লি। কৃষ্ণবু থাদোক্লুনা শান্নহল্লি। যশোদা বৃষভাবু অনী ৱারী শান্নদুনা নুংঙাইনৈ। অসোমদা কৃষ্ণনা ষণ শানা চৎলি। কৃষ্ণনা বাধাগী মনাক্তা য়ৌরক্লে। তূমদুনা লৈরিবা রাধাবু শোক্লুরে। খঙহৌদনা মমিৎ পাঙলক্লে। মবুংঙোগী ক্নপ্পু উজবা ফংজরে, রাধাগী থৱায় কচ্চবে। বাধিকাগী মমিৎ উবকপদা অঙকপা ওইহনখি। ব্রজ মীয়াম পুম্নমক শ্রীরাধা কৃষ্ণগী চবন্দা চঙজখি। শৈরেংজবা উদ্ধব দাসসু গোপীগী মশক লৌজবি।

## ঈশৈ

বাধা কৃষ্ণগী শ্রীচবন্দা, কচ্চবনি, থৱায় মঙা চঙজবনি চানবিয়ুনা।
চঙজফম লৈজদে শ্রীচবন্দা নত্তনা, লম্বী লমজিংবিয়ু,
লীলা উহনবিয়ু, নিজৈ ফিগাও শানা।
লানঙমদ্রবা ঈপাক লাঞ্জ, ফংঙমদ্রবা শ্রীচরন ফংজ,
অনীগী লীলা তুংইঞ্জগে, অহিং নুংথিল থৌগঞ্জগে।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীবাজকুমাব মাধুর্য্যজিৎ সিংহ, য়াইস্কুল জন্মস্থান, ইম্ফাল।

দুহার – শ্রীএলাংবম অঙাংহল্ সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল।

পুংয়েবা – শ্রীৱাইখোম নিংথৌজাউ সিংহ, ললাম্বুং নিত্যানন্দ লৈবক, ইম্ফাল।

য়ৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী অহানবা মেলগী পূংলোল

মফম – শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ মাণ্ডব

তাং ২। ৬। ১৯৮৯ ইং

• • •

## অনীশুবা শৈশক

## রস – বংশী ধ্বনি

## রাগ – ধানসী

### ঈশৈ

গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা শান্নৈ গৌবাঙ্গনা
তোযনা নীংশিংলি ব্রজগী কদম্ব পাম্বী মখোঙ্‌বু ।
কবি মখোল্‌নোনে সিবু অসুক নুংশিবা অসিবু ।

কযা নুংশি পূক্লিং হূবি
অতাবা জীব পূম্বা শুস্কাৎলি ।
অঙাওবগী পান্দমগুম্মী
গৌব চিন্তাগী মশক ওইবি ।
লৈমাযথক্তা ৱাঙ্খবে ।
মিস্না থম্বাল ঈবা চেল্লে ।
অমুক হৌগৎলি ইফিং ফিংনা চেল্লি ।
কোযনা কোযনা থিবি
কনানোদি খঙদবি ।
বাস ঘোষনা শকচৈ নব বাগসে ।

**লোল–** ব্রজদা ঈবাৎপী মুনিনা পোকচবী তাইবং শাৎনা মিংচৎপী । বৃন্দাবনগা লোযননা চৎলিযে পূর্ণিমাসী উবে মুনি মপৈ মপৈ লাইনিংবা কুঞ্জ খুদিং চোঙা তেনৱাশিংনা বাধা কৃষ্ণগী নামবু শোন্নবিবা । হৈ-লৈ পূম্নমক্না মকা লাম্না শাৎলিবা, খোইমু, লৈকা তম্না ঙংনা ঙংনা পাইনবিবা ।

বনগী নীংথিজবা উবদা হাযবকই বৃন্দাবনবু যেংদুনা । পূর্ণিমাসীনা– ‘‘তাওনে বৃন্দে ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলা মতম চাবক্লে নঙনা কাম্নাই ওইযু ।’’

অনীগী লীলা যেংসি নন্দগী মচা কৃষ্ণগা যাবৎতা লৈবী বাধাগা, মতিক্ মপা চানৈ, মশক মগুণ মান্নৈ, অমগা অমগা খেন্নদে, হেন্নদে, উহনসি প্রেমগী লীলা শান্নহনসি। প্রেমগী ঈচেলতনা বৃন্দাবনসে তাউথোক্লসনু।

বৃন্দানা হাযবকই- "হে দেবী, ঐ চচ্চবগে অদুগা কৃষ্ণ অদো পুবিবকউ কদম বন্দা। খোংহল্লু তহল্লু বাধা বাধা হাযনা খোংহল্লু, মাগী বাঁশীদুনা অনৌবা বাগিনী যেন্নীং হুলহল্লু।"

**লোল**— কৃষ্ণ প্রেমতনা খোযদাজবী প্রেমবস ঈখৌ লাংজবী পূর্ণিমাসীনা চণ্ডশিল্লক্লে, বন খুদিংদা থিবক্লে শ্রীকৃষ্ণবু। সখাশিংগী মবক্তা কৃষ্ণ উবে থম্মোয মকা লান্না চণ্ডশিল্লক্লে। কৃষ্ণ তন্না দেবীবু উবদা খুকুমজৈ সখা মখৈ খৃযা উফুল লৌনৈ। মপাউ হংনৈ মহৈ মহৈ, যেংনৈ দেবীবু, হাযবকই, দেবীনা ভুত প্রেত ঙাক্থোক্লবা বাম মন্ত্র শান্নকুবো, নন্দবানী যশোদাগনা থাবকপনি ঐবু। অসি হাযদুনা কৃষ্ণবুসু পুথোক্লক্লে থাপুক্লা নাপ চীক্লা অবোনবা বাফম্বু হাযবকই—

## ঈশৈ

লাজে মবিলাম ভানুনা পোকচবী মিংনা বাধা কৌবী
জাটিলাগী মমৌ নুপী আযনগী যুমদা ঙাল্লিবী।
নোংথাং কুপ্পা মানবী মশক মতৌ হেনবী
মাগী মপা লৈতে, জগৎতা যাওদে।
বিধিনা শেল্লক্লবী মতীক চানা
নঙগী লৈপুল শেমগে
নীংদুনা ঐনা লাকপনি তোমথিন ঙানবী মনি।
মবোল অহুম ফাওবীনি বল্লভনা হাযজৈ
শ্যাম খঞ্জেনে কবিগী '

## অনীকপা

তাবদা বাধাগী মিংলেন থম্মোয লকা তনিক-তনিক মিম্না থম্বাল ঈহৌবক্লে প্রেমগী ঈফুৎ ফাওবক্লেনে। হবাউ তুচুংনবকপদো লোৎঙমখিদে মতৌ অদো। খাংঙম্দে ইকাই হঙ্গোই পাউদমসু অথেং অথেংবা ৱাহৈনা। নিংথৌগী মচানিদো যাইফবী মহাক্তি, ষণ শেনবনি ঐদি কবম ফংলুগবা। ৱাগনু গোপাল চিংনকুগনু শেমগনি লৈপুল শোযদনা ঐনা বাধা বল্লভ মিং থোন্দুনা।

## ঈশৈ

খাঙবা কল্লু পূক্লিং তপ্থৌ হে যশোদা
কুমাব ঐনা মুন্না খঙ্ই শ্যাম থবক পাঙথোকপা শোযবোই।
ব্রজ মণ্ডন অপুন্বা পামজৈনে সেবা ফংজবা
অনিনা অমত্তা ওইবা মপোক মহৈ যাঞ্জবে।
মক্রুবা প্রেমগী লীলা শান্নৌ
নন্দলালা খোংউ নঙগী বাঁশী হে মুকুলীধাবী।
মবুক্ ওলহল্লু মাগী শকহেনবীদুগী
লৈফম চাফম খঙজবোই যুমদা লৈতানা লৈববোই।
ঙাম্ভোইবিযু অনী পূন্না সিংহাসন্দা
পীনৌ চবণ লৈহী চুপ্পা খৌবাংজবা।
ঈখৌ লাংজববী ননাইনি মতম কুইনা
ঙাইজববীনি অসিতগী লৈজববীনি ব্রজসি যৌবকপনি।
ৰাফম্ পূন্বা শীল্লমানে দেবী চৎখবে পূর্ণিমাসীগী
বাগ শৈবেং শৈবাংজৈ নবহবিনা শৈশকচৈ।

**লোল**— নিত্য প্রিযা সখীশিংগা তোল্লবা নিকুঞ্জকেলী যেংজগনি শান্নগনি শ্রীহবি। চীন্বালদা বাঁশী খোংদুনা বাধা নাম শ্যাম্না কৌবক্লে, শ্রীবাধে বাধে শুঙ্কৎনবে তাইবং খোন্না থৰায পান্দবগুম। অচৎ, চত্তা জীব পানবা মথৌ কাউনবে মুকুলী মখোল তাবদা মুল্লি ফুম্বংননা। শ্যাম শকহেনবা মথেক অহুম থেকপা কামবু শুঙ্কৎপা চীন্বাল তযাল ঙম্বা। লেপখবে ঈচেল যমুনা লেপ্লে ষণবী নাপী চীক্লা। তাযনজগে তাইবং মযোল চোংলে উকং পাম্বী মুকুলী খোম্ভাং ইপোম্না অমৃত মবীক ওইবা।

## মেল

বাধিকাগী থম্মোযনুংদা যৈববে বাঁশী মখোল। বাঁশীগী খোঞ্জেল ইপোমদা অমৃতগী মশক ওইনা অখাঙ্ খাংঙমদবে লৈমাযথক্তা হীকথখবে। নুংশা থীদুনা ললিতানা কোনখৎচবে চেনশিন্দুনা।

## অওনবা (মেল)

**তুয়া পারে** – কদম পাম্বীদা ঙাবদুনা খোংলকই

শান্নবি সখী মযাম শোমদনা বনগী ফজবা যেংদুনা বাধিকানা
নাকোংনুংদা তাবম্মী শ্যামগী বাঁশীনা
হুম্মবে থৱায হকচাং পূন্নসে।
লৈমাযথক্তা বাধা ৱাঙখবে
ইকায ইকি পূন্না থাদোকখবে।
কবিনো হাযববে ললিতা সখীনা
বাধাবু যেংদুনা কোনখৎখবে।
বঙ্গদেবীনা হুমলি ফীজিনা তপ্পা
তৈথোক্লি মাযথোং হমাং সুদেবী সখীনা।
বাধাগী মাযথোং যেংদ্না কপচবি গুনমঞ্জবী সখীনা
খুৎতা কোনা হুমাই পাযদ্না তপ্পা তপ্পা হুমদুনা
শ্রীঅঙ্গ ঈংহল্লি।

## তাঞ্চপ

**সঙ্কীর্ত্তণ রসে** – বাধিকাবু জ্ঞান তাহল্লে ললিতানা সেবা চঙজবক্লে। অশেংবা ৱাহৈনা হাযজবকই। কনা নত্তে ললিতা নঙদি ঐঙোন্দা শেংনা তম্মু তাবক্লিবা খোঞ্জেলসিনা থৱায হকচাং মাংদৌবি।

ইকাযবনা লাঙ্গৌই-চন মাযথোং তঙাং তসোন হাযজবকই শেংনা তপ্পা তমগে তাবো সখী।

**লোল**– অৱাবনি হে সখী, কদম্বা বনলোমদগী খঙহৌদনা লাকপা কবিনো খোঞ্জেল অমখক্লা চঙখিবদা খঙহৌদনা। নাকোং চক্র মনুং তাথীনগদবা যুম পানবী নুপী খুদিংমক্লা ওইহল্লে ঐবু অদুগুম্বা মওং হাযফম খঙদনা তাবববা সখী নঙবু তাখিদ্রিবা মখোল অসিবু লাক্লি যেংউ কদম্বা বন্দগী। থৱায হকচাং হুখবেনে কাউঙমদবে খাংঙমদবে পূক্লিং ইঙনা চৎকে লেপ্লে মদুদি ঐদি।

## মেনকুপ মপী

তাও সখী মখোল অসে তাদববা নুংশিবসে
কনানা ওইবিগবা খোংলিবা মখোল অসে
মশক্লা কবম তৌবিবনোসে। কনানা খোংলিবনো অসুক নুংশিবসে।



নৌজবিবী নুপীজাগী থম্মোয মৈহুম চূহল্লে।
কবি খণ্ডজদবী পণ্ডজববী ঐবু শুক্ষ্মৎপিনা।

## মেনকুপ

হে ইতা ললিতা হামচৎনবে থবায হকচাং
শকসু চুসু খণ্ডজদবি লৈঙমদবেনে লৈতানদি ঐসে।
খাংঙমদবেনে চৈনা অসে, কাযবে থম্মোয লাইযুম
অসে, হিংহনবিযু ঐহাকপু উহনবিযু মহাকপু।

তাখিদবি মীবমলেন্দা, মাগী বাঁশী মখোল অসে হামচৎনবে থবায হকচাং কবম্না ঐবু লেনসিবনো। হাযজৈ ঘনশ্যাম্না মাঙজবে মীদুদি লেপ্পা মকুলী মখোল তাকুবদা।

**লোল–** নুংশিববা নখোযনা ঐবু উত্তুনা মানা ঐবু খাংঙমদবে মৈচাকসিবু। শিবগনি উদ্রগদি পুবিবো ঐবু মফমদুদা নত্রগা পৃবকউ মফমসিদা।

## শৈশিন – শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীশঞ্জেনবম চন্দ্রহাস সিংহ, উবিপোক, ইম্ফাল।

দুহাব – শ্রীকেশো শর্ম্মা, কোঞ্জেং লৈকাই, ইম্ফাল।

পূংযৈবা – শ্রীলাইশ্রম তোনুযাইমা সিংহ, থাঙ্গ তোংবম লৈকাই।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী অনিশুবা মেলগী পূংলোন।

মফম – শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ মাণ্ডব,

তাং ২। ৬। ১৯৮৯ ইং

• • •

# অহুমশুবা শৈশক

## রস — বন্দীমুখ

## রাগ — মানসী

### গৌরচন্দ্র

**ঈশৈ**

নীংথিজবা নবদ্বীপনি গৌবাঙ্গগী পোক্লফমনি ।
লাইবক ফবী সুবধুনী গঙ্গানা লৈতেংবনি ।
বৃন্দাবন্নিসু হাযনৈদো গোলুকনিসু হাযনৈদো ।
সিত দ্বীপনিসু হাযনৈদো পববামনিসু হাযনৈদো ।

**লোল**—শ্রীগৌবাঙ্গনা ব্রজগী বাখলদা লূপ্লদুনা
শ্রীমতি বাধিকাগী মফমদা বন্দী কৌবী সখীনা হাযজবকই

**একতাল**

যসোদাগী মচা কুচু শংবানবা
মাযথোং থানিনবু ঙমজবা ।
নাপ্লদা হাইবি মনি কুণ্ডলনা
নোংথাংনা কুপ্লগুম ইলং লংঙিবা ।
কোক্তা বাহোং চূডানা লৈতেংবা
যাগী পবেংদুনা মুক্তা পবেংগুল্লিবা ।
ঙাঙথোবকপা ৱাঙাঙদুনা কযা থুল্লিবা
তাথবকপা পাম্বোম্মা শামু নাতোল ঙমজে ।
ঙাঙ্গ্রান্নবা চীনবালদা মুকুলী থোল্লি
খুকউ যৌনা চোনবা মালতি পবেংদা ।
খোইমুশিংনা ভ্রুং ভ্রুং পাইশিন্নবকই
চেংলবা খ্বাঙদা সনা ফীগে থোল্লিবা ।

চবন্দা থোল্লি মনিগী নপুব মতৌ অসুন্না
বন্দী কৃষ্ণগী মতীক মগুণ শকচৈ শোঙ্জৈ।
ঈশৈ অদু তাবদগী বাধিকা লৈমাযদা ৱাঙখবে।

## চারিতাল

ইঙক ঙক্লদুনা চেনশিল্লকই বাধাগী নাক্তা জাটিলা কুটিলা অনীনা।
মিপাই থাবাই পাখৎ চাউবী জাটিলা কুটিলা।
বন্দীগী ঈশৈ তাকুবদগী ৱাজৈ বাধা ঙাওচৎনবি।
পূক্লিং তুজুং মাঙুনবি নুমিৎ অদুদগী বাধা থম্মোযদা লাৎচবি।
অমুবা লৈবু উবগা হোংনিংদে মিৎফম।

## মেলগোয়

নোংলেন নোংথক চিংনা যেংই লৈমাযথক্তা ওল্লি বাধা।
কনানা কবি খঙদে লৈনা কবিনো খঙদে।
যদুনাথনা হঙ্গচ্চবি হাপখিনি লাইথেৎ কয়া।

## অওনবা

কুচু শংবান্নবা অদো সনা ফীগে মচুদো।
নীংশিংলুবদা ৱাঙ্ভজৈ বাধা চেৎনা নীংবীদো।
কপ্পা কপ্পা কোঙ্জৈ হাযজৈ বাধানা ৱাহৈ কযানা।
কনানা হাযনৈদো অখঙ্বা শানৈদো ওক্লকুবমানে ফত্রবা ভুতপু
হাইবং তুবং চৎলি মযেক খঙদনা ঙাঙঙি
মুকুম মুকুম শোল্লি ইবেম্মা বাধা।
বক্ষামন্ত্র শোল্লি শাম্বুলদা থেৎলি অসুন্না
কনানা কযা ঙাঙনবি।
নৌবিবী বাধানি মৈচাক খঙদ্রিবীনি
বন্দীমালা ঐবু খঙহনবিবে মৈচাক
থম্মোযনুংদা লাঙতক্লৈ নীংশিংলুবদা শ্যামদো।

## তাঞ্চপ

লৌজকুগে পুজবক্কে থাজৌ শোযবোই
পবেং কালাগী ঙক্তা থোল্লিবা।
বন্দীনা হাযজবি থেমজ-নৌজদুনা

পুবকসি আদগী যেক্লবা কালাদো।
পেন্না যেংজসনু মীবোল শেংনা
থাজসনু কোকচসনু প্রেমগী মৈবী মৈচাক্তো।

## মেনকুপ মপী

তাকুবদা বন্দী ঈশৈ
মৈচাক থোইনা থোইনা হেল্লি।
হামচৎনবি থৱায হকচাং
লৌফম খঙদে মাগী ৱাঙাঙ।
নৌজববী থম্মোযনি নৌজববী ৱাঙাঙনি
খঙদে উদে ৱাখলগী শৈবেং।

## মেনকুপ

ৱাখল লম্বী মাঙখবে প্রেমগী মৈচাক হেল্লক্নে।
কল্লি কনমল্লি প্রেমগী মৈচাকসে
কবম্না খাঙগনি বাধা থম্মোয়দা।
ভানুনা পোকচবী থোৎচ নৌজবী
প্রেমদা লূপচবী ৱাখলসু মাঙলবী
মৈহুম্না চূবে বাধা।
কৈদনো বন্দীদুনা অমৃত পীথক্লি
ঐবু তাহনবিবে মাগী মমিং।
ঐগী লৈজবা লোইনা তাক্লবনি
মনাই উদ্ধবনা চিংনজবা মঙাই

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা –শ্রীৱাক্রম্বম মনিযাইমা সিংহ, চীংমৈবোং।

দুহাব –ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা।

পূং যৈবা –শ্রীলাইবেল্লাকপম যাইমা সিংহ, ক্বাকৈথেল থিঙোম লৈকাই, ইম্ফাল।

যৈখিবা –বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী অহুমশুবা মেলগী পূংলোন।

মফম –বডঠাকুব শর্ম্মা মাণ্ডব, খুবাই লম্লোং,

তাং ৩। ৬। ১৯৮৯ ইং

• • •

## মরিশুবা শৈশক

## রস – দূতীমুখ

## রাগ – রামকিরী

### তিনতাল মচা

**সুরধনি** – নবদ্বীপকী থাজ থানিলনি গৌব গুনমনি।

**হেরি গৌর** – বাধা বাধা হায়না কপ্লি ওল্লি লৈমাযথক্তা।

**বৃন্দাবনে** – যতন তৌনা শোল্লি গৌব বাধা নামামৃত।

**এমনশ্রী**– প্রেম ঈবা শীষ্টে তত্তনা মিস্না অনীমক্তা।

**সুখেবিহরই** – লৈমাযথক্তা ওল্লি গৌব ব্রাষ্টে মিকুপ খুদিং।

**অলং** – বাধা মিংলেন শোন্না শোন্না হিক্লা হিক্লা হৈনা কপ্না হবাও ভুজুংনবি অমুক ঙাঙলি ব্রাহৈ মতেক। বাসু ঘোষনা হাযজবি গৌব কবিগী কপ্লি।

**পূর্ব্বে ব্রজ** – শান্নে নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা সখাসিংগা লোযননা।

**গৌর হয়াছে** – পূক্লিং চঙখিদবে কৃষ্ণ শান্নবা ঈবাংদা ওইবে জপমন্ত্র বাধাতগী নামনা।

**বংশিধারী** – চীক্লা ফন্লে অচিকপদা লৈখবে ভূমীন্না।

**অলং** – মিস্না তবং ঈহৌবক্লে বাধা বাধা শোন্না তাঞ্জাসিদা ভাগবতী হৌদাবকই নন্দি মুখী যাথং তুংইন্না নন্দি খোঙশাল্লক্লে তফিংনা লৈবন্নদো বানা কৃষ্ণ উকবে নন্দিনা হাযবকই কৃষ্ণবু যেংনা ব্রাহৈ মেঙনা থুন্না। তাবিযুনে বনমালী ব্রাবী কযা নুংগী হাযযু তাকউ বংশিধাবী কবিনা ব্রাহল্লি।

**বাকা** – কৃষ্ণনা নন্দি যেংনা হাযবকই থোংনা নৌনা।

**ডাকে রাধা** – কবিবু হাযসিগে নন্দি।

**বিপিনে** – থম্মোযনুংগী মৈচাক অসে।

**অলং** – তাহল্লক্ষ্মী পূর্ণিমাসিনা নাকোংদা বাধা নাম অদুদগী হৌবদুনা খাঙলি অহিং নুংথিল কনানা পোকর্পিনো বাধাদো মশক্লা কমদৌবা। খৌবাংজবা

শক্তুতবু ইমিৎ নোংইনসিনা তাজবদা ৱাফম অদো হবাউজবে নন্দি। মেঙনা থোৎনা হাযবকই কৃষ্ণ তন্না যেংই।

## মেন

**তব কুশ তিরে** – তাবিযুনে নাগব মনি শীংথাদুনা ঙল্লোইদৌবি।
**প্রানে** – কবি হাযকুগনি উজনিংই অমুক্তুংদি।
**ক্ষেনে বিলম্ব** – উকুবদা মাবু সমুদ্র ঈপাক্লা অমৃত থোক্লবা নৈখি, ফজবা অপূন্না খোমজিল্লগা শেন্নকপনি লাইনা মাবু নুপীলক্তা থোইবী, যৌনা লমথোই ঙানবী মীপূম তিংনা খঙনবিনি।

## অওনবা

**দেখ সখি** – বাধিকাগী গুণ তাববদা, হাপকৎলে মৈচাক অমুক হান্নদগী।
**আব জন্মে** – ভুজুং মাঙ্গুং তনিক তশোন ভুখোং খুদিং মকা ফল্লে।
**শবদ পূর্ণিমা** – উবদা মতৌ হাযবকই নন্দীনা তাবিযুনে হে শ্যাম নাগব।
**হামুত** – অঙাং অদুক ওইনবু হৌনববা অদুবু ওইসনুদুবু নীংবা থুংনা।
**ব্রজেব মাবো** – অসুম হাযনা নন্দি মুখী হল্লকখি থিন্দনা।
**যাব লাগি** – লোযনদুনা কৃষ্ণকান্ত পূক্লিং মকালান্না।

## তাঞ্চপ

**বাধা কৃষ্ণ** – লাক্লেদো দেবী ভগবতী মাগী শিষ্যা নন্দি শ্রীবাধাগী নাক্তা।
**গুকলীলা** – কৃষ্ণ নামামৃত শোল্লবে খুদক্তা নাপদা বাধা তানা হবে কৃষ্ণগী নাম।
**শিরে শিখী** – তাবিযুনে থাজ মানবী কুদ্রমক্লা ফংদ্রবা নাম থমজৌনে থম্মোযনুংদা লোৎনা লোৎনা।

## মেনকুপ অরাওবা

**বিরাম নাইরে** – অৱাবা মৈচাক ওইবক্লে।
**মন্দাকিনী** – নন্দীগী ৱাহৈ তাবদা।
**সুনার বরন** – অঙাওবীগী পাংখক্লুন্না কোযনা কোযনা যেংজবকই।
**প্রানবন্ধু গেলাবনে** – উবদা নন্দীনা ইবেম্মগী খুৎ পাযনা পাযনা।
**ধিক ধিক** – থেমজিল্লকই থোৎনা নৌনা নীংথিবা ৱাহৈনা।

**নারিনা** – লেংওন্দুনা পাম্বোম অনী, মিস্না থম্বাল উইশিন্দুনা।
শীছখিদো প্রেমগী ঈবা লেপ্তুনা যুম্বীগুম্না।

**অলং** – যেংদুনা ঐঙোন্দা, পাঙখি মমিৎ অদুতদা তাক্লবদা
মিংলেন নঙগী কৃষ্ণ মাগী মফমদা।

## মেনকুপ

**ব্রজ প্রেম ভরে** – লৎনবিনু বাধে তাযোনবিগনু নঙগীদমক
ৱাজহৌবা চানবিযুনে শ্যামবু।

**পদেতে**– থম্বাল মানবা কালমকপু শুন্দ্ধৎপা ঈচেল নাইবী যমুনা গুম চেল্লি প্রেমগী ঈবা। মোমোন হাযনোক মীনোক্তো অঙাংবা চীম্বালদো মকশিল্লে তাইফেৎ তাইনা স্বব ফূযনা হোন্না।

**কাচা** – বিদ্যাপতীনা হাযজৈ নত্তে হাযশিন্নবা
লেঙদবা সাক্ষী ওইবি গোবিন্দ দাসনা।

## শৈশিন–শৈশক লোইরে।

| | |
|---|---|
| ঈশৈ শকপা | – শ্রীথোঙাম গোপাল সিংহ,<br>উবিপোক সিনাম লৈকাই, ইম্ফাল। |
| দুহাব | – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা। |
| পূংযৈবা | – শ্রীৱাঙ্খেমযুম কোকঙাং সিংহ,<br>শীংজমৈ ওইনাম থিঙেল, ইম্ফাল। |
| যৈখিবা | – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী মবিশুবা মেলগী পূংলোন্। |
| মফম | – বড়ঠাকুব শর্ম্মা মাণ্ডব<br>খুবাই লম্লোং বজাব। |

তাং ৩। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •




## মঙাশুবা শৈশক

## রস – গুনিগান

## রাগ – সিন্ধুরা

ঙানবিববে নদিযাদা গৌবাঙ্গ প্রভুনা।
হবিনাম যেল্লি মীপুম খুদিংমক্তা কোযনা।
মাগী শক্তন্না শুক্সৎলি জীব পূন্না লোযনা।
গৌবাঙ্গবু উববদি ঙাওজনি জীব লোযনা।
বলবান্না শকচৈ মশাবু কখোকচৈ।
মাগী চবণ থন্নালদা চঙজৈ।

**পূন্যবতী** – অঙকপনি গৌবগী শক্তম বসকী মশক ওইবিবনি।

**জয় শচি সূত** – তোযনা তোযনা শোল্লি অযান্বা বসবু নীংথিবা শক্তন্না।

**কলিকাল** – ফুদোংলবা সনা অহিংববু ঙন্না ফজৈ।

**হরি নাম** – মথৌ মশিঙ্গাং ওইনা নোংমগী চৎলি
বন্দী মনাৎ মতুং ইন্না কোইনা।

**জীবতোবাইতে** – অঙকপনি গৌবগী বাখল তোযনা তোযনা খল্লি পামজবা খন্দুনা।

**যেমন** – পূক্লিং লুপচৈ গৌবনা ব্রজগী ৱাখলদা।

**অকিঞ্চনা** – যুমথোং খুদিং কোযনা চৎলি।

**দুবাহু তুলিয়া** – অঙকপনি গৌবগী ৱাখল বৃন্দাবন্দা ওইখিবা বস
নন্দালযদা লৈববা ৱাখল খনখি গৌবনা চৎলি বন্দী নাৎ
মতুং ইন্না কোযনা।

**লোল**– শ্রীগৌবাঙ্গগী ভাবনা কবি কবি খনখি। ঙাইহাক অমুক কৃষ্ণবু খল্লি, ঙাইহাক অমুক বাধাবু খল্লুই। কৃষ্ণ ওইবে বাধা ওইবে। ব্রজবৃন্দাবনগী

নন্দগ্রাম, যাবত গ্রাম, শ্রীবাধিকা কৃত্তিকা গৰ্ভদা পোক্লে। তাবে উদ্ধবনা হবাওনা যাবত কোনুংদা অপনবা লৈতনা লেঙ্খ্রে।

## ঈশৈ

**প্রান বন্ধুর** – মাগী নীংথিবা শক্তম উবদা, মীকুপ অমা থাদোক্লিংদে।

**এদুখ** – ঙাড়্রানবা চবণ অনীদা ধ্বজ বজ্র মীন চিহ্ন যেকপা মুনিগী পূক্লিং শুক্ষৎপা।

**কলম্বিনী** – পাম্বোম খুকউ যৌনা চোনবা থবাক্তা কৌস্তুভ, থানিল্ কোটি কযা ইকাইনিঙাই ওইবা মাগী মাযথোংনা জগত শুক্ষৎপা শক্তমনি বস খিবিক্কী হৌনফমনি।

**হায় কি হইল** – মশক মতৌ হেনবা নন্দগী মচা লৈতে মাগুম্বা।

**গেল** – ফুযনা নোংহৌ ঙম্বা শবৎ থানিল হেনবা।

**প্রান বন্ধু** – অশংবা মনিগুম্না ঙানবা কুচুনি।

**কৃষ্ণনাম** – লৈনা কোযনা ঙক্লা ঙক্লা যেংজনিংইনে মাবুদা

**জানে সখি** – থানিল কোটি কযা ইকাযনিঙাই ওইবা মাগী মাযথোংনা জগৎপূম্বা শুক্ষৎনিঙাই মশক্লি।

**জহামী** – উবদা মাগা মান্নবা লৈতে।

**প্রানপ্রিয়** – অতৈ লৈতে অমা মাগা মান্নবা অঙাংবা চীম্বালদা মুকলি থোনবা জগৎ শুক্ষৎনা ফজৈ বঘুনন্দনা মবুংঙোগা চাংদম্লফম অতৈ অমা লৈতে।

**হা হা** – মাগুম্বা অতৈ লৈতে যেংবদা জগৎ শুক্ষৎলি।

**জ্বালার** – যেংউবদা মিৎফম হোংনিংদবা শক্তমনি।

**জ্বালসয়** – কাউনৈনে কাউনৈনে পূমকাউ কাউনৈনে।

**লোল**– ইবুংঙো মাগী নীংথিবা ৰূপতু উকবদা মীকুপ অমা থাদোকনিংদে। ঙাড়্রান্নবা চবন অনিদা ধবজ, ব্রজ, মীন, চিহ্ন কযা যেকপা মুনিগী পূক্লিং শুক্ষৎপা, পাম্বোম খুকউ যৌনা চোনবা থবাক্তা ঙাল্লিযে কৌস্তুভ মনিনা।

**কেমনে**– ৰাষ্ট্রে ঙাওনৈ তাবদা পঙজববী বাধা।

## মেনবুং

**গুনি গুনি** – ফাঙমখিদে থম্মোয মৈচাক। ২।

**গুনি গুনি** – হকচাং তনিক তনিক লেপচবা ঙমজদে
হাইথবক্লে লৈমাযথক্তা বাধা।

## অওনবা

**তুয়া** – মন্দাকিনীগুম্বা ঈচেল কযা কযা মিস্না তবং ঈহৌবক্লে।
**বিলম্ব** – চেনশিন্নৈ সখিসিং কোনখৎনৈ মতাশিংনা উদ্ধব সাদনা পেঙ্গে।
**তুয়া** – কবিনো নীংথিবী বাধে।
**আছিকো** – অদুক নহা ওইনা কবি খল্লুদুনা তুখিবনো লৈমাযথক্তা বাধা।
**তবে** – তাকউগবা নপাউ শেংনা কবিনো নঙনা খল্লিবো।
**কহতহি** – শেংনা তম্মু নঙনা খল্লিবা কনাগী ৱাখলনো।
**যারোলাগী** – তৌফম খঙজদে বাধাদো শোঙ্গে কৃষ্ণতবু।

## তাঞ্চপ

মযেক অনিতগী মিংলেন অথোইবনি তাবদা উদ্ধবতি ঙাওজৈনে। অথোইবা মিংলেন্নি কযাদা থুম্বনো কবিনুংগী তাকুবনো কদোমদগী শোল্লুবনো।

**লোল**– শ্রীমতী বাধিকানা মবুংঙোগী নাম তাজবদা থৱায হকচাং কখোকচৈ। মযেক অনীতা ওইবা কৃষ্ণ হাযবা নামদুতা তাবদা খল্লি মাগী চবণদা বাধা ঐনা তত্তনা নীংজবি।

## মেনকুপ মপী

**যাওযাও** – তাজববা মাগী নামবু পামজদে খক অমা ওইববোই।

**আমি মধুহিনী** – বস খিবিক হৌবকফম ওইবা নুঙাইবগী তুংনফম ওইবা
শোঙ্গে কৃষ্ণ নামবু যদু নন্দনা।

## মেনকুপ

**হাগৌরাঙ্গ চান্দা** – তাজবদা নন্দিমুখী হবাও মথোয কাজখি হাযখি,
অসুম্না ঐঙোন্দা অতৈ কযা অমা।

**জম্মে** – নন্দিনা হায ভাগবতী উজবক্লে ঐদি শেংনা ঙক্লে
উকুবদা হকথেংনকুবদা শুক্ষৎলেনে ঐগী থম্মোযসে।

**কৃপাদরী** – প্রেমগী মযোল চোংলেনে লেংওই কৈদৌঙৈদসু
লৈবাং লৈপুন খুজিল থৌবাং শেমজৈ যদু নাথনা।

**হা শচীনন্দন** – হা শচীগী মচা ওইবা জগৎ জীবগী লান্নফম ওইবা।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – মযেংবম বোযাই সিংহ, হৈবোক।

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা।

পূংযৈবা – যাঙম্বম শ্যামো সিংহ, ৱাংজিং।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুস্ফুমবি) গী মঙাশুবা মেলগী পূংলোন্।

মফম – বড়ঠাকুব শৰ্ম্মা মাণ্ডব
খুবাই লম্লোং বজাব।

তাং ৪। ৬। ১৯৮৯ ইং

• • •

## তরুকশুবা শৈশক

## রস – সং

## রাগ – অশ্বাবরী

**পম্বরে –** ব্রজ শ্রীকৃষ্ণদুনা গৌব-অ ওইববে।
অমুবা কুচুদো সনানা ফুদোংলবে।
হবিনামদো যেনবিববে এ জীবব্ু লানবিববে কান্না
কিবা শক্তমনিসে শক্তমনিসে
সনাদগী হৈনবনিসে শবদ থাবু ঙমজৈনেসে
নাগবিগী মোংফমনিসে।
যেংঙোই কৌবা ঙমদেনেসে, খল্লোই হাযবা যাদেনেসে
কবি শৈবেং ওইজৈনেসে লান্না লম্বী ওইনৈনেসে।

**লোল–** শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা অযুক ঙন্তানা লেঙখৎলদুনা শ্রীগঙ্গাগী মপান্দা ফম্নগা খল্লকই। মমাঙঙৈ ব্রজ বৃন্দাবন্দা শান্নবম্বা হৌখিবা লীলাশিং খল্লুবগা হীক্লা হীক্লা কপচৈ।

## অনিকপা

(নোংমা) অদো বিশাখানা অযুক ঙন্না হৌগৎলেনা সনাবুন্দো পাযশিল্লেনা, যমুনাদা লাকলেনা। মতম্ অদুদা গোপ অঙাং শ্রীদাম সুদাম লোযনবগা শান্নবম্মী থব়ায যাওনা নোক্লা নোক্লা হাইনা মযাম পূন্না। মযাইদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা ফম্মি ঙাল্লি। ইবং লংনা নুমিৎকুম্মা কৃষ্ণনা। শ্রীদাম সুদাম মধুমঙ্গল সখাশিংনা উবেনা।

**শুনগোললিতা–** বিশাখা ঙকচৈনা নুংশিজৈ থম্মোযদা ফুযনা হৌবা নোংহৌবা মনিমক্লি হাযসিবা। উবোক পবেং পাইবিববা নোংথাং পবেং কুপলিববা হাই হাই ফজৈদকো শক্তম অসি নুংশিদকো। যেংঙোই কৌবা যাদেকো যাবোইদৌবিদকো।

**হা সখি ললিতা** – লেপ্লে যেংলে ঙক্লে বিশাখাগী থম্মোয ৱাখল লান্না ফংদবেনা শ্যামগী শক্তম উবদা। অঙাওবগী পান্দমগুন্লে মিৎকুপ্তনা যেংজবক্লে। যেংনা যেংনা বিশাখানা হাযবদুনা খঞ্জবক্লে।

**প্রভু আগমন রুপোপ**– শ্যাম্না সখা মযাম পবেং শঙ্গাযদা লেঙশিনখবে। বিশাখা লৈজহৌবে ঈশিংদো শোকচবে মযুমদা চঙশিঞ্জবে হবাওজবে।

**লোল**– বিশাখানা শোক্লক্লিবা ঈশিংদো থনম্লে। হবাউ হবাউনা মোমোন মোমোন মবেম্মগী নাক্তা চঙশিল্লি।

## ঈশৈ

চৎচবে যৌজবে চঙশিঞ্জবে।
নোকচবে তমজবে উজবে ঙকচবে ঙাওহৌবে।

## মেনগোয়

ফজৈদকো মূর্ত্তি অদো নুংশিদকো শক্তম অদো
কান্না কিবা শক্তমনিদো।
শবদ থাবু হেনবনিদো উবিমক্তা যেংনিংঙিদো।

## অওনবা

শবৎকী পূর্ণিমাবু ঙমজৈযে যেংবদা থম্মোয শুক্ষৎলিযে।
যেংবদা থম্মোয শুক্ষৎলিযে।
হৈ-শিংবা কনানা শেম্বনো যেংঙোই কৌবা ঙমদে।
মাগী পিশুম্না ওইবি কামগী লিকং
মীৎযেংদুনা তেঞ্জিন্না পাল্লে খাঙঙমদবে।
মহাক্কী শক্তমদো উজকবদা চাবা থকপা তৃম্বা কাউঙমদে।
ইবেম্মা বাধিকে যেংলুসি চৎসি জগৎসিদা চাংদমনিঙাই লৈতে
চূড়ানা চেপ্লপা মীৎচিনা ফল্লপ যেংঙিযে হাযবপ শান্নেযে তপ্লপ।
ইবেম্মনা মাগী সেবা ফংলবদি ননাই ওইবী ঐগী থম্মোয পেনগনি।
অনীমক্কা পূন্না ঙানবিবিবা মূর্ত্তিদো ননাই ওইবী ঐনা পামজবিবনি।
খঙনবিযু ঙসি চান্নবিযু চৎসি কথোকপিযু পুন্সি ফিজেৎ,
লৈতেংসি।

## তাঞ্চপ

যমুনাগী তোর্ব্বান মানা শান্নবিঙে কান যেংহৌকসি
চৎপু চৎসি ঐখোয মযাম পূল্লসি।
বিশাখাগী থম্মোযগী ৱাহৈসি তাবদগী
বাধাসি থম্মোযনুংগী ৱাখলসি হেনগৎলক্লি মৈচাকসি।

**আসবে বাকা** — মৈচাক ওল্লে বাধিকানা উজনিংই ইমিৎসিনা
ফংজনিংই সেবা লেপ্পা কবিগুম্বা চৎপা ঐনা উননবা মাবু ঐনা
কচ্চনিংই থৱায মঙা তুংইঙ্গবী ওইনা ঐনা।
লেঞ্জনিংই পুন্সি চুপ্পা লৈজনিংই মনাই ওইনা।
শকচৈ মোহনদাসনা থৌগল ওইজৈ কমলনা।

## মেনকুপ মপী

**নকরুকদর্থন**— ব্যাধমক্লা ফাববা শজিদুগী মতৌগুম
ৱাজবিযে বাধানা খাঙজৈ অঙাওবীগুম্না।
চৎসি হাযবা চৎঙমদেনা হাযসি হাযবা হাযঙমদেনা
ৱাজৈ চাকচৈ ৱাহৈ অসি তাবদগী বাধানা।
মাযথোং অদো মকশিল্লেনা।
তনৌ তহেনবী বাধিকানা শবৎ থাবু ঙমজবী ইবেম্মনা।

## মেনকুপ

মতৌ অসুম বাধিকানা লৈজৈ খাঙজৈ মৈচাক ৱানা
বিশাখাগী ৱাহৈ অসিনা।
হাযদোকচবা ঙমজদেনা লৈজৈ তৃমীন কপ্পা কপ্পা।
থম্মোযদি মৈচাক ওই ব্যাধনা ফাববী শজিদুগুম্না
লৈঙমদে খাংঙমদে ইবেম্মনা।
উদ্ববদাসনা শকচৈনা থৌগনজৈ কমল ননাইনা।

**শৈশিন - শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীলৈমপোকপম মনিশং সিংহ
কোঙেং লৈকাই, ইম্ফাল।

দুহার – শ্রীথম্বৌ সিংহ, অহৈবম লৈকাই, ইম্ফাল।

পূংয়েবা – শ্রীনাউরেম বোকুলজাও সিংহ
চীংঙা মখা লীৱা লম্বী, ইম্ফাল।

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী তরুকশুবা মেলগী পূংলোন্।

মফম – বড়ঠাকুর শর্ম্মা মাগুব
খুরাই লম্লোং বজার।

তাং ৫।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# তরেৎশুবা শৈশক

## রস – সক্ষাৎ দর্শন

## রাগ – ভৈরবী

**নিঋিগুবা ছন্দ**– যেংউ যেংউ ইতা ফজৈ নীংথি গৌবাঙ্গসে।

সুবধনী মপান্দা ভং া শান্নবিবসে।

চাংদম্নিঙাই লৈতেনেসে কযাদা নুংশিবিবসে।

বাধা মোহন যেংজৈ পেঞ্জে গৌব গুনবু শকচৈ শোঞ্জে।

**লোল**– নোং ঙাল্লবদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা সখাগা লাক্লে যমুনা ঘাট্টা। চাইথবা লোইবে খিজেৎ লৈতেংলে। ললিতা বিশাখা লোযননা লাক্লে ইবেম্মা বাধা। স্নান্নচিংবা কযা লোইদুনা বাধানা লেঙখৎলকপা মতমদা কদমগী মখোঙদা কৃষ্ণবু উবদা অঙকপা ওইবে পূক্লিং বাধা। কনানো কবিনো লেপ্লিবা অসি যেংউ হাযজৈ ঘনশ্যাম দাসনা।

**ঈশৈ**

যেংউ যেংউ হে হে ইতা চান্নবী
মনি পবেংলা নোংহৌ মপৈবা
কামদেবনা লৈমাযথক্তা লৈতাবববা
থম্বাল অশংবগী বন্দা বতিগী মবুংঙো কৃষ্ণনা
মতীক মঙাল চাউনা লেপ্তুনা লৈবিববা।
বাধা ঐগী থম্মোযনুংদা কামগী থৌববা
তেঞ্জেনা হন্না হন্না থাবগা মান্নে খাংঙমদবেনা
কবিগীনো ঐনা মাবু অসুক নুংশিবিববু
থবায হকচাং খাংঙমদ্রেদা মাবু ঐনা উকবনা।

**প্রাণ সখিরে** — ৱানা ৱানা লৈবা তাই শাগৈগী ঐনা কাযহন্দবা তাই
চান্নববী ললিতা লাইবক থীবী বাধা ঐঙোন্দা ইতা তাই।
মৈচাক খাঙদুনা লৈবা তাই পুন্সি চুপ্পা ৱাবা তাই।
নোংদম্বনা ৱানা লৈযু হাযনা তম্বীবম্বা তাই 'এ'
নীংজ শোঞ্জদুনা পুন্সি অসে লেনবা তাই
তোল্লি বিধি মাগী খুৎশেম্মা ওইবা তাই।
ৱানা লেল্লু তম্বা তাই বাধা ঐগী মপোক অসে।
মৈচাক খাঙদুনা লৈবা তাই।
নুংশি হৈতেদা নোংদম্বসে ঐবু ৱাহল্লিবসে।
ঐবু অসুক ৱাহল্লিবসে।

## মেনগোয়

ললিতা বিশাখা লাক্লে বাধিকা।
ৱাখল কযা খল্লুবগা লৈঙমদবে শঙ্গাইদা।
ললিতানা হাযজৈ বাধে পূক্লিং তপ্পা লৈবিযুনে।
গুরুজন্না উখ্রবদি ৱাথোক ওইবা তাবেনে।
পূক্লিং তপ্পা লৈবিযুনে।

## অওনবা

গুরুজন্না উখ্রবদি অৱাবা ওইবগনি।
হাযযু তাকউ বাধে নীংথিবী কবি অৱা ৱাখল খল্লি।
লৈমাইথক্তা কবি যেংলি মাযথোং থম্বাল
কবিগী মকশিল্লি যেংঙমদ্রে ননাই ঐদি।
কবিগী অৱাবা ওইবিবি
থম্মোযনুংদা কবি খল্লি, ননাই ঐহাক লৈবী
ৱাখল কযা থাদোকপিবোনে খন্নবসি।

## তাঞ্চপ

ললিতা সখীগী ৱাহৈনা হাযবকই ইবেম্মা বাধিকানা
খোঞ্জেল অমা তাখি ঐনা
কদম মখোঙ্দগী বন্দিগী ঈশৈদা
থম্মোয মহী চেনখি।

মাগী মমিং খঙহল্লি চান্নবী সখীনা
পামজে ঐনা মাবু অহিং নুংথিল অনীদা
উজখিনে যমুনা মপান্দা শক্তমদো
অদু কাউঙমদনা লৈজবনি ঐনা।

## মেনকুপ মপী

কাউঙমদে শক্তমদো কযা নীংথিজবদো।
যমুনাগী মপালনিদো কদমগী মখোঙনিদো।
মীৎতা নাতা ভাব ভঙ্গী যেংদুনতা লৈনিংইদো।
বাধা ঐদি লৈঙমদেদো থম্মোযনুং মৈচাক ওইদো।

## মেনকুপ

**ব্রজরসে ছন্দ** – অৱাবনি অবাবনি বাধা ঐগী মপোক অসি।
শাগৈগীসু মৌনি ঐদি নুপী ওইবী মপোক্নি।
গুরুজন্নসু যেংশিল্লিবিনি থম্মোয মৈচাক ওইবিবীনি।
অৱা মৈচাক খাঙলিবীনি নুঙাইবা ফংদনা লৈবিবীনি।
শক্তম নুংশিবদো উবা ফংদ্রেদ্রো
যেংদুনতা মাবু লৈজনিংবনিদো খৌবাংবা হেলহল্লি।
থম্মোয অসি ঐনা কবম্না হিংদুনা লৈনি।
বাখল অসি উবদা হাযজে উদ্ধবদাসনা।
কবি উপায লৈবি তাকউগবা মাবু ফংজগবা।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীথৌনাউজম অচৌ সিংহ, যুম্নাম হুইদ্রোম।
দুহাব – শ্রীযুমলেম্বম মনাওবী সিংহ, যুম্নাম হুইদ্রোম।
পূংযৈবা – শ্রীলৌবেম্বম অঙ্গো সিংহ, পিশুম হুইদ্রোম লৈকাই, ইম্ফাল।
যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবেৎশুবা মেলগী পূংলোন্।
মফম – বডঠাকুব শর্ম্মা মাণ্ডব, খুবাই লম্লোং বজাব।

তাং ৫।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## নিপালশুবা শৈশক

## রস – চিত্রপত

## রাগ – মল্লার

আরে নিধি – শান্নবি গৌবনা প্রেম্না ককঙাওননা 'এ'
শামুগী শাজৎ ঙমজনা।
নীংথিবা মাযথোংনা পূর্ণিমাগী থানিনগুম্না,
শাজৎনা শামুগী শাজৎ ঙমজনা।
শ্রীগৌবাঙ্গ অসিনা নদিযাদা ঙানবিনা
ঐনা নীংজবা পূম্নমক থুংজনি।

আইস্যজীব – অমুবা শক্তম্না থম্মোযদা চুদুনা।
শঙখবে অমুবা ঙাক্তনা।
অচীকপদা ফমদুনা হাযবকই সখীদা বাধানা
উহনবতনা হিংগনি শ্রীবাধানা।
চেনখবে খুদক্তা বিশাখা সখীনা
যেক্লুনবা শ্যামগী শক্তম নীংথিনা।
উৎচগে নীংদুনা বিশাখা সখীনা।
হবাউ হবাউ হল্লক্তুনা।
পুবক্লে চিত্রবট উৎলবে মনাক্তা
উহল্লে বাধাগী মীত্তা।
যেংজবে চিংনা চিংনা মীৎলু ঈবা চেন্না
লৈথবক্লে লৈমাযথক্তা।
মন্দাকিনী ঈহৌবগুম্না মীৎলু ঈবা চেন্না।
জ্ঞান তাহনবিযু উজবা ফংহনবিযু
তক্লৈ উদ্ধবনা।

## মেলতেক

**দুখিনী রাই –** যমুনা মপান্দা উজখিবদো
উবিবসিনি চিত্রবট অসিদা।
হাযখিবদো মমিং বিশাখানা
ইবি মদুমক অযেকপসিদা
তাখিবদো ঐনা মুকুলি মখোল
খোংখিবদো মানি মহাকসিনি।
মগুণ তাখিবদো বন্দি চীন্দগী
সখীনা মাগী মশক তাকখিবা।
হুবনি থৱায মহাকসিতনা
অতৈ কনা অমা নত্তে ইতা।
লেকথবক্লে অসি হাযনা হাযনা
কোনখৎনবে সখী মযাম চঙনা।
তাবকপদা জ্ঞান হাযবকই অমুক
উজখিবদো উহল্লু অমুক।
ইংথহঞ্জখি অমুক সখীশিংনা
লেংজৈ ঘনশ্যাম দাসনা।

## তাঞ্চপ

ইতা চান্নবী লুপখবে ঐগী থৱায মীশক অহুমদা
বাঁশী খোংবা অমা, কৃষ্ণ কৌবা অমা
চিত্রবটনা মীশক অমা।
সখীনা হাযজৈ-অহুম নত্তে নীংথিজবী
মথন্তনি শ্রীহবি।
মহাক্তনা শুম্মৎপনি ব্রজেশ্বরী বাধে।
অদুমকপু ফবে, নুংশা থীবা কোক্লে
থাববোইদো থৱাযমক্তি।

**জানে সখী –** চৎখবে খুদক্তা সখী অদো হৌগক্তুনা তাফিং-তাফিং।
খঙহল্লুবে শ্যামগী কাদা বাধাগী অৱাবা।

তাকপিবকই কৃষ্ণনা লৌনম তৌবা ৱাহৈনা
তাবদা সখী অদো হল্লকই কপ্তুনা
মফম অদুদগী হীক্লা হীক্লা কপ্লদুনা।
বাধাগী মফমদা হীক্লা হীক্লা কপ্লদুনা
হঙ্গচ্চবি থৱায শোক্লা সখীনা।
হেনগৎলিনে মৈচাক অদো থম্মোযনুংদা বাধা।
হঙ্গচ্চবা ঙমজদবে মতৌ উবদা।
চানবিদ্রগা কৃষ্ণনা ঐবু দোষ তৌগনি কবিগী নঙবু।
কপকনু সখি, অবেম্বদা লৈববোই থৱায ইশাসিদা।
পীনৌ নতেং অমত্তংদি হযেং ঐনা শিববকান্দা।
মৈদসু থাবিগনু ঈশিংদসু থাদবিগনু।
লৈজসনু তমাল মশাদা যান্দুনা কংনা বৃন্দাবন্দা।

## অওনবা

প্রেমগী ইবৈনুংদা লূপখবে বাধা
খঙ্ববম্মী চেৎনা ফংজগনি লাযনা।
সখীদগী খঙলে নুংশিবীদে উবে।
চঙই তমাল নাক্তা শিগে ৱাখলদা
ইশাসে অসুম্না লৈবসনু বন্দা।
যাল্লুবে পাম্বোম্না তমাল মশা পাযনা
খঙসনু শিবগা তাইবংপালনা।
শিজবনি ইথন নত্তে নঙগী নবাল
পাপ চেনবীনি ঐগী হকচাং।
লৌজহৌবো মনি পবেং শিজহৌবো একাবলী
নঙনা ঐগী থৱায শকপীনি।
উহন্দুনা চিত্রবট কনখিবনি ঐবু নঙনা
উবি ধ্যান্দা শকফম অদো।

## তাঞ্চপ

মদনবু শুক্মৎপা মুরুলী থোনবা
মূর্ত্তিনি থম্মোযগী চেৎনা লাচ্চবা

প্রেমগী মৈনা ৱাববী
প্রেম ঈপাক্তি যৌঙমদবী
খাঙজৈ অসুম ওন্না থোইনা।
চঙলক্লি নীংথিবী নীংথিবা তমদুনা
হবাওজৈ যদু নন্দনা।
কুঞ্জনুংদা চীক্লবা, উনবা অনীনা
লুপখি ইকায ঈবোন্নুংদা মাযথোংনা লৈখাতম।
তনৌজবী লৈবাং মাযথোং মদনগী কাযদোংফম।
তোংলবে খোযবাবা উবে লৈহী চোনবা।
পঙজবিবী পোমশাৎনবী খাঙজবি তনীক তনীক
শকচৈ উদ্ধবদাসনা ঙাওচৎননা।
শকহেনবী থানিলবু ঙমজবী
লৈতেংবীবি পেন্না নাগব শ্যাম্না
চঙশিন্দুনা মাঙদা যেংজবি সখীনা
শকফমসে অনীগী বস কযা চেনবা।

## প্রর্থনা

পীনবিযু কৃপা মবীক কচৈ খাক্ত লৈজবা খিবিক।
চঙজদুনা চবণ খাদা নিজৈ থৌজাল ননাই ওইবা
কচৈ পূম্বা থৱায হকচাং হীক্লা হীক্লা কপ্লা খোম্থাং।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীইবোমচা সিংহ, পৌবাবী
দুহাব – শ্রীলাইবেনলাকপম মুহোল, ফক্কুং
পূংযৈবা – শ্রীহৈস্নাম বাবুমচা সিংহ, নাগমপাল, ইম্ফাল
যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিপানশুবা মেলগী পূংলোন্।
মফম – বডঠাকুব শর্ম্মা মাঙুব, খুবাই লম্লোং বজাব।

তাং ৫। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## মাপলশুবা শৈশক

## রস – স্বপ্ন দর্শন

## রাগ – বেলাবলী

**গৌর করুণা**– তাওনে ইতা তমগে ঙসি মণ্ডলানগী ৱাবী শাগেনে।
উখি ঐনা গৌবঙ্গবু সুবধনি গঙ্গাদা ঈকুজবন্মী।
বাধা নামবু শোল্লি তোযনা মাযথোং থম্বাল ঈহৌবক্লে।
মন্দাকিনী ঈবোং কযাগী মতৌগুম শীহুবিনে মীৎকী পিবাং।

**নবদ্বীপ অবতরি**– হাযফম খণ্ডদে যেংবগী পেনবা নাইদে কবিনুংগী উকুবনো।
শোযবোই শোযবোই নন্দগী মচাদুনি।
মনুংদা লোৎশিল্লে ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি মপান্দা ফোঙলিদো বাধাগী কুচুনা।

**লোল**– নদিযাদা নাগবী অমনা মঙগী ৱাবী তম্বা তাবদা নাগবী অমনা হাযবকই- ''ইতা শচী বানীগী মচা গৌবসে অচম্বা নত্তে। যুগ যুগ খুদিংদা অবতাব তৌবিবি। অদুবু কলি যুগ অসিনা অথোইবা অবতাবনি।''

**জয় শচী নন্দন**– যুগ যুগ খুদিংগী কলিনা অথোইবা অবতাব
খিবিক্তগী গৌবনা অহেনবা।
ব্রজগী অথুপ্পা প্রেম পুবক্লে নবদ্বীপ্তা জীবনা শিন্নবে
পাম্মুবা লৈতনা গৌবহবিনা।
ব্রহ্মানা ফংদ্রবা শিবনা ফংদ্রবা ধ্রুবনা ফংদ্রবা ব্রজগী নুংশিবা প্রেম
জীবদা পীনবে পাম্মুবা লৈতনা গৌবহবিনা।
কনানা হায নন্দগী মচা অমুবা নোং শংবান্নবা
ব্রজগী নুংশিবা ঈপাক্তা অহিং নুংথিল তাউবক্লে।
মনুংদা মুবে মপান্দা ঙৌবে ওহ্লোকপনি গৌবসে।
অসিগুম্বা বস শকচৈ বাসু ঘোষনা।

**লোল**– নোংমা নুমিৎ অমদা কৃষ্ণগী মণ্ডলান্দা যমুনাদা সখীশিংগা লোযননা ঈকুজবিঙৈ শ্রীমতী বাধিকাবু উকুবে। শ্রীকৃষ্ণ মঙফাওনবে, হবাও মথোয কাবি পূক্লিংদা, খল্লি থম্মোয বাগতনা। মাঙওইনবি লৈপুল ৰাখল, লংলা লংজিন থিবি অচীকপদা তূমীন্না ফমদুনা।

শ্রীকৃষ্ণগী অৱাবসি উবদা সুবল সখানা হংলকই– "ইতাও মাযথোং মকশিল্লি, পূক্লিং লাঙতক্লে কবি ৰাখলনো অখাকপা লৈতনা তন্বিযু শেংনা। কবি অৱাবনো পাঙথোকপিগে ঐনা লাযনা যেংজৌ মীৎকুপ্তা।"

সুবলগী ৰাহৈ তাবদা (কৃষ্ণ) যেংলি থাজৈ ঙমগনি খল্লি। সুবলবু যেংদুনা হাযবকই।

**ভায়বে সুবল** – তাওনে সুবল নঙনা হংলিবদো
সখীশিংগা লোযননা যমুনাদা ঈকুজবিঙৈ
শকহেনবী অমা উকুবে ইমিৎসিনা
কবিগবু চাংদম্নগনি মগুণবু।
নীংথিজবী কযা লাকখি যমুনাদা তোমথিন ঙাল্লি।
মহাক্তনা শক্তম মগুণ মতৌনা হুখ্রেনে থম্মোযসে।
মীৎচিনা খোযকুম নোকপদো থৌববা তেঞ্জিল ওইববে।
থিন্দৎলবে থম্মোয থূম্না মৈচাক খাংঙমদবে
হিংগনি নীংদবে সুবল।

**লোল**– সুবলনা, ইতাও অদুগী ওইবে চিন্তা তৌবিবা। মাযথোং মকশিল্লিবা, নুঙাইনা লৈথোকউ। নঙগী থম্মোয হুবাল্লিবীদো ফাবিগে, চিংবিগে সুবলগী মন্ত্রনা। মখোঙনা থোংনা লাকচগনি ৰাবিনু নুঙাইনা লৈবিযু। তাবদা কৃষ্ণ হবাওজদুনা সুবলবু চেৎনা কোল্লি। বাইকিশোব কবিনা হাযজৈ– "ৰাবিগনু ইবুংঙো সুবলগা লোযননা শ্রীমতী বাধিকাগী লৈফম তম্না লেঙবীবো।" অসোমদা শ্রীমতী বাধাসু মঙলান্দা শ্রীকৃষ্ণবু উখি। ফজবা মূর্ত্তি নোংহৌ ঙমজবা শকফম উবদা থৱায হকচাং লোইনা হুখি অমসুং চিংখি। মঙ ফাওববদা খঙহৌদনা তুচুংখি (ইবেম্মা)। ৰা অসি মতাং অসিদা দশনি দশা ওইখি।

পূর্ব্বরাগগী ভাব ১০ (তবা)

১। লালসা, ২। উদ্বেগ, ৩। জগবণ, ৪। তানব

৫। জবতা, ৬। বৈযাগ্য, ৭। ব্যাধি, ৮। উন্মাদ
৯। মোহ, ১০। মৃত্যু।

১। লালসা – শ্রীকৃষ্ণ ফংনিংবগী মযাইনা ৰাখল যৌনা যৌবাংলকপা অদুবু লালসা কৌই।

২। উদ্বেগ – পূক্লিং লাঙবা উনিংবগী মযাইনা যৌবাংলকপা অসিনা ওইবা মতৌবু উদ্বেগ কৌই।

৩। জগবণ – বাখল তত্তনা খনবা অহিং তুম্বা যাদবা অৰাবা মতৌবু জগবণ কৌই।

৪। তানব – নাযক্কী ৰাখলদা হেঞ্জিন্দুনা কোক ঙাওবা শিবমদাইগী থাজনা নোংমা নোংমা মযেং তাবকপা মতৌবু তানবং কৌই।

৫। জবতা – লাইনিংবীগুম ফিঙাং শেৎলগা ফমখিবা মফম অমদগী লেঙদবা মীনা কৌবা ঙাঙবা তাদবা খুমদবা মতৌবু জবতা হাযনা কৌই।

৬। বৈযগ্র্য – থমোযনুংগী ওমজাক্লবা মৈবি খাংবদা ৰাবা মতৌবু বৈষগ্য কৌই।

৭। ব্যধি – নুঙবংবা ৰাখলগী লৈনানা নোংম-নোংমগী শোথবকপা মতৌবু ব্যধি কৌই।

৮। উন্মাদ – ঙাওচৎনবকপা মতৌ অসিদা তানবং, জবতা, ব্যাধি, উন্মাদ মবিসি পুল্লি।

৯। মোহ – জ্ঞান মাঙদুনা লৈমাযদা হাইথবা লেঙবা ঙমদবা মশাগী থৰায ফাওবদা লুনা তৌদবা মতৌবু মোহ কৌই।

১০। মৃত্যু – শিবগে হিংলুদুনা কবিবু কান্নগনি হাযনা লেপ্তুনা থৌবাং তৌবা মতৌবু মৃত্যু কৌই।

অসিগুম্বা পূৰ্ব্ব বাগ সঞ্চাবনি ভাব তবা অসি শ্রীমতী বাধাদা ওইখি। অৰাবা মতৌ অসি উবদা চান্নববী সখীশিংগা লোযননা নন্দকিশোব দাস কবিনা হঙ্গচৈ– "বাধে ৰাবিকনু"। ললিতানচিংবী সখীশিং হংজৈ– মতৌ অসি কবিদগী ওইখিবনো।"

**প্রান বন্ধুর লাগি**– প্রেম্নী থম্মোয শুম্ধৎলিবী বাধা নীংথিজবীনি। তাবদা সখীগী ৰাহৈ হাযজবকই কপ্লা "তাউনে তমগে চান্নজবী থম্মোযনুংগী ৰাবী।" হাযজবকই নাপ্ল চীক্লা (নন্দকিশোবনা) ঙসি মঙলান্দা উবম্বা ইমিৎসিনা নোংহৌ নোংথাং কুপফেৎলক্তা মীৎযেং ব্রজ তাখি।

**হায় কি হইল**– কবি ওইবসিগে চান্নবী ইতা ললিতাখোয। চৎনা লমচৎ মাঙলমগনি মঙলানমক নৎলমদ্রবদি। ফজবদা চাংদম লৈতে হুবিখ্রে থম্মোয ইকায ইকি ৱাংমা লাল্লে। মুকুলী খোঞ্জেল তাবদা কচ্চখ্রে মাগী শ্রীচবন্দা।

## চারিতাল

শকখঙদবা মহাক্না ঐবু তবাম্না কৌবিবম্মী। থম্মোয লাযনা হুখিদো ইতা। অসি হাযবল্লগা বাধা লৈমাযথক্তা ৱাম্বখ্রে। সখীশিংনা চেনশিল্লক্লে। মবেম্মবু কোনখৎচৈ। নন্দকিশোব দাসনা হাযজৈ তপথবিযু বাধে।

## মেনবুং

ফৃযনা নোংহৌ ঙমজবা সনাফিগে থোনবা কামদেব ইবুংঙোদো শক শকহেনবনি। অতৈ নত্তে নবুংঙোনি শীঙনি ঐখোযনা। ৱাকনু চিংনকনু নুংনাংবিনু পূক্লিং তপথবিযু।

## অওনবা

**তুযাপাবে**– পাউদমখবে ললিতানা বাধা নাপ্পা চীক্লা
তাজবদা শ্রীবাধিকা হৌজৈ থম্মোয ঈথক।
ফিজেৎ লৈতেংজবে খুৎহৈবী ললিতা
লেঙশিল্লি বাধা কুঞ্জদা মিম্না থম্বাল মানবী শাজৎ নীংথিজবী
ঙংনা ঙংনা খোইমুশিংনা ককঙাওনৈ।
কাংঙ মানবী শাজৎ থোৎনা মেঙবী মাযথোং
খ্বাঙদা কিঙ্কিনী থোল্লি, খোঙদা মনি নুপুবনা লৈতেংলি।
ইবুংঙোগী নামবু শোল্লি কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাযনা।
শৈবেংলি হবাউনা হবি বল্লভদাসনা
তপথবিযু বাধে নবুংঙো ফংগনি।

**সাজ করে**– লাক্লে কুঞ্জদা নীংথিবী বাধা ললিতানচিংবী লোযনবী সখীশিংগা
থকচানৈ বাধা কৃষ্ণ কোযনা যেংলক্লে।
মবোল খঙলে শ্রীৰূপ মঞ্জুবীনা।
ঙাঙবগা শকপগা তীকপগা তাকপগা
পুশিল্লক্লে ললিতানা কৃষ্ণগী মাঙদা বাধা।
থৌগঞ্জে চামোব শ্রীৰূপ মঞ্জুবীনা।
থকচান্নে ইবেম্মা লোন্না যেংজৈ মবুংঙোবু।
মবোল খঙলে ললিতানা ঈঙ্গিৎ তৌই কৃষ্ণদা।

**লোল**– শ্রীকৃষ্ণগী অৱাববু সুবলনা শিল্লি। বাধাগী অৱাববু ললিতানা শিল্লি। সুবল ললিতা অনী তান-তান্দুনা। বাধা কৃষ্ণ অনীমক সঙ্কেত কুঞ্জদা লেঙশিল্লি ললিতাগী ঈঙ্গিত খঙদুনা। সখা সখী লোইনা কুঞ্জগী মপান্দা থোকখবে। বাধানা শ্রীকৃষ্ণগী ৰূপ উজবদা মাযখুমফি চিংথৈ মবুংঙোবু লোন্না যেংজৈ। ইকাযথিবী মতৌ উবদা কৃষ্ণনা খুৎলৈ থুনা মাযথোং মাযখুমফি হাংদোকই। কৃষ্ণনা পান্বোম তিংথোক্তুনা বাধাবু ওযদা ফম্হল্লি। নাপ্পা-চীক্লা পাউদমখি মহৈ মহৈ মুৎখি প্রেমগী মৈবী। অনীপূনবা শক্তম যুগোলৰূপ ওইবে। তাঞ্জা খঙলদুনা সখীশিংনা মবুংঙো মবেম্মা অনীবু থৌগঞ্জে। অনীগী শ্রীচবন্দা থৱায হকচাং কচৈ।

**ব্রজবিধু প্রাননাথ**– চানবিযুকো চঙজবি চবণ থন্বাল নিজবি বাসেশ্ববী শ্রীগোবিন্দ।
মপোক মপোক খুদিংমক্তা চিংশিনবিযু চবণ নাক্তা।
থৱায হকচাং খাইনবমদাই উনা উনা থাজগে থৱায।

**মেনকুপ** – কুঞ্জগী মবুংঙো মবেম্মা, চানবিযু চানবিযু।
তোল্লবা ননাইনি খনবিদুনা অনীনা পামজববা নুংশিজবা
চবণ নাক্তা থন্বীযু।
খঙজদে হৈজদে লৈশি লৈথোঞ্জবা পেনবিননবা নিকুঞ্জ মনুংগী
অনীগী থৌগন্তদি পীনবিযুগবা।
কৃপাগী থৌবিনা পুন্সিনবিদুনা চিংশিনবিযু শ্রীচবণ তম্না
ঙালহনবিযু মল্লবা থম্মোযবু যাওহনবিযু লীলা খুদিংবু।
হে ইবুংঙো, চূড়ানা লৈতেংবা ফৃযনা নোংহৌ ঙমজবা
বাসেশোবীনা ওযদা, লেপ্লিবা মূর্ত্তিদো পামজৈ উজবা।
স্বপ্নদর্শণ পূর্ব্ব বাগগী যুগোল ৰূপ অসিবু
শকচৈ ননাই কিশোবদাসনা।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীনিংথৌজম অভিবাম সিংহ, খাংঙবোক
দুহাব – মনিঙো, লমদিং
পূংযৈবা – শ্রীনোংমাইথেম গুন সিংহ, খোংজোম
যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী মাপলশুবা মেলগী পূংলোন্।
মফম – বামজী প্রভুগী মাণ্ডব, নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৱাঙ্খৈ, ইম্ফাল।
তাং ৬। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# তরাশুবা শৈশক

# রস – রতি ভোগ

# রাগ – পূরবী

**কালববন**– নুংশিবা মোমোন নোকপা মীনোক।
শবৎ থানিলবু ঙমজববা গৌবাঙ্গগী শক্তম।
তৃংনফমনি মাযথোংনা থৌজান ঈপাক ইবেনগুম্না।
কযা ফজৈ শাবান্না লেমজৈ কযা শাজৎনা।
তুজুংলি মীকুপ খুদিং মন্দাকিনী ঈচেলগুম্না।
মিস্না থম্বাল অনীদা শিঙ্ছবি পিনা থিংঙমদনা।
কযা ঈংলমগবনো মখোঙ থম্বালসে।
ঈথৌ লাংজৈ ভক্ত খোইমুশিংনা মিতাজৈ প্রেমগী লৈহি।

**পূর্ব্বে ব্রজে**– নোক্লি তোযনা তোযনা খঙদে অহিং নুংথিল
ওল্লি লৈমাযদা অঙাওবগুম। তাইবং পুক্লিং পেন্নবা ফোঙলি বস অদুগুম্বা
খঞ্জে অসুম যদু নন্দনা।

**গোকোটিদান**– কবিগী উকবা কদম মখোঙদা বস পূনশিন্দুনা অবৈমখৈ শেম্ববা বিধিনা অমুবা নোংহৌসে। সমজোয শম্বুন্দা নীংথিনা যেৎলি কোযনা মালতীনা। খোংলি মুকুলী নুংশিনা। অশংবা মনি ঙমজবা চাক্লবা থম্মোয ঈংহনবা মঙান। হোৎনদুনসু ফনা ৱানা থাদোকপা ঙমদ্রে শ্যাম বাপ্লু লাকঙমখিদে ইযুম তম্না। লৈখ্রে পূক্লিংদি মনাক্তা লৈবিসিদা ইশাতদি হিংলুগনি কবম থৱায যাওদনা।

**বাকা**– লৈখ্রে পূক্লিংদি আদা লৈবিসিদা হকচাংসিতা
ইকায ইকিদি লৈগনি কবম

তাইবং মপূ শ্রীহবিদি শুম্মৎপনি নুপীতবু।
হাযজৈ পাপী ভবানন্দনা।
ফুযনা হৌবা নোংগী কুচু লেপ্লবে কদম মখোঙদা
শুম্মৎনবা নুপীমখৈ।
পাঞ্জদুনা মীৎ লখা যেংজনিংই কুপ্পা লৈতনা।
যুগ চাম্মা ধ্যান তৌজদুনা যেংজনিংই কুপ্পা লৈতনা।
থম্বাল লৈকা মানবা মিম্না মোমোন নোকপা
হাইনোক মীনোক যেংজনিংই। কুপ্পা লৈতনা।

## চারি তাল

মথেক অহুম থেকপা শাথেক শবৎ থনিন ঙমজবা
মাযথোং উবদা ফাঙমদ্রে থৱায অসে
বৈষ্ণবদাসনা হাযজৈ লৈহৌবসনু থৱায অদো
থকহৌবসনু অনৌবা নোংহৌ চৎলবোইনে ইতা যমুনাদা ঐদি।
পূক্লিং অসে ফাঙমজদে হাযদোকসি হাযঙমদে তাকতবসু ঙমজদে।
নুমিৎ তাবমদাই মতমদুদা কুম্লুই যমুনাদা ইথন্তা।
কবিনুংগী উকই শ্যাম শকহেনবদো তম্লিবনি ঐনা নথন্তদা।

**লোল**– ইমিৎ নোংইন অনীসিনা উখিবদগী নোংমা শ্রীহবিগী চবণ অনী কুঞ্জনুংদা হৌবি পাম্বী। খোযজঙদবে খোযদাদবে ইথৌ ইশিন খঙখিদবে। লৈতাদবে পূক্লিং অসে কমদৌগনি খঙদে ঐসে। কালিন্দীগী ঈশিংদা অকুবা ইবেন্দা লোম্লগেনে পুন্সিসে।

**ভাগ্রবতী** – মদনবু ঙমজবা মুকুলী থোনবা লোৎতুনা থম্মোযনুংদা মাবু
গুকজোন্না হাযবগা নখোযনা হংলগা
তম্বিযু নখোযনা খঙদে উদে হাযনা ললিতানচিংবী সখী নুংশিবী ইতাখোয
উন্নসিকো কোন্না অমুক পোক্লবগা ঐনা।

**রতি সুখ**– লাক্লেনে হৈশিংবী ললিতা সখী
খোঙদোয তোযনা হুন্না কৃষ্ণ লৈফম থিনা।

যৌবক্লেনে কেলি নিকুঞ্জদো ফংজকবে নোংহৌ ঙমজবদো।
হনখ্রেদো তন্না হবাও মথোয কানা
থৱায হাপ্লে বাধিকা নুংশি পান্দম খোন্না।
লেঙশিনখ্রে শ্রীকৃষ্ণ মাধবী কুঞ্জদা
লৈবি সঙ্কেত মতুংইন্না ঙাইবি হবাউনা ফিজেৎ লৈতেং লোইবদুনা
লাক্লে লৈবু থিদুনা
সখীশিংগা লোযনদুনা কুঞ্জ পাংনা বাধা।

**সিথাযে সিন্দুব**– লাক্লি বাই বৃষভানুনা পোকপী শামু শাজৎ ঙমজববী বাধা।
ভক্তিনা লৈতেংলবী প্রেমগী শক্তম ওইবিবী
তাইবং পূক্লিং হুবিবী বাধা।
শাজৎ খোঙথাং তপচবীনি তপচবদা ফাওবিবিনি।
হবাউনা হঙ্গোইনা ইল্লকপা ইথক্লা
যৌফমদি যৌজবে চঙশিনবদি ঙমদে।

**থমকি**– পঙজবী নৌজবী ইকায লাংদা লাকহৎপী।
কিজৈ নিকচৈ চঙশিনবদি ঙমজদে।
উবদা মতৌদু ললিতা হৈশিংবী
নমদুনা চিংশিল্লি লেপ্লি হবিগী মাঙদা।

**দখিনে ললিতা**– নোংগা নোংথাংগ পূল্লে থক্তা তাম্ফা থিল্লে
শ্যামগী নাক্তা ইকাযথিবী বাধা।

**বাজ পন্থে**– লুপনৈ মুন্নৈ থকমিন্নজৈ মপোক মহৈ যাল্লে খন্নৈ
পেনবা লৈত যেংজৈ সখীশিংনা।
শ্রীবাধা গোবিন্দ অনীবু যেংজৌ
ঈংলবা চীক্লবা মঙান্তগী ঈহৌ।
নীংথিবা মঙাল ওইথোক্তবা শক্তম
অনীমক্লা অমত্তা ওইবা সনাদা তম্ফা থিন
নোংলক্তা নোংথাং কুপ, যাজবি অমৃত চেক্লা লোইননা।
ককঙাওনবা খোযবাবা লৈবাং লৈহি মিতাবা

লৈহি চুপ্লি পেন্না নীংবা থুংনা।
ঙাল্লিযে অঙকপা ওইনা তঙ্খাই অনী মচু তোপ্না
অমনা অমুবা অমনা ঙৌবা শকচৈ গোবিন্দ দাসনা
মীৎলু ঈবা ঈবোইননা অঙকপা লীলা যেংদুনা।

**শুন শুন**– পূক্লিং থুংনা শ্রীকৃষ্ণনা সাজন ওইবে
বাধিকা ঙাঙ্গোইবি অনীমক্না লৈগী শয্যাথক্তা

**ভাবনিধি**– নীংথিজবে যেংউ কুঞ্জনুংসে ঙাল্লিনে চীক্লা
ব্রজনব যুববাজ শকহেনবী শ্রীবাধিকা।
সনাদা তম্ফা থিল্লে নোংদা নোংথাং কুপ্লে
প্রেমগী ঈথক হৌবে ভক্ত খোইমু ইল্লে।

**লোল**– হে বৃন্দাবনগী মবুংঙো, হে বৃন্দাবনগী মবেম্মা, নিজৈ পঙলবা ননাইনা অৰা তেংথা ইৰাহৈনা। চানবিযুনে চঙজবিনে নখোং খুযাখাদা। কৃপামৃত ঈবীক পামজৈ প্রেমগী মবীক।

## শৈশিন– শৈশক লোইরে।

| | | |
|---|---|---|
| ঈশৈ শকপা | – | শ্রীবাজমুহোল, লাঙথেল |
| দুহাব | – | সাপম মনিচান্দ সিংহ |
| পূংযৈবা | – | শ্রীখুন্দোংবম থানিঞ্জাও সিংহ, অৰাং পোৎশংবম |
| যৈখিবা | – | বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবাশুবা মেলগী পূংলোন্। |
| মফম | – | বামজী প্রভুগী মাণ্ডব, নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৰাঙ্খৈ, ইম্ফাল। |

তাং ৬। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# তরামাথোইশুবা শৈশক

## রস – কালিদমন

## রাগ – কানড়া

**লোল–** শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভুনা প্রেম্না ঙাওখিদুনা লেঙলক্লে যমুনা মপান্দা উবে কালি নাগব নীংশিংলক্লে কালিনা থৌগঞ্জে ষণশেন্নহাশিংনা কপ্লখিবা ব্রজপূন্বা মিপাইনৈ, মীযাম পূন্বা বার্নাখ।

হবিবলিবে– নন্দ যশোমতী ঙাওচৎনখি ঙন্না গোপ-গোপী কযা কপ্লখি থৰায বাখিনেসে।

কালিদেখি – ব্রজবাশিশিংনা বাখি ফাওগৎলকখি নাগববা।

শচী – লেপঙমখিদে লৈমাযথক্তা প্রেমগী ধাবা শিন্থবক্লে।

### তিনতাল

পুন্য – কদাই ঐগী ইমা যশোদা শ্রীদাম সুদাম কৈদা লৈখ্রে।

জয শচী – কৈদনো ঐগী চান্নববী শ্রীবাধিকানা কপ্লি
মতৌ অসুম্ লেপ্পা লৈতে অসুম।

হবিনাম – নোংমা নুমিৎ বাম যাওদনা সখাশিংগা
কালিন্দী মপান্দা ষন শেনখি কৃষ্ণনা।

ভাললে – ষণগী শল্লুপশিংনা মশিং থীবি কোযনা
চাবি শজিক মফম মফম খুদিংদা।

যেমন – নুমিৎ থেঙজিল্লক্লে নুংশানা চাকশিল্লক্লে।

অকিন – খৌ চবম কংলক্লে।

পূর্ব্বে – অবাম খৌবাংবনা ৰাবে নুংশানা চাকশিল্লক্লে।

পুন্য – কদাই ঐগী ইমা যশোদা শ্রীদাম সুদাম কৈদা লৈখ্রে।

আছেগ্রাম – তোযনা তোযনা কৌবি কৃষ্ণনা কদায়
ইমা যশোদা শ্রীদাম সুদাম কৈদা লৈখ্রেনে।

প্রানবন্দুব - খৌবি চবম কংলেনে খৌবাংবন চাক্লে।

এসুখ – কৃষ্লে যমুনাদা হুগী ঈশিং থক্লে ষণবী ষন্নাউ ষণশেন্নহাশিংসু।

কলঙ্কিনী – ৱাক্তখবে পৃথী লৈমায মথক্তা যমুনাদা চোংথবে শ্রীকৃষ্ণনা লূপখ্রে
ঈবোন্নুংদা লৈহৌবা সখাশিং লোইনা কপনবে।

আনাপ্রান – কপ্লবক্লে লাউনবক্লে যমুনা মপান্দা সখা মযাম।

জানেসখী – গোপ-গোপী কযা কপখি থৱায ৱানা
ওনখি লৈমাযথক্তা ব্রজবাসীশিংনা।

প্রান প্রিয – তাবদা গৌবনা প্রেমনা ঙাওখি। এ। লেপ্লখিদে লৈমায থক্তা
থম্মোয মৈচাক খাংঙমখিদে। কদায ঐগী ইমা যশোদাবু তোযনা
তোযনা কৌবক্লে।

হা হা – কপ্লি মতৌ অসুন্না লেপ্পা লৈতে ব্রজবাসীশিং
ৱাজবি মাধব অসুন্না।

জ্বালা – নন্দ যশুমতী গোপ-গোপী খিবিক্লা বলবাম যাওদনা ষণশেনখি,
কাহ্নাইগী কবি থোক্লগবা লোইনা খন্নবে।

হা হন্তং – পাউদমলকই যশোদা বানীনা মঙদা উবিবা ৱাবীগুম্মী।

মমপ্রান – নোংঙাল্লমদাইদা উখিবা মঙনি।

হে দেগ – লিলনা যেৎখি কোযনা তোযনা হু কামশিনখি।

অন্তব – মিপাইনৈ তাবদা কৌনৈ কাহ্নাইবু
উদবে মাবুদি কৃষ্ণ কৈদা লৈখ্রবনো।

কেমনে – কপ্নৈ লাউনৈ সখা মযাম যমুনা মপান্দা।

**মেন**

লেখনি – হাইহৎনবি সখা মযাম লৈমায থক্তা তুখবে।

তবকুণ্ড – মাধব দাসসু যাওবি ৱাব মযাম তুবা উকুবদা।

## অওনবা

বারল — নন্দরাজনচিংবা নন্দরানিনচিংবী ব্রজবাসীশিং মীয়াম পূন্না।

নন্দেবী — কৌনরক্লে কাহ্নাইবু তোয়না য়ৌবক্লে সখাসিং কালিন্দি মপান্দা।

রাই — নিন্নবক্লে ময়াম।

প্রিয়াবর্জনি — শ্রীদাম সুদাম মধুমঙ্গল হৌগৎলুরে নখোয় কৌনে ইমাগী গোপালবু।

একেলা — তাগনি শোযদনা কৌনে অমুক্তা পূন্না ইচাবু।

শ্যামচান্দ — থোকখির্বানি অযুক্তগী লাম্লন্নগনি চাক ৱারম্লগনি।

হরে কৃষ্ণ — মায়থোং চোৎলি পিবাং শিন্থে।

হামু দুর্ভাগিনী — কপচৈ শ্রীরাধিকা লোয়নৈ সখীশিং কপনৈ পূন্না লাউনরক্লে। চান্নববী মতাশিং কৃষ্ণতবু খঞ্জবীশিং।

বারলাগি — মনাই উদ্ধবদাসনা উগনি চৎসি ঐখোয় ময়াম।

## তাঞ্চপ

প্রান সখিরে — ব্রজবাসীশিং উবদা ফাওগৎলেনে
খুত্তা বাঁশী পায়রদুনা
কালি মতোক্তা জগোয় শানা।

উপায় — মোমোন মীনোক্লা পূক্লিং হুরি উবদা ময়াম হবাউনৈ।

লোকে — থৱায় ফংলে হবাউনবে ৱারম্বা পূন্না লোইনা মাঙ্খ্রে।
নেৎলি মতোক খুদিং খোঙথাং চান চোংলদুনা তাঞ্জা
চানা চোংদুনা নমথৈ নাগর রাজবু।
তাঞ্জা চানা চোংলদুনা থেক্লা লৈনা জগোয় শারি
য়েংবদা পূক্লিং হূরি।

## মেনকুপ

যাও যাও কালাচান্দ—হূগী মৈনা চাক্লম্বা কোক্লরেনে খুদক্তা

কোক্লবে ব্রজবাসীশিং, ৱাবন্থা কোক্কুনা
মিত্তগী পিবাং শীছৈ চিংনা চিংনা যেংনৈ।

কাহ্না নিল – মশকমকপু শুম্মৎনৈ পেঞ্জে মযাম নুঙাইজবি।

লে লে – অৱাবা কোক্কুনা হবাউজৈ পূন্নমক
নুংশা থীবা মাধব দাস যাওনা।

তোমাল – মুন্না যেংজৈ সখীশিংদুনা
মখোযগী নুংশিবা ৱাহৈনা পূন্না অনীমকপু থাগৎনৈ
চাংদমসিবা কবিগবু ঐখোযনা।

বৃন্দাবনে – জয ওইবে শ্রীকৃষ্ণনা জয ওইবে শ্রীবাধিকানা।

যাযবে – তোযনা তোযনা লাউনবক্লে।

থমকি – যমুনা মপান্দা সখা সখী মযাম্না
তোযনা তোযনা লাউনবক্লে।

বৃন্দাবন – অনীমক্কী চবন্দা চঙজবনি চানবিযু।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীকোন্সম বসমনি সিংহ, চবাংপাৎ

দুহাব – শ্রীবাবু সিংহ, চবাংপাৎ

পূংযৈবা – শ্রীকোম্থৌজম তোম্বা সিংহ, চঙাঙ্গৈ

যৈথিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবামাথোইশুবা মেলগী পূংলোন্।

মফম – বামজী প্রভুগী মাণ্ডব
নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৱাঙ্খে, ইম্ফাল।

তাং ৭।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# তরানিথোইশুবা শৈশক

## রস – নন্দমোক্ষন

## রাগ – মাধবী

অসুম চৎনা চৎনা যমুনা মপান্দা গৌর।
কেলি কৃষ্ণদাস প্রেমগী ঈরা ইরোইননা
নন্দ নিংথৌবু হুখিফম বরুন্না পুখিফম।
লৈরেসে নন্দরাজ লুপখি নটরাজ।
কপ্লখি ব্রজ তেংথাখি গোপ-গোপীশিং।
ৱাখল ঈরেলদা লূপলি ব্রজ ভাবতা তাউরি।

**লোল**– অসুম্না নন্দ নিংথৌনা মফম খঙদনা মাঙথ্রবদা ব্রজ মীয়াম পুন্না অৱাবা ঈপাক্তা তাউরি। নোংমগী নুমিত্তা নন্দ নিংথৌনা অহিংগী মমৈ নোংঙাল্লমদাইদা একাদশিগী পার্নাগীদমক যমুনাগী নন্দ ঘাট্টা স্নান তৌদুনা লৈরিঙৈদা বরুনগী মনাইশিংনা নন্দ নিংথৌবু হুদুনা বরুনলোকতা পুখি। নন্দ নিংথৌ মফম খঙদনা মাঙথ্রবদা অৱাবগী ঈপাকথক্তা তাউই। ব্রজ মীয়ামগী অৱাবা উরুবদা মনাই বরুনবু লানবিগে খল্লদুনা ভাগবান শ্রীকৃষ্ণগী মতীক মগুণ খঙহনগে হায়বগীদমক পীল্লিবা অঙাংগী বয়স ওইরিবা নন্দ লালা খঙহৌদনা।

**নবদ্বীপকী সিংহনাদ**– যমুনা ঈথক ঈশিং কল্লিদা, গোপ-গোপী কয়ানি মীকপখোন্না নিন্নবনি ব্রজ মীয়াম পুম্নমকসু ৱাবনি। শ্রীকৃষ্ণ চোংথখি যমুনাগী ইরোন্নুং নন্দ নিংথৌ খোঙ্গুল লীগে খল্লি বরুনবু লানবিগে হায়না বৃন্দাবন্দা পোল্লিবনি। জীব পুম্নমকপু লানবিবনি। শ্রীকৃষ্ণ লান চঙলি পক্ষিরাজ কৌরদুনা গরুরগী শয়াং থক্তা লেঙখৎলে। বিশম্ভর মূর্ত্তি উৎলে। কিজবন বরুন নিংথৌ হায়জ নোল্লুক ৱাহৈ কয়া হায়জবনি।

**লোল**— ইবুংঙোনা লেংঙকপা উবদা বরুণ নিংথৌ সিংহাসনদগী কুমথবক্লুনা ধ্রুব, নাবদ, প্রহ্লাদ, সনোক্লচিংবা যুগ কযা তোপ তৌবদা ফংঙমদ্রবা ধ্বজ বজ্র, কুচ্ছবেখানা থৌগনবা শ্রীচবণ অনীবু হেক দর্শণ ফংজবদা, ‘‘ইবুংঙো ননাই বরুন্না লান শীংনবা ইতীক নচ্ছদে কবি কবম তৌবগা ইবুংঙোবু দর্শণ ফংজগদগে খল্লুবদা নন্দবাজবু হুদ্রবদি দর্শন ফংলবোই খল্লুবদগী। ননাইগী অপবাধ ঙাকপিযু’’ অসি হাযবম্মী। প্রভুগী ঙঙ্গ্রোন্নবা চবণ থম্বাল অনীবু যেংজবগা কবি হাযজবকই।

**রটিরন অবসানে**— চবণ থম্বাল পীনবিযু ঙাকপিযুনে তোল্লববু

লৌবীদনা ননাইগী ইবাল লেঙশিনবিসি
লেখৎপিযু আসন থক্তা হাযজৈ চবণ কোল্লদুনা
তনিক তনিক বরুন নিংথৌদো
হাযজ ব্রাহৈ কযানা কথোকচবে
সিংহাসন্দা অচা অথক কযা লোযনবেদো।
মনম নুংশিবা কস্তুবী কুঙ্কুম থৌগঞ্জবে
শ্রীঅঙ্গদা ফজববা লৈগী পবেং থোল্লে।
পূক্লিং পেল্লে নন্দ নিংথৌ মচাগী মগুণ খঙলবদা
বসসিবু শকচৈ উদ্ধব দাসনা।

**লোল**— নন্দ নিংথৌ মাঙখিবগী অব্রাবা ঈপাক্তা তাউবিঙৈ মতমদা খঙহৌদনা ইবুংঙোনা যমুনাগী ঈবোন্নুংদা চোংথখি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মৈচাক খাঙবদা থোইনা হেন্না ৱাজবী বাধা পোকপদগী ইবুংঙোগী চবন্দা থৱায কচ্চখ্রবী বাধানা চান্নবী মতা কনা খঙহন্দা যটিলা কুটিলা তাখিগনি কিজবী ইবেম্মগী থম্মোযদা ইবুংঙোগী চবণ থম্বালবু অমুক হন্না উজবা ফংলবোই খল্লুবনবা ইবেম্মগী থম্মোযদা অনুতাপ তৌজবকই।

## একতাল

ফংলবোইকো ঐহাক্লা থম্মোযগী স্পর্শ মনি অদো।
মশা ককলবা উচেকনি লাঙ্গোই চল্লবী শাজিনি
ইবুংঙোগী শক্তম উবা ফংলবোই হিংলুবগী কান্নদবে।
পুন্য চেল্লবী যমুনাদা ঐগী থৱায থাজবগে
কবম্বা মপোক অমদা ইবুংঙো ফংববা যেংজবগে।

**মেনগোয়**– পোন্দা যোকপী পোম্বীগুম্লে খোঙদা ঝীঞ্জুব থাংলবীনি।
তোল্লি তোল্লি মপোক অসে মীখা পোলহল্লিদো ঐসে।
ইবুংঙো মহাকপু কবম্বা মতমদা উজবা ফংগবা।

## মেনওন

চান্দ বাজগী বাধা লাইবক থীবী বাধা ৱাথোক চাউবী, বাধা ঐগী মপোক তোল্লি।
ইবুংঙো মহাকপু উজবা ফংলবোই কপ্পা পুন্সি লেনবা তাবি।
পোকপদগী হৌনা মাবু কাউদ্রিবীনি।
মপোক খুদিং মাবু কাউববোই।
নোংদম থীনা তম্লম্বোই বিধি
কাযনা মৈশা লাংঙু তম্লম্বোই।

**প্রিয় সজনী**– বাধা পাপ চেনবী হিংবগী কান্নদ্রে যমুনাদা থৱায থাবগে। নুপীগী মপোক্তা পোল্লমদ্রবদি ইবুংঙোগী থৌগল ফংলমগনিকো। খল্লু খল্লুবগা থোইনা হেন্না চাকই। খদ্রে লৈঙমদে ব্রজসিদা। খল্লবোই ঙমদ্রেদো কাউজবসু ঙমদ্রে।

## তাঞ্চপ

**জয় রাধে** – থাদোক্লম্লে বকুনপুব নন্দ নিংথৌবু যাওনা, ৱানবম্বা নন্দগীদমক হীক্লা হীক্লা কপ্লবম্বা। শিগ্রবনি খল্লুববা নন্দ নিংথৌদো শ্রীকৃষ্ণগা লোযনদুনা খল্লুবদা নন্দ নিংথৌদো শ্রীকৃষ্ণগা লোযনদুনা লাকপসে উবে প্রাননাথ মাধব। ওন্ন-থোইনা খাঙলম্মী যশোমতী বানী মচা গোপাল উজবে হন্না হন্না কোঞ্জবে। পেল্লে পূক্লিং বানী গোপী সখা সখী মযাম নুঙাই পেঞ্জবে। কবি মাধব দাস প্রান নাথ মাধব।

## মেন্‌কুপ মপী

মচা পোকচবা মহৈ যাঞ্জবে মচাবু হন্না কোঞ্জবে।
মচাগী মগুণ থাগৎনবি লাইবক ফবী যশোদা বানী।
মচাগী মতৌ উজবদা পুমঙাও ঙাওই নন্দবাজ
জগতকী মপূনি খঙদবনা মচাবু হন্না থাগচ্ছবি।

**চলিলা সুন্দরী–** গোপগী মবুংঙো নোংহৌঙম্বা লেঙঙকলে তাবদা হবাউজবে। ফংলবোই খল্লুবা উজবা ফংলে, থম্মোযনুংদা প্রেমগী ঈবা হৌবে। মিৎকা-মিৎকা চান্নে, ফল্লপ-ফল্লপ যেংনৈ। অনীগী কুম্মোদা পেঙ্ঙে মাধব দাস।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

| | | |
|---|---|---|
| ঈশৈ শকপা | – | শ্রীলাইশংবম নোদিয়া সিংহ, বমদিযাব |
| দুহাব | – | ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা |
| পৃংযৈবা | – | শ্রীযুন্নাম সুবঞ্জয় সিংহ, যুন্নাম হুইদ্রোম |
| যৈখিবা | – | বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবানিথোইশুবা মেলগী পৃংলোন্। |
| মফম | – | বামজী প্রভুগী মাগুব, নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৱাঙ্খৈ, ইম্ফাল। |

তাং ৭। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## তরাহুমদোইশুবা শৈশক

## রস – কর্য্যানুরোধ

## রাগ – কোড়া

লেঙখবে গৌবনা নোংপোক মাযকৈ পাংনা।
কপ্লহৌবে ভক্তশিংনা হল্লকপা ঙাইজদুনা।
মনাই ওইবী লক্ষীপ্রিযা ৰাজৈ প্রভুনা লেঙখ্রবদা।
(ৰাজববী) গৌব প্রেমগী মৈচাক খাংঙমদবেনা।
মাযথোং থাজ কযা মকশিল্লেনা।
গৌবনা হল্লকপা ঙাইদুনা
ভক্তনা কপনৈ লাউনৈ কযা ৰানা।
মাগী মাযথোং থাজ উদ্রবদা ঐখোযনা
ঙম্লবোইনে হিংদুনা লৈবা।
নোংদম্বা মানা কবম হাযনা অৰা মৈচাক খাঙদুনা
লৈযু হাযনা তন্বীবিবা কবি কান্নবি হিংলুবগী ঐখোযনা
থাবসি থৰায মঙা।
গৌববু উদ্রবদা শচী দেবীনা কপচৈ খোঞ্জেল বাংনা।
লক্ষীনা থেমজিঞ্জে যেংবা ঙমদ্রদুনা।
নাগবীশিংনা ভাওচৎনবি উববোই
প্রভুনা গঙ্গাগী মপান্দা জগোয শাবা।
ৰানবে ৰানবে লোইনা ৰানবেনা।

**জয জয জগজি**– লাক্লে লাক্লে গোকুলদা হিংচাবনা ষণ ওইনা।
খোংলকপা খোঞ্জেলনা খাক্লা লাউনা।
ব্রজ তাগুম্মীদা অকিবগী মশকনিদা।
মমৈনা চামব মাল্লি, লৈনা লৈনা থাঙ্গৎলি চীংদোলথক্তা

হন্না ফূবি লৈপাকসু থক থক
থেংনকুবা মীযামনি
মাযকৈ খঙদে কোযনা চেল্লি, অকিবগী মশক্লিদা।
মযুম মাযকৈ থাদোক্লবি, মাযকৈ খঙদনা লৈনা লৈনা
ককঙাওননা চেল্লি অমম্বনি অহিংদনি।
অবানবনি অহিংদি চৎখবে লেঙখবে কানু বন্দা।
অকিবগী মশক্লিদো।
ব্রজবাসী বানবি থম্মোয মৈচাক ওইনবি।
মবুংঙোবু উবা ফংদ্রবদা মাগী প্রেম্না পুনশ্রবদা
ঙম্নবোই থাদোকপা হাযজৈ থাদোকপা।

কুবঙ্গিনী — লৈঙমদ্রেদা বাধা ঐদি ইবুংঙোবু উদ্রবদা।
কাযনা মৈচাক ফংলবীনি, লাইবক থীববীনি ৱায ৱায
খল্লুবদা প্রেম্না মৈচাক ওইবেদো।
লেপ্লীবো ঐগী মাঙদা থৱায পুঙমদবেদা
কচ্চখিবা থৱায মঙা কবিগী কাউবিবা।

## মেন

অৱাবনি বাধা ঐদি মপোকসিদা ফংদ্রবসু কাউববোই
মপোক অমদসু।

## অওনবা

কদাযদনো কৃষ্ণ থৱায ওইবদো
বাধা ঐগী নঙনা থৱায ওইবিদো
নন্দ শাগৈসু থাজ ওইবনিদো।
উদ্রগা লৈজবা ঙমদ্রিবিনিদো
কাউঙমদ্রে বাধানা নুংশিবা শকফমদো।
লৈঙমদ্রে বাধানা মৈচাক খাঙদুনা
উবগা থম্মোযসে ঈংজগনিদো।
থাদোকপা ঙমজবোই নুংশিজৈদো চৎখিবা
খঙদ্রেদো কদাযদনো।

## তাঞ্চপ

**রাই সাজে** – পুঙমদবে থৱায় অসে

পুঙমদবে থবায় অসে মৈচাক ওইবেনে শিজবগেনে।
ৱাবিগনু লাইবক ফবী শোযববোই উগনি কৃষ্ণ
জ্ঞানদাসনা হঙ্গচ্চৈনে।

## মেনকুপ

ঈক্না ঈক্না কপলেনা মিত্তগী তাবকপা পিতনা
গঙ্গা ঈহৌবকপ গুন্নে মবুংঙোগী প্রেমগী মৈচাক্না।
হাযযুনে ইতা কবি উপায লৈবিবগে
শ্যাম্না ঐবু থাদোকপিবে ৱায ৱায।
প্রেমগী মৈচাক খাংঙমদ্রে হিংগনি কবন্না
তোল্লবী বাধানা লৈফম খণ্ডদবেনা।
চানবীহৈবা হাযনবা শোন্নবা অসিবা ইতা
নীংজবা শোঞ্জবা ৱাৎপনবা ঐবু ৱানা লেলহল্লেনা।
ঐগী থৱায মঙা নুংশিবা মাগী শ্রীচবন্দা কচ্চখ্রবনিনে।
কবম্বা বিধিগী নোংদমখোন্না ঐবু কযা ৱানা লৈহনবিবিনে।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোঞ্জবগা ঐগী থৱায থাজবগে
মপোক অমদা মাগী চবণ ফংজকুগেনে।

## শৈশক লোইরে।

| | |
|---|---|
| ঈশৈ শকপা | – শ্রীচাউবা সিংহ, চঙাঙ্গৈ |
| দুহাব | – শ্রীলাইশ্রম প্রিযোগোপল সিংহ, ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল। |
| পূংযৈবা | – শ্রীক্ষেত্রিমযুম গোদধব সিংহ, ককচিং |
| যৈথিবা | – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবাহুমদোইশুবা মেলগী পূংলোন্। |
| মফম | – বামজী প্রভুগী মাণ্ডব, নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৱাঙ্খৈ, ইম্ফাল। |

তাং ৮। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## তরামরিশুবা শৈশক
## রস – হাতকাড়াকড়ি
## রাগ – কেদার

শ্রীগৌবাঙ্গনা ঙাল্লি নদিযাদা থাবু হেন্না নীংথিবি।
ভক্তশিংগী মযাযদা কোযনা চৎলি গৌবনা
ব্রজগী ৱাখন্না ঙাওবে গৌবসে থাবু হেন্না নীংথিবি।
ব্রজগী ভাবনা ঙাওদুনা প্রেমগী ঈপাক্তা তাউবে
ইবুংঙোদো মমাঙৗে বৃন্দাবন্দা যমুনা তোর্ব্বান্দা ইবেম্মগী খুৎ
পাযকৃবদা ইবেম্মনা হাযখি।
কবিনো কালা ঐসে শাগৈগী মৌনি উখ্রগা কবি হাযনি
খঙদবা থাদোকউ অসিগুন্বা বসসিবু বাসঘোষনা শকচৈ।

**লোল**– অযুক অঙনবদা নোংমা সখাশিংগা লোযনদুনা লেংঙক্লে শ্রীকৃষ্ণ। ফজবা ফিজেৎ শেত্তুনা। কৃষ্ণনা শিন্নে ষণলুপ সখাশিংদা। যমুনা তোর্ব্বান যৌববদা চৎলি লাঙতক্লনা প্রেমগী ঈথক হৌবি কৃষ্ণবুদি নুংদা। মাঙদা চচ্চৈ কৃষ্ণ লমজিংদুনা হবাও হবাওনা। মদু উবদা নবহবিদাসনা হবাউজৈ।

**যারলগি**– অসোমদা বাধিকা প্রেমগী মৈচাক খাঙলি ৱানা।

**ঘুমতে**– যেংবা খুদিং উজবি কৃষ্ণ ঙাক্তা ওইনা প্রেমগী ঈবা চেল্লি নযন্দা প্রেম্না ধাবা শীছবি মাযথোংদা। তোযনা কৌবি যমুনাদা থৱায ওইবা শ্যাম্না।

**মেনতেক**

অসুন্না হাযবকই বাধানা
চুম্মি ঙাইবি হবিনা হাযজৈ নবহবিনা।

লেঙবিবো যৌবিবো যমুনা তোর্ব্বান্দা
কৃষ্ণ প্রেমগী ঈথক ইপোমদা তাউবিযু।

## অনিকপা

**কুরঙ্গিনী** – চৎলসিনে ইতাশা অনৌবা নোং ঙমজবা কুচু যেংউসিনে।

**আহুতি** – কচ্ছখিবা ঐগী থৱায থম্মোযসে হায ইতা চান্নবী।

**তার মধ্যে** – থীল্লনুসি চৎলসি হান্না যৌবা তান্নসি লংল ঈপাক ইবেন্দা শান্নকসি তাউদুনা। হেক উবদা ইবুংঙোবু কখোল্লসি থৱায মঙা খাকচবা লৈতনা।

**প্রানবন্ধু** – বাধাগী ৱাহৈ তাবদা সখীশিংনা পুশিল্লক্লে।

**এসুখসময়** – মনি মুক্তানা ওইবা ফিজেৎ লৈতেং লোযননা পুবক্লে সখী মযাম্না।

**কলঙ্কিনী** – মালিকা মালতী যাতি লৈগী নাচোম নাপদা থেৎননবা পুশিল্লক্লে হৈশিংলবী সখী মযাম্না ফজববা লৈগী নাচোম ঙাক্তা।

**আমাযপ্রান** – পামজনা শেমজবা লৈতনা লৈতেং ওইনা শেমজবা।

**জালাব** – ফুদোংবা সনাবু হেন্না ফজববা পূক্লিং হুনা ফজবনি।
লৈতেংশিংনা তাংজবনি পকচবী লেমজবী বাধিকানি।
যেংউ ইতা চান্নববী যেংউ।
ফজবা লৈনা ফজবা নাচোম শেমসি ইতা চান্নবী ইবেম্মা।

**জালা** – ফজবে ফজবে ওই নীংথিবে যেংবদা পূক্লিং হুবে পকচবে।

## চালি

কৃষ্ণ নামনা লৈতেংজবি সখীশিংগী মযাযদা
যেংজৈ নবহবিনা পূক্লিং হবাও হবাওনা।

**শুনরাধে** – তথকপী মীৎযেংনা যেংলি কোযনা।

**তুয়ালাগি** – নুংশিৎনা যৈবা থন্বালগুম্না চৎলি নোম্না হাইনা।

**ক্ষেনেমপি** – খোঙথাং তপ্না ৱাখল্ খন্না চৎলি শামুগুম্না।

**প্রনবন্ধু** – মোমোন মোমোন নোক্কুনা চৎলি সখীশিংগা লোযনৈ।

## অওনবা (তুয়াপারে)

কৃষ্ণ প্রেমগী ঈচেন্না পুবক্লে মাযকৈ খঙদনা
যৌবক্লে কৃষ্ণ লৈবা মফমদা মীৎকা মীৎকা চান্নবে।
যমুনা তোর্ব্বান্দা বাধা শ্যাম্মা যেংনৈ চিংনা
যেংবদা পেন্নদে থাগা থবোগগুম্না
নুমিৎকা থম্বালগুম্না ঙাল্লবে অনীমক্কা।
অখোযবা তোমালগী মনাক্তা সনাগী উবীনা
ঙাইজবি যেচ্চগে হাযনা।
চোঙা তেনবা ৱাহোং কোকিলনা যেংজৈ লেপ্পা।
বন্দা লৈবা শা উচেক্না যেংজৈ হবাওনা।

## তাঞ্চপ

**মধুব কোকিল** – মীৎকা মীৎকা যেংনৈ অনীগী পূক্লিং পেন্নৈ।
মীবৎ নাবৎ যেংদুনা বাধাগী খুৎ পাযজৈ কৃষ্ণনা।
খুৎ কহ্বোকচৈ বাধানা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা
তূমীন্না লৈজৈ বাধিকানা।
নুপী ওইবী ঐগী খুৎ পাযবা কবিগীনো অমুবা
অচৎ অথোক কযানা উবগা কবি হাযখিগনি।

## মেনকুপ

**শুনতহু** – ইকাই ইকি লৈতববা কবিনোনে কালা
শাগৈগী মোনি খঙদববা ঐসে।
গুরুজন্না তাখিবা উখিবা থোক্লগা
কাব ওইনি খঙদ্রা কালা।
ব্রজদা ৱাথোক্ চাউববীনি
মিংচৎথীবী বাধাগী
নোংদমথীবী মপোক্লিনা লোমজখ্রগে পুন্সিসে।
পাযবম্বা খুৎ থাদোক্লগা হাযবকই কৃষ্ণনা

## মেনকুপ

**মনেবী মবম** – কৃষ্ণ ঐনা নীংজবা হাযজগে বাধে তাবিযু
হাযজগে বাধে তাবিযু।
বাধে নঙসে ঐগী মীৎকী লৈতেংনি
থম্মোযগী মনিনি হাযজগে তাবিযু।
বাধে নঙসে ঐগী থৱায ওইবীনি
নঙবু নত্তনা কবম্না হিংগনি ঐগী থৱায।
পূক্লিংনা নীংজবা তত্তনা শোঞ্জবা বাধা হাযবা মযেক
অনীদা মন্ত্রনি হাযনা পবেং লেংদুনা ঙক্ত শিজবনি।
বাধে নঙনা ভজন্নি নঙনা ঐগী সাধন্নি।
বাধে নঙদি কৃষ্ণ ঐগী প্রেম তত্ত্ব গুরুনি।

**বৃন্দাবন সোভা** – বাধা শ্যামগী প্রেম উবদা গোপী লোইনা হবাউজবে
জয ওইবে বাধা শ্যাম্না।
জয ওইবে বাধা শ্যাম্না শ্রীবৃন্দাবন্দা।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীনিংথৌজম বামসিং সিংহ, থাংমৈবন্দ সনা কৈথেল, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীবিদুব সিংহ, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীহিদম কুলচন্দ্র সিংহ, পিশুম ওইনাম লৈকাই, ইম্ফাল

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবামবিশুবা মেলগী পূংলোন্।

মফম – বামজী প্রভুগী মাণ্ডব
নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৱাঙ্খে, ইম্ফাল।

তাং ৮।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## তরামওাশুবা শৈশক

## রস – গোচারন

## রাগ – শ্রীরাগ

### তিনতাল অচৌবা

এগোবা – এ যেংঙুনে গৌবসে কযাদা ৱাবি হিক্লা কপ্লি।

অকিঞ্চন – অঙাওবগুমলেনেসে।

মানবা – কপ্লি অমুক নোক্লিনে এ লেপ্লিনে যুম্বীগুম।

গৌব বব – কুচু ওল্লে থোকথোক (অ) তু চুংলে।

আবেনিজ – ব্রজ প্রেমদা লুপখ্রেনেসে
সুবধনি গঙ্গাবু যমুনামক্তি খল্লে।

কেবল – কাযববা মৈচাক ওইবে থম্মোযসে।

এমন – প্রেমগী ঈবৈদা লৈনা তাউবকপা
মফম খণ্ডদনা তাউবকপা কাওশিংগুম্বা।

**লোল**– অসুম তৌনা শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা, শ্রীকৃষ্ণনা পুর্ব্বাহ্নগী মতমদা সখাশিংগা লোযনদুনা বন্দা ষণ শেনবা লেংঙমদাইগী মতমদা মমা যশোদানা ফিজেৎ লৈতেংবিবা অদুবু নীংশিংলুবগা শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা কোকথক্তা ৱাহোং মতু থেৎচিল্লি। খ্বাঙদা সনা ফিগে শেৎচিল্লি, চবন্দা নোপুব শিজিল্লি। হকচাংদা চন্দন্নচিংবা খিকচিল্লি। অসিগুম্বা বস অসি উবদা বংশিবদন দাসনা হাযজৈ লেংঙসি ইবুংঙো গোবর্দ্ধন্দা। অসুম্না সখা মযাম্না শ্রীকৃষ্ণবু ষনশেনবা চৎনবগীদমক হৌবা লাক্লে। সখা ষনযাম পূম্নমক নন্দগী থোঙ্গান্দা লৈহৌবে। শ্রীদামনা চঙশিল্লক্কুনা যশোদাগী মাঙদা খুরু খুদক কূল্লে খুৎ অনী লোন্নদুনা নুংশিবা ৱাহৈনা হাযজবকই।

## ভাঙ্গা

বিদায় দেয — বিদায় পীবো জাননী ইতাও কাহ্নাইবু ফিজেৎ লৈতেংবিবো ইমা।

সখাগন — ঙাইদুনা লৈবে সখা ষনযাম্না ইতাউ কাহ্নাইগী মাযকৈ যেংদুনা।

কাহ্নাই সঙ্গে — কাহ্নাইগা লোযননা ষনশেনবা চচ্চগে ইতাও যাওদনদি চৎকনি কবম।

শংকা — তপথবিবনু ইমা নন্দবানী বিদায পীবো জননী।

গোকুলে — মপোক্লা গোপগী মপোক ওইবনিনা
ষন শেনবা চৎপনা গোপগী মথৌনিনে ইমা।

**লোল**— নুংশিববা শ্রীদামগী ৱাহৈ তাবদা হাযবকই যশোদানা শ্রীদাম্বু যেংদুনা ''তাওনে বাপু শ্রীদাম ঙসি ঐগী মঙদা উবম্মী ফত্রবা মঙ্গল ঙাক্তা। অকাশতা থোকপা থা থৱানমিচাক্লা লৈমাযদা হীকথনা তাবম্মী। অদুদসু নত্তেনে শ্রীদাম উবম্মী ইমানা অমুবা লৈচিল, কিব কিববা ধূমকেতু অসিতসু নত্তনা ঈশিং শোক্কে হাযনা চৎলম্মী, ইমাগী খুত্তগী পাত্র তাউখিবম্মী ঈযাযদা। ফত্রবা অমঙ্গল ঙাক্তা উখি ঐনা ঙসিদি। নতাওসে চৎহল্লবোই শ্রীদাম। যশোদাগী ৱাহৈ তাবদা শ্রীদাম্না হাযজৈ ''ইমা নচানা কবি অমুক হাযগনি। মঙগী ৱাদি অবেপ্লা নত্তে মকুমঙনি হাযনা খনবিযু ইমা''। যশোদাগী মাঙদা চঙশিল্লি শ্রীদাম খুৎ লোন্নদুনা হাযজৈ নুংশিবা ৱাহৈনা।

**অঞ্চলে** — ফীগাও শাজবি ভিক্ষা নিজবি ইতাউ কাহ্নাইবু ফিজেৎ লৈতেংবিবো ইমা। ইতাউগীদমক থোইনা ৱাবিকুগনু অঙকপা নচানি কাহ্নাই অসে।

**লোল**— শ্রীদামগী ৱাহৈশিংদো তাবদা মচাবু থিংবা যাববোই খন্দুনা কাহ্নাইবু ঈকজথোকপিবে, লুকহাশঙদা চঙদুনা বাধিকানা থোংবা লুক অদু হাবে। লুক হাবা লোইববদা যশোদানা ফিজেৎ লৈতেংবিবে। অসুম্না ফিজেৎ লৈতেংবা লোইববদা, বক্ষা মন্ত্র নবসিংহ মন্ত্র কামবিবে। বলবামগী মফমদা খুৎ পাযদুনা শিন্নবকই।

**মাতা যশুমতী** — তাওনে বাপু বোলাই, ননাউ কাহ্নাই অসে মীকুপ অমা থাদোক্কনু হাযজৈ যশোদানা।

**গোপাল** – গোপালসে থাদোকপিনু নমাঙ থাদুনা পুবিযু
অবাম খৌবাংবা মতমদুদা পীজৌ ক্ষীবননি।

**চঞ্চল** – পূকচেল্ ফত্রবা কংসগী মনাই, শোযবোই বন্দা লৈবমগনি খল্লুবদা থোইনা মৈচাক ওইবে যশোদা।

**লোল**– বলবামগী মফমদা কৃষ্ণবু শিন্নবে। মমাগী বিদায ফংলবদা বাম কৃষ্ণ অনীনা সখাশিংগা লোযনদুনা বন্দা ষনশেনবা লেঙথোবক্লে। শ্রীকৃষ্ণবু উবদা ষনবী ষন্নাউশিংনা হন্বা হন্বা হাযনা খোংলকই। শ্রীকৃষ্ণবু মীকুপ অমা উদবদা যুগ কযা কাযনবগুম ৱাজবী ষন ঙাক্তনি। হাযবিবা ষনশিংসে মচু অমত্তা তিন্নদে। মদুদি কবম কবম্বা মচুনো হাযবদা।

ধবলীবে – ষনবী অঙৌবনি, ষনবী অঙৌবী, অমুবী, অঙাংবী, অবাংবী, মঙ্গেবী, উফকপী, যোংমানবীনি।

বাখাল – সখাসিংনা হৈ হৈ হৈ হাযনা হোইবক্লে।

মুধে ত্রিন – ষন্বী-ষন্নাউশিংদো হন্বা হন্বা খোংলি।

## তাল লপৎ

আজকেনে – সখাশিংনা শিঙ্গা বেনু খোংলি নুংশিববা স্ববদা।

জলআনি – খোংলি শ্যাম্লা বাঁশী এ।

হাসিতা – খোংলকপা লাউবকপা সখাগী খোঞ্জেল ইঙক ইঙক ঙক্লা যেংনবি মীযাম্লা নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউনবি গোপীশিং উকবা তাকবা ওইনবি কুম্নোদুম মাগী মাগী থোঙ্গালদা লেপ্তুনা।

কিন্নযান – পুঙমদ্রে ঐখোযগী থম্মোযসে পুঙমদে।

## অনিকবা

ঐছেচলে – শ্রীদাম সুদাম মধুমঙ্গল সখাশিংনা হোইবি হৈ হৈ লাউবা খোঞ্জেলনা লম্বী পূন্নাং লাঙঙি।

যমুনাব – যমুনাগী ঈশিং থকনৈ ষনযামশিংনা হন্বা হন্বা হাযনা শজীক চানিংবনা।

দাদাবলিরে – দাদা কৌরক্লে পীয়ু ক্ষীর ননি।

রামবদন – বলদেব য়েংলদুনা।

সোইতে – নুংশিবা খোঞ্জেলনা।

সখাগনমন্দে – সখাশিংগা লোয়নদুনা শ্রীকৃষ্ণ শান্নরিয়ে।

গেন্দহস্তে – ফীবুল খুৎতা পায়নৈ শোয়রোই খন্না থানৈ।

হস্তে হস্ত – অসুম তৌনা সখাশিংদো শান্নে হরাউ নুঙাইনা।

সখাগন – মাগী মাগী মীচঙ নাইনৈ সখাশিংদো কৃষ্ণগী মীচঙনা লাউরি হরাউনা রাম জয়।

**লোল**– অসুম্না লীলা কয়া শান্নে শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংনা শোন তৌদুনা হায়রকই রাখালশা নুঙাইনা শান্নদুনা লৈরম্মু চখোক্কনু হিংচাবগী খয়াৎতা তাগনি। দাউজিবু শঙঙু থাদোক্কনু। সুবলগা লোয়নদুনা বন্দা কোয়না চত্তুনা হকচীক লাংউগে। অসি হায়রম্লগা সখাশিংবু ছোল তৌদুনা থম্মী কুণ্ডগী মায়কৈ পাংদুনা বন্দা শমদুনা লাকই। অসুম্না কৃষ্ণগা সুবলগা অনীনা লাকপসি উবদা বন্দা হৌরিবা বৃক্ষলতা পূম্নমক্না মবুঙঙোবু উবদা।

## অনিকপা

আজু ঝুলতা – কেজৈ নৌজৈদা উরী ৱারী নৌদ নৌবী হৈপাল লৈপাল।

নাচতগাওত – উপাল ৱাপাল কেলী কদম বোকুল পাম্বী হৈনৌ থৈবোং শাথেক্কী ইপোমদা তাউনরি লৈনা লৈনা।

বাদর – লৈরাংগী লৈকাথক্তা মপৈ মপৈ খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা পাইরি কোকিলনা উশাথক্তা কুহু কুহু খোংলি। কে কে হায়না নুংশি নুংশিরবা শৈশক ছঞ্জ কয়ানি তারুবা থম্মোয়দো পেৎহল্লিদো।

**লোল**– বন্দা হৌরিবা বৃক্ষলতা শা উচেক পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী ৱাপ্পু উজবদা হরাও মথোই কানৈ। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগা সুবলগা লোয়ননা লেংঙকপনা কুণ্ডমপান যৌরে। কুণ্ডগী ফজবা উবদা সুবলবু য়েংদুনা হায়রকই তাওনে ইতাও সুবল

ঐনা ষন শেনবা লাক্লিবসে কনাগী মবমগী নত্তেনে সুবল বাধিকাগীদমক্লি। ঐনা লৈতেংলিবশিংসু মাগী ঙাক্তনি। বাধানা ঐগী থৱাযনি, থৱায ওইবী বাধাগা মাগী চান্নবী মতাশিংগা লোযননা থেঙলবা অহিংদা বন্দা চত্তুনা লীলা কযা নুঙাইনা শান্নখি। ৰাবী অসে ইতাওগী মফমদা লীবগা অৰাবা কোকচগে।

## অনিকপা

কসুম য্যাতে – গোপীশিংদুগা হবাউ নুঙাইনা ঐনা শান্নে শান্নে বাসেশোবীগা লোযননা।

সেইজাগাব – থাগী মঙান্দা নোংইন কৌবী চেক্লানা শানৈ হবাউ নুঙাইনা।

যদিদযা – লৈবাং লৈকা ফন্না শাৎলে ঙংলি খোইমুশিংনা।

**লোল**– অসুন্না সুবলগী মফমদা নুংঙাইনা ৰাবী কযা শাদুনা নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউদুনা লৈবি। অসোমদা শ্রীমতী বাধিকানা যশোদাগী মফমদা হাযবকই– ইমা ঙসি ইবুংঙোনা ষন শেনখিবা বন অদু কবি বন্দনো ইমা। মতাং অসিদা বস অসিবু ইজবিবা কবি বংশীবদন দাসনা হাযজৈ-তাবিযু বানী বাধিকাগী মফমদা ইবুংঙোনা লেঙখিবা বন অদু তাকপিরুগনু থিদুনা চৎখিগনি। অসুন্না কবিনা কল্পনা তৌজৈ। অসোমদা বাধিকানা গৃহদা হল্লক্লগা চীক্লবা কাদা চঙশিল্লক্তুনা চান্নবী সখীশিংগা লোযনদুনা মবুংঙোগী প্রেম বস ঈপাকথক্তা তাউজবি।

## মেনগোয়

শুনি শুনিআমা– খল্লু খল্লুবগা মৈচাক ওইবেনেসে।

## মেনবুং

সখিবলনা – ইতা হাযযুনে চান্নবী হাযযুনে হিংবগী কবি কান্নবি।

সখিআবে – ইতা ঐখোযদি খঙদেদো থম্মোযগী মৈচাকসে।

## মেন অওনবা

এতোয – অসুক ৰাহনবা বিধি নঙনিদো।

হা হা – তমথিববা বিধি নঙনা অৰাবা ঈপাক্তা লংথৈদো।

হামু দুর্ভাগিনী – বাধা ঐগুম্না লাইবকথিবী ব্রজসিদা লৈত্রেদো।

তোব আগে – হৌজিক ঐনা শিববদি ফবনি খল্লেদো।

প্রান বন্ধু – কৃষ্ণ প্রেমগী মৈচাক ৱানা খাঙহল্লি, কপ্না পুন্সি লেল্লেদো।

যবো আমি – যোগী ওইখ্রগে ফিজেৎ হোংখ্রগে।

দেশে দেশে – কোযনা চৎপী ওইজখ্রগে।

ঘুবে – কিজৈ ঐনা ঐগী পুন্সি থাবসিবা ঐগী থৱায।

## তাঞ্চপ

এ সখি – হা ইতা ললিতা বিশাখা খনফম খঙদে পুন্সিসে।

পনিমুকা – অৱা নুঙাই কযা লোযনবক্লবী।

মোব প্রান – মাবু নীংজক্ববা লাল্লববা ঐনা হাযযু ইতা চান্নবী বাধা ঐগী পান্বে।

কস্তুবী চান্দন – ঐগী পুন্সি অসে খল্লুবদা ৱায মাবু পামজক্ববনিনা অৱাবসে খাঙবা তাই।

## মেনকুপ মপী

মোবলাগি – কবি কবম তৌনা লেনগদৌবি পুন্সি লেনগদৌবি পুন্সি।

প্রিয সখি – হাযযু ইতাশা, হাযযু ইতাশা, হাযযু ইতাশা।

কম্মদোষ – খল্লুবগা থোইনা ৱায, খন্দ্রে মৈচাক পুবা ৱায।

ইহজম্মে – মপোক অসে ৱাজৌ হাযনা তন্নমলমানে। চৎনবীগী পন্নুংদা লেনবা তাবে। পুন্সি।

ভাব ওৱল – খল্লুবগা থোইনা ৱায খন্দ্রে মৈচাক অসে পুবা ৱায।

পুর্ব্ব জম্মে – ৱাজবনা ইথৌ ওইবে ৱাববসু ৱানা খাঙবা তাই।

সুবধনি – লাঙতক্লবে থম্মোয অসে, পুবা ৱাবে থৱায অসে। হাযযু ইতাশা কবি পান্বে পাপ চেনবী বাধাগী থম্মোয অসে ঈংজগবা।

কালো ভ্রমব – কৃষ্ণগী ৱাখলদা লূপখি থোইনা হেন্না ৱাখি। ৱানা ৱানা লেপ্লে। মৈচাক অসে থোইনা হেল্লি।

মোবো – মাবু মীকুপ অমত্তং উদনা লৈঙমদবেনে ইতা। নুংঙাইবগী শকক তল্লমদ্রমানে ৱানা পুন্সি লেনবা তাই।

শুন ললিতা – হাযযু ললিতা চান্নববী বিশাখা, ঐগী ৱাখল অসে ঙাওবে। খল্লে ইবুংঙো মাবু পামজকুবনিনা ঙাওসু ঙাওবিবনি।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীনিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহ
জনমস্থান, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীকাওমচা সিংহ
ব্রহ্মপুব, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীযুম্নাম নিমাই সিংহ
যুম্নাম হুইদ্রোম

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবামঙাশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – বামজী প্রভুগী মাণ্ডব
নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৱাঙ্খে, ইম্ফাল

তাং ৯। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## তরাতরুকশুবা শৈশক

## রস – নৌকাখণ্ড

## রাগ – গান্ধারী

যেংউ লীলা শ্রীগৌবাঙ্গগী
শান্নবিবী ভক্তশিংগা লাইবক ফবী গঙ্গানাক্তা।
খেৱা লাল্লি হিহোনবা শানা।
যাওবি গদাধব তমলি মতৌ ব্রজবস
শান্নবি ঈশিংদা হিগী মথক্তা।
তাউবি হি লুপফেৎ লুপফেৎ
কল্লি কযা ঈশিং ঈচেল
মতৌ যেংনা নোক্লি গৌবাঙ্গনা।
হৌনা লাউনৈ ভক্তশিংনা
লাউনৈ হবি হবিবোল
মীনা থল্লি তুবেল কাগুপ্তা।
শক্লা তাইবং শুক্ষৎপা
পাখং অসে হিহোনবা
যেংনবি শুক্ষৎনা নহা ওইবীশিং।
পকচৈ ফজে থৌদৌ থৌওং
নীংথি মাগী মতৌ মওং
যেংবতদা মুন্নে মহৈ মহৈ।

**লোল**– চৎলসি ঐখোয পূম্বা হল্লসিনে যুমদা হাযবকইনে মতাশিংদা শ্রীমতী বাধিকানা। চাংজৌ পাবি ঈনৌনা মানস গঙ্গা ঈপাক। লানগনি কবম সখী। যাওনবি ইপোমসু, নোংনসু মমশিল্লি তোযনা নোংথাং কুপ্লি, খাকপগা খোংবগা

নোংলৈ নুংশিংকা কমদৌসিগে। উরক্লে য়াম্না তাম্না হিহোনবা কৃষ্ণবু। নৌখৎ তোয়না মোমোন নোক্লা লাকখি মখোয় তম্না। হায়রকই কৃষ্ণনা তাইবং শুম্মৎ মীনোক্লা "লানবিরমগে তোংলুলাউ থিনবিগে ৱাংমদা।" হরাউজরে শ্রীরাধিকা ঈহৌরে থম্মোয়নুং। কাখৎনরে সখী ময়াম হিনুংদা মথং মথং।

**ঈশৈ—**

নৌখৎ চুমদে হিহোন হৈতে ঙমদে হিমাই চুম্বা
পাইরি হিনা ঈমায় থক্তা লুপফেৎ লুপফেৎ তৌনা।
হোবম্বা উবদা হিনা পাখৎনৈ গোপীশিং
শোক্তোকচৈ খুজোক্লা ৱানা জ্ঞানদাস।
লাকপতারে হি অসে শিরনি ঐখোয় শোয়বোই।
নীংলুবদো হিরানবনি, ঐখোয়গী অরানবনি
থাজকুবনোকো করিনুংগী। অসিমক্তি কিদ্রি মাদি ইতৌ
য়েংলি নোক্লা নোক্লা মীৎচিনা খোয়না কবি থৌশাদা।

কিজবনা নীকলি ঐদি ফাঙমদনা ইশা অসে
কোনশিনবিরে ঐবু মানা ফাদুনা।
থেঙজিল্লক্লে অসুম তৌনা লালহৌদরে ৱাংমদসু
অরেপ্পা খঙদবে শিবা চঙবা
ঈংনা তপ্পা লৈয়ু সখি কিরুগনু অদুক হাক্লা
হায়জরক্লি জ্ঞানদাসনা।

**অওনবা**

খোয়রুম মোমোন তৌখি মানা ঐগী থম্মোয় লকা খোন্না
তোংখৎহনখি হিদা লায়না।
চিংনখিনে ঐহাক্লা খুদক অদুমক্তদা
থোক্লরে অদুমক হৌজিক লেপ্পা।
খাঙলগনু হে ইতা য়ারো ঙম্না মানা হায়বা। ঈথক থকই মমিৎ মনা কিদুম
কিজৈ ঐখোয় মখৈ হৌজিক মনা কবি তৌবক্কবা।
শুক্লা মমলি নোংনা থক্তা কুফেৎ কাফেৎ নোংথাংনা তত্তা
অহিংমক ওইরি নুংথিলমক্তা।

কন্না শীৎলি নুংশিৎনা লৈবি হিনা উরু উরু
ফাওগৎলি ঈশিং মনুংদনা।
মীফত্তনি খঙনা অৱাবা মতৌবু যেংনা
তৌবে ৱাখল খঙনা মতম তাঞ্জা।
মীৎলৈ অমদা নঙগী লৈবে থৱায ঐখোযগী
হাযজৈ গোবিন্দনা অশেংবতা।

থীল্লে, হায হিহোনবা থুনা যৌবো ৱাংমা
ননীং থুংলে নঙগী হুজিক ৱাৎলি কবি অমুক।
মকচদ্রবী ঐবু নঙনা মাঙহনবিবে লোইনা।
লৈবি কবি নঙনা পাম্বা হাযযু অতৈ কবি ৱাৎপা।
থেৎপা শাবি ৱাহোংগী চুড়া ৱাহোংগী মতুনা।
শাগৈগীসু মৌনি ঐদি কবি অমুক লৈবি।
থীল্লগনু হিবান হৈবা লাম্ছোকপিবো থুনা।
বস চেনবা হিবানবনি লোইবা নাইবোই হংলুগনু।

## তাঞ্চপ

তাবিযু হে নীংথিবী নঙদি ঐগী হিবানবীনি।
হাযগনু হিবানবা ওন্ন তৈনা।
ঈবাক্লবা ঐনি নঙগী প্রেমতগী ঈপাক ঈবেন্দা
লানবিযু ঐবু হিদেন ৱাংমদা।
যোগী ভোগী নাপেৎদানী নঙগীদমক ওইখিবনি
অচোপ অবেম কবি যেংদবনি।
ইনমগন্দা নম্বো পোনা পোৎ হাখিবা যুমথোং খুদিং
নশুংলাংগীনি খঙঙুনে বাধে।
মাঙদা থানা ষনবী ষন্নাউ কোযনা শেল্লি বৃন্দাবন্দা
নঙগীদমক উবক কোযবনি।
নঙগী প্রেমগী ঈপাকথক্তা তাউবি ঐনা অকাযবা হিদা
নঙগীদমক হিবানবা ওইনা
হাযবিগনু তাথী ৱাহৈ নোক্লবিগনু ঐগী ইতৌ

নঙগী প্রেমনা ঐবু ঙমহল্লি পূন্বা।
জগন্নাথ দাসনা নিজৈ লৎনবিনু খুযা থম্বাল
লেঙদবা লন্নি ঐগীদি নঙনা।

হোল্লগনু হি হোনবা নঙবু
কিবনা লোইবে যেংউ হিনুং অসে ঈশিং চঙলে।
নৌখৎ তোযনা তফিং তফিং হি থাংজিল্লে লৈবাইদা
মহৈ যালহল্লে নোংদম্বনা নীংবা পূম্বা থুংনা।
ননি মাখন অথুম অহাউ মখল মথেল কযা
কৎশিন্নবি মহৈ মহৈ মবুংঙো চবন্দা।
চাবে খুবাম খুবাম থন্না অমত্তা খাক্তনা।
হৌগৎতুনা চথোকখবে চাথোক্লবা তুংদা।
লাক্লে সোমদা বাধিকাসু সখীশিং লোযননা।
নুংঙাইবা বাগনা থন্না প্রেমগী ঈথক হৌনা।
অনীমক্কী অসিগুম্বা লীলা বসসিবু
গোবিন্দ দাসনা শকচৈ হবাউ মথোয কানা।

**শ্লোক**

কৃষ্ণগী চান্নবী বাধে বৃন্দাবনগী মবেম্মা হে
পীনবিযু ননাই ওইবা কথোকচবি থৱায হকচাং।

**শৈশিন-শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীকোইবেং সিংহ, হবাওবৌ
দুহাব – শ্রীকুলা সিংহ, খুবাই ইপুম খোঙবাল
পূংযৈবা – শ্রীঅথোকপম অমুমচা সিংহ, থৌবাল অথোকপম
যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবাতককশুবা মেলগী পূংলোন্
মফম – কেলি মাণ্ডব, নাগমপাল কংজাবী লৈবক, ইম্ফাল

তাং ৯।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## তরাতরেৎশুবা শৈশক

## রস – দুরদর্শন

## রাগ – শুভগা

কৌবিনে গৌবনা তোযনা মমিং ফান্না
ধবলী শ্যামলী হাযনা মীৎলু ঈবা চেন্না।
শিঙ্গা বেনু মুকুলী হৌনা লাউনা খোংলি।
হোইবি হৈ হৈ হাযনা যনশেন শাজে পাযনা।
বমাই সুন্দবানন্দ যাওবি নিত্যাইনন্দ
গৌবীদাসনচিংবা হবাউনৈ ভক্তশিংনা।
পূক্লিং হবাউ ভূজুংননা হাযজৈ বাসু ঘোষনা
ফোঙবিবক্কে গোষ্ঠ লীলা গৌবাঙ্গ প্রভুনা।

**লোল**– কযাদা নুঙাইবি ঙসি নন্দগী শঙ্গাইদা
কৌবা লাক্লি গোপ মচা যনশেনবা থৌবাংদা
চৎকদবা চৎলোইদবা হংনববি যৌ যৌ।
লেপ্লি পূন্না যেংনৈ মুন্না চোংনবক্লি হৌ হৌ।
শেৎপিবক্কে বাখাল ফিজেৎ বানী যশোদানা।
হন্না হন্না চিংনা যেংনা বোহিনীসু যাওনা।
শাথেক অহুম থেকপা ফিবেপ চীন্বালদা মুকুলী
যেংজৈ ননাই বলবান্না পূক্লিং বনমালী।

### ঈশৈ

মচাই মাযথোং যেংলি চুপ্লি বানী পেন্না পেন্না।
শীষ্টে খোন্নাং পিবাং চেষ্টে চোংলি লৈমাযথক্তা

পল্লি অমুক নন্দ নিংথৌ চেৎনা কোন্না মচাবু।
মীৎলু ঈবা লোৎনা কাযনা ৱাখল ঈবোইননা।
যেংউ প্রেমসে যশোদাগী থাঙমজদে মচাবু
লাউবি চীন্দা জযধ্বনি ঈবা চেন্না মাযথোংদবু।

## অওনবা

তান্নদুনা চুপ্পবি মাঙদা থৎনা চেনখৎতুনা
লৈতাজ ঙমখিদে নন্দবানী।
ঈহৌবল্লি অমৃতনা ফিজেৎ লৈতেং চোৎনা
লেপ্লি অসুম কুইনা মাযকৈ যেংনা।
পাওমেল্লকই হন্না হন্না বলবামগী মখুৎ পাযনা
শিন্নদুনা মচা গোপাল।
হাযফম লৈতে নৌনা ঐনা খ্বাযগী অহলনিদো নঙনা
শেন্নবোকো অমুক ননাওসিবু।

## তাঞ্চপ

চৎথ্রবদা সুন্না কৃষ্ণনা বন্দা খোংদুনা শিঙ্গা মুকলী
পুমহাং হাঙহৌবি ব্রজ পূম্বা লনসু থৱাযসু ইন্নখবি।
নিপা নুপী ব্রজবাসী থোকনৈ ঙম্না লম্বীদা
কৃষ্ণে ওইনা যেংনৈ গোপ মপৈ।
লাউবি জযধ্বনি গোপীশিংনা নহা ওইবী
থোঙ্গান্দা খিন্নৈ ঈশিং চফু।
নুঙাইবগী পান্দম লৈতে
যেংলি দলালথক্তা বিনোদিনী বাধিকা ঈখৌ লাংনৈ মহৈ-মহৈ নোংইন চেক্লা অনী। অমগী মীৎনা অমদা থকচিন্নবি পেনবা লৈত পূমশুম শুমনৈ থম্মোয অনী।
লাম্বোক্লবি অনীমক্লা খাকচদনা প্রেম বস
অমনা অমগী চিংনা থম্মোয
চৎলি কৃষ্ণ মঙলান্দা খোঙনা মাঙদা মিৎনা তুংদা

কোমগোমলি সনা ফীগে ফৈজোম।
চঙখবে ব্রজবাসী ময়ুম মশাই তমদুনা
গোবিন্দ দাসনা শৈবাংজৈ।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীশৌগ্রাকপম চানবী সিংহ, পিশুমথোং, ইম্ফাল।

দুহাব – শ্রীকাংজম গুলাপমচু সিংহ, পিশুম, ইম্ফাল।

পুংযৈবা – শ্রীনোংমাইথেম নাওল সিংহ
নিংথেম পুখ্রী মপাল, ৱাঙ্খে, ইম্ফাল।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবাতবেৎশুবা মেলগী পুংলোন্

মফম – কেলি মাশুব, নাগমপাল কংজাবী লৈবক, ইম্ফাল
তাং ১০।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## তরানিপালশুবা শৈশক

## রস – দান লীলা

## রাগ – গৌরী

ব্রজগী হবিনা লাক্লে গৌবাঙ্গ ওইনা।
ভক্ত ভাবপু লৌবিদুনা লানবিবি জীব লোইনা।
প্রেম বস পীথক্লুনা ঙাওহল্লি ভক্ত লোইনা।
হীক্লা হীক্লা কপ্লি ব্রজলীলা খল্লদুনা।
ফাওবক্লে হৃদিদা শান্নখিবা দানী লীলাদো
উবক্লে ভাবনিধি গৌবাঙ্গগী ভাব নযন্না।
কবিবু খল্লিবা হৃদিনুংদা গৌবাঙ্গ প্রভুনা
মাশুল লৌফম হাংলি নদিযাগী মনুংদা।
কবিবু পাল্লিবা খঙদেদো গৌবকিশোবনা।
শাজৈ পাযদুনা থৎলি নহা ওইবীখোযনা।
কোযনা লাউবি মাশুল পীযু হাযনা প্রভুনা।
নদিযা নাগবী পৃম্বা কিনৈ ভাবপু খঙদদুনা
লৌখি ঐনা মাশুল কযা কৃষ্ণ ওইবিগৈদা।
নাগবীকশা মাশুল পীবো লাউনে ঐঙোন্দা
প্রভুনা নীংশিংলকপসিবু শকচৈ বাসু ঘোষনা

**লোল**– অসিগুম্বা দানী লীলা বসশিং অসিগোবর্দ্ধনগী মযাদা লৈবা মানস গঙ্গাগী মপান্দা মাশুল লৌফম অমা শেমখি কৃষ্ণচন্দ্রনা। মদুগী বসতু গৌবাঙ্গনা চুপ্লি হীক্লা হীক্লা কপ্তুনা। বাধা কৃষ্ণগী লীলা যেংগনি হাযদুনা। মতম কুইনা ঙাইজবক্লিবী অহল ওইবক্লবী ববাইনা ব্রজগোপীশিংবু যেংলগা হাযবকই–

## ঈশৈ

কনা কনা চৎকনি লাকওদনা
অসি হাযদুনা কৌবি ববাইনা।
মধুপুব কৈথেলদা শঙ্গোম মখল যোল্লুসি হাযনা।
শেম শাবে মখল মথেন ববাইগী মতুংইন্না।
যটিলাগী যাথং লৌদুনা পোৎলুম
পূম্বা পুহল্লি দানীশিংদা।
চৎলি মথুবা কৈথেল তম্না
চৎলি বাধা সখীশিংগা লোযননা।
ফাগী হৈবী ববাইনা পুদুনা।
গোবিন্দ কুঞ্জ মনাক্তা মানস গঙ্গা মনাক্তা
তোৰ্ব্বান্দা ওইগী স্ববদা খোঙথাংই।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা অসুম্না লাকই-গোবিন্দ কৃষ্ণবোমদা
মাঙদা চৎলি ববাইনা মথংদা চৎলি বাধিকানা
তুংদা ইল্লি অতৈ মযামশিংনা
থম্মোযনুংদা কৃষ্ণ কাউদে বাধানা।
চৎলি অসুম্না মযাম গোবিন্দ কুঞ্জ তম্না
প্রেম্না ইঙাও ঙাওনা চৎলি বাধিকানা।

ফম্মি কৃষ্ণ সুবল উখোংখাদা মাশুল লৌবা শাদুনা।
কনানোনে ফল্লিবশা কদম মখোঙদা
যেংউ ববাই শক খঙববা।
ফল্লিবসি উখোংদা সনা ফীগে থোনবা
লংলিনে মনি মুক্তাদনা।
কনানোনে থানিল কোটি হেন্না ঙাল্লিবসিনা
উদবি অমুক্তা অসিগুম্বা শক্তম।
নটবব বেশ থোনবা শক কুচুগা চান্নবা
ফৃযনা হৌবা নোং ঙমজবা কুচুনি
অসুম্না ঙাঙনা চৎলি হেন্দোক্কুনা।

সুবলনা লাউবকই কৃষ্ণগী নাক্ত লৈদুনা।
চৎলিবা কনা কনানোনে মাশুল পীবমদ্রিবা ঐখোযগী সোমদা।
চৎলবদি মাশুল পীবমখোনা।
কবিগী মাশুলনো হংই ললিতানা
কৃষ্ণনা হাযবকই নোপুব কিঙ্কিনী
অশংবা শাবিগী মাশুলনি।
ঙক্তা শিবিবা মুক্তা পবেং মুনগনি হকথেংননা।
শোইবোই যেৎকনি চূড়াদা মালিকা ওইনা।
মাযথোং থাগী মাশুলদি লৌগনি মাযথোং থা ওইনা।
তনৌবী হকচাংদা লৌগনি বসকী মাশুল।
মীৎতা থাবা কাজলগী মাশুল কাজন্না লৌগনি
খোঙদা তৈবা যাবতকী মাশুল লৌগনি।
ব্রাহৈশিংদু তাবদা বাধিকাদি লৈবে পঙথদুনা।

**লোল**– হৈশিংলবী ললিতানা মোমোন নোক্লদুনা হাযবকই।

**ঈশৈ**

হে শ্যাম শকহেনবা কবি ব্রানোনে
মাশুলগী নিযমসু খণ্ডদনা।
যমুনাগী ঘাট্রা হি থাঙলগা
লানথোক লানসিনগী মমলবু লৌগদবনি।
নুপী ওইবীগী লৈতেংবু মাশুল লৌগনি হাযবসি
কবি ব্রানো খণ্ড্রেদা।

**লোল**– অসুম্না ঙাঙনা ঙাঙনা ববাইনচিংবা গোপী মাঙনখবে লোইনা। মশা মশানা থোকপা যেংনদুনা লোৎনখবে লোইনা। কোযনা থিবক্লে কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং। শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা থেংনবে বাধিকা নিকুঞ্জদা শ্রীবাধাকৃষ্ণচন্দ্র অনীগী অপুনবা শক্তম উজবে গোপীশিংনা।

**ঈশৈ**

উজদ্রি অমুক্তা অসিগুম্না শক্তমসে।
নোংগী মবক্তা থোক্লিদো থানা মচী লেঙদনা।

মাযথোং মাযথোং নকশিন্নবে বাহু থানিনগুম্না।
যাজৈ অমৃত থম্মোয ঈরাং হৌনা।
ববি-চন্দ্র পূনবা মতম অফবা পূংফম ক্ষেনফমনি।
কথোকহৌসি থৱায হকচাং খাকচবা লৈতনা।
নিজহৌসি শ্রীচবন মপোক খুদিং ফংজগে হাযনা।

**লোল**— অসিগুম্বা দানী লীলাসি গোবর্দ্ধনগী তমযা
গোবিন্দ কুঞ্জগী মনাক্তা লৈবা মানস গঙ্গাগী মনাক্তনি।

**ঈশৈ**

অসিগুম্বা লীলা বসপু লৈহী চুপলে আনন্দ দাসনা।

**শৈশিন-শৈশক লোইরে**

ঈশৈ শকপা – শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ, কৈবী
দুহাব – শ্রীলাইশ্রম ইবোমচা সিংহ, নিংথৌবুং
পূংযৈবা – শ্রীথোকচোম মুক্তা সিংহ, শগোলবন্দ, ইম্ফাল
যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী ভবানিপালশুবা মেলগী পূংলোন্
মফম – কেলি মাগুব, নাগমপাল কংজাবী লৈবক, ইম্ফাল
তাং ১০।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## তরামাপলশুবা শৈশক

## রস – রূপানুরাগ

## রাগ – কৌমারী

যেংউ ইতা গৌব কযা নীংথিজবিবা
তাইবং শুন্দ্রৎ শক্তম পূক্লিং হুবা মীৎফম হোংবা যাদবনি।
অতিযাদা ঙাঞ্জবা থাদি মবোল অহুম্মক্তা ঙাল্লি।
গৌবাঙ্গদি অহিং নুংথিল অনীমক্তা ঙাল্লি।
গৌবাঙ্গদি উদুনতা লৈবে ইমিৎসিদা।

**শ্যামেব**– ফজৈদকো শ্যামগী শক্তমদো
বাধানা সুককাউ কাউঙমদেকো ইতা।
ৱাথোক চাউবী ওইদৌবিদো থম্মোযনুংদা ওমচাক্লে।

**হাই প্রিয় সজনী**– হা ইতা চান্নবী পুন্সি অসে ৱানা লেনদৌবি ইতা। শ্রীকৃষ্ণবু কাউঙমদ্রবী ঐনি প্রেমগী মৈচাক কবম লেল্লসিগে হাযযু ইতা চান্নবী নখোযনা শোঞ্জনিংই খঙখি উখিনি চিংনৈদো। থৱায থাসি থাঙমদে পনবুসু লানঙমদে চান্নববী কবি পাম্বে লৈবি। কাউববোই খোইখোইবা শাথেক, চূডানা লৈতেংবা শকফম পূক্লিং হুবদো। হাযযু ইতাশা ঐগী অৱাবসে কোক্লবা কবি পাম্বে লৈবিবা। নখোযদনি ঐগী পাম্বেদি ৱাজববী ঐগী ৱাখল লমজিংদি নখোযনি।

**কুরঙ্গিনী**– যেক্লি মাগী নীংথিবা শক্তম
থম্মোযনুংদা কাউঙমদনা।
কাউজদে মাবু ঐনা মতম পূন্নমক্তা
হোৎনৈ মুৎথৎনবা ঙমজদে মুৎহনবা।
মফম খুদিং চৎলুই ঐনা থেংনকই

মাতবু মাগী মমিং শোন্দুনা ঙাওহল্লি ঐবুদি।
ওহ্বোকপনি ইতা ঐসে খনবদা মমলে হিংবগী লম্বী অসে
খল্লুবগা সুম থোইনা মমশিল্লক্লে।

## মেন

**সুরধনী** – লৈবে মাগী শক্তম থম্মোযনুংদা কাউঙমদনা।
লাইবক থীবী ঐনা কবম্না কাউবসিগে
হৌনবী চৎনবী লমচৎ কাযদৌবি।
শোযবোই ইতা চাবদা থকপদা তূম্বদা
ইীপ্পদা শুককাউ কাউঙমদেনে।
কবি ওইবা হৌজিক ঐনা কবম লেনবা
পুন্সি অসে হাযযু ইতা চান্নবী
কবি উপায লৈবিবগে।

## অওনবা

লৈযেংসিনা শোল্লোই কৌবা ঙমদে বাধা ঐনা
লাইবক থীবী ঐগী ইনা খুৎনা মেঞ্জে তাদনবা।
হাকমল্লি চাকমল্লি খিত্তংদি ইতা।
ৱাখল অতৈ চঙদ্রে লৈতাদবে।
গুরুজনগী পন লান্দৌবি শোযববোই
হৌনা লোনচৎ পূম্বা লাল্লনি শোযববোই।
ঙাওচৎনবী ওইবনি ঐসে।
খল্লবোই খল্লি মথেক অহুমদো
তাববোই বাঁশী খোঞ্জেলদো।
ওইববোইদবা পূক্লিং অবেম্বদা
হঙ্গচৈ গোবিন্দ দাসনা।

## তাঞ্চপ

কবি মতৌনোনে ঐবু মহাক্কী ৱাখন্দা চান্নবী।
কপ্পদনা শকুক ওইবি কংদ্রে পিনা মিৎ অনীসিদা
অহিং নুংথিল অনীমক্তা কাউবা শুকঙম ঙমদে।

চাবা চৎপা হীপ্পা তৃম্বা পূন্নমকসিদা
কাউবা শুকযা যাদ্রবীনি লৈতাদ্রবীনি।
মৈচাকসিবু ফংদ্রিবদো ফৈদকো মহাক্তো খঙদে ঐদি কৈদগীনো
থম্মোয মৈহুম চুবি
খঙদে হাযজৈ চণ্ডিদাসনা।

**তিহুতি প্রাণ**– যেংঙবোই হাযনা পূক্লিংদদি খল্লুই
কাউবদি যাদে মাগী শক্তমদুবু।
শাগৈগী ধর্ম্ম পূম্বা মাঙহনখিদৌবি
ইতা তপথদবে পূক্লিংসে লৈফম চাফম খঙদ্রে।
কাউবগে মনিংই থম্মোযনা হেন্না নীংশিংই।
মীনদি ফত্তে হাযনৈ ঐসে
বাধা ঐদি থাবা ঙল্লোই।

## মেনকুপ

ৱাখলনা খল্লিদো থম্মোযনুং মতম পূম্বা
কাউঙমদে চান্নবী মতাশিংগা লোযননা।
থম্মোয ঈথক হৌবি চৎলি শামু শাজৎতা।
নোংথাংনা ইকাইজবী কুচু মানবী বাধানি।
অতিযাগী থানা লৈমাযদা থোকপগুম
ব্রজগী সখীশিংনা কোযনা ইল্লিদো।
থানিল পবেং পবেংগুম্না সখীশিংগা লোযননা।
শামান লেংমান্নবী ফিজেৎ লৈতেং মান্নবীনিনা।
লুতুংদা হাইবি তনিক তনিক।
থৌগঞ্জবি শ্রীরূপমঞ্জুবী সখীনা থানিন কোটি হেনবী
শাজৎ নীংথিবী ঙাল্লি মবুংঙোনা থম্মোযনুংদদি।
মোমোন মীনোক্না জগৎপু শুক্ষৎলি ৱাহৈ ৱাতা ফজবী।
খৌবাংজৈ উদ্ধব দাসনা শ্রীচবনবু পামবৈ।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীতোম্বা সিংহ (চাইবেন তোম্বা),
চাইবেন।

দুহাব – শ্রীবাবাতোন সিংহ, নিংঙোমথোং, ইম্ফাল।

পূংযৈবা – শ্রীইবোচৌবা শর্ম্মা, যাইবিপোক।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী তবামাপলশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – কেলি মাশুব, নাগমপাল কংজাবী লৈবক, ইম্ফাল
তাং ১১।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুনশুবা শৈশক

## রস – শুকমান

## রাগ – বেলোয়ারী

এবজনী – নদিযাদা শান্নবি গৌবনা ভক্তশিংগা লোযনদুনা।

বাইমনে – জীবগী থম্মোয পেলহল্লি ইবুংঙোনা।

বাই ভাব বেশে – বৃন্দাবনবু নীংশিংলমাল্লে।
মীত্তগী পি ঈবা হৌবক্লে।
গদাধববু চিংনা যেংলে বাধিকাদুমক্লি খল্লে।

শীঘ্র আছি – সুবধনী গঙ্গাবু যেংলে যমুনাবু নীংশিংলমাল্লে
বাধা বাধা হাযনা তোযনা তোযনা কৌবক্লে।
হকচাং তনিক তনিক নিক্লক্লে।

সখি সঙ্গে – ব্রজবস পীথক্কুনা ঙাওহল্লি ভক্ত লোইনা
অসিগুম্বা বসসিবু গৌবাঙ্গনা চুপ্লি।

একদিন – অঙকপনি গৌব পূক্লিংগী ৱাখল কযা ঙকখ্রবনোসে।

বৃষভানু – চৎলি নুমিৎ যুংবা মতমদা গঙ্গাগী তোবৈ তুংইন্না ভক্তশিংগা লোযনৈ চৎলি।

দিবাঅবসান – সুর্য্য পূজা কৎলুগে হাযদুনা ভক্তশিংগা লোযনদুনা লেঙলক্লে গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা।

বসেব শেখব – উশাদা তোংদুনা মতম অসিদা হাযবকই তেনৱানা।

শিবপব – চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা লৈহৌবে কৃষ্ণদি
হাযনা হাযবকই তেনৱানা।
গৌবাঙ্গগী ভাব বসবু বৃন্দাবন দাসনা শকচৈ শোঞ্জে।

**লোল**– তেনৱাগী খোঙ্লোক তাবদা বাধিকানা মান তৌখ্রে। মাযথোং ইমক মকশিন্না থম্মোয তনিক তনিক্লা নোকই খাক্লা খাক্লা, ঙাঙই কপ্পা কপ্পা হাযবকই ললিতাদা।

চলবি আবে – চৎলি বাধানা সখীশিংদুগা কুঞ্জ পাংদুনা লেংঙক্লে।

অহেবিনী – ইখৌলাংনা থম্মোয ঈথক হৌনা প্রেম্না থল্লি থম্মোয লকানুংদা।

বাইপাদ – লম্বীনি লম্বী নত্তে হাযবা খঙদনা চৎলি প্রেম্না ঙাওবদুনা।

ভ্রমব গুণ – মতাং অসিদা হাযবকই উশাদা তোংদুনা তেনৱানা।

ভ্রমব গুঞ্জন – খোইমুগী শাজৎনি অনৌ অনৌবতা পামজবা থম্মোয খোইমু লৈপাম্বা।

নিত্য সেবা – ফংলবোই মাবুদি চৎখ্রে মবুংঙোদি সখা সখীগা লোযনদুনা।

বেঢ়িল – তেনৱাগী খোঞ্জেল তাবদা শীঙ্বক্লে বাধা নযন্দগী প্রেম ধাবা।

হাই প্রিয সজনী– সখীদা হাযবকই অশাউবা ৱাহৈনা পদ্মাগা চৎখিবা মিনুংশি খঙদবা।

বৃথাকুঞ্জে – লৌনম্বা শাজৎতো যেংজববোই অমুক হন্না বাধা ঐগী ইমিৎ অসিনা।

## মেনগোয়

অসিগুম্বা লীচৎ শাজৎ কল্লবনি ঙসি যেংলবোই অমুক হন্না।

আজবনি – হালেংদবা লীচৎ শাজৎ ইকাযবা লৈত্রবা।

বন্ধু কেনে – লৈশক নাইদনা

আবে আবে – কোইপাই পাইবা খোইমুনিনা।

বাধা হামু – লেমজবতা লৈতবনি, চোপচবনা হেনবনি ইতা চান্নবী কবিনুংগী চান্নব্বা।

কুঞ্জে এলনা – চৎলো থুনা ইতা তাহল্লনু ৱাঙাঙ অসে

খঙহল্লু ৱাবসনু মাবুসু।

এসুখ – চংখরে উদ্ধবদাসনা পন্থবা লৈতনা
রাধাগী পাউখোন কোক্তা থোংনা।
উদ্ধবদাসকী পাউ তাবদা কৃষ্ণ
রাধা লৈবা মায়কৈদা লাক্লে।

রাধা হামু – লাপ্লা লৈজরদুনা হায়জরকই শোম্বাংনা।

সাজাইলু – করিগী শাউরিবা ঐবু ওন্ন-তৈনবা ৱাহৈনা
বনগী উচেক মানা করি থোইনা খঙগনি।

## মেন অওনবা

যাওরে যাও – চঙজফম ঐগী কনানো রাধে।

জানিলাম – ঐগী লৈফম কদায়দনো রাধে।

নাইহিনী – খঙদে অতৈ করিমত্তা মানা
কৈদা শান্নরুবনা কদায়দা।

এতদিনে – সাক্ষীনি নঙগী সখীশিংনা
পেলগনি নঙদি ঐবু থাদোকপা।

## তাঞ্চপ

চল মাধব – ৱাদু তাবদা লাল্লে খন্দুনা ৱারক্লে ইবুংঙোদো। বৃন্দানা খুল্লকই-ইবুংঙো রাধাগী মান তোকহনবা, রাধাগী মান বৃন্দানা ইতীক নত্তে।

চলচন্দ্র – বৃন্দাগী ৱা অদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা "বৃন্দে, কৃষ্ণ ঐবু নুংশিদ্রবরনে। হে বৃন্দে, চানবিয়ুনে ব্রজলীলা শীনবিরিবী, উপায় লৈত্রবা কৃষ্ণনিনে।"

হামু পাপিনী – ঐবু নুংশিদ্রবরা রাধাগী চান্নথোইরবী বৃন্দে। শ্রীচরন্দা পুশিনবিয়ু লমন শিংজগে পোকখিনি মপোক খুদিংদা।

**লোল–** ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা প্রেমগী লৈপুল ওইখরে। শ্যাম্মা কোল্লে রাধিকা। প্রেমগী লৈপুল ওইখরে শ্রীকৃষ্ণগী পূক্লিং পেল্লে। শ্যাম্মা কোল্লে পাম্বোমগা পাম্বোমগা ঙানরে। লোক্কী ঈশিং ঈহৌরক্লে নোঙ্গৌবীগী পূক্লিং

পেল্লে। নোংইন্না পান্বা থাবল ফংলে। নন্দগ্রামগী অশংবা তোমাল যাবত গ্রামগী সনাগী উরীনা মখোঙদগী মতোন ফাওবা মনিং তম্না য়েচ্চরে।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে

ঈশৈ শকপা – শ্রীগৌরচাম্বী, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল।

দুহার – ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা।

পূংয়েবা – শ্রীহিদম বাবুধন সিংহ, শামুরৌ।

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী কুনশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – কেলি মাগুব, নাগমপাল কংজাবী লৈরক, ইম্ফাল

তাং ১১। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুনমাথোই শুবা শৈশক

## রস – আক্ষেপানুরাগ

## রাগ – বৈরাগী

থম্মোযনুংদা কাউঙমদে গৌবাঙ্গবু নিংঙমজদে
পিবাং অসে খকউ হাযবা যাদে।
চীন্দা শোল্লি গৌব, যেকলি লকানুংদা গৌব।
অহিং নুংথিল নাইদে গৌব লাঙ্গোয চল্লি গৌব।
ঙাওবে ঐদি ব্রজ প্রেমদা। লুপলি ঈপাকনুংদা।
চঙলুববা গৌব প্রেমদা ঈংলোই খক পুক্লিংদা।
ৱাখল পুম্বা লোইনা কাউহল্লি।
হাযজৈ মনাই বাসুদেবনা।

**জয় শচীনন্দন** – কুচুনা সনাবু হেনবা প্রেমগী লন্না
লল্লোইনবা কবিগী লৈমাযদা ওন্দুনা লৈবিবা।
লৈতেংলি উফুন্না হেন্না ফজৈ হকচাং পুম্বা।
লৈতেং ওইনা ঙাঙলি ৱাহৈ মতেক মতেক।
অঙাওবগুম শোল্লি মুকম মুকম।
চঙলুববদি মহাক্কী লাংদা।
তাইনৈ অমুক নোংদম্বদা কবিগী অমুক।
নোংদম্বদা কবিগী অসুক তম্বা
নোংদম্বা হৈতবা হেন্না অমুক ৱাহনবা।

**আইলা** – মৌনি ঐদি মীখা পোনবী খঙহনবিদে
ইকাই ইকি চাকহল্লি থম্মোযনুংদা কবিগী নঙনা।

লুপলুবনা গৌবগী প্রেমদা পুঙমদবে থৰায
হকচাং পৃম্বা কপচৈ মনাই বৃন্দাবন্না ।

## বৈষ্ণবন্দনা

নিজবি ঙাকপী হৈবগুম্না অবান অহুই খিবিক দোষ থিবিদন । যাদা নাপী চীক্লা চঙজৈ চবন খাদা । খুবাং চাংজৌ লোন্নদুনা ৰাহৈ মতেক ঙাক্লা সভাগী থৌজান্না শিনবা থৌনানা । খৌবাংজৈ থৌগঞ্জগে শ্রীবধিকাগী আক্ষেপানুবাগবু ।

**খলশং** – ব্রজগোপী লুচিংবী মাগী প্রেমদা
লুপচবিবী সঙ্কেত ভৌবি বেনু খোংনা
খোংনা বন্দা চৎলি যন্না মাঙদা।
ইতাবোই ঐনা কবিবু হাযসিগে ।
কৃষ্ণ মাগীদমক থাদোকখবে ।
খঙলবদি অসুক ৰাবোই খঙহৌদবনা ।
পঙবনিনা কৃষ্ণ মাবু ঐনা নুংশিজকই
লোইনা তেংথোকচকই
ঐগীনি খন্দুনা নুংশিজৈ অখাকপা লৈতনা
হাযদোকউই পূক্লিংগী অবোইবা তেংথোকউই ।
ৰাহনমাল্লি ইতাবোই, কৃষ্ণ মাগী প্রেম
হাযবসে চাণ্ডিদাসনা হাযজৈ তাবিযু
অথিবা লাইবকনি বাধা মাদো ।

**দুখিনী রাই** – যুমগী মৈশানে কৃষ্ণগী মৈচাকনে
হিংলোইদৌবি ঐদি মৈবক্তা ।
কপ্পুনা লেল্লু তমখ্রবোই বাধা ঐসে ।
লাম্মৈনা কোযববা শজি অমোমগুম
কৃষ্ণ প্রেম্না চাক্লবী বাধা ঐনি ।
লৌদনা কাবে শঙদনা মুশিল্লে
নুংসু পানসু লোইনা চাকলে বাধা ।

তাকপিযু নখোযনা কবি উপায লৈবি
শ্রীকৃষ্ণগী চবন ফংননবা।
মাঙলে ঐহাক্তি কৃষ্ণ মাগীদমক
ফংহনবিদে ঐবু বিধিনদি
ৰাহল্লি ৰাহল্লি নুপীগী মপোকসে।

**কুবঙ্গিনী** – কোযনা চাকপা লাম্মৈনিদা, ব্যধনা থৎলি মাঙদা। মৈচাক খাঙসি খাংঙমদা পনবু লানসি লানঙমদা ৰায ৰায শজিদো পন্নুংদা। কৃষ্ণ প্রেম্না লাম্মৈ ওই; চৎনা পন্না ব্যধ ওই, ৰাজববী শজিদো বাধা ঐগা মান্নবেদো।

### মেনগোয়

ইতা চান্নববী কাউবা যাদে শ্রীকৃষ্ণগী ৰূপ অদো।
খল্লোই হাযবা ঙমজদে।
লাইবকথিবী বাধা ঐনি ব্রজগী মনুংসিদা।

### মেনবুং

ইতা চান্নবী চান্নবী পুন্সিসে কবম লেনসিগে।
কৃষ্ণগী প্রেমসে কবম কাউসিগে।
কৃষ্ণগীদমক মাঙলে ঐদি ফংহনবিদে
বিধিনদি ওহোক্লা লাইবক থীনা তম্বী ঐদি।

### অওনবা

**এতয় যাতনা** – বন্দা লেঙখবে উবা ফংদবে
ইঞ্জনিংই বন্দা কোযনা কোযনা
নুপী ওইবনা ইনবা যাদবে।
লাইবক থীবী বাধা ঐনা উজবা ফংদবে।
কৃষ্ণ ফংবা ঙমদ্রবদি হিংবগী কবি কান্নগনি।
হাযযু ইতা কবি উপায লৈবি কৃষ্ণ ফংননবা।
পাপ চেনবী দেহেসে হিংদুনা কান্নদে
ইবুংঙোগী চবন ফংদ্রবদি তোল্লি নুপীগী মপোকসে
ঐগুম্বী তোল্লবী ব্রজগী মনুংদা কনা লৈবমগনি
হাযযুনে ইতা।

**পীরিতি** – ঐগী থম্মোয তনিকলে এ।
যমুনাদা চোংথদুনা থৱায থাবনা ঈংলগনি
তোল্লি তোল্লি মীখা পোনবী
পোন্দা যোকপী চেকলা গুম্বী।

**তাঞ্চপ**

**প্রাণ সখী ললিতে** – চান্নববী ললিতা খল্লু খল্লুবগা
থোইনা হেন্না চাকশিল্লক্লে।
পোকপদগী হৌদুনা প্রেমগী মৈচাক্তবু
খাওদুনা লৈববী বাধা।
কৃষ্ণ প্রেম্না চাকপসে চন্দন চাইবনসু,
যমুনাদা লুপ্তুনসু ঈংবা ঙমলোই।

**তিষ্ঠতি প্রাণ** – প্রেমগী মৈনা থম্মোযনুংদা চাকপসে
কল্লি কবম হাযনা খাঙগনি।
নুপী ওইনা পোকপসে তোল্লিদা তোল্লিদা
ৱাবেদা ৱাবেদা প্রাণ পুবা ঙমদবে।
ঐগী থৱায তনিক তনিকলে। হা ইতা চান্নবী।
থম্মোযনুংদা চাকলে প্রেমগী মৈচাক্লা।

**জানে সখী মম** – খঙলে বাধা ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎ
তাবে ব্রজসিদা বাধা ঐবু ঙাঙনবিবা মিংচৎ।
নীংজবা শোঞ্জবা পেল্লোই।
নীংজবা ৱাৎপা অসিনা নীংজবগী মপু ইবুংঙো
মহাকপু কবম্না কাউগনি ঐনা
হযেংমুক্কী মপোক্তদি শ্রীচবনবু ফংগববা ঐনা।
ৱায ৱায বাধা ঐগী মপোক অসে
খনবদা মমলে হিংনবগী লম্বী অসে।
খল্লু খল্লুবগা সুম থোইনা মমশিল্লক্লে।
কাউজবসু মাবু শুকঙম ঙমজবোইদো
মিংচৎ থীবিবা অসিসু নোংমা

অসুম অসুম থোইনা থোইনা হেঞ্জিল্লকখিবা তাইদো।

**বিশাখিকে** – চান্নববী ঐনা কৃষ্ণ ফংনবা উপাই হাযযু।
হা ইতা ৰাবেদা ৰাবেদা বাধা লাইবক থীবী
কৃষ্ণ প্রেম্না থাম্মোযনুংদা চাকপসে
ঐনা কবি হাযবসিগে।
শাথেক অহুম থেকপা জগতপু শুম্বৎপা
বসবাজ মূর্ত্তিদো
খল্লু খল্লুবগা থোইনা চাকশিল্লক্লে।
ঐগী কর্ম্মনা ফৎলক্ত্রবনা
বাধাগী মপোকসে অবেম্বা ওইবে।
কৃষ্ণ ফংউ হাযনা বিধিনা তমলমদ্রে
বাধাগী লাইবকসিদা।
ঐতবু ৰাহনগে হাযনা ইবনি বিধিনা অসুক তমথিনা
খঙলে মপোক অসে কান্নদ্রবা মপোক ওইবে
কান্নদ্রবী ঐনা হিংবগী কান্নদ্রে জগৎসিদা।
লৈজববোই মফমসিদা যোগিনীবু ওইখ্রগে।
মপোকসে ইতা কৃষ্ণ শোন্দুনা লেঞ্জবগে।

## শৈশক লোইরে

ঈশৈ শকপা – শ্রীনামৈবাকপম মনাও সিংহ, মযাযকোযবী, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীমাইবম পাকা সিংহ, তেবা কৈথেল, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীযুম্নাম শেখব সিংহ, লম্লোং বাজাব, ইম্ফাল

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুনমাথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনিকখম্বম মাণ্ডব
খোংমন মংজিন, ইম্ফাল

তাং ১২। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুননীথোইশুবা শৈশক

## রস – মুরুলী মান

## রাগ – বসন্ত

**গৌরচন্দ্র**

অঙকপা মতৌনি গৌবাঙ্গগী লীলা
বৃন্দাবনগী লীলা বস ফাওবক্লি পূক্লিংদা।
যেক্লবগী মমিং ফান্না কৌবকপা সিনা
ঙাঙলি খোযশাউনা তাবগুম নাকোংনা।
মীৎযেং নাযেং চুমদবা খোইমুগী শাজৎলা
মতাৎ চাউবা লৌনম চাউবা পূকচেল ফত্রবা কালা।

**সূত্র** – কবি থোক্লগবা হাযনা অকিবগা লোযননা
লাই নীংজবী বাস ঘোষনা থম্মোয নীক্লা।

**প্রাণ বন্ধরলাগী**– খোংলকলি মুকলী বাঁশী কদম মখোঙদগী
কৌবি তোযনা তোযনা চন্দ্রাবলী হাযনা।
যাবত্তা লৈবিঙৈদা বাধা তাকবে খোঞ্জেল অসি
তাবদা থম্মোয কাযখবে।
মানা পেনবিদবে ঐবু ঈশক ইতৌসিদা তৌইনা কৌবি চন্দ্রাবলী
ঐবু তাহন্দুনা ঐবু মৈচাক হেলহল্লি
কবম হাযনা ঐবু খাঙলসিগে।
লোযববনি ঙসিদগী তৎলবনি থৌবী সাক্ষীনি উদ্ধবনা।

**প্রাণ সখী ললিতে** – লৈহাউ লৈবেন মানবী সনানা ফুদোংবী
বিধিনা শেমজবী যৌনা নীংথিবী।
নঙনা কুচু পাল্লী মানা অমুবনি

অমম্বা অঙানবা য়ারোইহ্ থানবা।
মথোং কাবী মতৌ মাঙদনবা তৌজৌ
থীল্লগনু অমুক চৎলো থীল্লগনু।
নোল্লুকচৈ লোচ্চনানা হায়জৈ
শ্রীরাধিকে হিংজগনি মহাক উরগতা নহাক।

**বাকা নোয়ানে–** য়েংবিদ্রবদা শ্যাম্না ঐবু করি কান্নে হিংদুনা
কান্নে করি শোঞ্জবা মাবু। তিংথোক্লুই, পূক্লিং হকচাং
থাদোকলুই অফ-নুংঙাই, লাচ্চরুই লকানুংদা।
কৈদৌননি পুন্য ফলনা মপোক থীবা মীগী মকাদা।
থৎলি তিংখংনা চৎন-লম্বী অতোপ্পনা।
ইথন নাইতোম চচ্চবীনি, থৎলি লম্বী তোপ তোপ্পনা।

## চারিতাল

লৈতে অতৈ পাম্বৈ অমা পাঙ্গল শোনবী মপোকনি।
মীখা পোনবী লাইবক থীবী। শীংথারুবা নহাক্কী পূক্লিং অঙকপনি
মাঙলে ঐদি মিংচৎ পূম্বা
য়ুমগী মৌ অমা ওইনা, লুপ্লে অৱাবা ঈপাকনুংদা।

## মেনগোয়

লৈতে অতৈ পামবৈ অমা পাঙ্গল শোনবী মপোকনি।

## অওনবা

**জাগো নাগর কালা–** শাউবনা নীকলে হকচাং পূম্বা চন্দ্রাবলী হায়না খোংখিবা বাঁশী
অসুম তৌনা শাউখিবনা মায়থোং মক্না রাধিকা কপলক্নে
মিস্না থম্বালদা ঈরা হৌনা লোইরবনি ঙাসিদগী কক্লবনি
ঐগী থোঙজিল উহনগনু ঐবু মাগী মশক।
ৱাজরক্নে সখী পূক্লিং তাবদা ৱাহৈ খুদিং
তৌফম খঙদা খল্লি মথন্তা।
চৎখরে মথন্তা তন্নুনবা চিখদনা উদ্ধবপু পুরগা কৃষ্ণ নাক্তা।

## তাঞ্চপ

তাবিয়ুনে হে তৌঙমদ্রবা পূকচেল তয়াং তশোইবা ও- ।
করিগী খোংলুরি মুরুলী মমিং ফান্না চন্দ্রাবলী হায়না ।
তাহন্নববা রাধা নাকোং ফাগনি করম মাবু হৌজিক ।
শ্বাই লাউই হরি তারুবদা লাকমিন্নে সাখীগা অপনবা লৈতনা
হেন্না শাউবা ফিভমদা লৈবে উরে রাইনা শহুম ফংলমক্তা ।
খুৎ লোন্নবে, মাঙদা খুরু খুদক কুন্না হায়রকই
কৃষ্ণনা নুংশিববা রাহৈনা । শকখিবনি ঐদি নঙতগী নগুন
খঙদে অতৈ কনাগী মগুন ।
ঙকলে ঐদি খঙদবনা মবম উদ্ধবদাসনা লৈ হেকচৈ ।

## মেনকুপ মপী

কয়া থোক্লা রানা শোঞ্জবনা হরিনা অসুম মহৈ ফংলে ।
লেপ্পা চিবোল বাহৈদা ।
মবুংঙো তমদুনা রাধা লৈশিল্লক্নে মায়থোং
খোযকম মীনোক্তা মীৎচি মীৎযেংনা ।

## মেনকুপ

তাঞ্জা ফংলে খঙলে হবি থৌনা হাপ্লে উবে পূক্লিং
চঙশিল্লে ফম্লবে বাধাগী নাক্তা ।
মীৎলু ঈবা লোৎনৈ, মায়থোং থানিন অনী
তনিক্লি তকুনা চাংজৌ পানা ।
থৌবাংনৈ প্রেমামৃত নকশিন্নৈ অনীগী মায়থোং
চিংশিন্নৈ অনী প্রেমগী থৌরীনা।
সখীশিংনা থৌগঞ্জে চামর সেবা তৌজৈ
য়েংজবি উদ্ধব দাসনা ।

## শৈশিন-শৈক লোইরে

ঈশৈ শকপা – শ্রীনাম্বৈরাকপম মেঘ সিংহ
উরিপোক, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীমঙ্গি সিংহ, উবিপোক, ইম্ফাল

পুংযৈবা – শ্রীলৈশাংথেম বাবুচাউবা সিংহ, তোপ খোংনাংমখো, ইম্ফাল

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুননীথোইশুবা মেলগী পুংলোন্

মফম – অনিকখন্বম মাণ্ডব,
খোংমন মংজিন, ইম্ফাল

তাং ১২ । ৬ । ১৯৮৯ ইং ।

• • •

# কুনহুমদোইশুবা শৈশক

## রস – গোষ্ঠ মিলন

## রাগ – তুড়ী

### বাহোন

জগোয শাবদা নীংথিজবীনি মুক্তাগী লিক্লাং শিজববীনি।
নৌজবা ৱাখন্তা খঞ্জবানি কুচুসু ঙাংঙ্গ্রান ফজবীনি।
তুড়ী হাযনা জগৎ ফাওবিবীনি।

**জলকেলী গৌর চান্দে**– পোকপিবিযে গৌব ওইনা ঙানবিবিযে থাবু হেন্না।
নীংশিংলিযে গৌবাঙ্গনা শান্নবম্বা লীলা মানা।
কৌজবিযে ইমা তোযনা চেঞ্জবিযে কন্না কন্না কোযনা।
নিজবিযে ফিজি পাযনা ননি মখোন পীযু হাযনা
লৈজবিযে শজি ঙক্লা যেংজবিযে চিংনা পেন্না।
শকচবি নবহবিনা থৌগল ওইজে কোমলনা।

### দুই তাল

**গৌবাঙ্গ কালিয় বটে**– গৌবসে কৃষ্ণমক্লি ব্রজগী মনিনি।
মথেক অহুম থেকলম্বনি বাঁশী খোংলম্বনি।
বাধিকাগী মবুংঙোনি বন্দা ষন শেনবনি।
শবৎ থাগী পূর্ণিমা ঙমখৈ খল্লুবে খোযবাংজৈ
অহিং নুংথিলদা প্রেম্না তাউজৈ চাক্লা মতম লৈঞ্জে।
বৃন্দাবন্দা কৃষ্ণনি নদিযানা গৌবাঙ্গগনি।

### সুত্র

অহানবদা শ্রীগৌবাঙ্গগী গুনবু মতেক খবদং শোঞ্জৈ, মথংদা শ্রীবাধা

গোবিন্দ অনীগী লীলাবু ননাইনা শোঞ্জগে। অকায় অতোই অশোয় অঙাম য়াওরবসু ঙাকপিয়ু হায়না ননাইনা হন্না হন্না খুরুমজৈ।
নুমিৎ অদুগী অযুক অঙনবদা সখা ময়াম

**নন্দের মন্দিরে আজু**– নন্দগী শঙ্গাইদা তন্নি হরাউ তয়াম পৃম্নিল নিল্লি।
গোপ অঙাং শুনা তিল্লি কোনুংমক্তা য়ৌশিল্লক্লি।
শ্রীদাম সখা চঙশিল্লক্লি বিদায় পীরো নিজরক্লি।

## শ্রীদামগী ৱাহৈ

## তান যাত্রা রূপোক

**ঝুলে ঝুলাওত** – বিদায় পীবিরোনে মতম থেঙখবেনে
সখাসু পুল্লেনে ষনযামসু শুবেনে
খৌবাংনা লৈবেনে ইতাওতা ঙায়বেনে।
নচাবু চানবিযুনে ষনশেনবা থেঙখবেনে।
জাতিগী চৎনবীনে ধর্ম্মগী হৌনবীনে
গোপাল ষনশেনবনে ৱারৌবগিনুকো।

## সুত্র

শ্রীদামগী ৱাহৈ তারবদা যশোমতী মমানা ফজ-ফজরবা খন্দুনা ফিজেৎ লৈতেংবিরে। ফিজেৎ লৈতেংবা লোইরবদা মমা ইবেম্মনা জগোয় তন্বীরে, জগোয় শাহল্লে। জগোয় শাবা লোইরবদা ময়াম্বুং ইবুংঙো বলরামগী মখুত্তা শিন্নরে। সখা সখীশিংগা লোয়ননা মমা ইবেম্মা খুরুম্নন্নগা ষন শেনবা লেঙথোরক্লে।

## মেনকুপ

**আজ গোষ্ঠেরে**– ময়াম কোয়শিল্লে ষন শেনবা লাক্লে। অঙৌবী, অঙাংবী, অরাংবী, অমুবী ষনয়াম্বু হোইরক্লে। চোংনা চোংনা সখাশিংনা বেনুসু খোংলিয়ে। শ্যাম্না বাঁশী খোংলক্লিয়ে।

মাঙদনা ষনবী ষন্নাউ হোইরে তুংদা সখা ময়াম চৎলে, হোই হোই লাউরে লৈনা চোংনা জগোয় শারে। রাম কাহ্নাই পূক্লিংদা পেল্লে সখাসিংনা হরাউবা উবদা। রাম কাহ্নাই জগোই শারক্লেদা শিংগা বেনু

খোংবদো তাবদা।

## সুত্র

মতম অসিদা আট্টালিকা মথক্তা।

ব্রজেব গোপী – ব্রজগী গোপীকানা চিংনা চিংনা যেংজৈ।

মাযথোং থাগী অমৃতবু বাধিকানা চুপচৈ।

## সুত্র

মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মীৎচিনা ফল্লপ যেংঙিযে হাযবপ চুডানা চেপ্পপ লেঙঙিযে তপ্পা। খোংঙিযে বাঁশী ওইবিযে বাশী, কৎলিযে ঙসি বাধাগী পুন্সি।

## সুত্র

মতৌ অসুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা ষন শেনবা লেঙঙিঙৈ মতম অসিদা। অসোমদা আট্টালিকা মথক্তা ইবেম্মনা ইবুংঙোবু দর্শন তৌবদগী সখীশিংদা যেংলগা– ''ইতা বাধা কৌবী ঐসে ওম্বোক্লা মপোক থীব্রেদকো,'' ৱাহৈ অসি হাযবল্লগা ইবেম্মসে ৱাহুখবে। মতম অসিদা সখীশিংনা মিপাইজবদুনা কোযচেন চেন্নৈ। যটিলা কুটিলা মমা মচা অনিসু তাবদুনা চেনশিল্লক্লে। মমৌগী দষা অদু উবদা যটিলা অসিদি কনানা যেংবা ঙমগনি খন্দুনা লৈবিঙৈ, কুটিলানা ''ইমা যশোদাগী মচা কৃষ্ণদি অসিগুম্বা অনাবা অসি যেংবা ঙম্মী হাযনৈ। তাবদা যটিলা পাখৎলদুনা তফিং তফিং চেল্লক্লগা তাঙ্গা যেংলগা ষন শেনবা লাক্লিবা অঙাংশিংগী মবক্তা চঙদুনা ইবুংঙোদা হে কাহ্নাই, ইবুংঙো ঐগী ইমৌনুপী বাধাদো ৱাহুদুনা লৈহৌবে নঙনা অমুক্তা যেংবিযু। তাবদা ইবুংঙোনা গোপ অঙাংশিংদি খঙহন্দনা তাঙ্গা যেংদুনা লেঙথোবক্লগা যটিলাগা লোযননা লাক্লে। ইবুংঙোনা কদায কদায ৱাহৈ হাযবদো হাযদুনা লেঙশিনখবে। যটিলা পাউ তাগদবগী মচি অমদা তৃমিন্না ঙাইদুনা লৈহৌই। সখীশিংসু মহৈ মহৈ তৃমীন লৈনখি। ইবুংঙোনা লেঙশিল্লগা ইবেম্মগী লাইকন্নখি। চেতন লাক্লদুনা ইবেম্মনা ইবুংঙোগী থৌগল ফংজখি। সখীশিং পুন্নমক হবাউজখি। ইবুংঙো লেঙথোবক্লে। যটিলাদা ইবুংঙোনা খোঞ্জেল ৱাংনা

"হে যটিলে নমৌ ঈবেম্মা ফহৌববনি হাযবল্লগা লেঙখিদুনা সখালক্তা যাওখি। ঈবেম্মনা সখীশিংদা যেংলগা মবুংঙোগী ফজবা ৰূপ অদুবু যেংজবগা থাগৎতুনা হাযজবকই।

## মেনগোয়

ফজৈদকো শক্তম অসে নুংশিদকো মাযথোং অসে।

## মেনহৌ

**পৃয় সখী কেলি** – শংবান্নবা ফজবা থাজ কোটি ঙমজবা
জগৎপু শুম্মৎলিবা, কামগী কাম্বু ওইবিবা।
শক্তম নুংশিববা মুনা বাশী লৈজবিবা।
ঙাওবেদো ঐহাকসে মমলেদো মাযকৈ অসে।
মাঙলে জ্ঞান অসে লৈতবেদো লৌশিং পূম্বসে।

## ঘাটকী মেনবুংগী ছন্দ

যেংনা যেংনা উনা লাপখি
সখাসিংগা বোন্দা যৌখি।
ইবেম্মসু শঙ্গাই যৌখি প্রেমগী মৈচাক ৱানা খাঙখি।
বোন্দা ষনবী ষন্নাউ শেনখি হবাও তযাম শান্নখি।
ফীবুল হাবী শান্নখি শগোল তোংবী শান্নখি।

## অওনবা

**হেদে অশাংবা**– ষন শেল্লিঙৈ মতমসিদা ধেনুকাসুব লাক্লে (এ)।
কৃষ্ণতবু হাৎকে খল্লে (এ)।
ষনযাম লক্তা চঙলে (এ) মচী অনীদো পূম্লং লংলে (এ)
কল্লবা হিংচাবা ষন লাবা মাল্লবা।
কংসনা থাক্তুনা থম্বদা মীহাৎপদা হালেংদবা।
ঙাইবিযে শ্যাম্না উদা খঙদা
মানা থেংনবেদো তন্না লাক্লবে কন্না।
ফন ফন ফন চোংশিন্নৈ তাপ তাপ তাপ পাইশিন্নৈ
পৎ পৎ পৎ ফোযদৎনৈ কৃষ্ণেগুম যেংনৈ।
থানৈদো তাক তাক ওন্নৈদো থোক থোক কাওনৈদো থক থক

পায়নৈদো পাক পাক। হুমাংদো তপ তপ তানৈদো।
তুপ তুপ, লেপনৈদো চপ চপ স্বরদো কপ কপ।
হিংচাবা চোকথরে লেঙজবা ঙমদরে কৃষ্ণনা নষ্টীরে হিংচাব শিরে
সখাশিং হরাউরে কৃষ্ণদি পোত্থারে, সুবলগা লোইন্নরে ঙইন্দুন লৈরে।

**তাঞ্চপ মপী** ছন্দ

তুলশী থারক্লে কৃষ্ণবু থিরক্লে (এ)।
প র্সা নি র্সা সা নি র্সা সারে রে রে
তু উ ল শী থ আ আ আআ র ক্লে
সা নি ধ প ধ প ম গ রে গ
কৃ ই ষ্ণ বু উ উ খি ই ই ই
গ রে মগ রে র্সা র্সা মরে ম প ম প র্সা নি র্সা রে
র অ অস ক্লে এ এ এ এ এ এ এ এ এ এ এ এ
র্সা র্সা রে রে র্সা সা ধ প ধ ধ প প গ রে সা
এ এ ইং ইং এ ইং এ এ ইং ইং এ ইং এ এ এ

ইবুংঙো উনবা ফংলে মৈচাক পূম্বা হঙ্গৎলে তুলসীদো হঞ্জরক্লে মবেম্মদা পাউতল্লে (এ)।
সা রে রে রে রে রে রে রে র্সা রে সাঁ নি ধ রে র্সা
ই বু ঙো উ ন ব ফং লে মৈ চাক পুম্বা হং গৎ লে
র্সা র্সা র্সা র্সা র্সা র্সা সা নি
তু ল শী দো হ ঞ্জ র ক্লে
ধপ ম গ রে মগ রে সা সা
মবে ম্ম দা পাউ তঅ ল্লে এ এ
ম রে প প ম প সা নি সা রে – র্সা র্সা রে রে র্সা র্সা
এ এ এ এ এ এ এ এ এ এ – এ এ ইং ইং এ ইং
ধ প ধ ধ প প গ রে সা
এ এ ইং ইং এ ইং এ এ এ ।।

ফিজেৎ লৈতেং লোইজরে গুরু অজ্ঞা লৌজরে, সখীশিংগা লোয়নরে হরাও তয়াম চচ্চরে।
রে রে গ মগ গ রে রে ম ম ম ম গ প ম গ গ গ রে

ফি শেৎ লৈ তেত্রং লোই জ বে গুরু আ জ্ঞালে উ জ অবে হে এ
বে গ ম প প পনি ধ প প ম ম ম মপ মগ
স খী শিং গা লোয ন আ বে হ বা উ ত যাম চঅৎ চঅ
গ গ বে ।
ব হে এ
সূর্য্য কুঞ্জ যৌবকলে সূর্য্যদেব খুরুমলে, সূর্য্য কুণ্ড থনম্লে নিকুঞ্জ যৌবক্লে।
ধ ধ ধ ধ ধ ধ ধ ধ প ধ নিধ ধ ধপ প গ
সূ র্য্য কু ঞ্জ যৌ ব ক্লে সূ র্য্য দে ব অ খু রুউ ম্লে সূ
ম প প প প প মগ গ বে গ মগ গবে সা
র্য্য অ কু ণ্ড থ ন ম্লেএ নি কু ঞ্জ বুট যৌবক্লে

## সূত্র

মতৌ অসুম্না লেংঙকপনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনী উনবে, ইবেম্মবু ইবুংঙোনা তবাম তবাম কৌজবে। আসন থক্তা লেঙশিল্লে, ইঙ্গিত খঙবী সখীশিংনা মহৈ মহৈ চৎনখবে। প্রেমগী লীলা মপুং ফাবে নৌনা ফিজেৎ লৈতেংলে আসন থক্তা নুমিৎ থানা ঙানবগুম বাধা শ্যাম অনীনা ঙান্থোইবে।

## মেনকুপ মপী

আজ কুঞ্জবনে– কুঞ্জবনগী লৈতেং ইতা কুঞ্জবনগী লৈতেং বাধা শ্যাম্না ওইবিনেসে। নুমিৎ থানা তমজনিঙাইনেসে, যেংঙুনেসে।
যেংঙুগবা অনীসে প্রেম্বু প্রেম্না পুনবনিসে
উবিমক্তা যেংনিংঙিসে।
যেংঙুগবা অনীসে চাংদমনিঙাই লৈতেসে।
অমনসু হেন্দেসে অমনসু ব্রাত্তেসে মাম্নেনেসে।
পান্নীসিনা তোমালনিসে শাৎলিবনা লৈহাউনিসে
অঙকপনা তিনবনিসে।
সনানিসে লংঙিসে মনিনিসে থাম্মীসে
নোংসু ফৃযনা হৌবিসে নোংথাংনসু ঙাল্লিসে।
ব্রাহোংনিসে নোযবিসে কেবিবসে লিন্নিসে

চবামনৈসে নোংশাসে শান্নজেদো শজিদো।

## সুত্র

শ্রীবাধা গোবিন্দ অনীগী চবণখাদা সখীশিংনা মহৈ মহৈ হঙ্গৎনিংবা পূম্নমক হঙ্গৎচবকই।

## মেনকুপ

গোবিন্দ গোপীনাথ বাধা মদন মোহন থৌজানবিযুনে বাধা মদন মোহন। থৌজানবিযুনে নুংশিবিযুনে বাধা মদন মোহন লৌশিনবিযুনে। বাধিকাগী থৱায ওইবা গোপ গোপীশিংগী চান্ন থোইবা

## সুত্র

জলকেলী শান্নবে লেঙখৎলে ফিজেৎ লৈতেংলে বোনগী উহৈ বাহৈ হাবে ইবুংঙো ইবেম্ম অনীমক। মহৈ মহৈ শঙ্গাই যৌনখ্রে। বসসিবু বাই শেখবনা শকচৈ। গুরুদেবগী কৃপাদগী তোল্লবা কোমল ননাইনা থৌগন ওইজৈ।

## শৈশক লোইরে

ঈশৈ শকপা – শ্রীলাইশ্রম ইবোহল সিংহ, ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীমনিশং সিংহ

পূংযৈবা – শ্রীঅহন্থেম নযন সিংহ, অৱাং শওম্বুং

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুনহুমদোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনিকখন্বম মাগুব, খোংমন মংজিন, ইম্ফাল

তাং ১৩। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুনমরিশুবা শৈশক

## রস – স্বপ্নমান

## রাগ – পঞ্চমী

অযুক অঙনবদা গৌবাঙ্গনা প্রেমগী ধাবা শিন্থবি।
নীংথিবা ৱাহৈনা নুংশিবা খোন্থাংনা তন্নক্লিনে মঙগী বাবী।
নন্দগী মচাদো ব্রজগী থবাযদো উবন্মিদো মঙদা।
ঙসি ঐনা মদুতবু নীংশিংলুবগা শাউদবা ঙল্লোই ঐদি।
মানগী মৈশা লাংদুনা খাঙলি ৱানা বানা যেংঙমদে বাস ঘোসনা।

মঙগী ৱাবী তমলকই শ্রীরাধিকানা চান্নবী মতাশিংদা
তাওনে ইতা হিংদুনা কৈদৌননি।
লমচৎ চুমদবা কালানি রাধিকানা মতাশিংদা তন্নকই
শয্যাদা ঐনা তূমলিঙৈ মঙদা উবন্মী।
অমুবা কালাদো অতোপ্পী বমনীগী মনাক্তা ফমদুনা
নুঙাইবা বসদা শান্নবন্মী।
শ্রীরাধিকা মঙগী ৱাবী তন্নগা থোইনা হেন্না শাউবক্লে।
থৌশাদবা উশিৎতবা মাগী কবি লেমজবা।
ঙসিদগী লোইববনি ঐগী পুন্সিনা লৈবিমখৈ
কৃষ্ণ ভজন চৎলবোই।
কৃষ্ণদা বতি লৈববোই ইকাইবা খঙদ্রবা কৃষ্ণনি
মীনম্বা মীবৈহৎ হৈবনি যেংজববোই অমুবা মচু।

চূড়ানা চেপ্লপ মীৎচিনা ফল্লপ, তাজবোই যেংজবোই উজবোইকো। মথেক অহুম থেকপা খোইখোইবা শাথেক খল্লুবগা নিকলে থম্মোযসে থক থক। খঙলে ঙসি ঐনা মঙদা তশেংনা উবে। চৎহল্লোই মহাক্কী মীনম্বা মতীক মগুন, শেৎচববোইনে অশংবা ফিজোল যেংজববোইনে অমুবা শক্তম।

তাজররোই মহাক্কী বাঁশী খোঞ্জেন্দো
সুকয়েং য়েংজরোই মাগী মীনোক মীৎচিদো
যশোদাগী মচাদো হায়নৈ ঙাওনৈ কুচু মুই।
কুচু মুবা কালাদো হুগী মশক ওইরেদো।
মহৌশানা হৈনজবা মাগী লমচৎ শাজৎনি।
হুরানবগী মপূনি খওনৈ ঙাওনৈ মহাকপু।
হা ইতা চান্নবী শোঞ্জবরোই তাজররোই কৃষ্ণ
ভজন চৎচররোই কৃষ্ণদা বতি থমজববোই।
বৃন্দাবন্দা লৈজরবোই ঐগী পুন্সি থন্নরোই।
বাঁশী খোঞ্জেল তাজবরোই অমুবা মচু য়েংজররোই।
অশংবা ফিজোল শেৎচরোই অরেম্বনি কান্নররোই।
মাগীদমক কপচররোই ৱাজররোই খঞ্জররোই নীংজররোই পেঞ্জররোই
ঙসিদগী অমুবা য়েংজররোই।
অমুবা উরগা কৃষ্ণ মাবু নীংশিং থৱায় অসে
পেঞ্জদে পুন্সি অসে লোমজরগে।

মতাংসিদা সখীনা হায়রকই, হা ইতা চান্নরোই হায়যুগবা ললিতে, উপায় লৈত্রবী রাধা ঐনে ইতা। প্রেমগী অমৃত ওইরম্বদো হুগী মশক ওইরেদো। হুগী মৈচাক ফংলবদা হিংলরোইকো, চান্নরবী পুন্সি অসে লোমজবগেনে।

## চালি

তোল্লি তোল্লি মপোক অসে তোনমল্লি পুন্সি অসে ৱামল্লি হিংলুদুনা করি কান্নগনি, থৱায় অসে থাজরগা লমন খুম্বা শকচগে মপোক অমা হোংজরগে। গোবিন্দ দাসনা হঙ্গৈচ্চে শেরান্নবা লৌবিগনু।

## দূতি

অঙকপা অশাউবা রাধাগী মতৌ উবদা ৱাজখি হৈশিংবী সখী।
থীজ্বা লৈতনা তয়াংবা খোঙচৎনা চৎখরে কৃষ্ণগী নাক্তা।
রাধাগী অঙকপা ফংনা শাউহৌবা পাউ পূন্নমক তন্নরে কৃষ্ণদা চিথবা লৈতনা।

## মেনগোয়

বাধাগী পাউ তাবদা শ্রীকৃষ্ণ অৱাবা ওইবে।
পূক্লিং লাঙতক্লখবে ৱাখল লাম্বা ফংদ্রে।

## মেন অওনবা

নাইতোম চৎলি শ্রীকৃষ্ণ কনা খঙহন্দনা লৈমাযথকপু যেংলদুনা। ব্রজগী লম্বীদা শ্যাম্না চৎলি নাইতোম চৎপা শামুগুম্না। খোঙথাং খুদিং খল্লি বাধিকাবু তপ্না তপ্না লেঙঙকই শ্যাম। কল্লি কল্লি প্রেমগী মৈচাক উকবা খুদিংমক বাধা ঙাক্তা উবে। প্রেমগী গুরুনি শ্রীবাধিকানা, প্রেমগী মখা পোল্লি কৃষ্ণ ঐদি। চঙজফম নীংজফম শ্রীবাধিকানি।

বাধা যাওদবা কৃষ্ণদি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা নীংনদে।

বাধানা গুরুনি বাধানা নিংথৌনি বাধাগী কৃপা লৈত্রবদি লৈবা যাবোইনা বৃন্দাবন্দা। ফিজেৎ কবম শেৎলগা ৱাহৈ কবম হাযবগা বাধা শাউবা কবম ফগনি। ৱাখল অমা ফংলকই। কৃষ্ণ পাঞ্জি শাবগে বাধা নাক্তা চঙলগে।

## তাঞ্চপ

দেখ সখী — পাঞ্জি শাবে কৃষ্ণনা কোক্তা পাগডী যেৎশিল্লে
খুত্তা চৈশু পাযশিল্লে নাকন্দা খুৎলায যেপশিল্লে।
চূডানা ওইবে কোক্কী পাগডী বাঁশীনা ওইবে খুৎকী চৈশু।
সনা ফিগে গুঞ্জা মতোন নাকন্দা যেপলে খুৎপাই ওইবে।
সনা ফিগে ওইখিদবে অঙৌবা ফিজোল ওইখবে।
পাঞ্জি ফিজেৎ শেৎলদুনা বাধাগী নাক্তা লেপ্লবে।
কনা কনা লৈবগে পাঞ্জি যেংনিংবা যেংজহৌবো লাউই।
কোকিল খোঞ্জেল ঙমজনা বাধাবু যেংদুনা হাযবকই।
শাউদুনা খুম্মি বাধানা।

ঐনা সনা ফিগে শেৎপা নঙগী কুচু তমজবনি। ঐনা বাঁশী পাযবদি লৈতেং নত্তেনে খনবিযু বাধা নামবু শোনবনি। চূডা ওইদা চেপ্লদি চেপহনগে নৎতেযে নঙগী চবন ফংনিংদুনা চূডা ওইদা চেপ্লনি। ঙসিদি লোইনা হাযজগে তাবিযুনে বাধিকে। বাধে নঙবু নীংজবদি বাধা বল্লভ মিংথোন ফংজৈ।

ঐগী অপবাধ ভাকপিযু হে বাধে

ভানুনা পোকচবী যাবট্রা ওংলবী ব্রজগী মবেম্মা প্রেমগী গুরু হে বাধে। মহাভাবনা লৈতেংবী লৌবীনুকো মঙগী ৱা (ঐগী ইবান) লাঞ্জদ্রবা কৃষ্ণ ঐনি হে বাধে। ফিগাও শানা নিজবি হাপ্পীযুনে প্রেমগী ভিক্ষা। লৎনবিগনু থাদোকপিবো মান। চঙজবিযে নখোঙ থম্বালদা অসুম্না শ্যাম্না। কযামকম হাযজববদা মুথখবে মানগী মৈবী। অকিব কোক্তুনা ফন্নবে হকথেংনা খীকলি নোংদোল লীকলা।

মাযথোং অনীমক পেন্নদনা যেংনৈ
চাংজৌ পাবি প্রেমগী ঈহৌ থম্মোযদা লাংঙি ঈখৌ।
লুপমিন্নবি অনীমক প্রেমগী ইবোন্নুংদা
পেঞ্জবি যেংজবদা বৈষ্ণবদাসনা।
অঙকপনি অনীমক্কী প্রেমগী লীলা।
হবাউনজৈ সখীশিংনা যেংনজৈ পেন্না পেন্না।
শান্নে অনীমক্না প্রেমতগী লীলা।
কবিগবু চাংদম্লনি অনীগী লীলা।
সখীশিংনা হবাউজৈ প্রেম সেবা চঙজৈ।
লুপচবি উদ্ধবনা হৈতে ইবোইজবা।

**শৈশিন–শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীশগোলশেম মোধুচন্দ্র সিংহ,
শীংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীয়াইস্কুল সিংহ, শীংজমৈ মখা, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীযুমলেম্বম নন্দি সিংহ, খুবাই কোনসম লৈকাই, ইম্ফাল।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুনমবিশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনিকখম্বম মাঙুব, খোংমন মংজিন, ইম্ফাল

তাং ১৩।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুনমঙাশুবা শৈশক

## রস – অভিসারানুরাগ

## রাগ – ললিত

খঙবা ঙমদে কনা অমত্তা গৌবাঙ্গগী পূক্লিং ৱাখল।
নীংশিংলক্লে ব্রজলীলা চেল্লক্লে গঙ্গাগী তোর্ব্বান তম্না
খুদোং থীবা কোক্লবা শঙ্কব পূজা কৎসি হাযনা।
ভক্তশিংনা ইঞ্জে গৌবগী ভাব খঙনা।
লৈ চন্দন পাযদুনা ইঞ্জবি ভক্ত মযাম্না।
চৎলি মযাম্না পূন্না গঙ্গা তোর্ব্বান তম্না।
গৌবগী তুং ইঞ্জবি মনাই বিশ্বম্ভব দাসনা।
চঙজৈ চবনখাদা লান্নফমনি খঙনা
কলিগী মৈশা পূম্বা কোকহনবিবী লোইনা।
ভক্ত খোইমু মপৈশিংনি শ্রীচবন তম্না কাইদা
লাংবা কোকহনবীবি সুম্না।
নঙান্তনা ইবুংঙোগী তাইবং শীনবা থুংনা ঙানবিযু
তত্তনা থম্মোয অমম্বা লোইনা
পামজৈ লীলা যাওজবা বাধা মোহন দাসনা।

প্রভুগী লূববা হৃদিদা ফুগাইনা শাৎলি ভাবকী থম্বাল, থম্বালগী বস চুপচৈ ভক্ত খোইমুশিংনা, প্রেম বস পীথক্লুনা ঙাওহল্লি ভক্ত লোইনা। শান্নৈ ষন শেনবা লীলা গৌবাঙ্গ প্রভুনা লাপ্না যেংজৈ বাধা মোহন দাসনা।

হে গৌব হবি – হা গৌবহবি কাউহনবিনু নঙগী নাম মন্ত্র। পাপ্না থল্লবা ঐনা পামদি পামজক্লবে। পাপ্না থল্লবা ঐনা পামদি পামজক্লবে, পীনবিযুবা পাক্লবা ঈপাক লান্ননবা নঙগী নামমন্ত্র তাঞ্জবি শ্রীচবণনাক্তা নকচনিংবনা

নওগী শুম্মৎশকফম উজনীংবনিনা, হেক কাউহল্লি চিংঙি মখোয় তরূকমক্লা চানবীহৈরবা কাউহনবিনুগবা নওনা নওগী নাম মন্ত্র। রাধা কৃষ্ণ প্রেম লীলাদি অমনা অমবু হেক ফংদ্রিবা ফাওবা অনুরাগনি। রাধিকাসু কৃষ্ণতবু খন্দুনা মন্দিরদা লৈ। কৃষ্ণসু রাধাতবু খন্দুনা মন্দিরদা লৈ।

রাম কৃষ্ণ লুক হারে। ফিজেৎ লৈতেংলে যশোদাবু খুরুম্লে। বিদায় লৌরে ষনয়াম সখা লোয়ননা লাক্লে রাম কৃষ্ণ ভাণ্ডিরবন লম্বীদা গোবর্দ্ধন তম্না। যাবট্রকী চেকপলদা সখীশিংগা লোয়ননা মবুংঙো লাকপা য়েংজে। নোঙ্গৈবীনা নোং ঙাইবগুম্না। সখা-সখী খঙহন্দনা রাধা কৃষ্ণ দর্শন ওইনৈ। নয়নগা নয়নগা বিদায় পীনদুনা চৎখ্রে কৃষ্ণ গৌবর্দ্ধন তম্ন া। ষনয়াম ঈশিং পীথক্লে, মানসী গঙ্গাদা। ষনয়ামসু অহাউবা শজীক চাখবে মতা ফবা লম্পাক্তা। মখল মথেলগী লীলা শান্নরে।

মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই– দাদা বোলাইনচিংবা শ্রীদাম সুদাম্নচিংবা ময়াম ঙহাক্তং লৈবিরম্মু সুবল ঐখোয় অনী লৈ মনম নুংশিবা হেকলুগে। ঐখোয়গী ইমা ইমানা শিবিরক্লিবা সনাগী লিক পবেংসিদি মনম নমদে করি কান্ননি। ঐখোয় ময়াম মনম নুংশিবা লৈ পরেং অমমমদদি শিশিনে। অসি হায়রম্লগা কৃষ্ণ সুবল চৎপ্রে। বন বন খুদিংদা লৈ ময়াম হেকলে, লৈয়াম পরেং লেংলে। কৃষ্ণ সুবল রাধা লাকপা মায়কৈ য়েংলে। লৈ পরেং অদুবু য়েংই। অসুম্না কৃষ্ণনা সুবলদা ঙাথদুনা অনুরাগ ওইদুনা রাধা রাধা হায়না বাঁশী খোংই। খোঞ্জেল তাবদা গোপী ময়াম মিপাই থাবাই চেল্লকই। রাধিকাগী অৱাবা শরুক গোপীনা হেন্না শরুক য়াওই।

শ্যামগী বাঁশীসি রাইনবী কৌই, হৈমী কৌই, মনিময়ী কৌই। গুননা আনন্দীনি, আকর্ষিনী, স্বপ্নহিনী আনন্দীনি। যশোদা ইমা ঐ গোবর্দ্ধনদা ষন শেল্লি হায়না তাহল্লি। রাধিকাদা– রাধে নওগী শ্রীকুঞ্জ তোর্ব্বান্দা প্রেমগী মৈচাক খাওই হায়না তাহল্লি। নন্দ নিংথৌদা-দাদা বোলাই য়াওরি করি অমত্তা চিংনবিগনু হায়না তাহল্লি। মরোল অহুমগী মী লাই হিংচাবদনা বাঁশী খোংইনা ইবুংঙোগী মনাইনি হায়না খঙহল্লি। অসিগুম্বা বাঁশী খোঞ্জেল অসি তাবদা রাধিকা লৈবা ঙম্লক্ত্রদুনা।

## মেন

সুর্য্য পূজাগী পোৎলম শেল্লে যতিলাগী যাথং লৌবে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লদুনা ওযগী স্ববদা খোঙ থাংলে। সখীশিংদা যেংজৈ ঐবু পুবিবো হাযজৈ।

**আজ কুঞ্জ বনেতে**– তাউজৈ কৃষ্ণ প্রেমদা মঙম শান্দে চৎপদা পূক্লিংগী ঈচেল চেনখবে মাঙদা। ইমিৎ অনীসে উবে কৃষ্ণ ঙাক্তা। পুবিবো ইতা নখোযনা কৃষ্ণগী নাক্তা শাৎলিবা লৈ মযাম উবগা লৈগী লৈনম ফংলগা প্রেমগী মৈচাক হেনগৎলে।

**আহেবিনী** – কৃষ্ণ নীংবগী অসিবা ইতা, অৱাবা শকুক্তা পুবিবা সখীনা হাযজৈ, তপথবিযু ৱাখলদা হোংবিযু কৃষ্ণদো শোযবোই ফংজবা। মানা মানা নীংবা থুংহনবনি। ঐখোযনা নীংববু শোইবোইনে থুংবা। সখীশিংগা লোযননা তাউবি প্রেমগী ঈচেলদা।

## তাঞ্চপ

**প্রণ সখিবে** – খঙহল্লি মপান্দা সূর্য্য পূজা চৎপনি বাখলদি কৃষ্ণ দর্শন চৎপনি। সখীদা হংই, কযা কুইনা চৎলগা কৃষ্ণ ফংগদগে।

লোকে দেখলে– তাকপীযু ইতা হাযনা হংই পুবিবোনে চান্নবী ইতা। পূক্লিংগী ঈচেল লেপহনবিবনুনে।

অসুম লাকপনা সূর্য্য কুণ্ড যৌবে। পূজাগী পোৎলম পূম্বা সূর্য্য গী মাণ্ডবদা থল্লে। শ্রীকুণ্ডগী মাযকৈবোমদা ওল্লক্লে।

## মেনকুপ

চৎলক্লে বাধিকা সখীশিংগা লোযনদুনা
ৱাখল অনী লোঙদনা কৃষ্ণতবু খঞ্জবি বাধা
কৃষ্ণ প্রেমগী ঈচেলনা পুবকলে মাযকৈ খঙদনা
অসুম অসুম লৈনা লৈনা তাউবকপনা শ্রীকুণ্ড যৌবক্লে।
বাধা মাধবকী প্রেম অঙকপনা তিল্লি অনৌ অনৌবা
লীলা তত্তনা শান্নবি। বাধা মোহনদাসনা নিজবি
অনীগী প্রেম লীলা তৎতনা উজবা হাযজবি পীবিযু।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীকৈশাম থম্বালঅঙৌ সিংহ, তোপ খোংনাংখোং, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীঅথোকপম পাবিজাৎ সিংহ, তোপ খোংনাংমখোং, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীঙাঙোম ঙৌবী সিংহ, কৈনৌ

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুনমঙাশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনিকখন্বম মাণ্ডব, খোংমন মংজিন, ইম্ফাল

তাং ১৪। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুনতরুকশুবা শৈশক

## রস – প্রেম বৈচিত্র

## রাগ – পঠমঞ্জরী

**হাই দেখ** – লোযনদুনা গদাধব গৌবাঙ্গ প্রভুনা শকলি বৃন্দাবনগী মগুন
অমুক নোকই অমুক কপলি অমুক তাদে মীবোল মীবি।
ঙাওখিবন বাধা ভাবতা নীংশিংদুনা।
নীংথিজবা শকফম্না ঙমজৈ কাম কোটি কযা।
উকুবদা মাযথোং অদো কপলি থানিল কোটিনা
মহী চেল্লি মবোল অহুম অনীগী মতৌ উকুবদা

**কুরঙ্গিনী** – কবি ইবালননো খঙদ্রে লৎনবিবি মুবাবিদি।
ফংনবিবা মঙাল ওইনা তাইবং মীপুম খুদিংনা।
লৎনবিবি ঐবু নোংদম্বা বিধিনা।
ভক্ত খোইমু মপৈনা চুপলি প্রেমগী লৈহীবু।
তাউথোকহল্লি গৌবগী প্রেম নবদ্বীপসু থুম্মৌবে।
প্রেমগী লীচৎ খঙবা ঙমদে লিলনা চীক্রিবা মীদুদি
হুগী মশক খঙলবোই। মতম পূম্বা খুদিং উজবগা
পেল্লুনি থম্মোয় লকানুংদা কাউবা শুকঙম ঙমজদে।

**হরি সঙ্কীর্ত্তণ**– যাতাবিযে বাধিকানা শ্যামগী তম্পাক্তা
মোনখাংননা প্রেমগী ঈথক ঈহৌনুংদা।
যেৎলি সনাগী উরিনা অশংবা তোমাল পাম্বীদা।
মোনখাংননা প্রেমগী ঈথক ঈহৌনুংদা।
কৈদৌঙৈদা শ্যামগা উন্নগবা নঙগা হাযবকই
রাধানা ইখং ইখং খংনা।

চেক্লা নোঙ্গৌবীনা ঙাইজৈ নোংদোল লাইজ
অবাম খৌবাং কোক্লবা ঈবীক ঈখৌ পোঙনা।
ৰায ৰায ৰায ঐহাকসে প্রেমগী মৈচাক খাঙঙমদেনে।
কৈদৌঙৈ উগবা হাযযু চান্নবী।
ৰাখলগী ইবৈনুংদা লুপ্তুনা লৈবে
নোংলৈনা পুদুনা লৈবে ঐহাক্তি।
তূমলে মঙদা উই চৎলে মীৎতা উই
কলি প্রেমগী মৈচাক খাঙজবা ঙমদ্রে
নুংশিবা শাথেক্তো উদুনা লৈবে।
কবম্বা মতমদা ঈংলগবা
মীনম্বা লাংদা থাদবিবগা
পুন্সি চুপ্পা লেঞ্জৌ হাযবিবিবোইবে।

**মেনগোয়**– মীকুপ খুদিং হেন্না হেন্না লাঙতক্লবি বাধানা।
ফীজিনুংদা লোৎশিল্লগা থিবি কোযনা মপান্দা।
লেঙখ্রবনো কৈদা বাধা থৰায ওইবা কবিগীদমক
থাদোকপিবা নঙনা ঐবু।

## ঘাট থাফম

শ্রীশ্রীগোবিন্দ থৰায ওইবা উহনবিবো তোল্লবীদা।

## অওনবা

**শুন ওগোয়** – শাথেক অহুম থেকপা অদো উহনবিযুগবা বাঁশী থোনবা।
ফৃযনা নোংহৌ ঙম্বা সনা ফীগে থোনবা
ৰাবনা মহেল্লি ওল্লি লৈপাক্তা।
প্রেমগী মৈচাক অসে খাঙবা ঙমদে ঐসে
ঙসি যেংজৈ লৈনা লৈনা গোবিন্দ দাসনা।

**হামুত অবলা**– খঙবী কনানা প্রেমগী মতৌ লেপ্পা মোনখাংনবি
কৃষ্ণথিবি শোল্লি চীন্দা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাযনা
থাবু উকবগা নুমিৎ থোকই হাযবি, অযুক নুংথিলবু অহিংনি

তবত কাঞ্চণ তনু– খাঙলি ৱানা মৈচাক অদো থম্মোয লকানুংদা
শোল্লি হবি হবি হাযনা।
যেংজবগী পেন্দেনা অনীমক্কী মতৌসে
খাঙলে ৱানা মতম কুইনা।

## মেনকুপ মপী

**জয় জয় জগজি**– থাঙ্গৈশেংনা লাক্কনি কৈদৌঙৈদা হবি।
অনীমক্কী মতৌসে উকুবদা ঙাওচৎনবি যেংজৈনে বল্লভদাসনা।

**ব্রজবসে** – প্রেমদা লুপলে অনীমক্না উজবা পামজৈ সখীশিংনা।
অঙকপনি প্রেমগী লীচৎ হাযনদেনে কনানা মাগী।
তৌজৈ আশা গোবিন্দ দাসনা শকচৈ অনীগী লীলা গুনবু।

## শৈশিন-শৈশক লোইবে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীলাইশংবম মঙ্গী সিংহ, বর্মদিযাব

দুহাব – শ্রীতোম্বা সিংহ, কাঙবোং

পূংযৈবা – শ্রীসাইবেম বাবু সিংহ, ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুনতকুকশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনিকখল্বম মাগুব, খোংমন মংজিন, ইম্ফাল

তাং ১৪।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুনতরেৎশুবা শৈশক

## রস – সখীমুখমান

## রাগ – গুঞ্জরী

প্রেমরাজ গৌরাঙ্গনা শান্নরি ব্রজগী লীলা
লৈতেং পৃম্বা লৈমায়থক্তা ওল্লে ইবুংঙো।
মাযথোং লাংশিন্দুনা লৈবে ৱাঙাঙদনা গৌরাঙ্গনা।
তুচুংই হকচাং নীকই কপ্লি হীক্লা-হীক্লা।
রাধানা ওইখিবা মাগী ৱাখলদো খল্লি গৌবাঙ্গ ইবুংঙোনা
অসিগুম্বা রসসিবু শকচরি বাসুঘোষনা।

### অনিকপা

সখীনা লাক্কুনা তল্লরে রাধাদা, তফিং তফিং লাক্কুনা চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা, পাউ অদু তাবদা নিকখরে রাধা শাউবনা। হৃদিনুংদা হৌরক্লে প্রেমগী মৈচাক্লে। হায়রকই সখীদা রাধিকানা নমজা হাজাননা পুখিবা মীগী মিংচৎ থীহনবা, কয়াগী মতীক উশিৎতবনো। তয়াং তশোইবা হালেংবা লৈতবা হাকমল্লিনে মহাকপু করিগী লৌনম তৌবা। য়েংলরোইদবনি অমুক হন্না ঐদি সাক্ষী ওইরবনি উদ্ধবদাসনা।

লৈই চিংলি লৈমায়থক্তা, মায়থোং লুকথদুনা শ্যাম নাম শোন্নবা সখীদো অমত্তা চঙহন্দে রাধানা। প্রেম ধারা শীছরি রাধাগী নয়ন অনীদা। মানগী মশক ওইবী রাধানা ফমখরে, মানগী সিংহাসন্দা। অমুক কৌবা য়েংখ্ররোই হায়দুনা। নয়নগী কাজল তৈথোকলে পিশুম অনীমক্তা যা চন্দন তৈশিল্লে। য়েংউ ইতা রাধিকাগী মওংসে অমুবতা থমখিদ্রে, শ্যামা সখীসু তাছোকখরে। থক্তা খল্লি অঙৌবা থাকল নোংদোল থকপু উদনবনি।

## মেন

থম্মোয কনবী মহাকুম্বী লৈতে তাইবংপালসিদা
হেনগৎলি অসুম অসুম মিকুপ খুদিংগী
কিবে ঐদি লৈজবা বাধা মোহন দাসনা হাযজৈ
মতম অসিগী মওং অতে হৌনবনি প্রেমগী শাজৎ।

## অওনবা

মতমসিদা যৌবক্কে বন দেবীনা হাযজববি চৎলোনে বাধে। সূর্য্য পূজা থেংঙে লেঙঙো বাধে। হঙ্গৎলক্তে মাযথোং পীবক্তে পাউখুম অমত্তা। কান্নববোই খন্দুনা চৎলে বিদ্যাপতি বনদেবীনা হঙ্গৎলি কৃষ্ণদো লৈহৌবে, বাধাদো মানসিংহাসন্দা ফমদুনা। সখীগী পাউ তাবদা শ্যামদো হকচাং নীক্কে। নোংদম্বনা শীন্দুনা লেঞ্জকুবা অহিং চুপ্পা।

তপথফম খঙদে ঐদি সখী ৱাশক্লি নঙোন্দা ঐনা লানদে ঐদি অদুক হাক্লা। পুবিযু ঐবু মাগী নাক্তা। অদু তাবদা সখীনা ৱাশক মখা তাদে। লাকমিন্নবে বাইগী নাক্তা। উববদা বাইনা ফমখবে মাযথোং ওহোক্তুনা।

## তাঞ্চপ

কাযনা মৈশা লাংবনা ঙাওচৎনবে কৃষ্ণদো।
ঙহাক অমুক ৱাহৈ বাধা বাধা শোল্লি।
ইবুংঙোগী অৱাবসি উবদা বন দেবীনা হাযবকই
ইবুংঙো কান্নবোই নাপল চাউবী বাধানি
শকফম ওহোকপিবো, ওহোক্তুবদি বাধা ফংবা যাবোই।
অসি তাবদা বেশ পূম্বা ওহোক্কে নাগবী বেশ শেৎলে।

## মেনকুপ মপী

শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো বাধাগী নাক্তা লাক্কে। সখীশিংনা পুশিল্লক্কে বাধিকাগী নাক্তা। বাধানা হংই-সখী নঙদি কদাযদা লৈবনো। অদু তাবদা ঐদি বৃন্দাবন্দা লৈজবনি। বন দেবীনি ঐদি। উহৈ ৱাহৈ চাদুনা নোংজু নুংশা খাঙদুনা লৈজবনি ঐদি সখী ওইবা পামজদুনা।

## মেনকুপ

ঐবু লৌশিনবিয়ু ইবেম্মখোয় নখোয়গী নরক্তা তিলহনবিয়ু। অদু তাবদা রাধিকানা লাকও সখী হায়দুনা খুৎ হেক পারুবদা কৃষ্ণনি খঙলে। রাধাগী য়েৎতা চিংশিল্লে। রাধা শ্যাম অনীগী অপুনবা শকফম উবদা গোপী পূন্ন মক নুঙাইবা ঈপাক্তা তাউরে। মতম অসিদা বন দেবীনা ইবুংঙোদা নটবর বেশ থোল্লে। রাধা কৃষ্ণ অনী যুগল ওইরে জয় ওইরে রাধা শ্যাম্না।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীয়ুম্নাম হাইমো সিংহ, তোপ মখা লৈকাই, ইম্ফাল

দুহার – শ্রীখোইমু সিংহ, কংলা সিফাই

পূংয়েবা – শ্রীমাইবম ইবোচৌবা সিংহ,
নাগমপাল নিত্যাইনন্দ লৈরক, ইম্ফাল

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী কুনতরেৎশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নিত্যাইনন্দ মাণ্ডব, য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৫।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুননিপালশুবা শৈশক

## রস – বাক্যস্খলনমান

## রাগ – বিভাষ

ব্রজনিংথৌ মপাবী নবদ্বীপ্তা ঙানবীববে। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য হাযনা কৌববে। ৱাখল অহুম পাঙথোক্লবে, কলিগী অমম্বা ঙালহনবিবে।

ব্রজদা শান্নবা লীলাশিংদো খনবিববে। লাইবক ফবা কলি যুগনি, শ্রীশ্রীগৌবাঙ্গ প্রভু নবদ্বীপ্তা পোক্লবে। পাপী কযা মানা লানবীববে। থাজগুম্না ঙাল্লবে। ৱাখল অহুম পাঙথোক্লবে, বাধাগী লমন শিংবিববে। অনীনা অমতা ওইবিববে। বাধা কৃষ্ণ অনী নত্তে অমতনি, জীবশিংদা তাকপিববে।

বসবাজ ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি চেৎনা থুপ্না লোৎখবে। বাধাগী ৱাখলনা ঙাওববে। বাধাগী কুচুনা লৈতেংলবে। অমুবা মনি ওইদবে অঙৌবা মনি ওইববে। মহাভাবকী মশক ওইবী বাধাগী কুচুনা ঙানবিববে।

### অনিকপা

হবি সঙ্কীর্ত্তণ মযাযদা গৌবাঙ্গনা জগোয শাবক্লে। নিত্যাইনন্দনা যেক্তা লেপ্লে গদাধবনা ওযদা থৌগল্লে। ভক্ত মযাম্না গৌবাঙ্গবু কোযশিল্লে খোঞ্জেল ৱাংনা ঈশৈ শক্লক্লে।

মযাযদা প্রভুনা লৈনা জগোয শাবক্লে। কনাগী ৱাখল খল্লুবনো হীক্লা হীক্লা কপ্লক্লে। বাধাগী ৱাখল ওইবিগনি। হকচাং পূম্বা তু-চুংলক্লে কদম মপাল শাৎপগুমলে। গদাধববু যেংলক্লে বাধামক্লি খল্লক্লে। পাম্বোম অনী তিংথোক্লে গদাধববু চেৎনা কোল্লে, লাউবক্লে ব্রজপ্রেম্না ঙাওবক্লে।

নিকুঞ্জ মন্দিব যাইদা একাসনদা অনীনা ঙাল্লে।
মোমোন মোমোন নোক্লবক্লে মীৎকা মীৎকা চান্নবক্লে।

বাধে ইবুংঙো অনী হীপ্পক্লে প্রেমগী ৱাবী শান্নবক্লে।
পূর্ণিমা ঙমজবী মাযথোংনা নীংথিবী হকচাংসু থাজনি
মাযথোংসু থাজনি চন্দ্রাবলী হাযনা কৌবক্লে।
তাবদা বাধা শাউবা হৌবক্লে। চন্দ্রাবলী হাযবা ৱাহৈদো
তাবদা বাধা শাউবা হৌবক্লে।

**কেনে ভুলিলো নাগর**– কাউবিবববা মাধব কাউবিবববা মাধব, অহানবা খঙনখৈদা বাঁশী পাযদুনা ৱাশকখিবদো কাউবিববনে। নৌববী ফজবী চন্দ্রাবলীবু নঙনা কাউবোইনে। ঐদি পাপ চেনবী বিদায পিনবিবো যুমদা চৎচবগে।

**মেনগোয়**

লেঙবিবোনে ইবুংঙো

**মেনহৌ**

লেঙবিবোনে লৌনম চাউবা
চন্দ্রানাক্তা লেঙবীখবো লৌনম চাউবা
ঐদি পাঙ্গল শোনবীনি।

**বন্ধু যাও যাও**– লেঙবীবোনে ইবুংঙো লৌনম চাউবা। পূকচেলসু খোযবনি লমচৎসু খোযবনি। পাইবিখবো খোইমু লৌনম্বা চন্দ্রা লৈহী চুপ্পুবো। লেঙবীবো হৈশিংবা নাগব হে। ওইদবা ঙাঙবনি ঙসিদি খঙজবে। চন্দ্রাবলী সখী শকহেল্লবী লাইবক থীবী ঐগী নাক্তা ঙংবিবনু লেঙবীবো। ঙসিদি খঙজবে লৌনম্বা মাধব খঙজবে। খঙজবে। নঙগীদমক বৃন্দাবোন্দা ৱাথোকচাউবী বাধা হাযনা হাযনৈ।

**তাঞ্চপ**

**রাইসাজে** – লেঙবীবোনে মাধব, লেঙবীবোনে, মাধব লেঙঙো লৌনম চাউবা (এ) ঙসিদি খঙজবেনে। ওছোক্লসু তৌবা ঙম্মি। বাধাগী নাক্তা ফম্লিখৈদা চন্দ্রাবু কাউবা ঙমদবনি। ঙসিদগী হৌবদুনা চবণ সেবা লোইববনি। ঙাকপীযুনে বাধে ঐগী অপবাধ। ওই থাজ ঙমজবী (ই) থৌজাল হৈবী চানবী হৈবী থাজ ঙমজবী (ই)

## মপী

শাউগনু হে বাধে শাউবগা থোইনা ফজবী। চন্দ্রাবলী হাযবা নত্তে চন্দ্র-আ বল্লী চন্দ্রাবলী নঙবু ঐনা থাগৎপনি।

## মেনকুপ

**শ্যামেব কুলে** – শংবান্নবা নোংলক্তা নোংথাংন হবাউজবে, অশংবা মনিবু সনানা যোমখ্রে। অঙকপনি অনীগী শকসে। হকচাংগা হকচাংগা ঙানখবে, মাযথোংনা মাযথোংদা তিনখবে প্রেমলিঙ্গন পীনখবে। অপাইবা নোংগী নোংলক্তা লংলবা নোংথাংনা শান্নজবে লক্ষাবক ফুদোংবা সনা থক্তা অশংবা মনিনা লৈতেংলেনে।

## শৈশিন শৈশক লোইবে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীশামুলাইলাৎপম নবদ্বীপ শর্ম্মা, তাকযেল

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পূবকপা

পূংযৈবা – শ্রীৱাঙ্খেনযুম মৈপাক সিংহ, থোঙাম লৈকাই

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুননিপালশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নিত্যাইনন্দ মাগুব, যুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৫।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## কুনমাপলশুবা শৈশক

## রস – অভিসারোৎকন্ঠ

## রাগ – হিল্লোল

ফর্মলি অচীকপদা গৌবাঙ্গনা
খোঙদগী তোন যা বো হবাউভুজুংননা।
প্রেমগী ধাবা শিষ্টদুনা।
যেংদুনা হাযবকই মনাই ভক্তশিংদা।
লৈঙমদবে ঐদি যুমদা হিংগনি ঐগী থৱাযবু।
উবগতা মাবু বনমালী কৃষ্ণতবু।
কস্তুবী চন্দোন্না লৈতেংলে হকচাংদা।
নীলমনি পবেংনা থবাক্তা ঙাল্লি।
নীংথিবা লৈতেংনে হকচাংগী মঙালনে।
শ্রীঅঙ্গকান্তিনে ঙাম্বোকহল্লি তাইবং খোন্না
খঙদে কবি খন্নি লৈনা কোযনা
যেংলি কুপ্লি হকচাং পূন্থা ফিনা।

**একতাল**

নীংথিবা শন্নাংদা লৈতেংলে লৈ-তনা, নোংলক নোংথাংগুম্না ঙান্না ভক্তশিংগা লোযননা। গৌবাঙ্গ প্রভুনা লেঙলি তোর্ব্বানথক্তা বাধাভাবতা গৌব শোল্লি মুকুম মুকুম বাধা মোহন্না থৌগঞ্জবা।

**লোল**– যেংউনে ইতা খুদোংথীবা কযা যাওবল্লনি মাদি। ঙাইবমগনি মানা সঙ্কেত কুঞ্জদা ঐবু। শুক্ল মমলি ঙসি নোংখোং ফূযনা চুবি। নোংথাংনা তত্তনা কুফেৎ-কাফেৎ অখাক অবাউ মখোল নীকহল্লি। লৈমাযথক্তা শীৎলি

নুংশিৎনা ফুকলি উপাল বাপাল। নোংলিনা যোৎশুকনি তমথিবা মতৌনি। থোক্লদে কনাসু থবায পানবা।

## অনিকপা

কনাসু যাওদনা তৃমিন্না মথন্তা লৈববিনি লম্বীদা যেংনা। লৈঙমদবে ঐদি তপথদবে পূক্লিং, ৱানা খাঙলে নুংদা তনিক তনিক। অখাবা মীৎযেংশিং যুমগী অহলশিং খৎখবে হৌজিক অমম্বনা। থীল্লনুসি চৎসি অমুক খন্ননুসি যৌখবে থৱাযদি। হাযজৈ সেখবনা যৌবিবো থীন্দনা, লাকত্রিঁঙে অতৈ অপান অহুই।

**লোল**– চৎকনি কবম্না হে নীংথিবী, মানস গঙ্গা বাংমদগী শ্রীহবিদি চেৎনা কন্না লোল্লি থোঙজাওসু হোজংসু, লৈখোম্না লৈমাযসু নাল্লি চৎঙমদনা। অদুদসু নত্রি নোংলীসু হৈথবি ঙমগদবা কনবা শংলে ফীজোলতনা মখোলতনা অখাক অবাউ অতৎ অখম যৈশিল্লি নাকোংনুং তনিক্লি থম্মোযনুং কাহৎলি। মাযকৈ তবা খোল্লি তত্তনা নোংথাংনা, অবংবা মঙালনা মীৎযেং তথকহন্না। অসিগী মবক্তা থোক্লুবা মপান্দা প্রেমগীদমক্তবু থাবগেবা থৱায। হাযজৈ গোবিন্দনা কান্নদে খন্দুনা, ফানি কবম্নবু কাপথোবকপা তেনবু চান্নবী ইতা ৱাৎলি কযা ঐগী চাংযেং। ৱাবমগবা কযাদা ঙাইবদা ঐবুতবু থিংঙমদেনে পিবাং খল্লুবদা। থোঙলোন কযা লাল্লবী পৌবোল কযা শৎলবীনি, কবি লৈতে ঐঙোন্দদি। মানস গঙ্গাদুদি লাল্লবীনি ইকায-ইকি ঈপাক কামগী তেন কোটিনা চঙখ্রবী তুবুম খুদিং কিকুদে ঐনা। নোংলীক মবীক প্রেমগী মৈনা চাক্লবী, থম্মোযদা কাহৎলবী, কৈদৌকনি মৈশানা চবনখাদা মাগী। কৎখ্রবনি কেমখ্রসনু ইশা অসিবু। তাবদা নযাথং চুমই খল্লে সখী লেঙবিবো হাযজৈ গোবিন্দনা।

শোমদা কৃষ্ণ কুঞ্জনুংদা লেপ্তুনা কনা যাওদনা কৌবি। বাধা খুৎলাম তোযনা খোংদুনা মুকলী। ঈথক হৌবি বাধা থম্মোয তথকপী তাযোন্নবী। ফিজেৎ লৈতেংবা হানখিবনা প্রেমনা শমহাৎনৈ শকযেং মিংশেল পুল্লপ ফাবুন পুল্লি, খোঙদা শিবি লৈবাং পবেং। যেংউদে হম্বনা খুজেংদা নোপুব শিবি, ফেবোমথক্তা, তাল ঙক্তা যাল্লি, কিঙ্কিনীনা খাঙ্গোয ওইনৈ লীক্লা খোঙদা তৈবী মীৎকী কাজল, মীৎতা থাবি থবাক থম্মোযদনা খোঙগী লৈতেং যেক্লি কঙ্কবাজ।

## ঈশৈ

নাতোন শুমাঙ লৈতেংনা নাপ কুণ্ডল লুমাং শমজোয বেনীনা হাইবি নাতোন থক্তা। বাঁশী বদন্না হাযজৈ।

## অওনবা

ওইবি মতৌ কুম্মে ৱাঙ্গগনি। হামন্দুনা শ্যাম অনুবাগদা। শামু শাজৎ ঙমজবী চৎলি অভিসাব অপনবা অমতনা ঙমখিদে নক্ষৎপা। লম্বীনা নানবনে হকচাংনা লূম্বনে হন্না হন্না নাঙ্গুই কবি লৈতে পাম্বে। লমজিংলি নোংথাংনা অমম্বা মবক্তা হৌগৎনবা হোৎনৈ নোংগী মবী যাম্না লাকপনা অসুম্না যৌবক্কে কুঞ্জদা। হাযজৈ গোবিন্দনা থুংজবে নীংজবা।

## তাঞ্চপ

কবি পুন্য তৌবকপা লাইবক ফৈদা কালা লাক্কনি কযা বানা অসুক লাপ্না বাধা লাকখিবদা। নকাতন্না যুমদগী বাধা হৈথখিনে তত্তনা নোংতনা কোকথক্তা লমখল্লি অমম্বনা যাদে, ইঙ্গোক্লুবা লমজিংখি মখুৎ পাযদুনা কামদেবতনা।

মীৎসু নাসু থকহনখি কুফেৎ কাফেৎ নোংথাংনা, নাঙ্গখি খোংথাং খুদিং হাইথুখি লৈখোমলক্তা। হৌগৎচখি পাযদুনা চৈশুনি খন্দুনা, অবংবা মতোক মনি মহু কনবা লিলগী লাক্কুনা অসুম্না কৎচবি মশা। অঙকপনি মহাক্কী প্রেমগী ঈহৌ ইথিল ঙম্লে খঙবা। ঙসিদি প্রেমগী মশক শেংনা কোকচবে চিংনা কোঙ্গোই। গোবিন্দদাসকী লেঙশিল্লে কুঞ্জদা শ্রীবাধা গোবিন্দ বিধিনা শেম্বা বসনো কবম্বা।

## মেনকুপ

অতৎ অখম লৈতনা হৈথবি নোং লেপ্তনা
ঈবং ঈবং লংলি কুপলি নোংথাং তোযনা কুঞ্জনুংদা।
চীক্লা বাধা শ্যাম্না যেংউ সখী কযাদা নীংথিজবা।
লৈখোক অমত্তদা শাৎলি লৈবাং অনী অমনা অমগী।
নীংথিবা হেলহন্না উখিদবি ওইখিদবি অসিগুমবা।
শক্তি যেংজৈ গোবিন্দ দাসনা সখীশিং লোযননা।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীনিংথৌজম বোবাজাউ সিংহ,
কোংপাল চনম লৈকাই, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীলিকমাবম মোধু সিংহ, খুবাই, ইম্ফাল।

পূংযৈবা – শ্রীকুমাম ইবোতোম্বী সিংহ, মোইবাং লমখাই

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুনমাপলশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নিত্যাইনন্দ মাণ্ডব, যুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৬। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুন্থ্রাগুবা শৈশক

# রস – আকস্মাৎচুম্বন

# রাগ – মৌরী

নোংঙাল্লক্লবদা শচীনা সেবা মতম ওইরে হায়দুনা মনাইশিংদা থৌদারকই।

হৌগত্লুনা তফিং তফিং শচীনা ঙন্তা
থৌদাবক্লে মনাইশিংবু ইমুংগী থবক্তা মমৌ ইবেম্মগা।
পুন্না লোইরে গঙ্গা স্নানবু বিষ্ণুসেবা তৌহল্লক্লে ব্রাহ্মণ পূজাবীবু
অথুম অহাউ শেল্লে কয়া শচী ঠাকুবানিনা
আশা তৌজৈ বামানন্দ পামজৈ সেবানন্দ।

**ঈশৈ**

থৌদাই সোমদা যশোদানা তাওনে কুণ্ডলতা
লৌরু চৎলু নঙনা পুরকউ থীন্দনা রাধা।
থৌদা মতুংইন্না লাক্লে যতিলাগী নাক্তা।
তমজরে যশোদা মপাউ খুৎলোন্ননা মাঙদা।
হায়রকই তরাম তরান্না তাবদা যতিলা।
কৌরি নঙবু চৎলু রাধা যশোদা রানীগা
লোয়নদুনা কুণ্ডলতা লাকউ মতম চানা।
থেঙখিগনি কাউথোকখিনি শোয়গনি সূর্য্য পূজা।

**লোল**– যতিলানা হায় কুণ্ডলতাদা ঐগী ইমৌসে নঙোন্দা শিন্নরবনি। চৎতবা য়াদে লুক হৌবা। রাধিকানা হৌরগদা ঐখোয়গী ইবুংঙো নীলমনিনা য়াম্না পেল্লি। অদুনা রাধিকানা থোংলবদি বস্তু পূম্নমকসে অমৃত লোইনা ওল্লি। মরমদি অঙাং ওইরিঙৈদা দুর্ব্বাসা মুনিগী বর লৈখিবনা ঐখোয় ইবুঙো কাহ্নাইনা ফংলবদি পুন্সি য়াম্না শাংই পূম্নমক্ত মঙ্গল ওই। শ্রীমতি রাধিকাদি যতিলাগী ব্রা

তাবদা। অন্তবে বন্ধুসঙ্গ আশা, বাহিবে অনিচ্ছা প্রায। ৱাখলনদি চৎনিংই মপান্দদি চৎনিংদবা ওইনা উহল্লি।

**ঈশৈ**—

চৎলোই ঐদি হে সখী অতোপ্পা যুমদদি চৎনিংদে ঐদি
হৈতে পূনবা ইশম ফাওবা ইশাগী ইকোক্তা
চৎকনি কমদৌনা ঐনা অতোপ্পগী যুমদা।
হাযবকই যতিলা লুনা চান্না থেন্না
ঙাকপা হৌনৈ বানী যাথং পাঙথোকলু মযাথং
হবাউজবি নুংদা বাধা লোইবে
তন্না ফিজেৎ লৈতেং থোবক্লে বাধিকা
লোযনদুনা কুণ্ডলতা।

**লোল**— কুণ্ডলতা অসুম্না পবিহাস তৌবকই বাধিকাদা। বতিলীলা খুদম কযা। মতাংসিদা পূর্ণিমাসী ভাগ্যবতী অমদি মুখবা হাযবী যাম্না অহল ওইববী অনীখকসু বাধিকাদা পবিহাস তৌই কবি হাযনা— কালিকা বজনী সবে মেলিখেলে তাহে দিল হলদিব জলে। ঙবাং ঐখোয মযাম যাইঙংগী জলনা খিক্লুনা চাইদুনা শান্নে অদুদা অনৌবা নুমিৎকী মঙালনা যৈবদা পীতবাস ওইববোই নীংবনি।

**ঈশৈ**

তনৌবী হকচাংদা উবক্লে কুণ্ডলতানা। বতিলীলাগী খুদম কযা শান্নখিবা অহিং। যৈবদা অনৌবা নুমিৎ মঙান্না পেঞ্জে সখী উকুবদা ফাওবি মযি মযেক শেংনা। তাবিববা শ্রীবাধিকা চান্নজবী ইতা।

উবমদবা উবে ঐনা লৈবমদবা খুদম কযা
কৈদৌকনি লৈবা নঙবু ঙসি অহিং অসিদবু।
তযাল মানবী নচীন চীম্বাল তৎলিবনো কবিগী।
মযি মযি খুজিন মফম কমদৌননো কদাইদগী।

**লোল**— মবাল লৈবগুম্না চিংনবিবা নঙনা হাযযু কবিদগী কবি মতৌনো। ললিতানা হায়বকই অমুকসু কুণ্ডলতাদা, ব্রজমণ্ডল অসিদা ঐখোযগী ইবেম্মগা মান্নবা সতী অমা লৈতে জগৎসিদা। কলঙ্ক ভঞ্জনদা খণ্ডনখবেদনা কযা। চফু অমদা

মখুল চান্মগা নিপাল হুৎলগা ঈশিং শোকউ সতী মশক খঙগনি হাযদনা হেক ব্রজদা লৈবিবা ব্রজগোপী পূন্নমক্না শোকপা ঙমদ্রবদা ঐখোয ইবেম্মা বাধিকানা শোকপদগী জগৎতা সতী সাদ্ধি পতিব্রতা হাযনখি জগৎনা। ললিতাগী ৱা তাবদা কুণ্ডলতা হাযবকই বাধিকাদা।

সাতী সাদ্ধি ওইবী নঙনি হাঙলববা ইকাই শঙ্গোই
লৈতে যুমদা যুমগী মপু ওইবিবনো কমদৌনবু।
শ্রীমতী বাধিকাদা মতৌ অসুন্না কুণ্ডলতানা লক্লবা
তাবদা মবেম্মবু কনখৎপা শাবা বাহৈনা মখা শমথবকই অমুক ললিতানা।

তাবিববা ইতা কুণ্ডলতা মবাল লৈবী গুন্না চিংনবিবা নঙনা। হাযযু কবিগী মতৌনোনে। সখীশিংগী বাহৈ তাবদা শ্রীবাধিকা তুজুংলক্লি হকচাং কৃষ্ণ প্রেমদা। ললিতাগী লেংবান পাযনা মিস্না তবং ঈবা হৌনা হাযজবকই প্রেম ঈহৌননা।

**ঈশৈ**

ঙমজদেনে ঐনা থাদোকচবা মাবু
পুখ্রমানে মাগী প্রেমদা।
খাঙই মৈচাক মতম খুদিং
লৈতে লৈতে গতি।
খঙহন্দে অহিং মাগী ৱাখলদা
লৈনা লৈনা ইনাকমক্তা তাংলৌ লৈনা চুপ্না।
উবকপা চীঙ্খ্রে ফিদুপ কাযখি থম্মোয লাইযুম।
মিস্না ঈবা লোৎলে মানা কোনখি ঐবু চেৎনা।
প্রেমগী লাংদা থুখি অমুক পেঞ্জে তবক তশোন
শকচৈ উজখিবদুদা মনাই জ্ঞানদাসনা
খঙলবদা বাধা মবুংঙোগী ৱাখল
হবাউজখি কনা খঙদনা।
খোইখোইবা মীৎযেংনা যেংনৈ মহৈ মহৈ
অচৎ অথোক খুদিংদা হবাউজখি কনা খঙহন্দনা

ইঙ্গিৎ পোইবৈ উনৈ চপ মান্ননা শীংনৈ অতৈনদি খণ্ডদে মদুবু। নোকনৈ অনীমক্লা থম্মোয লকানুংদা খোল থোক্তনবা মবোল খণ্ডননা। শকচৈ অসিগুম্বা লীলা বসসিবু হরাউনা উদ্ধবদাসনা।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে

ঈশৈ শকপা – শ্রীযেংখোম বিজয সিংহ, ককচিং

দুহাব – শ্রীচন্দ্র সিংহ, ককচিং খুল্লেন

পূংয়েবা – শ্রীথৌনাউজম অমুবী সিংহ, এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

য়েখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুন্মুমবি) গী কুম্ভ্রাগুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নিত্যাইনন্দ মাণ্ডব, যুন্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৬।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## কুঞ্জামাথোইশুবা শৈশক

## রস – কারন মান

## রাগ – দ্বীপিকা

অঙকপনি হে সখী গৌবাঙ্গগী লীলা
গঙ্গা তোর্ব্বান্দ শান্নে ভক্তশিংগা লোযননা গদাধব
লোযননা শান্নে বনবিহাব।
কাবন মানগী ৰাখল ফাওবি থম্মোয ঈথক হৌবি
চিংনা যেংলি শাউবংননা গদাধব তম্না।
মনুং মপাল তৃনা মুকা হুবান শাজৎ হৈবা লৌনম চাউবা
মাগী মতৌ খঙলে ঐনা লেপ্পা।
অসুম হাযনা গৌবাঙ্গনা মীত্তা ঈবা চেনবা বাসুঘোষ মনাইনা
শকচৈ কাবন মানগী ঈশৈ।

**লোল**– অহানবদা গৌবাঙ্গগী লীলা খব শোঞ্জবে। অসিগী তুংদা বাধা গোবিন্দগী কাবন মানগী বসবু শোঞ্জবক্কে। বস তাল মাত্রা কাযবা খিবিকপু বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিযু।

শ্রীমতী বাধিকানা নিজ গৃহদা ফমদুনা কৃষ্ণবু অনুবাগ ওইখি। ইবেম্মগী অৰাবা উবদা ললিতানা তুলসী কস্তুবী অনীবু থিক থাবক্লে।

**ঈশৈ**

ললিতানা তুলসী কস্তুবী কৃষ্ণ থিক থাবক্লে
কোযনা থিবে শ্রীকুণ্ড যৌবে কৃষ্ণ দর্শন ফংলে।
বনমালা কৃষ্ণদা কচ্চবে কৃষ্ণ পূক্লিং পেনখবে।
গুঞ্জামালা পুদুনা হল্লক্লে ললিতাদা শিন্নবে।
শিন্নবকপা গুঞ্জামালা পুবক্কুনা সখীদা শিন্নবক্লে।

ললিতাগী খুত্তা ললিতাগী পূক্লিং পেন্না
নুংশিরবা গুঞ্জামালা রাধাদা থোল্লে ফজবা ঙক্তা।

**লোল**– কৃষ্ণগী পাউ ফংলবদা ফিজেৎ লৈতেং নৌনা হোংলে। শ্রীমতী বাধিকানা বেশ মন্দিরদা লেঙশিল্লে। কৃষ্ণ সেবা পামজরবী ফিজেৎ লৈতেং নৌনা হোংলে।

## গীত সাজন যাত্রা

কৃষ্ণ সেবা পামজরবী ফিজেৎ লৈতেং
নৌনা হোংলে গুরুজনগী নাক্তা চঙলে।
গুরুজনগী য়াথং লৌরে
সূর্য্য পূজা চৎপা শানা।
ওয়গী স্বর য়েংলদুনা যাত্রা তৌরে রাধিকা।
মাধব যাদব হায়না ওয়গী খোঙ থাংদোরক্লে।

## অভিসার

শামুগী শাজৎতা চৎলি রাধা চিংনা লেম্না কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওচৎনবী অতৈ অমা খঞ্জদ্রবী। নুংশিৎনা শীৎলি তপ্না তপ্না হৈনম লৈনম লোয়ননা খোইমুনা পাইরি ককঙাওননা উরুবগা ৱাজরবী কোকিলনা খোংবা তারগা বাঁশী খোঞ্জেল নীংশিংলে কৃষ্ণতবু কাউজদ্রবী। তোমাল উরে ঙকচানৈ কৃষ্ণ ওইনা খল্লুদুনা চেনশিন্দুনা কোল্লুরে। মবুংঙোদি ওইরমদ্রে তোমাল পাম্বী ওইরল্লে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা লৈমায থক্তা তুখরে ললিতানা কোনখৎলে। ৱারুগনু ইবেম্মা নঙগী কুঞ্জ যৌরনি শোয়দনা কৃষ্ণ ফংগনি।

**লোল**– কৃষ্ণবু খন্দুনা মতৌ অসুম্না লাকপদা অরাপ্পদা কৃষ্ণবু উরবদা অনীনা লাপ্না উনবদা ভাবনা হৌবা বিকৃতিত্তনা লোম্বা ভাব কুপ্না লৈতেংই।

## মেন (আদর)

চঙলক্লে কুঞ্জনুংদা লুনা চান্না তৌনা ঙাল্লে রাধা শ্যামগী ওয়দা মায়থোং মকা লাম্না। শকয়েং মিংশেলগুম্না লংবা ইবুংঙোগী হকচাংদা উরুরেনে রাধা শকফম অমা ঙক্লা মসিবু উরগা কৃষ্ণগী অঙ্গদা শাউনা হায়রি রাধা মায়থোং লৈথোক্তুনা। নাগর করি মতৌ কৌবগে ঐগী ইমাঙ মক্তদা

অতোপ্পী অমগা লৈবে ঐবু থাদোক্কুনা। সখীশিংনা কযা থোক্লা তক্লকই থেমদুনা হঙ্গচ্চবি খুকমদুনা উদ্ধদাসনা।

### অওনবা

কবিগীনো বাধে কৃষ্ণগী থবাক্তা নমিবু উবগা নঙনা শাউবিবদো। অতোপ্পা নুপীনি খল্লবোই। হে বাধে মবম লৈতনা নঙনা শাউবিবদো পুন্য চেনবী নঙদি কবি কান্নবিবা, নঙগী প্রেমদি অবেন্বা ওইবেনা। তোকখবে অবেন্বদা নঙগুন্বী অপঙবী কযা কোটি কোটি হবি ফংদনা। বাধানা শাউবদো খঙদনা কৃষ্ণনা চঙলক্লে বাধাগী নাক তমদুনা। কৃষ্ণগী অৰাবা নখুৎনা নান্দুনা ইংহনবিযু হাযজৈ গোবিন্দ দাসনা হাযজৈ ৰাহৈ কযানা বাধিকাগী পূক্লিং ফাবে যেৎকা ওযগা ফমখবে।

### তাঞ্চপ

অঙকপনি প্রেমগী লীচৎসে সখী পূন্বা ইঙক ঙক্লৈদা।
যেংনৈ ঙক্লা সখীশিংনা অনীগী মতৌ উবদা।
নোকমিন্নবে ঙম্লা থোবক্লে সখী মযাম।
বাধা কৃষ্ণ ঙাল্লি কুঞ্জগী মনুংদা।
প্রেমগী ঈবোলনুংদা লূপমিন্নে অনীনা।
উদ্ধবদাসনা শৈহেকচৈ।
নুংশিজবা অনীগী লীলা উজনিংই।

### মেনকুপ

লৈনম্না হাববা নীংথিবা কুঞ্জদা ককঙাওনবি খোইমু ঈখৌলাংনা। ফুযনা হৌবা নোংলক্তা নোংথাং কৃপ্পি, লেঙদনা নীংথীববী কযা অনীগী মঙাল।

সখীশিংগী নীংবা থুংজৈ, ঙাইনৈ অনীমক্কী সেবা।
হবাওবনা থম্মোয লকা থন্ন, কপচবি হীক্লা হীক্লা।
বল্লভ দাস মনাইনা, শকখি ভাবপু ওইনা।

কবি খঙজদ্রবী ঐনা থৌজাল মিৎযেং ফংবদা অমুক্তং লৈফম খঙলোই হবাউবনা। সেবাগী মতম ঙাইজদুনা চামব থৌগল ফংজনিংই কচ্চনিংই কর্পুব তাম্বুল পীনৌ নিজৈ প্রেম সেবা নখোং থম্বাল অনীমক্তা খৌবাংজৈ

ননাইনা অসিতবু। পীনৌ খুযা থম্বাল লৈহী ককঙাওনবি পূক্লিং খোইমু পামজদে অতৈ বল্লভ দাসনা।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীৱাইখোম শেখব সিংহ, ৱাবগাই

দুহাব – শ্রীসাপম কেশো সিংহ, হিংযাংলম

পূংযৈবা – শ্রীথোকচোম গীবানি সিংহ, খম্রং

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুম্ব্রামাথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নিত্যাইনন্দ মাগুব, যুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৭।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুন্থ্রানিথোইশুবা শৈশক

## রস – অকারন মান

## রাগ – দেশকারী

গৌবাঙ্গগী লীলা অঙকপনি। মফম হোংনা চৎলি, খংলেপ লেপলি। অমুক মবম খঙদে কনানসু। ঙাল্লিনেসে নুংশিনা মমাঙৌগী থমলল্লবা ব্রজগী বস। শেংনা তপ্না শোল্লিনেসে গৌবাঙ্গগী চীন্দা। মনুংগী বাখল ফোঙলিনেসে মপান্দা হবাউ তুজুংননা। মিম্না থম্বাল অনীমক্তা প্রেম ঈহৌননা। প্রেম ধাবা শীন্থবে। কয়াদা নীংথিজবিবনো। থিবি কোযনা কনাবুনো উৎলি মীৎযেং শাজত্তুনা। থৈদোক্লি লৈথোক্লি হঙ্গোইনা অতোপ্পনা শোকপগুম কবিমত্তা খঙদে। ফোঙলি গৌবনা তাকপী প্রেমগী মশক। জীব পূম্বা লৈবে ঐদি লাপ্না নকচবা ঙমদনা। হাযজবি চৈতন্য দাসনা।

কৈদগীনো খঙদে মবম শাউনৈনে অনীমক।  
কৌন-ঙাঙনা লৈতে অমনা অমদা যেংদে।  
শাউনবনা ফি ফি কামনৈ তুংগা তুংগা ওহ্লোক্লে  
চৎনৈ যমুনাদা মবম লৈতে।  
নোকনিংদবা যেংউনে অনীগী মতৌ অসে।  
তবং ঈহৌবি লম্বী শেবান্নবি।  
শুক্লবা নিকুঞ্জ মযাযদা লাক্লবি।  
হংনবা ঙমদে হংননিংবা যেংনৈ পূক্লিং অনী  
শোন্নৈ অনীমক্লা মাগী মাগী সখীমক্লি  
চীল্লাং খবাং হাযনৈ থম্মোযনুংগী ব্রাফম।  
সখীমক্লি খন্না খন্না চেৎনা চান্ন।  
হেন্না চেৎনা কোন্নৈ থাদোক্লবা কাউনৈ।  
হাযজবি গোবিন্দনা কবি মতৌ কৌবনো।

ঈকায ঈপাক্তা তাউনৈ ইনুংবুংদা লূপনৈ
চৎনখ্রে সখীমখৈ মাগী মাগী মাযকৈ।
লোৎফম থিনৈ অমমমদা ঙাল্লি হেন্না মক্তা ঙাল্লি।
লোঞ্জানবী সখীশিং মুন্না মুন্না যেংনৈ।
থোক্লি থানিল কোটি কুঞ্জনুং পূমঙান ঙান্না।
লোৎফম থৈফম খুদিংমক্তা বাধা শ্যাম্না
ইকাযবনা কবম্বগী খুৎলোৎনো।
চঙলকপদা সখীশিং অনীগী লৈফমদা
মাযথোং থাজ অনী লুকথখি লৈমাযদা।
নোক্লা নোক্লা সখীশিংনা থৌগঞ্জে নিভৃত নিকুঞ্জদা।
শান্নে পেন্না কযাদা লূপনৈ বসদা
যেংজে মোহনদাসনা সখীগী তুংইন্না।
লৈতেংলি বৃন্দাবন লতাবন।
উবিগী মতোল লোম্না লৈকাফন্না শাৎলি।
খোইমু মপৈ মপৈনা চীবোল হৈবা
খোইমু খোইমু মোইথেম তৌবি।
অসিগুম্বা বসসিবু চৈতন্য দাসনা শকচবি।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীলাইশ্রম কেশো সিংহ, খুবাই, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রী কেশো সিংহ, ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীথোকচোম দেব সিংহ, শগোলবন্দ, ইম্ফাল

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুম্ভ্রানিথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নিত্যাইনন্দ মাণ্ডব, যুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৭। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুঞ্জাহুমদোইশুবা শৈশক

## রস – সম্ভোগাঙ্ক

## রাগ – পহিড়া

**গুরুজনজাগল** – ব্রজগী প্রেমগী ভাওবদুনা হীক্লা হীক্লা কপ্লক্লে।
প্রেমগী ঈবা চেল্লক্লে লৈনা যেংই নুমিৎকী মঙাল উবক্লে।
প্রেমগী ঈথক্তা তাবিক্লে অঙাওবগুম্লে।
শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মৈচাক্তো গৌবাঙ্গনা ওইবক্লে।
প্রেমগী মৈচাক্কী অবাবসে বাধা মোহনদাসনা হাযজবক্লে।

প্রিয **সজনী**– শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম থম্মোযনুংদা অৱাবা ওইহল্লে।
লেঙলক্লবোই খল্লদুনা বাধিকানা
কুঞ্জগী মনুংদগী তপ্না তপ্না লেঙথোবক্লে।
লৈনা যেংই বাধিকানা।
কুঞ্জগী মাযকৈ মবিদা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা পূমঙক ঙক্লে।
হৈশিংলবী কনানা নম্বীবকপা
সিন্দুবনো ফজবা চীম্বালসু যেংবদা নীংথিজবে।
কস্তুবী চন্দোনগী নুংশিববা মনম্না
বাধা ঐঙোন্দদি যেক্লবা ওইববে।
অসিগুম্বা প্রেমগী অৱাবসে বাধা মোহনদাসনা
কবি হাযজবসিগে।

### একতাল

মাযথোং থাজ উজবসে লাইবক ফবী ওইজবে। তোল্লবী ননাই ঐনা খুকুমজবি থাপ্না। লেঙবিবকপগীদি ঐগী মঙ্গল ওইজবে। অথেঙবা মতম অসিদা লেঙবিবক্লেদো ওম্বোক্লা ৱানা। হে ব্রজগী অথোইবা

হৈশিংলবা ইবুংঙো শ্রীচবন্দা কবি কচ্চগনি তোল্লবী ননাই ঐনা। তাবিযু ইবুংঙো ৱাথোকচাউবী বাধা ঐনি মফম অসি থাদোকপিবো। মন্দিবদা লেঙবীবোনে। পূম্নমক্কু উজবদা উকৃবা ঐখোযনদি ইকাযজবেনে। ইকাযজবদুনা ভাওবদুনা মাযকৈ মবিদা কোযনা যেংই। চণ্ডিদাসনা হাযজবি কোক্ত্রবা মচুনি।

**প্রাণ বন্ধুব লাগি**– থম্মোযগী অনিং ৱাখলনা লমজিং ওইবে খনবদা কাউঙমদে। তাকপীবিবা ৱাহৈদুনা ৱাজববী, বাধা ঐঙোন্দদি যেক্লবা ওইববে। মীনম্বা ৱাহৈদো তাকপীবনু ইবুংঙো খল্লুবদা বাধা ঐসে ঙকচবেনে হৈশিংবগী ওইদবা ৱাহৈদো তাজবদা ঐদি বাজবে। বাধিকাবু নীংজবা প্রেমদা মাযথীবা ফংলবা শ্রীকৃষ্ণ পূক্নিংদা অবাবা ওইবে। অসিগুম্বা বাধিকাগী মানগী মৈনা চাকথেল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী অবাবা মৈচাক গোবিন্দ দাসনা শকচবি।

## মেনগোয়

মহৌশাদগী খঙজববা হৈ শিংবা শ্যামনি।
নীংথিজবা ৱাহৈনা পূক্নিং শুম্ম্ৎলিবনি।

## মেনহৌ–

**ওই চল**– ৱাজববী ঐঙোন্দা মোমোন নোকপা মীনোক্লা। অৱাবা পূম্নমক কোকহনবি ঙম্বা। পূক্নিংদদি তাশোন ওইবেদো এ খঙজবে ইবুংঙো। ওন্ন-তৈনবা ফিজেৎ লৈতেং উবদা অঙকপনি।

## মেন অওনবা

**শুনো ওগো বাজারঝ** – তপথবিখো হে বাধে ঐগী পূক্নিংগী ৱাবী হাযজখিগে। চিংনবা পূম্নমক থাদোকপীযু কবিগীদমক্তা চিংনবিবগে। বাধে নঙনা ঐবু খুজিনগী চিহ্ন লৈ হাযবিদো বনগী তমথিববা তিঙ্খংনা খোৎখিবনি। তাবিযু ইবুংঙো লম্বী লমফাংনবা পূক্নিংগী ৱাখলদুদি লোৎপা যাদ্রবনি। ফজবা কুযোম্না মপান্দা যোম্বীবি মীনম্বা ৱাহৈনা থাজ উৎপিবিবনি। কৃষ্ণ ঐসে বাধে নঙগী প্রেমগী মখা পোনবনি। মানগী অশাউবা ৱাখলনা থুম্মত্তুনা বাধে নঙনা ঐবু লৎনবীবিবনি।

## তাঞ্চপ

থম্মোযনুংদা থোক্লিবা থাবল মঙালদো উজবে।
মীনা খঙলবোই লোৎপীবিবা চন্দ্রাবলীগী থাবলদো।
ৰাজবী ঐঙোন্দদি মযেক শেংনা ঙান্নবে।
মোমোন নোকপা ৰাহৈনা তাকপীবিবা পূন্নমক
মহৌশাগী হৈনবীদো ননাই ঐদি খঙজবে।

## মেনকুপ মপী

**এসুখ রজনী**– খঙজবে ইবুংঙো সাক্ষী চাউনা লৈবিবনি
অঙাং ওইবিগৈ মতমদসু পুতনা হাৎখ্রবনি।
নুপী হাৎপা ঙমখ্রবা পুকচেলনি তমথিববা থম্মোযনি।
মুক্তালক্তা কুঞ্জদা মুক্তাগী ৰাথোক ওইখ্রবনি
গোপীবু দন্দি পীবিবনি। মিনুংশি খঙবিদবনি বাধা

ঐবুদি কাউবিখ্রবনি। ঙসিদি অবেম্না কুঞ্জনি কৃষ্ণ কলঙ্কিনী মিংথোল ফংজববী বাধানি ব্রজদা ৰাথোক চাউবীনি।

## মেনকুপ

**মনেরি**– কৃষ্ণ ঐনা নীংজবা হাযজগে বাধে তাবিযু। বাধে নঙসে ঐগী মীৎকী লৈতেংনি থম্মোযগী মনিনি। বাধে নঙসে ঐগী থৰায ওইবিনি, নঙবু নত্তনা কৃষ্ণ ঐনা কবম্না হিংগনি। পুক্লিংনা নীংজবা তত্তনা শোঞ্জবা বাধা হাযবা মযেক অনীদো মন্ত্র ওইনা পবেং লেংজদুনা ঙক্তা শীজবিবনী।

**লোল**– শ্রীকৃষ্ণনা বাধিকাদা হাযজবদা ইবেম্মনা যাখিদ্রবদা, মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা খল্লি। কোযনা লৈনা যেংই। বাধিকানা পেনবিগদবা চানবিগদবা মফম কদাযদা কনাদা চঙজবগা যাবিগদগে খল্লি। ঐ কবি ওইবসিগে বাধানা ঐবু ইম্বোকপিবে। মফম কদাযদা চৎলগা ঈংগদগে কৃষ্ণ ঐগী থৰাযগা মান্নববা কবি পোৎ পীবগা বাধানা পেনবিগদগে।

অসি হাযনা খল্লবা অৰাবগী ঈপাক্তা তাউববা অসিগুম্লবা শ্রীবাধা কৃষ্ণগী অথুপ্পা প্রেমগী বস অসিবু তোল্লবা গোবিন্দদাসনা শকচবি।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীহাওবিজম শ্যামকিশোব সিংহ, থাঙ্গ, ব্রাই

দুহাব – শ্রীঅহোং সিংহ, কুম্বী।

পূংযৈবা – শ্রীসলাম গিবানী সিংহ, নবান সৈন্যা

যৌখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুম্ভ্রাহুমদোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নবসিংহ মাণ্ডব, নাউবেম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৮।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## কুন্থ্রামরিশুবা শৈশক

## রস – মানান্ত মিলন

## রাগ – বরাড়ী

গৌবগী কুচু সনা অহিংবা মচু
ফিজেৎ লৈতেংনা গেকুৱা মচু
লৈমাযথক্তা মীৎযেং মীৎলুদা পিবাং
মন্দাকিনী ঈহৌ কুমগী নোংহৌ
খল্লি কবিনো খদাং শৌনা খুত্তা
লৈই চিংই অমুক খুজিন্না লৈমাযদা।
কপলি হীক্লা হীক্লা লাউনা শ্রীগৌবাঙ্গনা
সনাগী কুচু লৈমাযদা ওন্না।
অহিং নুংথিল নাইদে লৈতে পোত্থাবা
গৌবগুনবু শকচৈ বাসুঘোষনা।

### শ্লোক

চৎখবে কৃষ্ণ বৃন্দা নাক্তা মদন সুখ কুঞ্জ তম্না
কোকচনবা অৱা চৈথেং থিবী উপায অযুক ঙন্তা।
কৃষ্ণ যাথং কোক্তা থোংনা চৎলি বৃন্দা বাধা নাক্তা
মপা লৈত্রবা তাইবংদা শকলুই গুনবু বাইগী কাদা।
মদনসুখদা নাক্তা ৱাতানবি কৃষ্ণ বৃন্দা
বৃন্দা লাক্লি তল্লি বাইদা ৱাবম পূম্বা লোইনা।

কোকথোক্কনি কোক্কী শম্লাং খাক্লোই কবিমতা
শংলেন ফিজোল অশংবা শাবি লোইববনি ঙসি।
তাউহনখিনি যমুনা থক্তা ঈচেল মতুং ইন্না।

তারোই ঐনা অমুক হন্না কোকিলনা খোংলকপা।
য়েংলোই অমুক মপোকসিদা অশংবা ৱাহোংমঙক।
চৎখি বৃন্দা অমুক হন্না মবেম্মনা শাউবদা।
চেনখিবগুম শামু লমশা নোংশানা ঙংবদা।
সোমদা রাধা লেঙশিনখরে থেমদুনা সখীনা।
লৈখরে তূমীন্না ফম্না ৱাসু লানসু ঙাঙদা।

**লোল**— বৃন্দানা মবুংঙো লৈফমদা থুনা য়াঙনা যৌখি। স্বর শাংনা হোল্লি, কৃষ্ণ পূক্লিং লাঙতক্লনা। চঙলক্তুনা সুবল সখা হংলকই সখাদা, কবিনো সখা নঙনা মায়থোং মকশিনবদি।

তাওনে হে সুবল ভৈয়া করিবু হায়সিগে।
শ্রীমতী রাধানা লৎনবিরে ঐবু ঙসি
ঙরাং মাগী কুঞ্জদা হায়দোক্লুই লাক্কনি হায়না।
চন্দ্রাবলী নাক্তা ঐনা লৈথোকলুই কাউদুনা।
উবদা অযুক্তা ঐবু হেনখি শাউবা রাধা।
হায়জৈ ঐনা মখোঙ শোক্লা ফত্তে শাউবা
চৈখি কয়া ঐবু মানা অফ-ফত্তা খঙদা
চাক্লি ঐগী থম্মোয়নুংদা ৱামৈগুম ওমদুনা।
মাগী মানগী মৈরী অসে মুৎহনগবা করিনা
নঙনা ঙম্বা করি লৈবা হায়যুগবা ঐঙোন্দা।

তারগা সুবলনা হায়রকই অসুম্না
ঙাইহাক খল্লুরগা কৃষ্ণ মায়থোং য়েংনা।
মুরুলীদি কৈদৌরে খোংউদনা অমুক্তং
রাধাগী মান অদো চেনখিনি নমাঙমক্তা।
খোংলক্লে মুরুলী থোংনা জয় রাধা হায়না।
জয় রাধে শ্রীরাধে রাধে রাধে খোংলক্লে বাঁশী।
হায়রকই বিশাখানা তারগা বাঁশী খোঞ্জেল
কায়হনগনু মানদো রাধা মেল্লু নাপ খুৎনা।

খোংলক্লি বন্দা বেনু মাযথাবা কৃষ্ণসে।
চংঙবেদো নাকোংনুংদা কমদৌগনিদোসে।
মাগী মখোলবু নাকোং চক্র চঙখ্রগবু
ঙমখিদবা থিংবা নঙবু নঙগী মান অদুবু।
তাবমক্তা ৱাহৈ অসি পাউখুমখিদে বাধা
তাবি মুন্না বাঁশী থৱায হকচাং ফুক্লা।

**অওনবা**

মিববা বাঁশী সুবগী ঈচেলনা
মুথৎলগা মানগী মৈবী ফাওবক্লে মীৎলুদা।
চেন্থবক্লে ঈচেল নাইনা পিবাং মবী ওইনা।
মাযথোং থম্বাল লৈথোকই ঈক্লা হৈনা হাযবকই।
মখুৎ থম্বাল অনীদুনা কোনখি ঐগী ইখোঙ অনী
লৈখি অসুম লৈমাযথক্তা তূনা।
মাননা খুদুম চনখিবনা কোনখৎখিদে ঐনা মাবু
হাযবিখিদে ৱাহৈ অমা ফাওবা।
ওন্থোকপনি সখী কবি গতি লৈ
নীংথিজবা মুক্তা পবেং হুক্তোক্নুনা মঙক্তগী
থমখি খোঙদা ঐগী ইবুংঙোনা
ইতা চান্নবী কৈদা লেঙখ্রে খোঙদা কোল্লন্নগা
মানগীদমক সখী মাঙজবে ঐদি থৱাযগী মপু।
কৈদনোনে মুকুলীবদনা ফংলবোইদবা অমুক হন্না।
ফংদ্রবদা অমুক মাবু ঐনা কবি কান্নগনি থৱায পুদুনা।
কালি হৃদিদা থাগনি থৱায অসুম হাযনা তেংথাবক্লে।

**তাঞ্চপ**

চৎনখবে তন্না সখী অনী
থিকুনবা কৃষ্ণ নাক্তা বাঁশী খোঙ্গুল লীনা।
কবম তৌবি ঐগী বাধা হাযযুগবা চান্নবীখোয।
হাযজবকই সখীশিংনা চিংনগনু শ্যামবায

লাকচবনি ঐখোয অনী লৌজবা ইবুংঙো।
অদুমক্তা লুবিবদি চৎকবা কবম্নবু।
চঙগনি কবম লৈহৌবি যতিলা থোঙজিন্দা।
কৃষ্ণনা খল্লি ঙাইহাক লেপ্তুনা তৃমীন্না।
যোগীমক্কী ফিজেৎ ঙমগনি চঙবা বাধিকাগী মনাক।
তাবদা কৃষ্ণগী ৱাহৈ সখী অনীমক্না
থৌগল্লক্লে যোগী বেশ নীংবা থুংনা।
চৎখবে হান্না পাউ পুবী সখী অনী
লাক্লে যোগীবাজ ওইনা যতিলাগী যুমদা।

**লোল**

ইমুংদা তানবা খোংলি শিঙ্গা হৌনা লাউনা
থোবকই যতিলা ভীক্ষা হাপ্পা।
ৱাঙাঙদে যোগীবাজ হাইবি মঙকতমক
লৌখিদে ভীক্ষা মানা হাপ্পা।
নবোল খঙদে ঐনা নঙনা কবিবুনিবা
খুল্লি যোগী মদুতদা।
থাদোবকউ নমৌ হাপ্লসনু মানা
মানা হাপ্লগতা লৌগনি ভীক্ষা।
সতী নত্তনদি লৌদে ঐদি ভীক্ষা।
বাধা কৌদুনা যতিলা চঙখবে।
খুৎ লোন্নে বাধা হাযজৈ ভীক্ষা লৌবীনবা
নীকপা হৌবি হবি উবদা।
চঙমিন্নবক্লে খুৎলৈ থুনা মীবৎ নাবৎ যেংনা
অচীকপদা চীক্না চীনদিন্নবে।
নীংনা ঈপাক ইবেন তিন্নখবে ঈবোং অনী
তুকথখবে অকনবা ঈচেল।
বিদ্যাপতীনা হাযজৈ খংঙমদে কনানসু
অসিগুম্বা হবিগী লীলা।

**শৈশিন-শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীতোইজম নিত্যাই সিংহ, থম্বালখোং, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা

পূংযৈবা – শ্রীকাবাম চাউবা সিংহ, চজিং কাবাম

যৌখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুম্ন্থামবিশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নবসিংহ মাণ্ডব, নাউবেম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৮। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুন্থ্রামঙাশুবা শৈশক

# রস – বস্ত্র ধরাধরি

# রাগ – মারহাটি

### তিনতাল মচা

যেংঙু ইতা অঙকপনি গৌবাঙ্গসে ঈহৌফমনি কামগী। পূক্লিং হুবা শুহ্মৎ শকফম উবদা গৌবগী। মোমোন মীনোক নীংথিবা মাযথোং নাগবী ফান লাং গৌববু উবদা পূমকাউ কাউখিনি খঙঙু। নোংথক্কী থানিল ইমক মকশিল্লি কামকৌবা লাইসু কপলি। বাধা মোহন্না বসসে শৈশকচৈ।

নীংথিজৈদো গৌবাঙ্গসে মীৎফম হোংবা যাদেনেসে। লাইবক ফবী ওইবেদোসে মাবু ঐখোযনা উজবসে। মীনোক নীংথিজবা মাযথোংনা ফজবা মাবু উবদা পূক্লিং হুবেনেসে। থাজ কোটি কযা মকশিল্লে মাবু উবদা কামগী পূক্লিং শুহ্মৎলেনেসে। ব্রজ প্রেমদা ঙাওখিদুনা বাধা ভাবতা চৎখিদুনা হাযবকই, নুংশিবা ৰাহৈনা হা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌদুনা কপ্পদুনা ব্রজ প্রেমদা লুপখবেনেসে। লোযনবি নুঙাইনা ভক্ত কযাগা। ব্রজ প্রেম্বু যেল্লি চানবী হৈবা গৌবনা। যাওবি ভক্ত কযা কযা নীংবা থুংলে বামানন্দ।

### আনিকপা

**পতিত দুর্গতা দেখি** – গোকুলগী থাজ থানিল থোক্লবেনে ঙাল্লে
গোপীশিংনা উবা ফংজবেনে।
ফন্নি যোল্লি কৃষ্ণনা সনা লুপা মনি মুক্তা ইলং
লংনা থেল্লি মপৈ মপৈ। গোপীশিংনা মিতাজৈ চঙনদুনা যেংনৈ।
মীৎফম হোংবা যাদনা পামজৈ নীংথিজবী গোপীশিংনি।

কুচুনসু লমযৌবীনি হবাউ নুংঙাই ঈপাক্তা তাউজে।
কুচুনা ফূদোংবা সনাবু ঙমজবিবা বাধিকানি।
নৌজৈ নৌজৈ কযা ফজৈ ফজৈ। থাগী পবেংগুম চৎলি।
হবাউ নুংঙাই ঈশৈ ঙংলি অঙকপনি বাগনা থঞ্জে।

## মেনবুং

**শ্রীরাধা গোবিন্দ** – ফজৈ ফজৈ নীংথি নীংথি চাংদমনিঙাই লৈতবা মখৈ।
লাইবক ফবী সখী মখৈ মাযথোং থম্বাল যেংজৈ যেংজৈ।
অনীমকপু উবসি লাইবক ফৈদা ঐখোয অসি।

## মেন অওনবা

**জয় জয় রাধে** – ফজৈ ফজৈ শ্রীবাধিকা গোপীলক্তগী অথোইবীনি।
যেংজৈ যেংজৈ শ্রীকৃষ্ণদা তপ্না তপ্না চঙলক্লবীনি।
থম্মোযনুংদা নীংজ কাউজদনা লৈজবিবী বাধানি।
শ্যামগী মাযথোং চিংনা যেংজৈ, ঐঙোন্দগী হেনবী
লাইবক ফবী কযা লৈবিগনি।

নীংজ শোঞ্জবনা মথৌ ওইবীনি ব্রাখল্ অতৈ অমা খঞ্জদ্রবীনি। হাযজবি চঙজবি কৃষ্ণগী নাক্তা। লেঙলক্লে বাধানা কৃষ্ণগী মাঙদা যোল্লিবা থেল্লিবা পোৎশক লৌনিংদুনা পামজবা পোৎশক্লা ব্রাত্তনা লৈবিবা আ .. চান্নববী।

## তাঞ্চপ

**রাই কহে** – অঙকপনি শ্রীকৃষ্ণনা মনিমুক্তা কযা যোল্লি।
হাযজবকই বাধানা মুক্তা পবেং পাযখৎলি,
হাযযু হাযযু মমল্‌সে।
লৈজবগে পামজৈ ঐনা পীবিযুনে চানবিদুনা।
ঐনা পামজৈ লৌজবগেনে। লাইবক ফৈদা ইবেম্মা
নঙগী মপোক মহে যাল্লে, ঐগীসু পূক্লিংদা পেঞ্জবেনে।
মমল নাইদবনি খঙ্উ ঐনা লেম্মা পীবগনি হাযদুনা বাধাগী ফীজি পাযদুনা যাল্লে।

## মেনকুপ মপী

**নৃরচয় গোকুল** – হৌনদবা লীচং, চংলি অদুম্না কবিগী তযাং তশোইবদি অমুক হৌনববা কানু।

উবক্লে সখীশিংনা চঙনবক্লে মনাক্তা, যেংজৈ নোক্লা নোক্লা ঙকইদকো হাযনা। লৌনবি মহৈ মহৈ মানা মানা পামজবা লোইশিনখবে যোনবা পোৎশক মওং অসুম তৌনা। শৈবেংজৈ উদ্ধবনা অনীগী গুনবু।

## মেনকুপ অখেৎপা

**তূমিযে অমার গতি** – চঙজৈ শ্রীচবন্দা বাধে, হৌখবেদো ঐগী মপোকসে, সংসাব মাযা লাংদা লুপ্তুনা। পীশুম খোই খোইনবী প্রেমগী মূর্ত্তি ওইবী, লান্নফম মশক ওইবিবী বাস বাসেশ্ববী গোবিন্দ, থৱায শকপী কৃষ্ণ প্রেম পীনহৈবী। মহাভাবনা তিনবী কৃষ্ণ পূক্লিং হুবিবী, কুচুনা নোংথাংবু ঙমজবী চীনবান ঙাংতক্লবী মিৎযেং নুংশিবী কৃষ্ণতবু যেংজনীংলিবী। কৃষ্ণনা শান্নবা লীলা খুদিংদা তত্তনা থৌগল্লিবী, ভক্তবু লমজিংবী চবন্দা চঙজৈ ভাগ্যচন্দ্র দাসনা।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীকোম্হৌজম সনাতোন সিংহ, কাকৈথেল, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীবিজয সিংহ, তখেল লৈকাই, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীৱাঙ্খেমযুম নিলচান্দ সিংহ, শীংজমৈ কোংবা বোড।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুম্ভমঙাশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নবসিংহ মাগুব, নাউবেম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৯। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুন্থ্রাতরুকশুবা শৈশক

# রস – বর্ত্মরোধ (পথরুদ্ধ)

# রাগ – কর্নাট

### অহানবা শ্লোক

অঙকপনি গৌবাঙ্গগী লীলা, নীংশিংলকই মমাঙঙৈগী ব্রজগী বসবু খল্লুবদা হকচাং তু চুংলি। শ্রীঅঙ্গ কান্তিনা সনাগী কুচু মাল্লি। গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা লেঙলকই। উবে শাৎলিবা লৈ কযা গদাধবগা লোযননা নুমিৎ খুদিং শান্নবি। অসিগুম্বা বসবু শকচৈ গোবিন্দ দাসনা।

### রাগ তাবা

নিধিগুবা – নোংমা নুমিৎ চৎলি বাধানা সখীগা লোযননা।

শিন্ধু – যেংলি বনগী ফজবা হবাও মথোয কানা।

নিজগুন – নীংথিজবি কযাদা লৈবাং শাৎলম্বা ফুগাযনা
আ উবে গৌবাঙ্গনা হবাউজৈ।

প্রান সখি – গৌবনা গদাধববু উবদা বাধামক্লি খল্লুবে,
থম্মোয মকা লামজৈ।

উপায – কৃষ্ণগী ভাবপু খল্লুবদা বাধা বাধা কোযনা থিবি।

লোকেবোলে – উনবে ইনক নক্লা থৎলি কৃষ্ণনা পাম্বোম তিংনা।

লোকে – হাযজৈ বাধানা তোযনা তোযনা থৎপিগনু নাগোব কালা কুল
ধর্ম্ম মাঙহনবীগনু।

লোকেবোলে – অসিগুম্বা বসপু শকচৈ উদ্ধব দাসনা বাধা কৃষ্ণগী লীলাসি।

### শ্লোক

কৃষ্ণগী মচৎ মতৌ উবদা, হাযজৈ শ্রীমতী বাধিকানা অদুগুম্বা মচৎ ফজদবা শাজৎ কামদগীসু হেল্লি ইবুংঙো নঙনা।

বৃন্দাবন – কৃষ্ণগী মচৎ মতৌ উবদা হায়জৈ রাধিকানা ।।

বৃন্দাবন্নে – শাগৈগীসু মৌনি ঐদি কুল ধর্ম্ম ঙাকপীনি ।

ব্রজপুরে – মীনা উরগা করি হায়গনি লৌনম চাউবা কালা-ও ।

পৈক্ষ নাগর – হন্দোকপিখোনে মাঙদা থৎপিরনু মীনা উখিনি লম্বী লম্মুক্লবা ঐদি সুকপাম পামজদে ।

তুমি – মীনা উরগা করি হায়গনি, শাগৈগীসু মৌনি মীনা করি হায়গনি ।

জতিলার – ললিতানা হায়রকই, তাওনে হে শ্যামরা ।

পরের – হায়বীগে ঙসিদি শেংনা খঙজৌনে ।

পোথে – মিতাবনা হানবরা নহৌশাগী ওইবা ।

বৃন্দাবন – হাইরকই, রাধানা লৌনম চাউব কালা ।

বৃন্দাবনে – করিগীবু কিদবনো হরাউ তু চুংজরি উবদা ।

ব্রজপুরে – হায়বিগনু রাধে নঙগীদমক্তা পোক্লবনি ঐহাক্তি ।

## মেনবুং

চলধ্বনি – শাগৈগীসু মৌনি ঐদি নিংথৌগীসু মচানি ।

তবকুণ্ড – তৌগনু অদুম্না ললিতানা হায়রকই ।

প্রানেরমাধব – তাওনে শ্যাম হায়বীগে ।

তব কুণ্ড – নতৌনি নহৌশা নঙগী হায়রক্লি রাধানা ।

## মেন অওনবা

ঝুলেরে – হায়রকই, রাধানা করিগীনো লৌনম চাউবা কালা ।

কৃষ্ণ – হরাও তু চুংজরি, উবদা লীলা মহৈ য়াল্লি যদু নন্দনা শকচৈ ।

অমূল্য – তাবিয়ু শকহেনবী রাধে, নঙগী প্রেমদা ঐসে ঙাওরি পীনবিয়ু পীনবীয়ু নঙগী প্রেমগী মহৈ ।

জগত্তা – নহাক্কীদমক্তা গোলুক থাদোক্কুনা গোপ শাগৈদা পোল্লবনি, ঐদি কাউরবরা হে রাধে।

গৌব – ঙাওচৎনরি নঙগী প্রেমদা লাক্লবনি গোকুল অসিদা।

রাধা রাধা – ঙাওরে ঐদি নঙগী ৱাখলসিদা লৈঙমদে খাঙমদে নঙতবু খল্লি।

রাধা বহে – হায় কৃষ্ণনা তোয়না তোয়না প্রেম ময়ি রাধে।

## তাঞ্চপ

শ্রীকৃষ্ণ – কৃষ্ণনা চৎলি বন্দা থিরি নঙতবু।

এইসে – ষনবু কোয়না শেনবা মানা থিরি থিরি বন খুদিং কোয়না।

শ্রীদাম – ফম্মি, ঐনা উরি উখোংদা, য়েংলি নঙতবু তোযনা।

কেলুবোলে – থৱায়নি ঐগীদি নঙতা উজগেনে।

ব্রজপ্রেম – কৎখ্রবনি ইচাক ইরল্ নঙতবু খনবদা।

## শ্লোক

বাধে তাবীয়ু নঙগীদমক্তা ঐনা গোলুক বৃন্দাবন থাদোক্কুনা, নহাক্কীদমক্তা গোপ শাগৈদা পোল্লবনি, নহাক্কা শান্নগে হায়দুনা। নহাক্কী নামবু শোল্লগে হায়না, খুত্তা বাঁশী পায়রবনি কাউরগনু রাধে।

## মেনকুপ মপী

হাইকি হইলো – তাবিয়ু, শকহেনবী লাইগী নোংদমখোলনি হাযজৈ।

গেলো গেলো – রাধে নঙগীদমক্তা ঐনা গোলুক থাদোকপনি।

প্রাণ – ইকায় হঙ্গৈই ৱাহৈনা তোয়না তোয়না হায়জৈ কৃষ্ণনা।

## মেনকুপ

কহয়ে – তাবিয়ু রাধে লৈমায়দা তাদুনা হন্ন হন্না হায়জৈ কৃষ্ণনা।

বন্ধুর – চিংজৈ চঙজৈ চরন খাদা থাদোকপিনু মতম খুদিংমক্তা ঙাকপিয়ু রাধে।

আব – বাধে নঙনা ঙাকপিযু ঙাকপিযু বাধে। চানবিযু চানবিযু চঙজবি ঐনা প্রেমগী মশক ওইবী।

মোবণ – নঙগী প্রেম্না লুপখ্রবনি, কৃষ্ণ ঐবু থাদোকপিগনু।

মৃত্যু – থাদোকপিগনু কৃষ্ণ ঐবু হাযজবনি বাসেশ্বরী।
বাধে নঙনা ঐগী থৱায ওইবনি।

লনা – চঙজবি চঙজবি চানবিযু বাধে বাধে, নঙনা ঐগী থৱাযনি।
নীংজৈ চঙজৈ বিদ্যাপতীনা অনীগী চবণ খাদা।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীইতোমচা সিংহ, হৈবোক

দুহাব – শ্রীলাইশ্রম নেবী সিংহ, হৈবোক

পূংযৈবা – শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ, উবিপোক নাউবেমথোং।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুম্ব্রাতককশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নবসিংহ মাগুব, নাউবেম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১৯। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## কুম্ভ্রাতরেৎশুবা শৈশক

## রস – ধূর্ত্তনিদ্রা

## রাগ – নাটিকা

**জয় জয় ভুবন মঙ্গল** – খুকুমজবি জগৎপু লানবিবা গৌবহবি।
কলি জীব লানবিবিবা, অমম্বা কযা ঙালহনবিবা।
সঙ্কীর্ত্তণবু লিংবিবিবা হবি।

### ব্যাখ্যা

নদীযা নাগবীশিংনা গৌবাঙ্গগী ফজবা রূপ উবগা
নাগবী অমনা মযাম পূম্নমকপু যেংলগা হাযবকই–

**গুবা কালিযা**– শোযবোই ইতা মানি বৃন্দাবনগী মপূদুনি। অমুবা কুচুনা মানা মনুংদা লোৎশিল্লিবনি লখাবক, ফুদোংবা সনাগী মচুনা মপান্দা উহল্লিবনি। মমাঙঙৈদা বৃন্দাবন্দা বাঁশীনা বাধা কৌবন্নিবনি। ব্রজগী ৱাখল কাউদ্রিবনি মানা বাধা শোল্লিবনি। অহিংদা নুংথিলদা বন্দা শান্নবা মানা পাম্লম্বনি। গোবর্দ্ধন্দা ষন শেল্লম্বনি সখা মযাম লোযনবম্বনি। বাসলীলা শান্নবম্বনি। গোপীশিংগা লোযনবম্বনি। বাধাগী ৱাখল কাউদ্রিবনি; গদাধবগা লোযনবিবনি। বাধাগী লমন শিংবা লাকপনি। জীবগীদমক ৱাবীববিবনি।

**ব্যাখ্যা**– নাগবী অমনা মতৌ অসুম্না গৌবাঙ্গবু থাগৎপা বাহে কযানা হাযজবিঙৈ অদুদা নাগবী অমনা অমুক মযাম্বু যেংলগা হাযবকই–

**ব্রজছাড়ি এলে**– ব্রজগী থাদো থোক্লবে। বাধাগী প্রেমগী লমন শিংলবে। ফজবা নুংশিবা খোইখোইবা শম্লাং কোকথোক্লবে। অনৌবা ফিজেৎ লৈতেংলে। বনমালা ঙকশমদা যাওবক্তবে। তুলসী মঞ্জুবী পবেং থোল্লবে। গোপীগী পূক্লিং হুবা মথেক অহুম থেকপা ৱাহোং চুড়ানা কোক্তা লৈতেংবা, তত্তনা পাযবম্বা বাঁশী পাযদবে। নৌববা মখুৎতা চৈশু পাযববে। সনা

ফিগে খ্বাঙদা থোল্লম্বা গোপীগী পূক্লিং হুবম্বা খোই-খোইবা শল্লাং ষনশেন নহাগী থৌবাং মফম কদাযদা মানা লোৎখবে। বাস লীলা শান্নবম্মী গোপীগী পূক্লিং হুবম্মী। নবদ্বীপ্তা মানা প্রেম্না ঙাওববে সঙ্কীর্ত্তণ মযাযদা বাধা কৌববে ভক্তিগী পান্বী ওইববে।

## ব্যাখ্যা

নদীযাগী নাগবীশিংনা গৌববু থাগৎলি। গৌবাঙ্গ প্রভুদি ব্রজগী ৰাখলনা ঙাওবক্লদুনা হীক্লা হীক্লা কপ্পী। ব্রজ বৃন্দাবন্দা সখা মযামগা ষন শেল্লুবগা হল্লকপা মতাংদা শ্রীমতী বাধিকাগা উনবম্লগা শঙ্গাযদা লেঙশিল্লকখিবা, গুরুজনশিংনা চেপখিবা ঙাইবগা ইবুংঙোনা কুঞ্জবন তান্না লেংঙকপদা বাধিকানা ইবুংঙো লেংঙক্ত্রে হাযদুনা তৃমশিন্নখিবা ধূর্ত্তনিদ্রা বসপু প্রভুনা নীংশিংলক্তুনা ব্রজগী লীলা শান্নবকই। হোই হোই লাউদুনা সখা মযাম্না ব্রজগী লম্বীদা ষন হোইগৎলক্লি। কযাদা লাইবক ফবা। ব্রজগী ষনবী ষন্নাউ গোলুক্কী মবুংঙো তত্তনা লোযনবা ফংলি। সোবোক্কী উফুলনা অতিযা খুমখ্রে। স্বর্গদা লাইযাম্না মাগী মাগী দোলাই তোংনবে। হবাউনা কুন্ধে যেংনবে। নৈগী খুজোক খুজোক চাইথবক্লি। বলবাম দাসনা হাযজৈ ব্রজদা পোকচনিংই, ব্রজ লম্বীগী উফুলনা কোক্তা হাপচনিংই।

## লপৎ

যৌবে অটালিকা, উনবে বাধিকা চিংনা চিংনা যেংনবে। অনীনা চিংনা চিংনা যেংনবে। বাধা কৃষ্ণ অনীনা চিংনা চিংনা যেংনবে। উকৃবদা মীৎফম হোংবা যাদবে। সঙ্কেত তৌবম্লগা লেঙশিনখবে ইবুংঙো। যশোদা বানিনা মচাবু ওকচবে ঘীগী বর্ত্তিনা হাইদোকচবে। কাউগে হাযবা যাদবে। বাধিকাবু মানা কাউবো হাযবা যাদবে। মতম ওইবকপনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো গুরু জনবু চেপখিবা ঙাইদুনা লৈবে। মতম ওইবকপনা গুরুজনশিং ঙম্না চেপখ্রে। মতাংদুদা গোবিন্দগা চেপমিন্নবম্বদগী লেঙখৎলক্লে। চিংনা যেংলগা তপ্না লেঙথোবক্লে। অসোমদসু শ্রীমতী বাধিকাগা সখীশিংগা যতিলাগী যুমদগী শ্রীকুঞ্জ যৌবসি হাযদনা পূক্লিং নুংঙাইনা লেঙলক্লে।

## মেনগোয়

চান্নববী সখীশিংগা লোযননা লেঙলকলে

## মেনবুং

লেঙলক্লে ব্রজগী লম্বীদা। হৌমিন্নবী লেংমান্নবীশিংগা লোয়ননা, চাংদমনিঙাই লৈতেদা। রাধিকাগী নীংজব সখীশিংগী ফজবা গোবিন্দ দাসকী মীৎকী মহৈবু য়াল্লিদা।

## অওনবা

শ্রীরাধিকা ইবেম্মা য়ৌরক্লে কুঞ্জবন সখীশিং লোয়ননা। ইবুংঙোদি লৈরমদরে মিপাইরে রাধিকা কোয়না য়েংজরক্লে। শোয়দনা লাক্কনি শয্যা শেমজরক্লে। দূতী থারক্লে মাবু থিরুরো তাকপিরে। লাকচরে দূতীদো উনজরুরে। হল্লক্লে দূতীদো তমজরে মপাউদো মীপাইবিরুরনু লেংঙকহৌরে। শ্রীমতী রাধিকা ইবেম্মনা ইঙ্গিৎ পীরে সখীশিংদা। তূমশিন্নখ্রে মতমদুদা নিকুঞ্জগী শয্যা মথক্তা।

## তাঞ্চপ

লেঙলক্লে কুঞ্জ পাংনা লেংলক্লেনে। এ ... শ্রীচরন্দা নোপুরনা রুনু ঝুনু হায়না হৌরক্লে। লেংলক্লেনে কুঞ্জ পাংনা শ্রীচরন্দা নোপুরদা ... এ ...। ঝন ঝন হায়না নোপুরনা খোঙথাং খোঙথাং খুদিংদা রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু হায়না হৌরক্লেনে। তপ্না তপ্না লেঙলক্লে। নোপুর খোঞ্জেল থোক্তনবা তপ্না তপ্না লেঙলক্লে। গুরুজন্না তারবদি ঐদি চৎপা য়াদ্রবনি। নোপুর খোঞ্জেল থোক্তনবা তপ্না লেঙলক্লে।

## ব্যাখা

মতৌ অসুম তৌনা শ্রীচরনগী নোপুর খোঞ্জেলবু ফাজিল্লগা নিকুঞ্জ পাংনা লেঙলক্লে। শ্রীমতী রাধিকানা চান্নরবী সখীশিংগা লোয়ননা তূমশিন্নদুনা লৈবা মফমদু য়ৌরক্লে। সখীশিংনা ইবেম্মদি চেপখ্রে ঐখোয়দি হৌদোকচবা ঙমজরোই হায়না হঙ্গৎলবদা ইবুংঙোনা রাধে হায়না হৌদোকপসি শুক্তামক তাখিদ্রে। সখীশিংনা মবুক্লিংদা খঞ্জরকই থম্মোয়সি খরদি কনমল্লি শয্যাগী মথক্তগী হেক ঈষ্টরক্লবদি পেঞ্জরনিদকো হায়না খন্নবসি গোবিন্দনা উবিরদুনা রাধেবু ঈষ্টরে। শয্যাদগী তারকপদা মীকপ খংথোক থোকই। হেক উনৈ। উনবদা প্রেম ঈহৌরকই। হকচাং থক থক নিক্লরকই। ধূর্ত নিদ্রাগী রসপু মতাং অসিদা মপুং ফানখি।

কুঞ্জনুংদা নোংহৌরক্লে। নোংখোং ফূয়না মংলক্লে। শোয়দনা চুগদৌরিমানে নোংথাংনা জগোয় শারক্লে। নন্দগ্রামদগী হৌরকপা নোংনি। যাবত গ্রামগী নোংথাংনি। নোংগা নোংথাংগা পূল্লে শোয়দনা চুগদৌরমাল্লে। নোংথাংনা জগোয় শারক্লে। মতম খঙবী সখীশিংনা অমংবা নোংবু উরক্লে। চোৎলরনি চেন্নরক্লে উখোং খুদিংদা লোৎলে। নন্দগ্রামগী অশংবা থম্বাল যাবতগ্রামগী সনাগী থম্বাল অনী পূন্না শাৎলে। নৌরবা তোমাল পাম্বীদা সনাগী উরিনা য়েৎলে। ৱাহোংনা লিনবু লাক্লে। লৈকাদা খোইমু ঙংলে। নৌরবা অনীনা ঙাল্লে। নৌরবা প্রেম্না লৈতেংলে। বলরাম দাসকী মীৎকী মহৈ য়াল্লে। সখী ময়াম্না নিকুঞ্জবনগী মঙালবু উবগা মানা পামজবা ৱাখলশিং ফোঙদোক্লরকই।

## মেনকুপ মপী

মপোক মপোক খুদিংদা ঐগী ওইজনিংইদা। থম্মোয়নুংদা পুল্লগা পুন্সি লেঞ্জনিংইদা। হয়েংমুক্কী মপোক্তা ফংনি ফংলোই খঙদেদো। য়ুমদা হল্লনুসি ইতা য়েংদুনা থৱায় থারসিদো। স্বর্গগী নুঙাইবা পামজদে, বৈকুন্ঠদসু লৈজনিংদে, বৃন্দাবন্দা লৈজগে গোপী ওইনা পোকচগে। অহিং নুংথিল অনীমক্তা শান্নবা লীলা য়াওজগে। কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা তত্তনা থৌগল ফংজগে।

## মেনকুপ

ননাইলক্তা তিলহল্লু শান্নবা খুদিং য়াওহনবিয়ু। লীলা রস পীথকপিয়ু। মপোক মপোক খুদিংদা ননাইগী ননাই ওইহনবিয়ু। লীলা রস পীথকপিয়ু প্রেমগী সেবা য়াওহনবিয়ু।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীসনসম কোন্দুম সিংহ, তেরা লুক্রাম লৈরক, ইম্ফাল

দুহার – ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা

পূংয়ৈবা – শ্রীরাজকুমার নুমিৎস্না সিংহ, নিংথৌখোং

য়ৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুন্স্ফুমরি) গী কুম্ভ্রতরেৎশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – নরসিংহ মাণ্ডব, নাউরেম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ২০। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# কুম্ভানিপালশুবা শৈশক

## রস – রসালস রস

## রাগ – ভূপালী

### ভঙ্গা

বসকী তুংনফম প্রেমগী ঈহৌফম গৌবাঙ্গ ঙাল্লি নদীযাদা। হবি সঙ্কীর্ত্তণ মযাযদা জগোয শাবি গৌবনা। হবি নাম্বু যেনবিবি যুমথোং খুদিং চঙদুনা। চঙজফম তাকপিবি ভক্তদা গৌবহবিনা প্রেম বস থক্তুনা ঙাওবে ভক্ত লোইনা। জগোয শাবদা ৱাখিবনা চেপখ্রে গৌবাঙ্গ প্রভুনা। অসিগুম্বা বসসিবু শকচৈ বাসু ঘোষনা।

### ব্যাখা

শৈবেংবা বাসু ঘোষনা মাগী ধ্যান্দা কাউজবে। অহিং চুপ্পা সঙ্কীর্ত্তণদা ইবুংঙোনা জগোয শাবদা ৱাখিবনা নীংশিংবা লৈতনা চেপখবে। নদীযাসি ৱাথোক অমা ওইবা তাবে খন্দুনা অবাপ্পদা লৈবগা হাযজবকই, লেঙখৎপিবো গৌব হবি শা উচেক পূম্নমক লোযনা যাহৌনবে। ৱাহোংনা থেক্লা নোইনা জগোয শাবে। কোকিলসু খোম্বাং হাপ্তুনা খোংলক্লে। থবোগী লৈহী চুপলম্বা খোইমুশিংনা থম্বাল তম্না পাইনবক্লে। চীঙ্খে মঙাল ফংবদা থম্বালনা ফৃগাযনা শাৎলে। শা উচেক্কী খোঞ্জেল তাবদা শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা লেঙখৎলক্লে। ইবুংঙো লেঙখৎলকপা উবদা ভক্তশিংনা কোযশিন্দুনা ফম্লবে। শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভুনা মমাঙৈ ব্রজদা শান্নখিবা লীলা পূম্নমক বস চুপ্লক্লে। গৌবাঙ্গ প্রভু তু খ্যাউ চুংই, হকচাং থক থক নীকই। হীক্লা হীক্লা কপ্পদুনা বস চুপ্পী। ইবুংঙোনা চুপ্লিবা বসতি—

### চারিতাল

নোংপোক চীঙ্খে হুল্লক্লে গোপী লোযনা হৌগৎলক্লে। বৃন্দাসখী যেংলদুনা

সখীশিংনা হায়জরক্লে। য়েংবিয়ু, বৃন্দা শ্রীকৃষ্ণসে নীঙাইদনা তূমলেনেসে হৌদোক্তুনা পুবনি ঐখোয়গী বাধিকাসে। নীংশিংবা লৈতনা তূপ্লিদা। অহিং শান্নবগী ৱাবনা অতোপ্পা কনা উদ্রিঙৈদা ৱাথোক ওইহন্দবা হৌদোক্তুনা পুবনি। অসুম্না ঙাওনা ঙাওনা বৃন্দা য়েংজেদো। বৃন্দাসখীনা উচেকশিংদা বাধা শ্যামাসে হৌদোকলো হায়না ইঙ্গিৎ পীবে শুক শারিদা।

**ষ্টিরিজুরি**– বৃন্দাসখীনা মবোল তম্বীবা শুকশাবিনা খোংলক্লে। লেঙখৎপিবো রাধে নোংপোক চীঙ্খৈ ঙাল্লক্লে। থম্বাল তম্না খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা পাইবক্লে। খোইমু কিবনা থম্বালনা নীক্লা খাঙলক্লে। বাধা কৃষ্ণ অনীদি নীঙাইদনা তূপ্লি। মতম কৌবী লাইবেম্বীনা খাম্বা ঙল্লক্তবে। হৌখবে মতম ঐখোযদি মীপাইজবে হে বাধে হে কৃষ্ণ ।

**হেদেগো ললিতা**– হৌগৎলো হে বাধে যূমদা হনগনি কাউবববা লেঙখৎপিবো শ্যাম নাগব ৱাথোক কিদ্রববা। পুনশিনবীবো বাধা শমজি মচি পবেং শিজিনবিবো। হে বাধে, নবুংঙোগী ৱাহোং চুডা হাপচিনবিবো। মনি খুদোপ শিজিনবিবো। মোহন বাঁশী পাযহনবীবো। সখীশিংনা লাউজবদা বাধা শ্যাম্না তাখিদবে। ঙাওনবক্লে গোপীশিংনা ৱাথোক ওইবা তাবেদো।

## ব্যাখ্যা

সখীশিংনা কয়া কয়া লাউজবদা অনীনা তাখিদবে ঙাওনবক্লে গোপীশিংনা।

শ্যামগী থৱায় ওইনা থমজবিবা বাঁশী অসি হুবাল্লসি হাযদুনা ঙাওনবক্লে গোপীশিংনা। ঙাওনবসি ইবুংঙোনা তাবদুনা বাঁশী চেৎনা পাযশিনখবে। গোপীশিংনা হুৱানবা ঙমদবে। বোন দেবী হাযবসি অতৈ নত্তে বৃন্দাসখীনি। উহৈ-ৱাহৈ চাদুনা নোংজু নুংশা খাঙদুনা বাধা কৃষ্ণ অনীগী প্রেম লীলা য়েংজগনি হায়দুনা অবাম খৌরাং কযা খাঙজদুনা রাধা কৃষ্ণগী প্রেম রস থক্তুনা লৈজবীনি। হে কৃষ্ণ লেঙখৎপিবো। প্রেমগী মশক ওইবী বাধাদো থাদোক্লো। কুঞ্জ পূমনিল নিন্না শা উচেক্লা খোংলকপা তাবদা লেঙখৎলক্লে বাধা শ্যাম অনীগী ৱূপ উজবদা।

## মেনগোয়

খোঞ্জেল ৱাংনা শুক শারি অনীনা জয় ওইবে জয় ওইরে ইবুংঙোনা জয ওইরে বাধানা। অমনা হেন্দে অমনা ৱাৎতে অমনা অমবু লৈতেংবী।

## মেন অওনবা

**চল** – চিংনা চিংনা যেংবিবে বাধাগী মাযথোং শ্রীকৃষ্ণনা এ। পুনশিনবীবে বাধাগী শমজী। মনি পবেং শিবিবে শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা লাইবক্তা সিন্দুব নশ্বীবে। হকচাংদা কুম কুম চন্দন্না লৈতেংবীবে। খোঙদোপ, খুদোপ, খুজী নীংথিনা শিজিনবীবে। ঙাল্লি থবাক্তা মনি পবেংনা। লাইবক্তা সিন্দুব নযন্দা কাজল নীংথিনা থাবিবে। বাধাগী খুজেং পাযদুনা ওযদা লেপহল্লি। অনী পুন্না ঙাল্লে থাবু হেন্না। সনাগী থম্বাল, অশংবা থম্বাল অনী পূন্না শাৎলে। থম্না খেঞ্জোং যাওদনা থম্বাল অনী পূন্না শাৎলে। ৱাহোংগা লিলগা পুন্না চাক্তামিন্নবি।

## তাঞ্চপ

**ভালো বাঁশী**– বাধা শ্যামগী ফজবা অনীগী ৰূপ্পু উজবদা শকচৈ বাসু ঘোষনা। চাংদম্নফম লৈতে অনীনা মহেল্লি হাযনিঙাই লৈতদুনা শকচবনি কবিনা। বাধা শ্যামগী ৰূপসে উজবদা ইকাইদুনা থানা লোৎলি নোংলক্তা। ঐদি যুমদা হল্লবোই। গুরুজন্না চৈগে চৈসনু কুল ধৰ্ম্ম মাঙজসনু চবন কোন্দুনা লৈজবনি। গুরুজন্না হংলগা ঐবু খঙদে উদে খুম্বীযু ইতা নখোয পূন্নমক্লা।

## ব্যাখ্যা

ব্রজগোপী হাযবসে বাধা গোবিন্দ বিচ্ছেদ ওইবগা বাধা গোবিন্দনা ৱাবদগী শকুক চাম্মা হেন্না ৱায। বাধা শ্যাম অনীনা পূল্লগা শকুক চাম্মা হেন্না নুংঙাইজবী ব্রজগোপীনি। ইবুঙো ইবেম্মগী ৰূপ্পু দর্শন ফংজবদা।

## মেনকুপ মপী

যেংউ ইতা ফজবে কুঞ্জবনসে ইনৌ নৌবে। ঙবাং ওইখিবা ফজবদো ঙসিদি ওইদবে। ঙসিসিনা হেন্না ফজবেদ।। প্রেমগী ঈথক হৌবক্লে নীক্লা নীক্লা, কাবক্লে। গোপী লোযনা ঈবাক্লবে। প্রেম বস থক্লদুনা ঙাওববী গোপীশিংনা মহৈ মহৈ ঙাংনবক্লে। সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল অনী পূন্না শাৎপবা। অখোযবা তোমাল পাম্বীদা সনাগী উবীনা যেৎপবা।

## মেনকুপ

বাধা শ্যামগী মক্ত্রবা প্রেম্না ফাম্ববী গোপী ঐনি। থৱায মঙা খাকচবা লৈতনা শ্রীচবন্দা কচ্চখ্রবনি। শান্নবা লীলা পূন্নমক লাপ্না লৈজদুনা যেংজগে।

গুরু সখীগী ঈঙ্গিৎ ঙাইজদুনা পুন্সি অসে লেঞ্জবগে। অতৈ অমা পামজদে চবন সেবা নত্তনা। মপোক খুদিংদা চবন কাউদবা পীনবীযু।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীযাত্রা সিংহ, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা

পুংযৈবা – শ্রীসোবাম বুদ্ধ সিংহ, এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী কুন্ত্রানিপালশুবা মেলগী পুংলোন্

মফম – নবসিংহ মাণ্ডব, নাউবেম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ২০।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## কুন্থ্রামাপলশুবা শৈশক

## রস – সখ্যোক্তি

## রাগ – রামকিরী

### তিন্তাল মচা

শ্রীগৌবাঙ্গ ইবুংঙোনা ভক্তশিংগা লোযননা।
শান্নবি নুংঙাইনা পৃক্লিং তুজুং হবাউনা।
সঙ্কীর্ত্তণবু তৌবদুনা হীক্লা হীক্লা কপ্লদুনা।
কাযনখবে ঙম্না পোখ্নানবে লোইনা।

খল্লু-খল্লুবগা গৌবাঙ্গ হীক্লা হীক্লা কপ্লক্লে। ললিতা বিশাখা হাযনা খোঞ্জেল ৱাংনা কৌবক্লে। শ্রীগৌবাঙ্গ ইবুংঙোনা। বাঁশী খোঞ্জেল শান্না খোংলকই। ব্রজভাবপু খল্লুদুনা। শ্রীগৌবহবিনা ব্রজবিহাবী ওইদুনা কপ্লকই বাধা শোন্দুনা। কদাযদনো বৃন্দাবন্না কদাযদনো যমুনানা উবা ফংদ্রে হৌজিক ঐনা। অসি হাযদুনা কপ্লি খোঞ্জেল ৱাংনা, শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভুনা। কদমগী মখোঙদা বাঁশী খোংখিবা। নিভৃত কুঞ্জদা বাধানা ৱাখিবা। নীংথিববী বৃন্দাবন্দা চীথ্মে ফিদুপ হুল্লকপদা। শৈবেংসিবু শকচৈ বাধামোহন দাসনা।

### রাধাগী ৱাহৈ

লেঙবিবো হে ইবুংঙো, ননাই বাধাবু বিদায পীবিবো। থৱায হকচাং কচ্চবি খুযাখাদা নিজবি। ঐগী থৱায মঙাসে লৈপুল ওইবিযু নিজবি। কবি কবম্না হাযবা, লৈশী লৈথোঞ্জবা খঙজদে হৈজদে তোল্লবী বাধা ঐনি। ৱাথোক চাউবী ঐনি। গুরুজন্না যাদ্রবীনি, ইবুংঙোতবু খঞ্জবীনি পঙলবী বাধা ঐনি।

### কৃষ্ণগী ৱাহৈ

কৃষ্ণ ঐনা পোক্লবিবসে কনাগীদমক্তনোনে বাধে। ভানুনা পোক্লবী বাধা হাযনা কৌববী নহাক্কীদমকনি। নঙগী কুচু পামজবনা সনা ফীগে

শেৎলিবনি। বাধা নামবু শেনগে হাযদুনা বাঁশী পাযবনি। বাধে নঙবু লাকপবা চেপ্লা যেংজবদা চেপখিবা ঐগী চূড়ানি বাধে। বাধে নঙগা শান্নগে হাযদুনা বন্দা কোযনা ষন শেল্লিবনি, নোংজু নুংশা খাঙজদুনা দান ঘাট্রা হিবাঞ্জবনি। অনীগী মতৌসে কযা হেন্না ঙক্লিবনো। কাযনা মৈনা চাক্লে, হান্না মীকপ থোক্ত্রিঙৈনা। যেংজৈ মীৎযেং তবক তুশোন মবুংঙোদা বাধিকানা। লেঙথোবক্লে অনীমক্না খুৎকা খুৎকা শম্নদুনা। বাধাগী যেৎকী খুৎতা চেৎনা কৃষ্ণনা পাযবি ওযগী খুৎনা। কৃষ্ণনা পাযনা যেৎকী খুৎনা লীলা সহায ওইবী বেনু। লেঙথোবক্লে অনীনা পূর্ণিমা অনী থোকপগুম্না। সনাথক্কী তম্ফাগুম্না নোংগী মবক্তা নোংথাংগুম্না। থৌগঞ্জবি সখীশিংনা চামব হুমজৈ তপ্লা তপ্লা। মাগী মাগী থৌগল পোৎলম শুনা খুদক্তা পাযবদুনা। কনানা পুবি তেনৰা সনাগী পিঞ্জবাদা। থৌগঞ্জবি যদুনাথ ইবেম্মগী তুংদা। কনানা কাঙহাই চামব পাযবি তপ্লা তপ্লা থৌগঞ্জবি।

## মেল

চীথবম্বা শয্যাথক্তা শ্রীবতি মঞ্জুবীনা। থোল্লবে পুবক্কুনা নাপগী লৈতেং ওইনা। চীথবম্বা থাখুম ফিসু পুবক্লি লোন্না লোন্না মনুং ওইবী সখীশিংনা। থৌগল চঙবী সখীশিংনা বাধিকাবু খঙহন্দনা। কচ্চবে মবেম্মদা শ্রীরূপমঞ্জুবীনা। মোমোন নোকচৈ বাধিকাগী মাযথোং থাবু যেংজদুনা হবাওজবি যদুনন্দন বাধা শ্যামবু যেংলদুনা।

চৎনবক্লে কুঞ্জ তম্না মাগী মাগী মাযকৈ তম্না। নুংশি হৈতবা নোংদমখোন্না কাযনগনি খন্ন খন্না। খোঙথাং অমা মাঙদা থাংই অমুক হন্না থাংনি কাউই। কৃষ্ণগী মাযথোং যেংজদনা হীক্লা হীক্লা কপচৈ বাধিকানা। মোমোন মোমোন নোকপা মথেক অহুম থেকপা। থাদোক্কুনা চৎচবা ঙমজদে। মবুংঙোবু উদবা ঙমজদে। বাধা কৃষ্ণ অনীমক্না হনখবে অসুম তৌনা। অনীগী অৰাবা খাংঙমদে কপ্পনা লৈতাদে পূক্লিং লাঙতক্লবনা। শয্যাথক্তা চেপ্লি বাধিকানা শকচবি কিনা কিনা বাধা মোহন্না।

## তাঞ্চপ

শ্যামল বিমল লাক্লে বাধাগী মনাক্তা। নুংশিজৈ মবেম্মবু থৰাযদগী হেন্না থাবা ঙমজদে। মীকুপ অমা ফাওবা থাদোকপা ঙমজদে। সখীশিংবু উবদা

বাধিকা লেংখৎলক্লে, সখীশিংবু হবাউ হবাউ কোল্লে। মনিমুক্তানা থাল্লবা তাঙবল থক্তা ফমহল্লে মবেম্মবু হবাউহল্লে। যেংজে বাধিকাগী মাযথোং তম্না হবাউজবি। নুঙাইবনা চামব হুমজে তপ্না তপ্না মাযথোং থম্বাল যেংলদুনা।

কমদৌথি হে বাধে ঙসি অহিংগী লীলাদুনা। তম্মু তাসি চীখদনা। চণ্ডিদাসনা ঙাইজবি নাকোং শেংনা লৈজবি। সখীশিংনা হংলিবা ৱাহে তানিংবনা। হাযযু তাসি নীংথীবী কুঞ্জ লীলাদো ঙসিগী, নীংজবদো থুংখিববা নহাক্কী পূক্লিংনা।

বিধিনা কবম লৌশিং তৌনা শেম্বা বাধা কৃষ্ণ অনীসিবু মওং অসুম্না। তাইবং নুপী মবক্তগী খ্বাইদগী থোইদোকপী হাযযু কবম তৌখি, অহিংদা মুবাবি। লোৎকনু লোৎকনু গোপী ঐখোযদা, লোৎলিববা শ্যামগী প্রেমদো থনুংদা। লোক্তুনা কান্নবোই লোক্তুনা হিংলবোই কবিগী খুমজিল্লি ফীজি ফিনানা। খঙজবে নঙগী মীনোক অসিনা পাউদম্লবে নঙগী খুদম অসিনা লাইবক্তসু ফাওবি ফীজিগী মঙাল উজবি ঙসিতদা ইমিৎ অসিনা।

লোঞ্জানবী নপূক্লিং লম্মুক্লবি ঙসি কামগী মপূনা খুদুম চন্দুনা। হাযজবি গোবিন্দ দাসনা খঙলে লোযনা খুদমসিনা। নমথাক তৌবি কবিগীদমক লোৎলিবনো কনাগীদমক, ইবুংঙো মাগী নত্তববা কবিগীনো তৃমদ্রিবা নঙনা। ইকাযকনু তম্মু লোইনা মবীক চুম্না চীখদনা। নত্তে ঐখোয অতোপ্পা কনা নঙগী চান্নবী ঙাক্তেনিনা। কাযনা মৈশা লাংদ্রিবীনি প্রেমগী মখা পোল্লিবীনি নুমিৎ খুদিং হবাউজবীনি কুঞ্জগী মবেম্মনি। ঙৌকুনবী চিংখোম থাখোম ফাওবি মাগী নুংশি খুদম, থম্বালদা কুমকুম চাইবগুম্না। ঙাওচৎনজৈ গোবিন্দ দাসনা। অসিগুম্বা শৈবেংসিবু শকচৈ গোবিন্দ দাসনা হীক্লা হীক্লা কপচৈ থম্মোযনুংদা কোঞ্জদুনা।

## প্রর্থনা

ব্রজগী মবেম্মা হে বাধে নিজবি চবন্দা প্রেম সেবাবু। সংসাব ঈপাক লাল্লগা বৃন্দাবন্দা লৈবগা তত্তনা সেবা ফংজবা নিজবি চবন্দা প্রেম সেবাবু। বস বিহাব ওইবিযু প্রান নাথ কৃষ্ণগা জগোয শাবা তমবিযু ঐসু যাওজগে।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীইরুংবম ইবোতোম্বী সিংহ, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল

দুহার – শ্রীমোইরাংথেম ইবোমচা সিংহ, তাকয়েল মপাল

পূংয়ৈবা – শ্রীয়ুম্নাম কোকপৈ সিংহ, য়ুম্নাম হুইদ্রোম

য়ৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী কুম্ভামাপলশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – কালিমাই মাণ্ডব, য়াইস্কুল, ইম্ফাল

তাং ২১।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুশুবা শৈশক

## রস – নিজোক্তি

## রাগ – গড়া

যেংউ সখী, গৌবাঙ্গ ব্রজ লীলা নীংশিংই। প্রেম বস চুপলি প্রভুনা। শোল্লি তোযনা তোযনা হাযদোকচবা ঙমজদেনে। ব্রজগী প্রেম্না বসদুদা লুপলি।

খল্লুবগা তুচুংলকই শ্রীগৌবাঙ্গ ইবুংঙো।
বাধা ভাবতা চঙলদুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌবক্লে।
শান্নখিবা লীলা খুদিং নীংশিংলক্লে শ্রীগৌবাঙ্গ।
প্রেম বসতা লূপ্লদুনা ৱাখল চোইবে বাধা মোহনগী মবুংঙো।

### সুত্র

ব্রজগী মবেম্মা হে বাধে, কবিগীদমক অহিং মীৎশেল খাঙলিববু তশেংনা তন্বীযুগবা ঐখোয কনাসু নত্তেনে হে বাধে।

### ঈশৈ

ইতা কবম হাযনা তমসিগে ঐনা হাযদোকচবা ঙমজদেনে।
নুঙাইবা ঈপাক্তা তূমদুনা লৈজবা, লাকখি শ্যাম ঐগী নাক্তা।
মহৌশাগী খোইমুগী লীচৎ, লৈবাংগী লৈহী পামজবদো।
খঙদে কবি ৱাহৈনো মশাগীতা খঙজবনি
পাম্বোম অনী কোনশিন্দুনা মিম্না থম্বাল উইশিনবদো।
চাংদমনিঙাই লৈতে লৈতে
হৈ শিংবদা মপা লৈবোই নোংদম্বনা শেল্লম্বদা।
হাযদোবকপা ফজবা ৱাহৈনা ফৃদোংলবা সনাগুম্বা।
লৈহী পাম্বা খোইমুনা লৈবাং লৈহী চুপখিদো।
হৌখিবা খঙহৌদে ইনুং চুপচবি ননাই নবোত্তম্না।

থাদোকচবা ঙমজদেনে কৃষ্ণ মাগী মৈচাক অসে। ৱাথোক চাউবী বাধা মিংচৎ থীবী হায়রি জগৎ অসিদা খল্লুরগা থোইনা চাকলে মৈচাক অসি হেঙ্গৎলক্লে। খঙলে চান্নবী চিংনবা কোকচরে ঐগী হৃদিনুংদা লোত্তুনা লৈবেনে। তূমলে মঙদা উই চৎলে মীত্তা উইনে। নোংহৌঙম্বা ব্রজগী মবুংঙো। অহিংদি হৌজিল্লবা কায়নবদি য়াদা খনবদা ৱাজবে জ্ঞান দাস ননাইনা। চেনখবেনে কৃষ্ণ হুবানবা অচৌবা, গুরুজনবু কিবা ইবুংঙোনিনে।

লাঙতক্লবে পূক্লিং লৈজবা ঙমদবে, চাকহল্লে ঐবু থোইনা। চাকলে চাকলে থম্মোয লাইবক থীবী বাধা ঐসে। নুংবংলেদা ৱাখল অসে কিদবেদা ৱাশকপগী। মশাগীদা ওইজবা, মীগী খনবা ঙমদবা, কবি পূকচেল কৌবনো শ্যাম শকহেনবা কবি পূকচেলনোনে। কপহল্লগনু নুংঙাইবসে।

লেপ্পা লৈতে মীৎকী পিবাং থিংবা ঙমদে তোল্লবী ঐনা কবি তৌববনো খঙদে পাপ চেল্লবী ইমীৎ অসে অৱাবা কোঙ্গায খাঙজবনি, খঙদে কবম শীংথাগনি মপোক থীবী বাধা ঐসে। ঐনা ৱাজবসে খাঙজবনি গোবিন্দ দাসনদি।

## শৈশন শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীযেংখোম মতুম সিংহ, ৱাইখোম লৈকাই, ইম্ফাল

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা

পূংযৈবা – শ্রীলোইতোংবম নিংথেমজাউ সিংহ, ক্বাকৈথেল

যৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিফুশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – কালিমাই মাঙব, যাইস্কুল, ইম্ফাল

তাং ২১। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুমাথোইশুবা শৈশক

## রস – গোদোহন

## রাগ – কামোদ

**পূর্নঅবতার**– অযুক অঙনবদা গৌবগী হিপফমদা চঙদুনা শচীনা।
মচা হৌদোকপিবক্লে নুংশিনা নানবিদুনা।
তাবিববা ইমাগী মনি অমুক তূমথবনুনা।
মীৎকপ থোক্লো নিমাই নঙবু।
নমীৎ পাঙথোক্লো নীংথিনা
যেংঙু নোংপোক মাযকৈদা চীঙ্খৈনা ঙাঙ্গানা ফাওবেনা।
তপ্না মেংবা খোঙথাং তাবি গৌব মিস্না পাঙলে তপ্না।
ঙাইববে নঙগী নপাংশিং তকুনা থোক্লে নুমিৎনা।

### শ্লোক

তাবিববা ইমাগী নিমাই অহিংগী হবিনাম সঙ্কীর্ত্তণনা থেঙমনখিবনা তূমশিৎ ফাদ্রববা নিমাই নঙবু। অসুম হাযনা মচাগী মাযথোং যেংদুনা শচীবানী তপ্না তপ্না নানবিদুনা মচাবু হৌদোকপিবক্লে।

**কুথা ব্রজে**– তাবদা শ্রীগৌবনা হৌগৎচবদুনা খুকমজবক্লে মমা যেংদুনা
চীনকুপ্পা লোইবদুনা ভক্তশিংগা থোকখ্রেনা
জগন্নাথ দাসনা হাযজৈ নীংজবা অদু থুংগনি লেপ্পা।

**অপরূপ**– ভগবতী দেবী লাক্লে অযুক ঙন্না কৃষ্ণ পোকপী বানী নাক্তা
নুমিৎ খুদিংগুম্না খুকমজৈ বানীনা মাবু লৌজবক্লে আশীষ মঙ্গল,
চঙলক্লে মথংদা দেবী কৃষ্ণ যাকাইগে হাযনা। শঙ্গাই মাঙ্গোলদা
লেপ্পুনা হৌদোক্লি কৃষ্ণবু হৌগৎলো থেঙলে হাযনা শ্রীদাম্নচিংদুনা।

অসুম তৌনা সখাশিংনা য়াকাইরি নুংশিনা
লেঙখত্তুনা উনররে থীন্দনা কৃষ্ণনা।

## শ্লোক

ফংগদবা লৈত্রবা ভগবান্না নুংঙাইবা থিবা শাদুনা মীগী মশক লৌদুনা তম্বীরি। ভক্তি সাধন জাতিগী চৎনবী ঙাকপিদুনা মরূপ মপিজা লোয়ননা শঙ্গোম শুম্বা শাদুনা লেঙশিনবীথি শ্রীকৃষ্ণনা।

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলাবু শীঞ্জ লাওজরিবী ভগবতী পূর্নিমাসী দেবী
শ্রীরাধাবু য়াকাইগে খন্দুনা শঙ্গাই তান্না চঙজখি।

## ঈশৈ

**হরিসঙ্কীর্ত্তণ**– নীতি মতম খঙদনা দেবী ভগবতী চঙখরে অমুক হন্না রাধাগী শঙ্গাই তান্না। খঙবা তাবা তৌদনা তূম্লল্লি রাধানা। কোক্তা নানবিদুনা ঙাইহাক য়েংলম্লগা হৌদোক্লকই রাধাবু ভগবতী দেবীনা।

**নাচিতে**– তফিং তফিং রাধানা সনা ফীগে লোইশিঞ্জে খুৎ অনী লোন্নজৈ, দেবীবু খুরুমজৈ রাধানা। খুরুমজরকই রাধানা দেবীগী চরন উজবা ঙসিদি মঙ্গল ওইরেনা। নীংথিজবা সনা ফীগে লোইশিনবা কাউগনিকো, তবীয়ু নীংথীজবী হায়জৈ কবি শেখরনা।

## চরিতাল

নোক্লল্লগা পূর্ণিমাসী হনখরে অসুম্না। সনা ফীগে নীংথিজববু লোৎশিনখরে তফিং তফিংনা। চীনকূপ্পা লোইরদুনা লেঙশিনখরে চাইথফমদা, চাইথফীজোল হোংজরে শ্রীমতি রাধানা থৌগল চঙবী সখীশিংনাা চাইথরে নীংথিনা। মতৌ অসুম্না চাইথবা লোইরেদো হরাউনা। হোংলক্লে অনৌবা ফিজেৎ পামজবা কৃষ্ণনা ঙাল্লি অমুক চঙলক্কুনা তাঙবল থক্তা ফমদুনা থৌগল চঙলি সখীশিংনা হরাও মথোই কানা।

## মেনহৌ

অয়ুক নুংথিল মঙাল্লক্তা পাংলক্লি যমুনা সখীশিংগা লোয়নদুনা। মনম নুংশিবা থাউ পুরি, য়াইঙং হৈক্রে য়াওরিনা। কূমলক্লি হরাউনা সখীশিংগা লোয়নদুনা শামু শাজৎ তমজবী নোংথাং ঙমজবী কুচুনা। মায়থোং মঙালনা থাবু হেঞ্জবীনিদা।

## অওনবা

**দেখ সখি গৌররূপ**– নীংথিজবী শমজী কযা ফজবিবা মনিগী লৈতেংনা। লংলি মোতি লৱাই সিংগ্রেংদা শেৎলি শঙলেন ফীজোল খুত্তা খুজীনা। ঙানফমদা মনিগী থাখুমনি। নাপ লৈতেং ওইবি মনিগী নাইলনা। সনাদা থিল্লি তম্ফানা থোল্লি ঙক্তা মোতি মালানা।

**প্রাণ হারাইলো**– বাধাগী মাযথোং থানিল উবদা শুস্কৎলি শ্যামগী নীংথিবা মীৎযেং নোংইন চেল্লা। কাউবে খুবৌ লৌবা চেনখবে ধবলী, থকখবে শঙ্গোমদো ষন্নাউ মচানা। শুমখি বাধা শক্লা শুমথবি তবংদা, চিংলি হঙ্গৎ হন্দা শুমথৈ সুন্দা খুৎনা। মীৎযেং মকা ফোংঙমদবে, শ্যাম উবদা গোপীবু ইকাযবনা। অমুক থিবক্লি খুবৌ থৌবী, ষন লাবা মখোঙদা লৌবি খুবৌ লান্না। ঙক্নুনা যেংলি গোবিন্দ দাসনা।

**চলিল**– শুস্কৎখবে কৃষ্ণ বাধা উকৃবদা, শঙ্গোম শুস্বা তোক্লে কাউথোক্নুনা। কোযনা তাউবকলে প্রেমগী ঈবৈদা ফংজৈ থানিলবু চেল্লা নোংইন চানা।

**জয় জয় প্রানেশ্বরী**– বাধা কৃষ্ণ অনী উনৈ কযা হবাউনৈ পূক্লিং ইপেন পেন্নে। অনীগী শকসে কযা ফজৈ যেংঙু যেংবগী পেনবা নাইদে। উজবদা গোবিন্দ দাসকী পূক্লিং ইথন থঞ্জেনা। প্রেম পোকনৈ অনীমকসে উনবদা হবাউনৈ। অশংবা মনিগা যেৎনবেদো, ফূদোংলবা সনানা। যেৎলি তোমালদা সনাগী উবীনা যেংউ ঙাল্লে পূন্না অনীনা। ফৃগাযনা শাৎপা থম্বালদা খোইমুনা লৈহী চুপলি। হৌবি প্রেমগী ঈথক কাবিনা। অনীনা লৌনৈ লৈহি পেন্না পেন্না। শকচৈ গোবিন্দ দাসনা অনীগী মগুনবু।

**তিষ্ঠতি প্রাণ**– কুঞ্জদা শান্নৈ শ্রীবাধা গোবিন্দ অনী, শান্নবিদো ঈশিংদা কৃমদুনা। কাখৎখবে ঈশিংদগী শান্নবা লোইবদুনা ফিজেৎ লৈতেং হোংনবে অনৌবা ফীজোলনা শমজোই শন্নাং হাৎলি পুন্না নীংথিনা।

**বিশাখিকে**– তম্নবকলে শঙ্গাই শঙ্গাই চঙনবে তোপ্পা তোপ্পা। লৈতেং শঙদা চঙলে, ঙাল্লে তাঙবল থক্তা ফমলে। শকচৈ অনীগী গুণবু গোবিন্দ দাসনা।

**ললিত ত্রিভঙ্গ**– থৌগঞ্জে সখীনা হবাউ মথোই কানা। থাজ মানবী মাযথোং যেংনা। তনৌবী হকচাংদা অনৌবা ফীজোল হোংলেনা। হে গোবিন্দগী থৱায

ওইবী পীনৌ শ্রীচবনবু। অদুগুম্না ফবা লাইবক্তো কৈদৌঙৈদা ফঙবা ঐনা। মাযথোং থানা থানিলগুম্বী ভক্তি প্রেমনা চেনবীনি পামজৈ ঐনা নীংথিবী। লাইবক্তা কুমকুম চন্দনগী সেবা ফংজনিংই। পীনৌ নিজবি ঐনা। খঙজদে ভজন হৈজদে সাধন। অশেংবা প্রেমগী ভক্তিদুতদি পীনৌ নিজবনি যদুনন্দন্না।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীজযন্ত সিংহ, ককচিং খুনৌ

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা

পূংযৈবা – শ্রীৱাহেংবম তোমচৌ সিংহ, কুম্বী

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিফুমাথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – কালিমাই মাণ্ডব, যাইস্কুল, ইম্ফাল

তাং ২২। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুনিথোইশুবা শৈশক

## রস – কৌতুক ভোজন

## রাগ – কল্যানী

মীকুপ কযাগী তুংদা গ্তান তাবকপদা অমুক ব্রজ ভাবনা থল্লি থম্মোযদা। ঙাওলি ৱাহৈ মতেক, মিস্না লৈবি তবক তশোন। তাববনে স্বরূপ ঐগী দষা। অহাউ অথুম কযা থাবক্লি শ্রীরাধানা মবুংঙোগীদমক তম্না। যশোদা যাথংনা লাক্নুা সখীনা, ঙাইবি যাথং খুকুমদুনা।

### লোল

যশোদানা কুণ্ডলতাদা কৌরু চৎলু বাধা, নঙনা পুবকউ থেমদুনা।

কুণ্ডলতা চৎখিদুনা যতিলাদা খুৎ লোন্ননা হঙ্গচ্চৈ।

### ঈশৈ

উবদা থৌগল্লোন হবাউজৈ হনুবী চঙলক্লে বাধাগী কাদা। কুণ্ডলতা খুৎতা শিন্নবে মমৌবু বানিগী যাথং ইন্না। বাইগী খুৎ পাযনা মাগী কোক শোকহন্না পাওমেল্লি নুংশা থীনা। নুপীগী ধর্ম্ম ইচাগী মিংচৎ ঙাকউ কাযদনা নঙনা। যশোদাগী মচা লমকেৎ লমহাইবদো, মাদনিকো ঐনা কিবা। অবোনবা লম্বীদা লাকউ লোন্না, উদনবা মীনোক চাউবশিং। কুণ্ডলতানা হায, ঐগী লাইনি নঙদি, শোকচবি নখোঙদা কোক্লা।

হঞ্জিনখবে যতিলাদো পীবল্লগা আশির্ব্বাদ হবাউজবি বাধা সখীশিংগা।
থৌগল ইনবী সখীশিংনা পুবক্লি খুদোল কযা পাংলক্লি অসুম্না নন্দালযদা।
চীংনা লেম্না চৎলি বাধা ঙমজৈ শাজৎ শামু লমশা
যেংনজৈ সখীনা পেনবা নাইদা।
চৎলি ৱাহং কযা হংনা চৎনা চৎনা শেখবনা
অহিংদা শান্নবা লীলা বস।

## অওনবা

অসুম্না সখীশিংগা রাধা য়ৌরক্লে, নন্দালয়দা।
উজবদা রাইগী মায়থোং হরাওজরি নন্দরানী।
ইবেম্মবু উবদা হরাউজে যশোদা
কোনশিঞ্জখি মথাদা চেৎনা।
মায়থোং থঙ্গত্তুনা চুপলক্লে নুংশিনা
পিরাংনা তাউথোকলি মিস্না।

খুরুমজখি রাধা যশোদা রোহিনী
মখোঙ শোক্লা মনিমক্কী।
প্রিয় সখীশিংনা শিন্নখরে লোন্না
ধনিষ্ঠাদা সনা ফীগে।
খঙহন্দনা কনা থমখরে লোৎতুনা
ধনিষ্ঠানা যতন তৌনা
কৎশিল্লে রানীদা পুরকপা খুদোলশিং
থম্মোয়দা কৃষ্ণবু লাৎনা।
রোহিনী লোয়ননা লুকহৌফমদা চঙনা
লুকহৌখরে রাধারানী।

## তাঞ্চপ

হেল্লি ইন্দ্রপুর নীংথি নন্দঘর, ফজে কয়া লুকহৌশঙনা ধনিষ্ঠা দেবীনা, পৈখরে ব্রাত্তনা, থোংবা থাকপা তৌননবা। থানবা শীং ওইনৈ চন্দন্না ব্রাত্তনা পৈদুনা থল্লি। মনিগী আসন ঈশিং সনাবুল মনিতনা শাবা ঙাক্তনি। পীক্লা লমচৎ খঙবী চাউনা নাউথী শাবী লৈতে করি তাক্লুনিঙাই লাইমক্লা খঙদবা মথেল মকোয় কয়া থোংলি মখল কয়া থোক্লা থোংলি রাধিকানা মখল মথেল শুনা পেন্ননবা মবুংঙোনা শঙ্গোমশুম্বা লোইনা লোয়ননা সখাশিং চঙলক্লে শঙ্গাইদা হরি। রোহিনী দেবীনা তৌরি হাপতোক হাপচিন লাছোকলি রাধানা অসুম হাপ্তুনা চোন্না সনাগী পুখমদা অথুম অহাউ কয়া চুহী চিনি শঙ্গোম মখল চাক ইনশাং কয়া অমা। চাবগী নুঙাইবা, নুঙাইবগী চাবা, পীজবগী নুঙাইবা কয়া লুক হাবা লোইদুনা, পোত্থাই কৃষ্ণ, শয্যাথক্তা পেনবনা মায়থোং মকা লান্না।

অথুম অহাউ কয়া হাপলি ময়োম য়োমনা
লাকখিবগুম তূমিন্না হনখরে খঙহন্দনা।
ব্রজবাসী কনা য়াওখিদে উনবা
চথোক চৎশিন অসুম তৌরি নিতি খুদিং।

**শৈশিন-শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীয়েংখোম ইবোমচা সিংহ, চীংমৈরোং

দুহার – ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা

পূংয়ৈবা – শ্রীঅরাম্বম বীরচন্দ্র সিংহ, খুরাই, ইম্ফাল।

য়ৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী নিফুনিথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – কালিমাই মাণ্ডব, য়াইস্কুল, ইম্ফাল

তাং ২২।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুহুমদোইশুবা শৈশক

## রস – সূর্য্যপূজা

## রাগ – মঙ্গল

পান্দম লৈতে গৌরাঙ্গ লীলা সূর্য্য পূজা রস
ফাওরি থম্মোয়নুংদা, ঈথক হৌরি গৌর পূক্লিং।
তাওনে থৱায় শকপী, নুঙাইরেদা ঐদি, থুংগনি ঙসিদি আশা।
নন্দগী মচাদো, যশোদা থৱায়দো, ফংগনি মহাকপু লেপ্না।
ঙসিদি অদুনা, চঙখোনগনি পূজা, শেম শাবা লোইয়ু থীল্লে।
থৌদা মতুংইন্না, হরাউ মথোয় কানা, লাঙজৈ পোৎলম বাসুঘোষনা
নুমিৎ য়ুংলকপদা গৌরনা শান্নে ঙক্লা, ভক্তশিংগা
সূর্য্য পূজা ভাববেশদা সূরধনী তোর্ব্বান্দা।
নীকলক্লে মঙ্গল ধ্বনি, গোষ্ঠদা চৎলি নীলমনি,
খোংলি হৌনা শিঙ্গা মুরুলী।
হোইরি রাখালনা হৈ হৈ শিঙ্গা মখোলনা ধু-টু-টু
চৎলি মাঙদা ষনগী ষল্লুপ মপৈ।
চৎলি ষন্না শঙ্গু শঙ্গু ভাণ্ডির মায়কৈ তম্না
যাবতা খুনয়া মনাক নক্লা।
বৃষভানু নিংথৌ মচা কাখত্তুনা দলাল থক্তা
মীৎ কুপ্তুনা য়েংলি থাজ মায়থোং।
হকচাং তনীক তনীক হুমাং মরীক মরীক
ৱারি মীৎচি তেন্না পাল্লবদা।
নুংশিনা চোল্লবা নীংথিবা মায়থোংনা
হুখরেনে থম্মোয় রাধাগী।

খোইখোইবা শন্নাং খোয়রুম মোমোন মীনোক
থম্মোয মৈহুম চূরে রাধাগী।
ঐগী থৱায়দি মতুংইনখরে বন্দা শ্যামগী নাক্তা।
ইতা চৎলি ঐসু অসুম বন্দা ষনবী ষন্নাউ মতুংইন্না।
থেমজিন্দুনা সখীশিংনা শ্রীমতী রাধানা,
বৈজয়ন্তী মালা লেংলে লৈচু মঙা তিন্না।
তুলসী কস্তুরী য়েংনা হায়রকই রাধানা,
পুবো চৎলো মাগী নাক্তা লৈপরেং পান খীলী।
চৎলো সখী থিরু কোয়না নবুংঙোগী লৈফম,
কবম্বা বন্দনো খঙলু চৎলু নঙনা।

## অওনবা

সনাগী ক্বাগোক হাংদোক্লুনা তুলসীনা
পীরে খুত্তা মধুমঙ্গল বৈজয়ন্তী মালা।
সুবল খুত্তা পীরে পানা খীলী মতপশিং
হুকখরে কৃষ্ণগী ঙক্তা বটুনা লৈগী পরেং।
কৎশিল্লক্লে সুবলী মবুংঙোদা পানা।
তুবুম তুখোং খুদিংমক হরাউ তুজুংহন্না।
হায়য়ু মাগী মপাউ কোকহল্লু ঐগী খৌরাংবা
মঙ্গল ওইহরি ঐগী রাধা খুম্মী তুলসীনা।
হংই অমুক মখা করিগী লাক্তে বন্দা
খুম্মী মানা গুরুজন্না চিলহল্লি থবক্তা।

## তাঞ্চপ

হঙ্গৎচৈ তুলসীনা তাবিয়ু হে ইবুংঙো,
অপনবা লৈতনা লেঙবীরো হুজিক নুঙাইনা
য়াথং ফংলে যতিলাগী সূর্য্য পূজাগী।
শিন্নহৌরে রাধাবু কুণ্ডলতা খুত্তা।
তাকপিরে সঙ্কেত মফম রাইবু পুরক্লবা।
হরাউনা পীরকলে মালা কৃষ্ণনা সখীদা।

লাওতক্লবি সোমদা বাধা মবুংঙো ৱাখলদা
লৈতাওমদে লৈফম খঙদে পূক্লিং হকচাং পুন্বা।
ফোঙজবকই বিশাখাদা পূক্লিংগী ৱাফম্বু।
খাঙসিগে কবম্না ইতা পুঙমজদে থৱায।
ফংগদবা মাবু কবম হাযযুগবা ইতা।
খাংঙমদবে থৌবাংজবা মাগী দর্শন ফংজবা
ইন্দ্রি পুন্বা চিংখবে মানা।

চিংলি ঐবু তবা থোক্লা মাযকৈ তবা ফাংনা
চৎকনি কদোমদা থৱাযদি অমতা।
চিংলি পুন্না অমুক্তদা খাঙলসিগে কবম্নবু
তাবদা বাধাগী ৱাহৈ থিকই বিশাখা পাম্বে
খল্লি মওং মওং লংজিন থিনা।

তাঞ্জাসিদা তুলসী সখী চঙলকই নোক্লা নোক্লা।
মাযথোং মকা লামজৈ বাধা তুলসীবু উবদা।
উনবক্লে মকা লামজৈ বাধা তুলসীবু উবদা
উনবক্লে বাইগী ৱাখল থৌগনবী সখীশিংনা।
গুঞ্জা মালা শিজিল্লক্লে ললিতা সখীনা
লৈহাউ লৈবেন অনীনা নাপ্পা লৈতেং ওইনা।
হোংলে ফীজোল ফিজেৎ নৌনা শক্কা চুগা চান্ননা
কুণ্ডলতা ফাগী তৌজৈ বাইগী মাযথোং যেংনা।
খোঙশাল্লক্লে বাধা সূর্য্য কুণ্ড মাযকৈ তম্না।

নুংশিবা চন্দন নীংথিবা লৈবাং
চিনি ননিনচিংবা অথূম অহাউ কযা
পুহন্দুনা লাক্লি সখীশিংবু।
অসুম তৌনা যেংনা যেংনা যৌবক্লে সূর্য্য কুণ্ড
পূক্লিং মঙাল পীনা হৈবা অমম্বা থম্মোযদা।
লৈতনা যোল্লি মুকুতী সূর্য্য ভগবানগী
পূজা পোৎলম কচ্চবগা খুকমজৈ বাধানা।

খুবাং চাংজৌ লোন্না নিজৈ বব অপাম্বা
নম্মৎপিযু অবাল অহুই শ্রীকৃষ্ণ দর্শন্দা।
অসুম তৌনা খুকমদুনা মাযথোং মকা লাম্না
লাক্লে বাধা কৃষ্ণ তম্না সখীশিং লোযননা।
বোকুল পাম্বী পবেং পবেং হৌবি লম্বী নাকল
চৎলি যাইদা চীং লেম্না শ্রীমতী বাধিকানা।
উনবে কুণ্ড নাক্তা শ্যাম বনমালীগা,
খোযকম মোমোন তৌনৈ বসবাজ গোবিন্দ।
মীৎকী ঈঙ্গিৎ তৌনা ফোঙলি লীলা বস।

জয বাধা মাধব হাযনা হবাউনৈ সখীশিংনা কযা।
ঙাল্লি শ্যামগী ওযদা শ্রীমতী বাধিকা,
নোংগীলক্তা নোংথাং কুপ্পগুম।
সনাদা তম্ফা থিল্লি, বাই কাহ্নু কযা নীংথি।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীইবোমচা শর্ম্মা, লোইতাং।

দুহাব – শ্রীতোম্বী সিংহ, তেন্দোংযান।

পূংযৈবা – শ্রীজীলা সিংহ, হৈবোক।

যৈথিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিফুহুমদোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – কালিমাই মাণ্ডব, যাইস্কুল, ইম্ফাল

তাং ২৩। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুমরিশুবা শৈশক

## রস – দোল লীলা

## রাগ – সারঙ্গী

সুবধনী গঙ্গা মপান্দা ভক্তশিংগা লোযনদুনা গৌবনা শান্নে কযা নুংঙাইনা লৈগী বন্দা। বোকুল কদম উশাদা যাল্লি, মনিগী দোলদা তোংলি গৌব গদাধব দোলগী থক্তা পূন্না। ভক্তশিংনা কোযশিন্দুনা শক্লি ঈশৈ নুংশিনা ব্রজলীলা ব্বাখলদা লুপতুনা। দোলগী থৌবী পাযদুনা চিংলি ভক্ত কনানা। হবাউজৈ নুঙাইজৈ দাস কিশোবনা। শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভাবাবেশতগী ওইবক্লিবা ব্রজদা শান্নখিবা দোল লীলাবু আস্বাদন তৌই।

### বৃন্দাবন বর্নন (ব্যাখ্যা)

যেংউ ইতা, বৃন্দাবন কৌবী দেবীসিনা কেজবিবসে। বাধা কৃষ্ণগী দোল লীলা যাওজগনি কেজবিবসে। মহৌশানা ফজবদা বর্ষা ঋতুনা ফুদোংবদগী হেন্নতা ফজবে নীংথিবে। নোংপোক মাযকৈবোমদা ফৃযনা মংবা নোংনা শমজী ওই, মনাক্তা খানবা চূমথাংনা সনাগী শমজীনি। শংলবা উ, উবী মহৈ যাল্লবা নীংথিববনা বেসমগী ফুবিৎ ওইনা লীৎলি। অশংবা শাবি ওইনা শেৎলি। মচু মখলগী শাৎপা লৈনা লৈবোং ওইনা হৎপনি।

কুট কৃমি কৌবা তীলনা কপ্তুনা কপ্তুনা চৎপগুম্না সনানা তগুপ তবেংবনি। ফৃযনা হৌবা নোংগী ঈশিং যমুনানা কোনবদুনা মুক্তা পবেং ওইনা শিজিঞ্জবে। যেংবদা ইবেম্মা বাধামক্কী মশাগী বাখলদগী ইকাইনিঙাইনিনা অদুক ফজৈ বৃন্দাবন্না। অসিগুম্বা বৃন্দাবন্দা বৃন্দা সখীনা বাধা কৃষ্ণ অনীগী মতীক চাবা লৈগী দল শেমজবক্লে। শেম্বদা মাগুম্বী লৈতবী বীবা দৃন্দাবিক সখী হৈশিংলবী। ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী মপূক্লিং পেলহনবা ঙম্বী। সনা মনিনা লৈতেংবনি। মদুদা লৈনা যেক খোৎপগুম্না থাম্বনি। কামগী পূক্লিং হুনিঙাইনি কল্প বৃক্ষদা

যাল্লবনি। ব্রজগোপীনা শেম্বনি ব্রহ্মানা মিতাজবনি। সেবা শয্যা থক্তা ইবুংঙো ইবেম্মনা লেঙখৎলে। নুমিৎ থানি হাযসিবা নোংথাংনি হাযসিবা। ফজৈ ফজৈ নীংথিজৈ হাযনিঙাই মক্তা লৈতেদা ওয যেৎ যেৎ ওই ইবুংঙো ইবেম্মা অনীসে।

## অনীকপা

**দেখ সখি**– যেংউ ইতা শ্রীবাধা গোবিন্দ অনীনা ঝুলোন শান্নবসে, লৈতনা শেল্লবা দলগী মথকসিদা শ্রীবাধা গোবিন্দনা নুঙাইনা শান্নবি। পাযবে দলগী থৌবী কাইদ কাইদ চিংজবি। মবুংঙোগী ঈঙ্গিৎ ফংলে চক্রগুম্না লৈবক্লে।

ফূযনা হৌবা নোংলক্তা নোংথাংগী মঙাল ফাওবক্লে। চুমথাং খাল্লি নোংথাং কুপ্লি থাবু নোংনা কুপ্লি। কিবনা বাধিকা নীক্লে হকচাং তনীক তনীক। ইবুংঙোগী লেংবান্দা কোঞ্জবক্লে। ইকাযবা ৱাংমা লানখবে। সখীগী মাঙদা বাধিকানা ইকাযবা থাদোকখবে। তাগনি কিজবনা। শ্যাম্না তোমাল পাম্বী ওইবি, বাধানা সনাগী উবী ওইবি। তোমাল পাম্বীদা যেৎলি। তাংজগনবী উবীনি মহৌসানা। নক্লবা তোমাল পাম্বীদা যেৎলি। নোংথাংগী মঙাল ফাওবক্লি। চুমথাংসু খাল্লি নোংথাংসু কুপ্লি। অঙকপা কযানা তিনবনি। তোমালদা থম্বাল শাৎপনিনে।

## অনীকপা

কযা ফজবি যেংউ ইতা বাধা শ্যামসে। খঙদে ইতা নোংদম্বনা ঐখোযগী পূক্লিং হুনবা শেম্বনবা। জগতপু শুক্ষ্মৎপা ৰূপনি। নোংদা নোংথাংনা ঙানবগুম্মী। নোংথাং নত্তে বাধাগী মঙালনি। মবোল অহুমদা অসিগুম্বা বসসে কৈদৌঙৈদসু উদ্রি ইতা। চান্নবী চান্নবী মীৎফম অসে হোংবা যাদে থৱায মঙামকসে কচ্চনিংই শ্রীচবন্দা।

## মেন

যেংউ ইতাশা, বাধা শ্যামগী ৰূপ অসে। মাযথোং অনী থানি, কুঞ্জ পূমঙাল পূমঙাল ঙাল্লিবনি। পূক্লিং হকচাং ঈংবনি। উকবা কনানা মীৎফম হোংনিংদে। কবি পুন্য তৌজবনা অপূনবা ৰূপ্লু ফংজবনো।

## অওনবা

ফজৈ ফজৈ বাধা শ্যামগী ৰূপ উকবা কনানা হোংগনি মীৎফম এ। নুমিৎ থানি হাযনবা ৱাফম লৈতদুনা হাযবনি চাংদম্নফম। ফংজবে উজবে বাধা

শ্যামগী রূপ। উরুবা কনানা হোংগনি মীৎফম। মতম পূন্নমক্তা খৌবাংনা ঙাইজবা ঙসি দোলগী মযাযদা উবা ফংজবে। সনাগী লৈহাউগা অশংবা থম্বালগা অনী পূন্না শাৎমিন্নবে। থাজদনা শাৎলবে অনী পূন্না। গোকুলগী থম্বালগা যাবতকী লৈহাউগা কুঞ্জবনগী থানা বাহুবু উমগে যেংউ। ইতা অঙকপগী মওংনি যেংউ ইতাশা। বাধা শ্যামগী রূপ অসে।

## মেন তাঞ্চপ

বাধা মাধবসে, নীংথিজবসে যেংবদা পূক্লিং অসে শুক্ষৎলিবসে। নুমিৎনি হাযসিবা থামক্লি হাযসিবা। যেংনসি হাযনসি চাংদম্নদি তাঙদগী তাঙলবনি। পূক্লিং পেন্না যেংহৌসি। অনীমক্কী নীংথিজবসে। উজবদা পোকপা মহৈ যাল্লে। মপোকসে অতাঙবা ওইহল্লে।

কবি পুন্য তৌজবকপনো অনীগী মনাই ওইবা, কবি পুন্যনো অনীগী লীলা মীৎ পেন্না উজবিবা। মপোক কযা পোকপা তাববসু ফংজগে গোপী ওইবা, কুঞ্জ খুদিং শান্নবা লীলা চীথদনা যাওজবা। লুববা অনীমক্কী কুচু শক্লি লুববা তম্নফম ওইবা প্রেমনি। লূববা লংলবা লীক্লাগুম্বনি। লূববা নাল্লবা লম্বীনি।

ফজৈ বাধা মাধব অসে প্রেমগী পূংলোন জগোয ইপোমসে। অমনসু হেন্দে অমনসু ৰাত্তেদো। কৃষ্ণগী মনুংদা ঙাল্লি কুঞ্জগী মপূনা। লাউজৈ চোংঙা তেনৰানা বাধা শ্রাম্না জয ওইবি। পেঞ্জবে সখীশিংনা থোইনা পেঞ্জবে।

## মেনকুপ মপী

যেংউ যেংউ ইতা বাধা শ্যামসে। পূমঙাল ঙাল্লে কুঞ্জ অসে। অনীনা থা ওইবি। তোমালদা থম্বাল শাৎপবা, নুমিৎকা থাগা পুনববা। যেংউ যেংউ ইতা চান্নবী। অনীগী রূপ্লু উজবা কবি পুন্য তৌজবা। শ্রীবাধা গোবিন্দগী রূপ চাংদমনিঙাই লৈতে।

## মেনকুপ

ফজবে নীংথিবে মীৎফম হোংবা যাদবে।
সনাগী উবীনা তোমালদা যেৎলে।
হৈশিংবা নোংদম্বা কবম্না শেম্লম্বা।
পূর্ণিমা থাগুম্বা কুঞ্জদা ঙাল্লি।

তোমালবু ঙৌহল্লে সনাসু শংহল্লে
অবেপ্পা মচু হাযফম খঙদবে
যেংউ যেংউ চান্নবীশা
কনানা হেল্লি হাযসিগে ইতা।
অশংবা পুথ্রীদা সনাগী থম্বাল শাৎপনি
থম্বালগী লৈতেং ঈশিংনা ওইবি।
ঈশিংগী লৈতেং থম্বালনা ওইবি।

**শৈশিন-শৈশক লোইরে।**

| | |
|---|---|
| ঈশৈ শকপা | শ্রীগৌববিধু সিংহ, থাঙ্গ ঙাবম। |
| দুহাব | ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা। |
| পূংযৈবা | শ্রীশাপম কুলবী সিংহ, লাংথবাল। |
| যৈখিবা | বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী ঃবা মেলগী পূংলোন্ |
| মফম | কালিমাই মাঙুব, যাইস্কুল, ইম্ফাল |

তাং ২৩।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# নীফুমঙাশুবা শৈশক
# রস – হোলিখেলা
# রাগ – সুহই

যেংউ যেংউ অঙকপা শ্রীগৌবাঙ্গগী লীলা
ভক্তশিংগা লোযননা সুবধনী তোর্ব্বান্দা লাক্লি
বসন্ত লীলা বসতা তাল থানৈ ঈশৈ শকনৈ।
চন্দন পিচকাবী গৌবীদাসনা খল্লি, গৌবদা
জয ওইবে জয ওইবে ভক্তনা লাউবক্লে
বাধা মোহনদাসকী পুক্লিং হুবি।

নীংথিবী কুঞ্জবননি এ থৌগল্লি ঋতু নিংথৌ বসন্ত।
হৈপাল লৈপাল পবেং পবেংনি এ
বোকুল লৈহাউ শাচ্চবি মথন মথন্ত।
চিন্তামনি মিংথোল্লি মথক্তা লৈতেংলি ব্রজ গোপীকা
চবন চিহ্ননা ফংঙমদ্রবা পুন্যধাম
বাধা শ্যামগী শান্নফম।

সখীশিংনা কোযশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ থমখবে
বসন্ত লীলা শান্নবে বাধা বাসেশ্ববী।
ইঙ্গিৎ খঙবী সখীশিংনি খুবাক খুনৈ ব্রা ব্রা নোকনৈ
ইঙ্গিতনা আবীব চাইশিল্লি পূমঙাং ঙাঙলে।
খুৎনা খব খঞ্জবি মাযথোং লৈনা খাঙজবি
মাযকৈ খুদিং মচু মচু কাপ্লি পিচকাবী।
খুৎকা খুৎকা খুৎশম্নে থাবনুসি

শ্রীকৃষ্ণসে মতৌ যেংসি সুবদাসনা হাযজৈ।

শ্রীবাধিকা ইবেম্মনা মোমোন নোক্তুনা
শ্রীগোবিন্দদা খল্লি পিচকাবী
ললিতানা ইনশিন্দুনা বাধা বাধা বাসেশ্ববী
সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা আবীব চাইশিনবীবে
শংবান শকহেন শ্যাম নাগব অঙাঙবা ওইবে।
অঙাঙবা কুঞ্জবন্দা অঙাঙবা গোপী মযাযদা
বাধা গোবিন্দসু লোইনা পূমঙাঙ ঙাঙলে।
যমুনাগী ৰাথোকঙৈ কযা ৰানা খাঙজখি ঙমজবোই কাউজবা।
কদম থক্কী লমন শিংবিহৌবো শ্রীবাধে।
মোমোন মোমোন নোক্তুনা কদম্বা থক্তা ফম্বদো
বৈষ্ণব দাসনা চবণ ধুলি নিজবি।
গোপীশিংনা জয ওইবে খুবাক খুনৈ ৰা ৰা নোকনৈ
সুবলনা হাযজৈ ফাবো ফাবো বাঁশী হুবানবী বাধানি।

**মেন**

**তব কুণ্ড তীরে**– কাপ্লি গোপীনা পিচকাবী অঙাঙবা মচু গোবিন্দদা
শংলেন মচু গোবিন্দনা কাপ্লি গোপীদা।
খবনা খুকুখুদক কুল্লি খবনা মাযথোং তম্লকই।
খবনা হাযজবকই, কাপ্লীহৌবো বাধে খব খজিক খঙজসনু।
গোপী ঐখোযগী গুন বাই কমলিনী।
কাপ্লিহৌবো পিচকাবী ঐখোযনা ঙম্লে খঙঙু বাধে।
হাযজবকই সখীশিংনা হহুবিবনু পূক্লিং।

**তানু**– তাঞ্জা খঙবা শ্যাম (ওই) নোংথক্তা চাইখৎপা আবীব নাপু মচু। নৌজবী শকহেনবী ব্রজগী গোপীশিংনি কিদুনা চেনখিনি। কৃষ্ণ চেনখিনি, কৃষ্ণ চেনখিনি, থৎলো থৎলো ফাবো ফাবো আবীব তৈনবা। তাধিন্না কিতিতা তাকিতি থৈ থৈ। দৃগতা তাতাথৈ তাতাথৈ তাগ্রুগ্রু যৈবক্লে পূংলোল তান্দা। ধিল্লাং তননা শোমদা ফাক্তা ওই। তানা দেবেনা। ঈশৈ শকনৈ তাল্লক্তা তাল থানৈ কন্না কনানা।

ইঙ্গিৎ খঙনৈ গোপীশিংদো গোবিন্দদা কাপ্পি। পিচকাবী। সনা ফীগে গুঞ্জানা মাযথোং খন্দুনা খাঙজবি। শ্যাম নাগব। গতি লৈত্রে চেনফম খঙদ্রে গোপীশিংনা কোযথৎ থৎখবে।

**তাঞ্চপ**

চাইশিল্লকপা আবীবনা পূমঙাঙ ঙাঙলে কুঞ্জবনসে।
উবী উপাল যমুনা ঈচেল পূম্বা ঙাঙ্না চেল্লেনে।
খাঙজৈদো শ্যাম নাগব।
মাযথোং তম্না চাইথবকই আবীব
অঙকপনি ব্রজ প্রেম পেল্লি শ্যাম নাগব থম্মোযদা।
খুত্তা পাযবা বাঁশী তাখি লৈমাযথক্তা
কোক্তা থেৎপ ৱাহোং চূডা কেল্লে লৈপাক্তা
যেংবা ঙমদে বাধা মবুংঙো ৱাবে হেন্না ৱাজৈ।

মীবৎ নাবৎতা আবীব কুনকুম চাইশিল্লি কৃষ্ণনা গোপীদা। গোপীদগী আবীব মুন্দুনা খুদক্তা আবীবনা পুমঙাঙ ঙাঙলে। ব্রজ গোপীসু পূমঙাঙ পূমঙাঙ ঙাঙলে। নাকোইনা চঙখিদুনা মল্লবা আবীব মবক্তা প্রেমলিঙ্গন পীদুনা আবীব তৈবিবে। চুমথাং নোংথাং পূল্লে। খোইমুনা থম্বাল লৈহী চুপ্লে। জয জয বাধা শ্যাম কুঞ্জবাসী পেঞ্জবে।

কুঞ্জ কানন্দা শান্নবি শ্রীবাধা গোবিন্দ পূক্লিং হুবা লৈমল্লক্তা। কুঞ্জদা শাৎচবি। কেল্লক্লে মতম অমতদা চোইজাইননা কেল্লে ফংঙমদ্রবা শ্রীচবন থক্তা।

আসন থক্তা ঙাম্বোইবে মোমোন মীনোক পূক্লিং হুবে শ্রীৰূপমঞ্জুবী সখীনা চামব খঞ্জবে। শ্রীৰূপমঞ্জুবী সখীনা কর্পূব পানা খুদপ কৎচবে। বাধা মোহন দাসনা অনী থোক্না ফংজৈ দর্শন।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীযুম্নাম পবিজাৎ সিংহ, শগোলবন্দ

দুহাব – শ্রীএলাংবম অঙাংহল সিংহ, যাইস্কুল, ইম্ফাল

পূংযৈবা – শ্রীকামিনীবাবু সিংহ, নিংথৌখোং

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিফুমঙাশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – খাবম লাকপা মাঙব, এলাংবম লৈকাই।

তাং ২৪। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# নীফুতরুকশুবা শৈশক

## রস – মধুপান

## রাগ – স্বানক

চঙজৈ লাইনা থাবা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র মীথোই মীহেনবা, মাগী অঙকপা থৌনানা লেঙদ্রবা মিংচৎ উবোং খিল্লব্বা। লম্বী খঙদ্রদুনা লম্মুক্রবশিংবু লান্ননবা লমজিংবীবম্বা। যাইফবা নিংথৌবেল শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ফাওবিদুনা কৃষ্ণনা মাগী মমঙদা শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি লিংখৎলগা বৈষ্ণবকী ধর্ম্ম শন্দোকপিবম্বা। বাধা কৃষ্ণগী বাস লীলাবু মৈতৈদা হৌদোকপিবম্বা গৌব ভক্তশিংগী তুং ইন্দুনা হবি সঙ্কীর্ত্তণবু ঐখোযগী মৈতৈ লৈবাক্তা শন্দোকপিবম্বা বাজ ঋষিবু খুকুমজবি।

শ্রীগৌবাঙ্গগী লীলা অঙকপনিনে। ব্রজ-প্রেম লীলা কযা নীংশিংলক্কেনে। সুবধনী গঙ্গাগী মপান্দা ভক্তশিংগা লোযনৈ কযা নুঙাইনা। মধুপানগী লীলা কযা নীংশিংলক্কে। কপ্পা কপ্পা অমৃত নিবক্কে। ভক্তশিংনা হবাউ নুঙাইনা মধুচবন্দা কচ্চবে।

### ব্যাখ্যা

মতৌ অসুম তৌদুনা শান্নখিবা মধুপানগী লীলাবু আস্বাদন তৌদুনা গৌব প্রভুনা নুঙাইনা শান্নে। ব্রজ বৃন্দাবন্দসু শ্রীবাধা গোবিন্দনা সখীশিংগা লোযননা মধুপানগী লীলা শান্নবক্কে। অনীবু যেংদুনা সখীশিংনা থাগৎনবি।

**গেল গেল**– শ্রীবাধা গোবিন্দসে কযা নুংশিবিবনো, ফজবে নীংথিবে কুঞ্জ পুমঙাল ঙাল্লে। যেংউনে যেংউনেসে চাংদমনিঙাই শুকলৈ লৈববোইনেসে। বিধিগী খুৎশেমদগী থোইনা হেন্না ফজবেনেসে। কৈদৌকনি বিধিনা ইকাইনিঙাই ওইবেনে। ওযগা যেৎকা, যেৎকা ওযগা অনীনা ঙাল্লিবসে কনাগনো কবিগনো চাংদম্নদৌবিনেসে। লৈবোই লৈবোই অনীনা হেল্লিসে।

**মরিব**– প্রেমভক্তি মধুসেবা চঙজবে সখীশিংনা। বাধা শ্যামগী পেন্নবা থৌবাংজবে বন দেবীনা। পূক্লিং হবাও নুঙাইনা ঈশৈ শক্লি নুংশিনা, বাধা কৃষ্ণ অনীমক্তা কচ্চে মধু অমৃত। যেংউ যেংউ ইতাশা অঙকপা লীলা ওইবেনা হাযনিঙাইমক্তা লৈতেদা।

## মেনগোয়

যেংউ যেংউ ইতাশা চাংদমনিঙাই লৈতেদা। হাযনিঙাইমক্তা লৈতেদা।

## অওনবা

যেংউ যেংউ ইতাশা, অনীগী লীলা অঙকপনি। বাধাদা শ্যাম্না যেংইনে, শ্যামদা বাধানা যেংইনে। মীৎফম হোংবা যানদে। শ্যামগী বাঁশী লৈমাযথক্তা থাখবেনে। বাধাগী বেনীনা শ্যামগী থক্তা তাদুনা লৈবেনে। যেংজৈ উদ্ববদাসনা অবাপ্পদা লৈজদুনা। ঙাওনবে ঙাওনবে বাধা শ্যামসে।

## তাঞ্চপ

শ্রীবাধা গোবিন্দ অনীনা শান্নে মধুপান লীলা সখীশিংগা লোযনদুনা কযাদা নুংঙাইনা শান্নবিবা। ললিতে যেংঙু গোবিন্দসে ফজৈদা যেংবদা নুংশিদবসে। ইবেম্মা বাধাগী মাযথোং ঙাঙলেনেসে। ঐদি কবম্না হিংদুনা লৈবসিগে।

## মপী

হা কিংধবনী ঘুনিতে এ। বাধিকাগী মাযথোং থম্বাল অমৃত শ্যাম্না থকই এ। শ্যামগী মাযথোং থম্বাল বাধানা থকই। বাধা শ্যামগী সেবা চঙজৈ সখীশিংগী পূক্লিং পেঞ্জে। শান্নবা লীলা খুদিংদা যাওজগে উজগে অনীগী সেবা। তত্তনা ফংজগেনে, ফিগাউ শানা নিজবি পীনবিযুনে।

## মেনকুপ

অৱাবনি অবেম্বদা ঐগী পুন্সি মাঙহল্লে। মীওই মপোক ফংলবা ঐনা বাধা কৃষ্ণ নীংজদনা খঙনা উনা ফত্তবা হুবু চাশিল্লে। গোলুকমক্তা তাঙলবনি হবিনামগী সঙ্কীর্ত্তণনি কবিগীনো পামলুদবিবা। কলক মীহৌ মৈচাক অসে অহিং নুংথিলদা চাক্লিবসে কনাননো কনবিদৌবিবা। ব্রজনিংথৌগী মচাদুনা শচীগী মচা ওইবেনা। বলবাম ওইববে নিত্যাইনা অযাম্ববু হবি নাম্না লানবিববু সাক্ষী

লৈবি যুগাই মাধাই। ব্রজনিংথৌগী মচা নওবু বৃষভানুনা পোকপী নওবু অমুক্তদি চানবিযুবা। ননাই নবোত্তম্মা হাযজৈ, নখোঙ থম্বাল অনী পামজৈ। কনা লৈবি ঐবু লানবিনবা।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীখাইদেম বীবমঙ্গল সিংহ, ক্বাকৈথেল

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা।

পূংযৈবা – শ্রীবাজকুমাব মনিস্না সিংহ, সেগা বোড

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিফুতককশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – খাবম লাকপা মাণ্ডব, এলাংবম লৈকাই।

তাং ২৪। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুতরেৎ শুবা শৈশক

## রস – বক্ষবিলাস

## রাগ – দেবনাগরি

সুবধনী মপালদা বোকুল পাম্বী মখোঙদা।
তৃমীন্না ফম্মিদো প্রেমগী লাংদা তাবেদো।
ভানুনা পোকচবী যাবত্তা লৈববী
মাগী প্রেমগী লাংদা তাবে প্রভু ঙাওবেদো।
মিম্না থম্বালদা গঙ্গা হৌরক্লে
মুক্তাগী পবেংনা তত্তুনা কেল্লে।
লৈপাকথক্তা ফম্মি লৈই কারন চিংঙি
প্রেমগী লাংদা তাবে প্রভু ঙাওরেদো।
সুরধনি গঙ্গা মাগী চান্নরবা
যমুনানি খল্লিদো ভাগীরথী গঙ্গা
ঈথক্লা নোম নোম উরগা গৌরহরি
থম্মোয়দা ঈথক হৌরক্লে।
ঙানু থঙ্গোং পরেং পরেং কেকা কেকা
খোংলদুনা শান্নবা উরে ঙাওবক্লে।

### বৃন্দাবন বর্ণন

ঙংলি খোইমুশিংনা লৈগী লৈকা তম্লদুনা হুন্নি নামিরবা নুংশিংনা। তোমালথক্তা তোংলদুনা খোংলি কোকিলশিংনা। হৈনৌ থক্তা তোংলদুনা। চোঙা তেনৱা অনীনা রাধা কৃষ্ণনা জয় ওইরে লাউরি খোংলি তত্তনা। কদম মথক্তা ৱাহোংনা শারি জগোয় নোয়না নোয়না। কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা মনি মন্দির ময়ায়দা অনীনা ঙাল্লি তত্তনা। ঋতু তরাক্লা থৌগল্লবা লৈনা ঙৌনা শাৎলবা।

ঝুলোন শান্নবি বাধা শ্যাম্মা ব্রজগী গোপীশিং লোযনবদুনা। ঝমল ঝমল ঝমল নুংশিংনা শীৎলি, গব গব গব নোংনা খোংলি। থব্বানগী নোংজুনা তত্তনা খীকলি। চুমথাংসু খল্লি নোংথাংসু কুপ্লি। শ্যামগী লেংবান্দা বাধানা যাল্লি। শ্যাম্মা মোমোন নোক্লি। দোলনা হাঁইবি নমখাংনা পাইবি। খোই খোইবা শল্লাংনা লুতুংদা শল্লি। নৌববা লংলবা অনীগী মাযথোংদা কুপ্লবা লংলবা নোংলিক্লা থৌগল্লি। মহৌশানা মিপাই চাউববী বাধা পাঙ্গল শোনবী মিববা খোঞ্জেলনা তত্তনা লাউবি তাগদৌবে। ইবুংঙো প্রেম্মা যমুনা ঈথক হৌবি। কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং কোযনা শান্নবি। বলবাম দাসনা তুংদা ইঞ্জবি। অনীগী যুগল লীলা যেংজবি।

## অনিকপা

অহাইবী শান্নবে দোলগী থক্তা তোংলদুনা। মনিগী দোলগী থক্তা তোংলদুনা। মনিগী দোল মথক্তা বাধা শ্যাম্মা নীংথিনা ঙাল্লি। সখী মযাম্মা চেনশিল্লক্লে দোলবু হাযবক্লে চক্রগুম্মা লৈবে হাযবে। হীকথখবে শমজী হুক নাহুখবে বেনীদো। পাম্বোম অনী তিংথোকচবে প্রান নাথ লেংবান্দা কোল্লে। ইকাযবা কযা থাদোকখবে বৃষভানু মমোমলোই। ইবুংঙোগী লেংবান্দা চেৎনা কোল্লে চেৎনা যাল্লি। তাগদৌবে তাগদৌবে কন্না কন্না লাউজবক্লে।

**রাধা মাধব**– বাধা মাধবকী অনৌ অনৌবা প্রেম কনানা শীংথাবা ঙমলোই। অনীনা তত্তনা নৌহৌনা চান্নবা অনীগী মহুত্তা থব্বায থাজনিংবনি। যেংউ ইতা, অনীগী প্রেম অপাম্বগা অপাম্বগা হেন্নদবনি। অনীগী প্রেম খঙলোই কনানা। নৌববা প্রেম খঙলোই উবোই কনানা।

খঙলমগনি প্রেমগী মশক ওইবীনা কৃষ্ণ প্রেমগী তুংনফমদি শ্রীমতী বাধিকানি। চান্নথোইবী মগুন্না হেল্লবী শ্রীমতী বাধিকানি। খোইখোইবা শল্লাংনা লৈতেংলবী। নৌববা হকচাংনি ভক্তি প্রেমগী চঙজফম ওইবিবী শ্রীমতী বাধিকানি। অনীনা বাসদা হৈশিংলবা, অনীনা অমগা মান্নবা চান্নবা অমগা প্রেম মান্নববা।

জয ওইবে বাধা মাধবকী প্রেম অনৌ অনৌবা প্রেম্মা লৈতেংই। ঙবাংদগী ঙসিনা হেল্লি। নোংমা ফজবা হেল্লি। ঙাছোইবি ইবুংঙো লোইনৈ বাধিকা ইবেম্মা। উশা থক্তা শুক শাবি বাধা কৃষ্ণ হাযনা শোল্লি। অনীগী প্রেম প্রেমগী ঙমখৈ লৈতনা ফজৈদা। অনীগী প্রেম প্রেমগী ঙমখৈ লৈতনা ফজৈদা অঙকপনি। অনীগী প্রেম ফৃদোংলবা সনাগুম লংই।

## মেনহৌ

যেংউ যেংউ ইতাশা, বাধা শ্যামগী মশকসে।

## অওনবা

নৌববা তোমাল পাম্বীদা সনাগী উবীনা যেৎলে। যেংউ ইতা, কযাদা নীংথিজবে। যেংউ ইতা তোমাল পাম্বীদা থাজ থোক্লে। বাধা শ্যাম অনীগী নৌববা মশক পান্দমনিঙাই লৈতে ওন্থোক্লা ফজৈদা। মপোক কযা তাঞ্জবকপা মহৈ যাল্লে। যেংউনে ইতাশা বাধা শ্যামগী মশক কবম্বা বিধিনা শেল্লম্বনো। হৈশিংবা বিধি হৈখ্রেদা হৈখ্রেদা শেম্বা হৈখ্রেদা।

## তাঞ্চপ

মনি দোল মথক্তা বাধা শ্যাম্না ঙাল্লি। অনীনা ঙাল্লি। দোল মথক্তা ফজবী নৌজবী বাধানা ঙাল্লি। সনাগী কুচুবু ঙমজবী নৌজবী বাধনা ঙাল্লি। ফজৈদা নীংথিজৈদা। সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল অনীনা পূন্না শাৎলে।

## মেনকুপ মপী

মনিগী দোল মথক্তা বাধা শ্যাম্না ঙাল্লে। পান্দমনিঙাই লৈতে ইতা ফজবনা হেল্লি। অমনসু হেন্দে অমনসু ৱাত্তে। অহিং নুংথিল অনীমক্কী নুমিৎ থানা ঙানবগুম বাধা কৃষ্ণ অনীমক্লা দোল থক্তা ঙাল্লি। হকচাংদা হকচাংনা ঙাল্লি। পাম্বোমদা পাম্বোম্না তিল্লি অঙকপনি অনীগী মশক। ঙক্লবা অনীগী প্রেমসে পোকপদগী উজদ্রি। বাঁশী পাযবা শ্যাম্না যেৎতা থম্বাল পাযবী বাধানা ওযদা। থাবু বাহনা উমগদৌবে। ৱাহোংনা লিলবু লাক্কদৌবে যেংউনে ইতাশা।

## মেনকুপ

তোমাল পাম্বী মশাদা সনাগী লৈহাউ শাৎলি হাযসিবা। মক্ত্রবা পূর্ণিমা থাজবু অমুবা নোংনা কুপ্পী হাযসিবা নত্রগা লৈকাদা খোইমুনা ঙংলি হাযসিবা। ঙবাংদগী ঙসিনা হেল্লি। নোংমা নোংমগী ফজবা হেনগৎলি। লৈববোই লৈবোই চাংদমনিঙাই লৈবোই অনীনা মহেল্লি। ইতা ঙসিদি যুমদা হল্লগনুসি চবণ অনী থাম্নগনুসি। মপোক অমদা ফৎনি ফংলোই খঙদে যেংদুনা থৱায থাবসি। পামজদবে লৈববোই মাযাগী যুমদা হল্লবোই ফংলিঙৈ উবিঙৈ চবন্দা যুম্ফম ওইবসি।

**শৈশক লোয়রে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীনোদিয়া সিংহ্, তেবা, ইম্ফাল

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা।

পূংযৈবা – শ্রীথৌনাউজম গোকুলচান্দ সিংহ্,
তেবা লুক্রাম লৈবক, ইম্ফাল।

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিফুতবেৎশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – খাবম লাকপা মাগুব, এলাংবম লৈকাই।

তাং ২৫ । ৬ । ১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুনিপাল শুবা শৈশক

## রস – স্বাধীন ভর্ত্তৃকা

## রাগ – গোণ্ডকিরি

য়েংউ য়েংউ শ্রীগৌরাঙ্গগী পূক্লিং ৱাখল। স্বাধীন ভর্ত্তৃকা নায়িকাগী মওং অদু ওইরি গৌরনা। হায়রি ইকাই হঙ্গোইদনা থৱাযমক্তগী হেল্লবা ইবুংঙো লৈতেংবিরো ননাইদা অসিগুম্বা গৌরাঙ্গগী লীলাসিবু শকচরি রাধামোহোন দাসনা।

### ব্যাখ্যা

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা অসিগুম্বা স্বধীন ভর্ত্তৃকা হায়বা রস অসিবু চুপলি। নায়িকা অদুমক ওইখ্রে গৌরাঙ্গনা। হায়জরকই, থোৎলবা মেংলবা নুংশিরবা ৱাহৈনা মবুংঙোগী বদন চন্দ্রিমাবু য়েংদুনা চিংনা চিংনা হায়জরকই মবুংঙোদা।

### ঈশৈ

লৈতেংবিয়ু ঐবু ইবুংঙো, চাইবিয়ু চন্দন ফজনা, সিন্দুরসু নীংথিনা তৈবিয়ু ইবুংঙো, য়েকউ লৈতেং হৃদিগী থক্তা মৃগমদ চন্দন্না। নাপ্পদা কুণ্ডল থম্বালগী নাচোম ঐগী ওক্তা মুক্তাগী পরেংনা শেম্বীয়ু নীংথিনা অসুম হাইনা হাইনা। নীঙ্কী হন্না হন্না মীৎতগী পিতনা তত্তনা শিন্থরি প্রেমগী ঈরানা। চণ্ডক্লরে রাধা মোহনদি লেপ্পি মফম খঙজদনা।

### অনিকপা

ইঙ্গিৎ পীরি রাধিকানা বেশ লৈতেংহন্নিংনা রসরাজ গোবিন্দদা খোই-খোইবা মীৎয়েংনা খৌরাংনা য়েংলি। রাধাগী ইঙ্গিৎ মতুংইন্না শেম শারে কৃষ্ণনা। অসুম্না মপুং ফারবদা ফল্লে রাধারানী ৱাই শংজনা। রসরাজ গোবিন্দদা হায়জে প্রেমগী মশক ওইবী রাধানা। হে ইবুংঙো, থম্মোয়গী মনি চাইরিবা শন্নাং অসি পুনশিনবীয়ু নীংথিনা। শেমজিনবীয়ু অমুক ইফা ফারে শন্নাংসে। শিংগ্রেং খায়না

লুতুং শমজী পুনশিনবীযু নীংথীজনা। শিংগ্রেংদা চাইবিযু সিন্দুব লাইবক্তা চন্দনসু থিনবিযু নীংথিনা।

## একতাল

খোমজিন শাজিনবিযু ফিজেৎ লৈতেংবিযু থাবিযু নৌনা কাজল ইমীৎ মীৎপাল কোযনা। নাপ্পদা লৈতেংবীযু লৈগী নাচোম্না, লৈবীযু মৃগমদ চন্দন্না কোযনা। খোঙদোপ খুদোপ খুজী নাচি শিবিযু নীংথিজনা, যেংজৈ লাপ্লা লেপ্পুনা গোবিন্দ দাসনা। বাধানা হাযজবা মতুং ইন্না শেম শাবে কৃষ্ণনা। নিকুঞ্জবন্দা বাধা শ্যাম্না নুমিৎকা থাগা থোকপগুম্না ঙানথোইবিবে অনীনা

## মেনগোয়

নিকুঞ্জবন্দা বাধা শ্যাম্না ঙানথোইবিবে অনীনা। যেংউ যেংউ বাধা শ্যামগী নীংথিজবা ৰূপসে।

## অওনবা

কযাদা ঈংনা ফজবে, মাযথোং থাজ পূমঙাল ঙাল্লে। অতিযা ইকাযবমাল্লে লৈচীল্লক্তা হেক হেক লোৎলে। চাংদমফম লৈতেযে খুৎশেমগী মনুংদদি লৈত্রমাল্লে। লৈবোই লাইবক ফবী ঐখোযগুম্বী উবা ফংজবে মহৈ যাল্লে। মপোক কযা নীংজবকপা খঙদে উবা ফংজবে। অনীগী ফজবা উজবা ফংজবা থাগৎতবা ঙমদে নোংদম্বা। মপোক খুদিং উজবা পামজৈ।

## তাঞ্চপ

যেংউ ইতা চান্নবী। বাধা শ্যামগী শ্রীৰূপসে। ফজৈ ফজৈ অনীগী ৰূপসে। অশংবা থম্বাল সনাগী থম্বাল অনী পুন্না শাৎলে। যেংল-যেংলগা থোইনা যেংনিংই। খোই-খোইবা তোমাল পাম্বীদা সনাগী উবীনা যেৎপগুমলে।

## মেনকুপ মপী

বাধা শ্যাম অনীগী শান্নফম ওইবিবা অনৌবা কুঞ্জবন অসে যোগী ঋষিগী নিংনফমনি। থম্না খেঞ্জোং যাওদনা থম্বাল অনী শাৎলি। অশংবা থম্বাল সনাগী থম্বাল ঙসি কুঞ্জদা ঙাম্বোইবি। ৰাহোংগা লিলগা পূন্না চাক্তামিন্নবি। অশংবা তোমাল পাম্বীদা সনাগী উবীনা যেৎপগুম বেনীগা চূড়াগা যেৎনবে। নোং যাওদনা নোংথাং কুপলি। মুণিগী পূক্লিং শুক্ষ্মৎলি।

নোঙ্গৌবীগুম খৌবাংলম্বা ভক্তগী পূক্লিং পেঞ্জবে। অসিগুম্বা বসবু ভক্ত খোইমুনা চুপচবি।

## মেনকুপ

জয ওইবি বাসেশ্বরী গোবিন্দ অনীনা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা থৱাযমক ওইনা নীংজবা ব্রজনিংথৌগী মচা ইবুংঙো বৃষভানুগী মচা ওইবী প্রেম ভক্তি পীনবিযু নিজবি ফীগাও শানা। খুযা থম্বাল অনীমক্লা লান্নফমনি খঞ্জদুনা চঙজবি পূক্লিং খোইমুনা লৈহীতা মিতাজদুনা। পীনবিযু চন্দ্রকীর্ত্তিবু। চবন সেবাতনি পামজবা। মতম কুইনা সেবা ফংজবা পীনবিযু অনীমক্লা।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীপুযাম তোম্বী সিংহ, তেন্দোংযান।

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা।

পূংযৈবা – শ্রীহৱাইবম গিবানি সিংহ, নম্বোল

যৈথিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী নিফুনিপালশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – খাবম লাকপা মাণ্ডব, এলাংবম লৈকাই।

২৫।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

## নীফুমাপল শুবা শৈশক

## রস – নায়িকা প্রেম

## রাগ – পরজ

### গুরু বন্দনা

শুক্লা মন্নবা থম্মোয়নুংদা জ্ঞানগী থাউমৈ ওইবিরিবা, অৱাবা সংসার, ঈপাক থক্তা হিনাউ শাবা ওইবিরিবা অদুম ওইরবা শ্রীগুরুদেবগী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজৈ। গুরুনা ব্রহ্মানি গুরুনা বিষ্ণুনি গুরুনা মহেশ্বরনি গুরুনা পরমং ব্রহ্মানি অদুম ওইবা গুরুদেবগী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজৈ

### বৈষ্ণব বন্দনা

রাধা কৃষ্ণগী যুগোল রূপনা হৃদিদা ঙাল্লিবা বৈষ্ণব খিবিক্লা লৈতেংনবা সভাসিদা রাধা কৃষ্ণগী মধুর প্রেমগী লীলাবু শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী গুন লীলাবু সংকীর্ত্তণ ওইনা ঙসিগী সভাগী মাঙদা খঞ্জগে। অরানবা পূম্বা ঙাকপিয়ু হায়না খুরুমজরি।

নদিয়াদা শান্নরি গৌরনা ভক্তগা লোয়ননা ব্রজ প্রেম রস চুপ্লি ভক্তনা। প্রেম বৈচিত্র রসনা থম্মোয়দা কারক্লে, নীক্ল নীক্লা। প্রেম রাধা শীম্বে নয়ন্দা শ্রীগৌরাঙ্গনা। ভক্তশিংনা ঙাঙনৈ নাপ্ল চীক্লা করিগী কপ্লিবনো হংনৈ ভক্তশিংনা। শিম্বরি প্রেম ধারানা মুক্তা পরেংদগী তৎতুনা তাবগুম।

### লোল

বৃন্দাবন নীংশিংবদা স্বর মপী হোল্লি ফৃয়না ফৃয়না অঙ্গদা য়েংই তোয়না তোয়না। থবাক্তা থম্মি খুৎ অনীনা কৌরি তোয়না রাধা রাধা হায়না। হাইগৎলি হাইথখরে লৈমায়থক্তা ঋাম্বদুনা। কোনখৎলি তম্পাক্তা গদাধরনা। শোল্লি হরি হরি হায়না নাকোংদা লুকথদুনা। প্রভুনা নয়ন পাঙদুনা য়েংলকই কোয়না

কোয়না। অমুক নোকই খঙহৌদনা পেন্নে ভক্তনা। গৌর উবদা মৈশা লাংই য়েংজবদা বাসুঘোষদি।

**প্রিয় সজনী**– রাধা কৃষ্ণ নিকুঞ্জদা ঙাল্লি থাবু হেন্না। রাধিকাগী মনাক্তা খোংইমুশিংনা পাইরি। খোংইমু কিবনা রাধানা মায়থোং খুমজিল্লি নমথাং মচীনা। সখীশিংনা হায় রাধে মধুসুদন চৎখরে ফীরুক হাংদোকও। ৱাদু তাবদা রাধাগী মনাক্তা কৃষ্ণদুবু রাধা উখিদরে প্রেম্না ঙাওরদুনা।

**হৃদি মল্লাগ**– হীক্লা হীক্লা কপ্লক্লে রাধা। কৃষ্ণগী নাক্তা লৈনা লৈনা।

**প্রান বন্ধ**– কদায়দা লেঙখরে হৌজিক্তা লৈরম্বদো। ঐগী ইবুংঙোদো করিমতা খঙখিদরে প্রেম্না ঙাওখিবনা। ঈবাক্লরি কৃষ্ণগী ওয়দা রাধিকানা। কায়না মৈশা লাংলি লাংলি মনাক্তা কৃষ্ণ লৈনা লৈনা য়েংনৈ সখীশিংনা। রাধাগী নাক্তা লেপ্তুনা গোবিন্দ দাসনা য়েংজবি বাধাগী মওং অদো। থম্মোযনুংদা ললিতানা হায়জৈ, কবিনো বাধে যেত্তা লেপ্লিনা। সখীশিংগী ৱা তাবদা রাধা অৱাবা কোক্লে।

## মেন

**চলধনি**– নিকুঞ্জদা বাধা শ্যাম্না ঙাল্লি থাবু হেন্না। বাধা শ্যামবু উজবদা হৱাউজরে গোপী লোইনা। শ্রীবাধিকা ইবেম্মসু ইবুংঙো উরবদা কোকখরে লোইনা নয়ন্দা চেল্লম্বা ঈবা লোৎশিল্লে কনা খঙহন্দনা।

## অওনবা

মাযথোং থম্বালদা চেন্থবা প্রেমগী ধারা তৈথোক্লে ফীজিনা। য়েংজৈ চিংনা চিংনা মবুংঙোগী মায়থোংদা। থৌগঞ্জৈ সখীশিংনা শ্রীবাধা গোবীন্দদা। কনানা চন্দন কচ্চৈ কনানা মালিকা পরেং কণ্ঠদা হুকচরি। অনীগী ৰূপ উবদা প্রেম্না ঙাওনবে সখী লোইনা। প্রেম্না ঙাওরবী সখীশিংনা মহৈ মহৈ ঙাঙনরক্লে। সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল অনী পূন্না শাৎপরা। অখোয়বা তোমাল পাম্বীদা সনাগী উরীনা য়েৎপরা। অশংবা চীংগী নাপোমদা সনাগী লৈহাউ শাৎপরা। ফৃয়না হৌবা নোংলক্তা নোংথাংনা জগোয় শাবরা। অসিগুম্বা গোপীগী প্রেম উবদা পেঞ্জরি গোবিন্দ দাসনা।

## তাঞ্চপ

জয় ওইরি রাধা শ্যাম্না নিকুঞ্জ বনদা। নিতিগী নৌদুনতা লৈবা প্রেম ঙসিনা হেন্না নৌখরে। অমনা হেন্দে অমনা ৱাত্তে। অমনা অমগী লৈতেং

ওইরি। অনীগী অপুনবা মঙালদা নুমিৎ থাগী মঙালনা চঙদে। অনীগী মঙালনা মহেল্লি।

## মেনকুপ মপী

ঙাল্লি নোংলক্তা শাৎলি থম্বাল অনী পুন্না। অমনা অমবু ফংবদি উরীনা উ ফংবনি। খোইমুনা থম্বাল ফংবনি। মধু বন্দা নুমিৎকা থাগা অনী পুন্না ঙাল্লি।

## মেনকুপ

থৌগঞ্জরি সখীশিংনা কৎনজরি থব্রায় হকচাং চঙজৈ সেবা নীংজবা থুংনা। মাগী মাগী আত্মা কৎচৈ রাধা শ্যামগী চরন্দা। লানঙমদ্রবা চরন ফংজ, কুঞ্জ লীলা তুংইঞ্জগে। অহিং নুংথিল থৌগঞ্জগে।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীআশেম নিংথৌ সিংহ, থৌবাল

দুহার – ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা।

পূংয়বা – শ্রীকোনশম ইবোতোম্বী সিংহ,
কোংবা নান্দেবম লৈকাই, ইম্ফাল

য়ৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুস্ফুমরি) গী নিফুমাপলশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – খাবম লাকপা মাণ্ডব, এলাংবম লৈকাই।

তাং ২৬। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# য়াঙ্খে শুবা শৈশক

# রস – জলকেলি

# রাগ – আহির

গৌবনা নীংশিংলক্লে জলকেলি লীলা। ভক্তশিংগা লোয়নদুনা কুম্লক্লে ঈশিংদা। চাইশিল্লি গৌরনা ঈশিং গোদাধর তম্না। বাসু ঘোষনা শকচৈ শোঙ্জে গৌর গুনবু।

**শ্লোক**

মতৌ অসুম তৌনা ব্রজদা শান্নখিবা লীলা নীংশিংদুনা ভক্তগা লোয়নদুনা কযা নুঙাইনা শান্নে। অসিগুম্বা বৃন্দাবন্দসু শ্রীবাধা গোবিন্দনা সখীশিংগা লোযনদুনা কযা নুঙাইনা জলকেলি লীলা শান্নে।

শ্রীবাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা লাক্লে য়ৌরে কেলি কুঞ্জদা। হরাউ নুংঙাইদুনা কুম্লবক্লে কুঞ্জ মনুংদা। ঈশিংগী কুম্দ্ধে শান্নরক্লে শ্রীরাধা গোবিন্দ অনীগা লোয়ননা। ঈশিং খুজোক থন্না থন্না চাইনৈ। হন্না হন্না ৱাজরবী সখীশিংনা খাঙজৈ মায়থোং চেপ্না।

**শান্ত কর**– মায়কৈ অনী ওইনা লেপ্লরক্লেনে। কৃষ্ণগীদি মথন্তা রাধাগীদি সখীগা। লৈঙমদে খাঙঙমদে কোয়না কোয়না চেল্লি হরিনা। তান্নরক্লে সখীশিংগা ইবেম্মা রাধাগা। ইকায়বা খঙদেদা লোক্তুনা লৈখরে। মবুংঙোবু উদ্রবদা অৱাবা ওইরেনা। করিনো কবম্লো হায়না লাউনবেনা। খঙহৌদনা লাক্লে কৃষ্ণনা রাধাগী য়েক্তা ঙাল্লরেদো।

**কুসুম শয্যাতে**– শ্রীরাধা গোবিন্দগী ঈশিং লীলা শান্নবা লোইবদুনা লেঙখৎলক্লে। ফিজেৎ লৈতেং হোংখরে। ফমখরে অনী পূন্না, ঙাল্লে য়েংবদা পূক্লিং হুরেনে। হায়নিঙাই মক্তা লৈতেনে ফজবনা মহেল্লে। অনীগী ৱূপ্পু উজবসে পোকচবা মহৈ য়াল্লে। করি পুন্য তৌরকপনা অনীবু উবা ফংজবা।

মপোক অমদা পোক্লুরগা উবা ফংগনি খঙদেদা। অনীমক্কী মমাঙদা থৱায় থাজহৌরসিনে।

## মেনগোয়

করি পুন্য তৌরকপনা অনীবু উবা ফংজবা।

**নিজ দাসী–** নিজরিনে পীনবিয়ু ননাইগী ননাই ওইজগেনে। ননাইগী ননাই ওইজগেনে। মপোক মপোক খুদিংদা চরন সেবা ফংজগেনে।

## অওনবা

রাধা মাধব অনীগী চরন্না কোক্তা থম্বীয়ু। ঐগী অরোইবা মতমদা। অসিতনি ঐনা পামজবা। নিজৈ প্রেম ভিক্ষা। ননাই ঐবু চানবিদ্রবদি লানবিনবা কনা লৈত্রবনি। সংসার ঈপাকসিদা তাদুনা লৈরগনি। ললিতা বিশাখানচিংবী সখীশিংগী মরক্তগী শ্রীরূপ মঞ্জুরীনা ফংজৈ চামর সেবা। য়েংজৈ য়েংজৈ যদু ন- দন্না নুঙাইবা ঈপাক্তা তাউরদুনা। অনীগী লীলাদো উজবা য়াওজবা পামজৈদা। অনীমক্কী চরন সেবা ফংজগেনে ননাইনা।

## তাঞ্চপ

খুরুমজরি রাধে কৃষ্ণ চানবিয়ুনে শ্রীরাধে। কৃপাগী থৌরীনা ননাই ঐবু পুনবিরগা থম্বীয়ুনে চরনখাদা। মপোক মপোক খুদিংদা নিত্য লীলা শান্নজবদা য়াওজ উজবা পীনবিয়ু।

লাইবক থীবী ননাইনিনে। লৈজগেনে চরন নাক্তা। কচ্চবিনে থৱায মমল য়াওদনা অনীগী চরন্দা ঐনা। গুরুগী কৃপা ফংদ্রিবীনি, ননাই ওইবা ঙমদ্রিবীনি ঐদি। মপোক মপোক খুদিংদা চরনগী ননাই ওইজগে।

## মেনকুপ মপী

নিজৈ চরন থম্বাল পীনবিয়ু। চিংশিনবিয়ু খুয়াখাদা ননাই ঐবু পাপ চেনবী ঐগী ঙক্তা কৃপাগী থৌরীনা পুনবিরো।

## মেনকুপ

ননাই লক্তা তিলহনবীয়ু শান্নবা লীলা রস পীথকপিয়ু। মপোক মপোক খুদিংদা ননাইগী ননাই ওইহনবিয়ু। পুন্সিগী অরোইবা মতমদা, বুদ্ধি লৌশিং

লৈত্রবা, অনীবু শোঞ্জবা ঙমদ্রবদা চবন খাদা থম্বীযু। থব্রায হকচাং কাযনবমদাইদা উহনবিযু অনীগী মূর্ত্তি। থম্মোযনুংদা কোঞ্জবগা থাজখিগে থব্রায মঙা। ননাই নবসিংহনা উজগে মপোক খুদিংদা।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীচুংখাম ফৈজাও সিংহ, যুম্নাম হুইদ্রোম

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুবকপা

পূংযৈবা – শ্রীলাংপোকলাকপম খম্বা সিংহ, কোঞ্জেং লৈকাই

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী যাঙ্খেশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – খাবম লাকপা মাণ্ডব, এলাংবম লৈকাই।

তাং ২৬। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## য়াঙ্খেমাথোইশুবা শৈশক

## রস – পাশ খেলা

## রাগ – কদর্থা

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা অসুম য়েংবদা উরক্লে ভাব নয়ন্দা। মমাঙৈদা শান্নখিবা চৌবর নীংশিংলক্লদুনা উরক্লে ভাব নয়ন্দা। গৌরাঙ্গনা চুপ্লিবা রসসিবু শকচৈ বাস ঘোসনা।

### লোল

শ্রীগৌরাঙ্গগী ভাব কনানা খঙবা ঙমগনি। গৌরাঙ্গ ইবুংঙোনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা পূন্নমক হন্না শান্নবিরি। ইবুংঙোনা ব্রজগী লীলা ভাব রস উদ্দিপন ওইরক্লদুনা গদাধর উরগা রাধামক্নি খল্লক্লে। ভক্তশিংবু গোপী ওইনা লোয়না উখরে। ব্রজ বৃন্দাবন্দা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনীনা শান্নখিবা চৌবর নীংশিংলক্লদুনা পাস খেলা শান্নখিবা অদুবু ইবুংঙোগী ভাব নয়ন্দা উরক্লদুনা।

### ঈশৈ

**ঋতু পতি–** রতি লীলা মপূং ফারদুনা চেপ্লে শয্যাদা অনী পূন্না। ঙাইহাক চেপ্লগা লেঙখত্তুনা ফম্লে। ঈংলবা নুংশিৎনা থৌগল্লি অনিদা। সখীশিংনা অনিবু য়েংজে। রাধা শ্যামবু উজবদা য়েংবগী পেনবা নাইদেনা। রাধা শ্যাম অনী ফম্মী মায়োক্লদুনা। অনীগী ভাব মতুংইন্না থাজরে নীংথিজনা।

### লোল

হৈশিংবী ললিতানা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী ভাব মতুংইন্না লাইয়ুম থাবা লোইরে মতম অদুদা।

### ঈশৈ

**জানে সখী–** কৃষ্ণনা চৌবর পায়রগা হুল্লক্লে, জুরা থোকউ হায়না হন্না হন্না লাউরক্লে। হুনবদদি থোকতরে। রাধানা অমুক হুল্লে নাম্মা থোকউ হায়না

অনীমক অমত্তা থোক্তরে। শ্রীকৃষ্ণনা চৌবর পায়রগা পোম্বা করি থান্নসিগে হায়রম্লে। রাধিকানা কৃষ্ণদা হায়জরক্লে ইবুংঙোনা থোইরগা রাধা ঐগী মোতি মালা পীজগনি। ননাই রাধানা থোইরবদি করি পোম্বা পীবিগনি। রাধে নঙনা থোইরবদি ঐগী থব্বায় ওইবিবা বাঁশীদো পীগনি।

## লোল

অসি হায়দুনা অনীনা চৌবব হুন্নবক্লে। মহৈ মহৈ থোইবা তান্নদুনা। কৃষ্ণনা অমুক হুল্লি বাধানা অমুক হুল্লি অসুম্না শান্নবকপনা অঙকপা ফংনা হুন্নবকই। কৃষ্ণনা হুনবদা জ্বা থোক্লদুনা, নাম থোক্লদুনা ইবুংঙোদগী বাঁশী লৌখবে। মতাং অসিদা ললিতানা অনীগী মফমদা হায়রক্লে হন্দক্তি পোম্বা অসি অবোইবা থানবো। কৃষ্ণনা হায করিনো অবোইবা পোম্বা। ইবুংঙো অতৈ নত্তেয়ে হকচাং অনী থানবো। ললিতাগী ব্বাদু তাবদা রাধানা হায়।

## ঈশৈ

**রাজার–** ঙমজবোই ঐদি সিগী মনাই ওইবা চম্পকলতানা হায়বকই, চুম্মী মদুদি নঙতনা খঙবনি। বিশাখা সখীনা হায়রকই, কিরুগনু রাধে নঙনা শোয়দনা থোইগনি শ্যামদি কবিসু হৈতবনি। ঈবাংদা হৈবা মালহনবনি রাধে নঙনা থোইগনি। কিরুনু কিরুনু রাধে পূক্লিংদা থম্বীগনু রাধে থোইবদি শোয়দ্রবনি।

## লোল

অসুম্না বাধা কৃষ্ণ অনীনা অঙকপা ফংনা শান্নবক্লে। মতাং অসিদা বৃন্দা সখীনা ঈঙ্গিত পীদুনা সুখমধী কৌবী তেনব্বানা লাউরকই, করি হাযনা জতিলা লাক্লে হায়না। মদু তাবদা রাধা কৃষ্ণ, সখীশিং লোইনা তফিং তফিং হৌগত্তুনা চেন্নখরে কদায়দনো। সূর্য্য কুণ্ডদা লাক্লে। সূর্য্য কুণ্ড হেক য়ৌবগা কৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ অমগী মশক লৌরে। পুরোহিত অমগী শক্তম লৌরদুনা সূর্য্য পূজা কৎলি যতিলানা চণ্ডলক্তুনা।

## ঈশৈ

**জেসে বিহরে–** মতম অদুদা যতিলানা চণ্ডলক্তুনা হায়রকই– রাধে পুরোহিত দক্ষীনা খরদং কৎলু রাধে। রাধানা নৈবিত কা লোয়ননা দক্ষীনা কচ্চরে।

কৃষ্ণনা হায়রকই, করি কান্নগনি নৈবিত লৌদুনা। অতৈ লাইগী প্রসাদীদি লৌজদে। বৈষ্ণবশিংগী লুচিংবা ঐনি। খণ্ডবিগনি লেপ্পা। অতৈ লৈতে অচুম্বা অশেংবা ব্রত নত্তনদি। গর্গ মুনিগী চেক্লানি। বিদ্যা শুনা হৈবনি খণ্ড-উদবা লৈতবনি।

## মেনগোয়

যতিলানা ঈঙ্গিৎ পীরে কুণ্ডলতা য়েংলদুনা। যতিলাগী ঈঙ্গিৎ মতুংইন্না পুরোহিতগী মশক লৌবিবা কৃষ্ণদা হায়রকই, ঠাকুর পুরোহিত অহল অসিনা মমৌ বাধাগী খুবাক ময়ি অমুক্তা য়েংবিয়ু হাযরজকই।

## অওনবা

**জগো নাগ কালা–** কৃষ্ণনা হায়রকই– ঐদি ব্রহ্মাচারীনি নুপী শোক্লবা য়াদে। অদু তাবদা কুণ্ডলতানা রাধাগী খুৎ পায়দুনা তিংথোক্লকই। কৃষ্ণনা হাইফেৎ য়েংলগা হাযবক্লে, অহল নঙগী নচাগী মমিং কবি কৌবগে হংলকই। অদু তাবদা অভিমন্য কৌজৈ হাযনা খুল্লকই– যতিলানা। নঙগী নচা অসিমক্তি মতম পূন্নমক্তা মঙ্গল ওইগনি। অপনবা পূন্নমক কোকচগনি। নমৌগী মপান্না পূক্কৈ লনগৈ থনগনি। নবল নথুম হেনগৎকনি। তাজবদা হনুবীদো হবাউজরে। নুঙাইজরে পেঞ্জবদা লোইখরে। সনা তাঙ্গা লুপা তাঙ্গা কৃষ্ণদা কচ্চরক্লে।

## তাঞ্চপ

**রাধা কৃষ্ণ–** হরাউজরে মধুমঙ্গল দক্ষিনা ফংবদা নৈবিতকা লোয়ননা পুঙ্গিল্লে ফীজিদা। খুরমদুনা চৎখরে যতিলা ময়ুমদা। যদুনন্দন্না শকচরি হরাও ঈথক হৌনা। শ্রীরাধিকা ইবেম্মা সখীশিংগা লোয়ননা লেঙলক্লে শঙ্গাই তম্মা।

**হেরোইতে সরসই–** পূমওক ওক্লা য়েংজবদা ব্বারী শারি ললিতাদা শ্রীরাধিকানা। মীৎনা কৃষ্ণদা চিংনা য়েংজৈ, য়েংবগী পেনবা লৈজদে। মায়থোং থাদো থাদোকচবা ঙমজদে রাধানা। পূক্লিংদি চৎখরে খোঙ থাংবদি থোক্তরে মবুংঙোগী ব্বাখলদা ঙাওজরবী রাধানা। কৃষ্ণগী প্রেমদা লুপচরবী রাধানা।

## মেনকুপ মপী

অসুম্না সখীশিংগা ব্বারী শানা শানা য়ুমগী থবক লোইশিল্লে। সখীশিংগা লোয়ননা চন্দ্রাবলী কাদা কৃষ্ণ লাকপরা য়েংদুনা লৈখরে। অসোমদা কৃষ্ণ গোবর্দ্ধনদা ষনয়াম খোল্লে। সখাশিংগা লোয়ননা কারক্লে। রাধা কৃষ্ণ দর্শন

ওইরে অৱাবা পূম্নমক কোকখরে। সখীশিংগা লোয়নদুনা মন্দিরদা লেঙখরে। অসোমদা রাম কৃষ্ণ ষন কারকপা উবদা যশোদা রোহিনীনা মচা অনীবু ওকখরে। অসিগুম্না লীলা ময়াম রাধা কৃষ্ণগী চরন্দা যদুনন্দনদাসনা আত্মা কচ্চরক্লে।

## মেনকুপ

রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ, পীনবিয়ু চরন সেবা মতম লৈবা পুম্নমক্তা কাউহনবিনু চরন সেবা। মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইবা পীনবিয়ু চরন নাক্তা লেঙদনা লৈহনবিয়ু ননাই ঐবু। কৃপাগী থৌরীনা ঙক্তা পুন্দুনা চিংশিনবিয়ু চরন নাক্তা। তোল্লবীনি খনবীদুনা প্রেম সেবা পীনবিয়ু।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল

দুহার – শ্রীয়েন্দ্রেম্বম নিংথৌ সিংহ, কংলা সিফাই

পূংয়ৈবা – শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ধকা সিংহ, ককচিং

য়ৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী য়াঙ্খেমাথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনৌবম মাঙুব, কাকৈথেল থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।

তাং ২৭। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## য়াঙ্খেনিথোইশুবা শৈশক

## রস – কুঞ্জভ্রমন

## রাগ – কন্দপ

যেংউনে ইতা যেংঙমদে ঐদি
থাগী মণ্ডালদা গৌব লাওশিল্লিবা মাযথোং
চীংনা লেম্না লেঙলি শামুগুম্না।
কুচুনা ওমজবা সনা ফূদোংবা
নীংথিবি কযাদা খোইখোই মীৎযেংনা।
নীংথিবা নমখাংনা ফীক ফীবাং খুম
লেঙশিল্লে গঙ্গা তোর্ব্বান ইন্না।
নুপীগী মতৌনা ওযগী খোঙনা হান্না
লেঙলি অসুম গৌব তম্না।

নুমিদাং যাচঙলবদা বাজ সভাদা গোবিন্দ
তাবি মীৎয়েং ঈশৈ জগোয কযা।
মখল মথেল কুম্মৌ কযা থৌগল তৌবি পেন্ননবা
যেঙ্ঘোকপিবি মনা মথুম কযা।
থেম্না নৌনা যশোদানা পুশিল্লক্লে সভাদগী
পীজ পীথক তৌবে মখল মথেল।
চেপ্লে কৃষ্ণ শয্যাথক্তা উইদে মীৎতি বাধা ভাবতা
ব্রানা ঙাইহিবি তাঞ্জা নাশোন পীক্লা।
লৈতাদবি শোমদা বাধা মায়থোং মক্লা লৈবি ফম্না
কৃষ্ণগী ব্রাখল ওৎলি নুংদা।
ফংলে যাথং যতিলাগী লেঙশিল্লক্লে লুকহা শঙদা
খুঞ্জবে প্রসাদী মবুংঙোগী।

লোইরদুনা চীন-য়া কৃপ্পা হাদুনা পান খুদপ
লেঙশিন্দুনা লৈরে আসন থক্তা।
চঙনরক্লে সখী পূম্বা লৈরি ঙাইনা থৌগল কোয়না
হরাও মথোই কানৈ মহৈ মহৈ।
ৱারীনরি কৃষ্ণ কথা লাঙতক্লরি থম্মোয় পূম্বা
ঙাল্লি কৃষ্ণমূর্তি লকানুংদা।
চেল্লি অমা য়েংলুনবা তূমথ্রবদা গুরুজনবু
মিহুল চোংলি য়েংনা কৃষ্ণকান্ত।

খাঙলসিগে করম প্রেমগী মৈচাকসে সখী,
লাইবক থীবি রাধা ঐনি মিংচৎ থীবনি মশুংলাংগী।
মৌগী শীংসু চল্লবীনি ওইহল্লি ঐবু মানা করি।
ৱাইথুংদ্রবী কৃষ্ণ প্রেমদা ৱাইশংবীনি মখোয় অদু।

## অওনবা

থিংঙমজদে পূক্লিং ইহুল লায়থোকঙমদে গুরুজনসু
ফিজেৎ লৈতেং লোইবে লোন্না লোন্না
থোবক্লে বাই নাশোন পীক্লা কৃষ্ণগী ৱাখল।

তপ্না শীৎপা মালয়ানা হুম্বদো ফীজি ফীনা
কোক্কী বেনী অশাংবনা হাইবদো মুশিল মুনা
উজগবা কৈদৌঙৈদা ইমীৎসিনা পেন্না।
নূপুব কিঙ্কিনী খোঞ্জেল তাজবা নাকোংনা।
নিজৈ য়াদা নাপী চীক্লা থুংজনবা আশা।
চঙজরি নঙগী চবন্দা প্রেমগী ঈরা ঈহৌননা।

## তাঞ্চপ

কোয়না চৎলি রাধা মবুংঙোগা লোয়ননা, বৃন্দাগী উমংদা নীংথিবা যেংদুনা, মায়থোং মকা লাম্না খুৎশম্ননা কুঞ্জনুংদা ললিতাগী ঙাম্বোইরি অনিমক্লা, সেবা চঙলি সখীশিংনা। ঙাম্বোইরি মথংদনা বিশাখা কুঞ্জদা, লুপ্লি রসনুংদা কয়া। য়ৌরে অমুক চিত্রাকুঞ্জ, পাংলক্লি অমুক কুঞ্জদা চম্পকলতা। বঙ্গদেবী কুঞ্জদগী পাংলি কুণ্ড সুদেবীগী হরাউ ইপোম ইথকহৌনা য়ৌক্লরগা ইন্দুরেখা তুঙ্গবিদ্যা

কুঞ্জ চৎলি অমুক নিভৃতনিকুঞ্জ থৌগঞ্জরি অনীমক্কী লুচিংবী সখী নিপালনা উদ্ধাবদাসনা শৈহেকচরি।

মকা লাম্না পুক্লিং কৃষ্ণ যমুনা মপান্দা।
চান্নজবী সখীশিংগা হৌবে রতি লীলা কোনবিদুনা
মীপুম তিংনা পীবিরক্লে চুম্বন
পেন্নজবে সখীমখৈ কখোক্তুনা অরৈমখৈ।
হকথেংনরুবনা অসুম কৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গগা
থিংঙমদরে কামগী মৈরী থম্মোয সখীশিংগী।
রাধা কৃষ্ণ অনীমক্লা সখীশিং লোয়ননা।
বাস চক্রদা লেঙশিল্লে হরাও মথোই কানা।

য়েংউনে সখী, শ্রীবাধা গোবিন্দ অনীগী ফজবসে। নীংথিজৈ কযাদা খোয়থুম্নবা শক্লা। হেনগৎলকই মীকুপ খুদিং শুম্মৎলি কাম কোটি কয়া সনাথক্কী তম্ফারেন্না ওইদে করি চাংদম্ফম, ঙমখৈ ওইনৈ অহেন অহেনবনা। লৈতেংগী লৈতেং ওইবা কনানবু শেম্বা। শ্রীরাধা গোবিন্দবু চাংদমগনি করিগবু, ঙকপনা হেল্লি অসুম য়েংনা য়েংন:।

**শৈশিন-শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীথোকচোম ইবোচৌ সিংহ, মদনমোহন কোংবা

দুহার – ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা

পূংয়েবা – শ্রীমুতুম বোকুল সিংহ, পাৎশোই

য়ৈখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী য়াষ্খেনিথোইশুবা
মেলগী পূংলোন্

মফম – অনৌবম মাঙুব, ক্বাকৈথেল থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।

২৭।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# য়াঙ্খেহুমদোইশুবা শৈশক

## রস – নর্ত্তন রাস

## রাগ – আড়ালী

**সহচর সঙ্গ**– ভক্তশিংগা লোয়ননা গৌরনটরাজ শারি জগোয় গৌরাঙ্গনা সঙ্কীর্ত্তণগী ময়ায়দা। সুরধনী গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা গদাধরবু খুত্তা পায়দুনা গৌরাঙ্গনা। খোংলি যন্ত্র কয়া নুংশিবা, খোম্বাংদা শক্লি ঈশৈ নুংশিনা নীংথিবা রাগদা। ঈথক হৌরি গঙ্গা ভক্ত থম্মোয়গুম্না ওয়দা গদাধর য়েত্তা নরহরি রাই শেখরদাসনা লাউরি হরি হরি বল।

**সখীগন মেলি**– ইথক ইপোম হৌরি ঈশৈগী সুরদা তাউরি গোপীশিংনা লীকোল পরেংগুম্না। কনানা জগোয় শারি কনানা তাল থারি। খোংলি অতৈ কনানা নুংশিবা বীনা যন্ত্রনচিংবা। পূং শেল যন্ত্র মখোল শুনা লানশিল্লক্লে বৃন্দানা লাক্লে লোইনা যমুনাগী মপান্দা।

**হরিনাম মৃত**– লাক্লে লোইনা সখীশিং যমুনাগী মপান্দা। মাগী তোর্ব্বান্দা হোলীকাগী মফম, জগোয় শান্নফম রাগ ঈহৌনফম। সখী ময়াম তিন্নদুনা হরাও মথোয় কারদুনা শেল্লক্লে মন্দলী খুৎকা পায়নদুনা।

**গোকুতি**– বৃন্দাবন উমংদা যমুনা মপান্দা লৈগী বন মনুংদা শান্নে রাধা গোবিন্দ। ব্রজগোপীশিংনা কোয়না মন্দলী শানা। মালিকা মালতী শাৎলি শেফালিকা। লৈগী লৈনম ফংবদা খোইমুনা ঙংলি। লৈহী পাম্বা খোইমুশিংনা ককঙাওনরি লৈগী লৈহী থিবদা। ঙাল্লি ওয়দা শ্রীরাধিকা তনৌজবী উরীগুম্না। কোক্তা ব্রাহোং চূড়া থেৎপা মায়থোংদা করি হুমাং মরীক মরীক।

**হেম মরকঞ্জ**– কয়া নীংথিজরী কয়া ফজরি। কয়াদা নৌজরি। য়েংনৈ অনীনা মীৎকা মীৎকা চানৈ। থব্রায় হকচাং লুপ্নরিনে অনৌবা কুঞ্জ মনুংনি।

**নাচতা থুমতা**– তাদিগা তাদিগা থৈ থৈ দিগতা সখীশিংনা য়ৈরি ফজবা পূংলোন। অনৌবা রসনি উদরি তাইবংসিদা অনৌবা ঙাক্তনা তিনবা। ধকি তত থুমকি তত থয়া থয়া হায়না য়েরে।

**প্রান সখী ললিতে**– শারি জগোয় রাধা নীংথিবী শাথেক্লা উবদা ললিতানা হরাউজে। শ্রীকৃষ্ণনা তাল থারি অরুবতা খল্লদুনা। হন্দক্তি চেকশিল্লু ঐনা পীরিবা অসিদা শারো য়েংসি। খোংলি যন্ত্র সখীশিংনা থারি খুৎনা শ্রীকৃষ্ণনা অরু অরুবতা খল্লদুনা। শারি জগোয় রাধানা কৃষ্ণবু শুন্দ্ধৎনা। ওক্লরি উবদা মথোয় কাবী সখীশিংনা। হায়নৈ শোন্নৈ ফজৈ লাউনৈ জয় ধ্বনি।

**হাবিধি বিধাতা**– কৃষ্ণনা হুক্লে গুঞ্জাগী পরেং রাধাদা। শিজিল্লে রাধাগী ঙক্তা লীকথাং চানা শেমই। হায়জৈ রাই শেখরদাসনা ফাওরি অনুরাগ। যমুনা মপান্দা মালয়া ইপোম ঈশিংসু কংফালসু লৈতনা ৱাহোং জগোয় শারি ককঙাওনরি খোইমু। পঞ্চম সুরদা কোকিলনা খোংলি কুহু কুহু হায়না খোঙ্খাং কায়দনা।
**দেখ দেখ**– শ্যামগী নাক্তা রাধিকা রাইগী নাক্তা শ্যামেরগী ফৃয়না হৌবা নোংথাংনা ঙানবগুম। অঙকপনি রসসে তুংনফমনি কলা রস ঙাওচৎনৈ প্রেমগী মপূ শুন্দ্ধৎলি মাবু কাউই থানা মাগী খোঙচৎ মতুং ইনবা। থৱানমিচাকশিংনা মৈগী মৈরা পাইবগুম্না। থৱানমিচাকশিংনা মাবু উবদা ইকায়দুনা লোৎখরে থোঙমদরে নুমিৎ। গোবিন্দদাসকী মবুংঙো শান্নৈ রাস লীলা। য়েংউ য়েংউ কয়া পূক্লিং হুরি, শ্রীগোবিন্দদা পূমঙাল ঙাল্লি যমুনাগী মপান্দা।

জয় ওইহরি রাসেশ্বরী শ্রীরাধিকা। বৃষভানুনা পোকপী গোপীগী লুচিংবী। কদমগী মখোঙদা নুংশিনা বাঁশী খোংলি।

## মেন অওনবা

**বার হইল** – কয়া নুংশি মিরবা মুরুলী খোঞ্জেলনা। ঙাল্লি শ্রীহরিনা রাধিকাগা লোয়ননা। গোপীশিংগী মরক্তা অনীনা ঙাহ্নেহৈরি। প্রকৃতিদগী থোইরবী রাধিকা শকহেনবী জগতকী মবুংঙো ব্রজনিংথৌগী মচা। জগোয় শামিন্নৈ ঈশৈ শকমিন্নৈ সখী ময়ামগী শ্রীরাসমণ্ডলদা। ভাগ্যচন্দ্রদাসনা খুরুমজরি অনীদা, চণ্ডজৈ চরন খাদা। পীনবিয়ু কৃপাগী মীৎয়েং। রাসলীলা লোইরবদা নিভৃত কুঞ্জদা সখীশিংনা ঙাল্লে।

## তাঞ্চপ

**যাজলী বিনোদিনী**– হে শিংলবী সখীশিংনা খণ্ডলদুনা, ঈঙ্গিত তৌনৈ। মাগী মাগী কুঞ্জ পাংখ্রে। ওইথোক্তবা লীলা রসনি। কুঞ্জ শঙ্গাই মনুংদা লৈগী শয্যা

মথক্তা অনীনা অমত্তা ওইনা ঙাল্লি। নোংলক্কী নোংথাংনি, লৈদা খোইমুনি, অহিং নুংথিল অনীনা পূনবা।

**কাঞ্চন মূর্ত্তি** – অনৌবা তোমালদা নোংথাংনা য়েৎপা কয়াদা নীংথিবা। য়েংউ নীংথিবা মায়থোংদা। হুমাং মবীক মরীক কারি। হরাও তুজুংনরি হকচাং পূম্বা। কিঙ্কিনী খোঙ্ছাং খুজীগী মখোল।

**রুনু ঝুনু**– রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু মনি নুপুবনা। ফিজেৎ লৈতেংনরি নীংবা থুংনা পূক্লিং মকা লাম্লা। উবদা হবিনা বাধা মাযথোং থম্বাল কূপ্লি খঙদরি মীৎকী পিনা। রাধা মোহন্না হায়জৈ পেনবা কৌবা লৈররোই। যুগ কয়া কয়াদা য়েংনিংগনি অদুম।

## মেনকুপ

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী শ্রীচবন্দা, কচ্চবনি থৱায় মঙা চঙজবনি চানবিয়ুবা। চঙজফম লৈজদে শ্রীচরন্দা নত্তনা। লম্বী লমজিংবিয়ু লীলা য়াওহনবিয়ু, নিজৈ ফীগাও শানা। লানঙমদ্রবা ঈপাক লাঞ্জ ফংঙমদ্রবা শ্রীচরন ফংজ কুঞ্জ লীলা তুংইঞ্জগে অহিং-নুংথিল থৌগঞ্জগে। হে ইবুংঙো, চূড়ানা লৈতেংবা ফূয়না নোংহৌ ঙমজবা রাসেশ্বরীনা ওয়দা লেপ্লিবা মূর্ত্তিদো পামজৈ উজবা। জয় ওইরে শ্রীরাধা গোবিন্দনা

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীলাইশ্রম গন্ধ সিংহ, খাঙবোক।

দুহার – ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা

পূংয়ৈবা – শ্রীরাহেংবম মৈন্য সিংহ, ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল

য়ৈথিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী য়াঙ্খেহুমদোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনৌবম মাঙুব, ক্বাকৈথেল থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।

তাং ২৮। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## য়াঙ্খেমরিশুবা শৈশক

## রস – প্রহেলিকা

## রাগ – ঝঞ্জতি

শ্রীগৌবাঙ্গনা পোকপিববে এ। কলি জীব লানবিববে। সঙ্কীর্ত্তণ লিংবিববে। হা কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙো ঙানবিববে। ভক্ত মযাম লোযনবক্লে, শ্রীবাস অঙ্গোন্দা যৌবক্লে। হবি সঙ্কীর্ত্তণ হৌবক্লে।

সঙ্কীর্ত্তণগী মযাইদা ব্রজ প্রেম্না ঙাওবক্লে কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লক্লে। সাত্ত্বিক প্রেম ফাওবক্লে স্বতিক প্রেম্না লৈতেংলক্লে গৌবনা ব্রজ প্রেম্না ঙাওবে।

### অনিকপা

লৈনা জগোয শাবক্লে প্রভুনা চান্নববা ভক্তশিংগা লোযননা। লৈগী চূড়া কোক্তা থেংলে। উনা বাঁশী শেল্লে। চীনবালদা থোংলে থেক্লা চেপ্না লৈবক্লে। নাপ্পদা নাইলনা হাইবে, লৈতেংশিংনা পূল্লং লংলে। ঝিং ঝিং হাযনা হৌবক্লে। চবন থাংলে খোঙজীনা নিল্লে। পি পি বাঁশী খোংলে। নুংশি মবোল হাপ্লে। বাধা বাধা কৌবক্লে। ব্রজলীলা নীংশিংলক্লে। বাস দেব ঘোষনা খঙলে প্রহেলিকা বসনা ঙাল্লে।

হাইবে, হাইবে লৈগী পবেংনা, হাইবে মতোমত হাইবা নত্তে, জগত পুম্বা লোইনা হাইবে। শ্রীগৌবাঙ্গনা হাইবে, যেংবা মীসু লোইনা নোম্লে। হকচাংদসু নোংথাংনি, লৈতেংনাইলসু নোংথাংনি। নোংসু মংদে নোংসু চুদে নোংথাং কাবন হাইবে। বাধাগী লমন শিংবিববে, জীবগীদমক ব্রাবীববে। নীংথিবা শাথেক উহনবিবে ভক্তপ্রেমবু তম্বীববে। প্রেমগী মূর্ত্তিনা ঙানবিববে। প্রেমগী মশক তাকপিববে, চংনবা লম্বী উহনবিবে ভক্তি মাপল তম্বীববে।

### মেন

রাধা কৃষ্ণ অনীনা কুঞ্জদা দর্শন ওইরে। সখী ময়াম লোয়নরক্লে বন ভ্রমন ওইরক্লে। রাস মণ্ডল লেঙশিল্লক্লে রাস লীলা শান্নরক্লে।

### অওনবা

**তানুম দেরেনা**– বীনা যন্ত্র খোংলক্লে। রাধা শ্যাম অনীনা রাস বিশ্রাম ওইখরে। নিভৃত মন্দিরদা অনীনা লেঙশিনখরে। সখী ময়াম্না মাগী মাগী সেবা লাঙজখরে। নৌববী ফজবী কনাগুম্বী সখী মবুংঙোগী সেবা মানা লাঙজখরে। নিভৃত কুঞ্জদা মাধবী শয্যাথক্তা রাধা শ্যাম অনীনা পূন্না চেপখরে। লীলানা লৈতেংলে। ঘাস বিন্দুনা হক চাংদা থৌগল্লে। লীলা সম্পুর্ন ওইরে। অনিনা লেঙখৎলে; তপ্না তপ্না লেঙথোরক্লে। সখীশিংনা উরে ময়াম পূন্না চেনশিনখরে, অনীগী সেবা লাঙজখবে।

### তাঞ্চপ

ময়ামগা লোযননা ঈশিংদা লেঙখরে শান্নে জলকেলি। ঈশিংগী লানফম ঈশিং চাইনৈ, খুজোক খুজোক থন্না শোক্লে চাইনৈ। অমনা অমদা চাইনৈ। কৃষ্ণ লোৎলগে খল্লে। গোপী মযাম অমতা ওইরে, কৃষ্ণ মতোমতা ঙায়রে। মায়থিরে, ঈশিং চাইনবে। থৱান থাগী নোংজুগুম চাংদমনিঙাই লৈতনা ফজৈ। ঈশিংদা লৈহাউ পরেং শাৎলে শ্যাম নাগর লৈহী পেন্না চুপ্লে।

### মেনকুপ মপী

অনীনা লেঙখৎলে, অকংবা ফিনা লৈতেংলক্লে। সখী ময়ামসু মাগী মাগী ইবুংঙোনা লেঙশিল্লক্লে রাধিকাগী লৈতেং শেন্নে। সখীশিংনা খুবাক খূরে। প্রহেলিকা ৱাঙাঙনা শাউরে।

### লোল

শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী লৈতেং পূন্নমক শেন্বা উবদা সখীশিংনা পেঞ্জখি। মতম্না হিয়াঙ্গৈ ঋতু ওইবনা রাধা শ্যাম অনী শয্যাদগী লেঙখৎলক্লে। অনীবু উজবদা সখীশিংনা প্রার্থনা কচ্চখি।

য়েংঙুনে ইতা ঙসি কুঞ্জদা নোংঙাল্লমদাইদা থম্বাল অনী শাৎলে। সনাগী থম্বালদা অশংবা থেৎলে, অশংবা থম্বালদা সনাসু য়াওরে। পীনহৈবা ইবুঙো

নিজবি ঐখোযনা চবন অনীদা। স্বগগী নুংঙাইবা পামজদেনে, বৈকুন্ঠদসু লৈজনিংদে। বৃন্দাবন্দা লৈজেগে গোপী ওইগে লীলা মতোল লোম্না পাউখোল্লোই ওইজগে।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীফুবাইলাংপম কুলচন্দ্র শর্ম্ম, তেবা কৈথেল, ইম্ফাল।

দুহাব – শ্রীএলাংবম মনি সিংহ, ওযনাম শওম্বুং

পূংযেবা – শ্রীঙাংবম যাইমবী সিংহ, চিংঙা মথক, ইম্ফাল

যৌথিবা – বাজমেল ৬৪ (হুস্ফুমবি) গী যাঙ্খেমবিশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনৌবম মাগুব, ক্বাকৈথেল থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।

তাং ২৮। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# য়াঙ্খেমঙাশুবা শৈশক

## রস – সুতল

## রাগ – ঝলার

**জয় সতী–** নোদিয়াদা শান্নরি শ্রীগৌরাঙ্গনা ভক্তশিংগা লোয়ননা নুঙাইনা। ব্রজ ভাব রস চুপ্লি অহিং নুংথিলদা প্রভুগী হৃদিদা ফাওরকপা ভাব নয়ন্দা। উরকপনিনা শান্নে মতম পুন্নমক্তা। রাধা কৃষ্ণ সুতল রস চুপ্লি গৌরাঙ্গনা।

প্রভু চেপ্লি নীংথিবা শয্যাদা। ঙাইহাক তৃমলুরগা উরক্লে ভাব নয়ন্দা। অহিং মমৈদা উরোল শারোল তৃম্লগা ওইরকপা ভাব ভঙ্গীদো খঙনৈ ভক্তশিংনা। অসিগুম্বা ব্রজগী রস নদীয়াদা ফোঙলি শ্রীগৌরাঙ্গনা। অসিগুম্বা গৌরাঙ্গনা চুপ্লিবা রস তমজৈ রাধা মোহন দাসনা।

**হেম মরকট–** য়েংঙু ঙাল্লি রাধা মাধব অনী পূন্না তোমাল পাম্বীদা সনাগী উরীনা য়েথলি। নুমিৎ থাগুম্না ঙাল্লি নিকুঞ্জদা রাধা শ্যাম পূন্না। রতি লীলা মপুং ফারদুনা পোথরি অনী পূন্না নিভৃত নিকুঞ্জদা। থৌগঞ্জরি মনুং চনবী সখীশিংনা। মতম য়েংজদুনা সখীশিংসু লৈনখরে মাগী মাগী কুঞ্জদা। চেপ্লি নিকুঞ্জদা নুমিৎ থা অনীনা ঙাল্লি পূন্না।

অসি হায়না হায়না অসুম অসুম লেঙখরে ব্রজগোপী পুন্নমক্না। লৈপাক থক্তা ওল্লে। গৌরাঙ্গনা হায়জরকই, ৰাখল পুম্বা শুরে।

### চারি তাল

থৌগল চঙবী সখীশিংনা চামর থৌগঞ্জরি, পুক্লিং পেন্না। যমুনাগী ঈশিং মনম নুংশিবা থমজৈ ঝারি থন্না থন্না। মন্দির মনাক্তা চরন সেবা ঙাইজৈ সখী গোবিন্দ দাসনা। খুজী নাচি কিঙ্কিনীগী খোঞ্জেলনা কয়া নীংথিজরি কুঞ্জ ভুবন। লোন্না চীক্লা সখীশিংনা পাউমেঞ্জরি নাপ্প চীক্লা। ঈচীক হুল্লে কুঞ্জ শঙ্গাই। অসিগুম্বা রাধা শ্যামগী লীলাবু শকচৈ রাধা বল্লভ দাসনা।

## মেন

শ্রীরাধা গোবিন্দগী সেবাবু করম্বা মতমদা ফংজগদবা বৃন্দাবন্দা লৈজদুনা কুঞ্জ খুদিং কোয়জরুবা। নিভৃত নিকুঞ্জদা চেপ্লিবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী সেবা ঙাইরুবা, গুরু সখীগী সেবা ঙাইজবা।

## অওনবা

য়াওজরুবা রাধা শ্যামগী নীতি লীলা রাধা বল্লভ দাস ঐনা। প্রেম লীলা শান্নবদো করম্বা মতমদা ফংজগবা। প্রেম রসনা থল্লবা শা উচেক পূম্নমক্না তৃমীন তৃমীন্না মতম ঙাইজবদো করম্বা মতমদা ফংজগবা। ব্রাহোং কোকিলনা উশা থক্তা পেন্না পেন্না য়েংজদুনা লৈবদো কৈদৌঙৈ উজগবা। প্রেমরস থক্তুনা গোপীশিংনা ঙাওবদো কৈদৌঙৈদা উগবা। কুঞ্জগী থোঙদা য়ৌজরগা গুরু সখীগী ইঙ্গিৎ কাইজবদো কৈদৌঙৈদা থোক্লগবা। চৎলো পূক্লিং শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈজরুরো কুঞ্জবন্দা। যমুনাগী ঈশিং খুজোক থন্না থকচরুরো। কুঞ্জগী লীলা খুদিং য়েংজরুরো।

## তাঞ্চপ

শ্রীরাধা শ্যাম অনীনা রতি লীলা মপুং ফারদুনা লৈতেংলে অনৌবা ফীজোল। হৈশিংবী সখিশিংনা চন্দন কচ্চরি নীংথিনা। পান্না খুদপ কচ্চরি রাধা শ্যাম। কনানা চামর থৌগঞ্জরি। তপ্না তপ্না অনীগী শক্তম য়েংজরি রাধা বল্লভ দাসনা।

## মেনকুপ মপী

অচীকপা নিকুঞ্জদা লেঙশিল্লি রাধা শ্যাম্না। তপ্না ঈংনা লৈরি রাধা গোবিন্দনা। লৈগী শয্যাদা ঙাল্লি নুমিৎ থাগুম। শা উচেক পূম্বা তৃমীন্না লৈ মতম ঙাইদুনা। খোন থোক্লা শোন্দে রাধা শ্যামগী গুন চেপ্পা কায়নি খন্দুনা তৃমীন তৃমীন লৈনৈ লোইনা। নুপুর কিঙ্কিনী কঙ্কোনসু হৌদে অনীগী চেপ্পা কায়নি খন্দুনা। ব্রাহোংসু জগোয় শাদে কোকিলসু খোঙদে খোইমুসু ঙংদে অসুম্না লোইনা।

নিকুঞ্জ ইচীক হুল্লে, শ্রীঅঙ্গদা থৌগঞ্জরি, চন্দন গন্ধ পুরবা, চন্দন মনম পুরবা নুংশিংনা থৌগঞ্জরি লিরি লিরি হুমদুনা।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীহুইরেম নিত্যাই সিংহ, নাউরোমথোং, ইম্ফাল।

দুহাব – শ্রীকোন্দুম সিংহ, তেবা লুক্রাম লৈরক, ইম্ফাল

পূংয়েবা – শ্রীএলাংবম পিশক সিংহ, তেরা কৈথেল, ইম্ফাল।

য়েখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী য়াঙ্খেমঙাশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনৌবম মাণ্ডব, ক্বাকৈথেল থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।

তাং ২৯।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# য়াঙ্খেতরুকশুবা শৈশক

## রস – মহারাস

## রাগ – নারায়নী

ব্রজলীলা নীংশিংলক্লে গৌবগী পূক্লিংদা। যমুনানি খনখবে সুবধনী গঙ্গাবু উবদা। লৈগী বন যেংলগা বৃন্দাবন্নি খল্লক্লে। ভক্তশিংবু উবগা ব্রজগোপীনি খল্লক্লে। পূংগী পূংলোন নীংশিংলক্লে, তালগী তাঞ্জা যেংলক্লে পূক্লিং হুবা সুবদা ঈশৈ শকলক্লে। গৌবাঙ্গ প্রভুনা শাবক্লে জগোয ব্রজদা শান্নবম্বা অদুগুম্না। ফোঙদোবক্লে, নদীযাসিদা ব্রজদা শান্নখিবা লীলাগুম্না। গৌবগী জগোয উজে মনাই বাসু ঘোষনা হবাউজে-কপচৈ গৌববু যেংদুনা।

গৌবাঙ্গসে কয়া নীংথিজে, যেংউ কযা ঙক্লিবা। বনশিংবু নীংশিংলক্লে বৃন্দাবন্নি খন্দুনা কোয়না কোয়না চেল্লি। লৈমাযথক্তা ব্রাহ্বরিবা। খঙহৌদনা বেনুগী খোঞ্জেল তাবকই। হৌগক্তুনা তথক তথক লৈনা লৈনা কোয়না য়েংলিবা। মফম খুদিং কোয়না চেল্লি অঙাওবগী মতৌগুল্লি। স্বকপ্পা ওইনা প্রভুগী নাক্তা চঙশিল্লক্লে। শ্রীচরন শোক্লা খুরুমজরি। অসুম্না শ্রীচবনবু শোকচবা কৈদৌঙৈদা ফংজগবা আশা তৌজে তোল্লবা ভাগ্যচন্দ্রনা।

### অনিকপা

নবদ্বীপকী ময়ায়দা ঈশৈ শক্লি নুংশিনা। য়েংউ সখী, ময়ায়দা ঙাছোইরি গৌরনা। উখিদরি অমুক্তা মরোল অহুম মক্তা প্রেমগী লীলা অসিগুম্বা। প্রেমগী ঈপাক অসিদা তাউজবা কৈদৌঙৈদা রাধা মোহন্না ফংজগবা।

### শ্লোক

**ভগবানপিতা–** ফজরবা শরতকী থানিলদা ফজনা মালিকানা শাৎকাইবা উবদা রাস শান্নগে খন্দুনা শ্রীভগবান্না যোগ মায়া পুথোক্লে।

## অনিকপা

মালয়াগী ইপোমদা শবতকী থানিলদা কুঞ্জবনসে লৈগী লৈনম্না হারি। মালিকা মালতী যুতি শাৎলি ময়ায় কানা খোইমুনা ঙাওরি।

## মেনগোয়

অহিংগী মতম থাবলগী ফজবা নুংশিববু উবগা শ্রীকৃষ্ণনা খোইমুগী মতৌগুম্না ককঙাওনৈ। ে াংলক্লে মুরুলী পূক্লিং হুবা সুরদা শ্যামগী বাঁশী খোঞ্জেল তারক্লে। নুংশিবব সুবনা কামগী তেঞ্জে ওইদুনা বাধাগী থম্মোযদা পাল্লবে। বাঁশী খোঞ্জেল াবদা লৈবা ঙমদ্রে। ব্রজগোপী লোন্না লোন্না বাধাগী নাক্তা য়ৌরক্লে। সখী শিংগা লোযনদুনা তৃমীন তৃমীন লেঙলক্লে মবুংঙোবু থিজবক্লে।

## অওনবা

চৎলক্লে বাধিকা নিংথৌগী মচানি, চান্নবী সখীশিংগা লোয়ননা লেঙলক্লে। মনিগী কুণ্ডলনা খোঙথাং খুদিং তনীক তনীক্লা হাযবক্লে। শাজত্তা শাথেক্তা কাংঙবু ঙমজবী ব্রজদা তোপ তোপ্না পোকপীনি। কুচুনা নোংলক্তা নোংথাংনা ইকায়জৈ। জীব কয়াগী চঙজফম ওইবীনি। বাঁশী খোঞ্জেল খোঙ্গুল লীবক্লি। শুক্লবা বনগী মনুংদা। ব্রজ গোপীশিংগা বাধিকানা মবুংঙোবু থিবা কুঞ্জ খুদিংদা।

উজরে ফংজরে থৱাযগী কৃষ্ণ চরন নাক্তা চঙজৈ খুরুমজবে। মায়থোং থম্বাল য়েংজৈ চিংনা চিংনা যেংদুনা মোমোন নোকচৈ হরাওজবে।

## শ্লোক

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা রাধিকাবু য়েংদুনা মোমোন নোক্কুনা হায়রকই।

## তাঞ্চপ

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা রাধিকাবু য়েংলগা হায়রকই। মোমোন নোক্কুনা নুংশিবা ৱাহৈনা হংলকই। অহিংগী মতম অসিদা শুক্লবা কা অসিদা করিগী লাক্লিবা। য়েংউ শরতকী থাবলনা কুঞ্জবনসে লৈতেংলি। লৈগী লৈকাদা খোইমুনা হরাওরি। থাবলদা শাৎচবী লৈরাংবু খোইমুনা ঙংদুনা লৈরাং খোঙ্গুল লীবক্লি অচিকপা অহিংদা। অসিগুম্বা প্রেমগী ৱাহৈ গোবিন্দ দাসনা শকচৈদা।

### শ্লোক

ইবুংঙোগী ব্বাহৈ তারগা শ্রীমতী রাধিকানা কপ্ল কপ্লা হায়রকই।

### মেনকুপ মপী

তাবিয়ু ইবুংঙো ব্রজগী থা ওইবা মুরুলী খোঞ্জেলনা ইশা পায়দুনা চিংলক্লে ননাই ওইবী ঐখোয়বু। লৌনমদুনা ঙকহল্লি প্রেমগী মৈচাক হেলহল্লি। মৈচাক ঈংননবা প্রেমগী অমৃত খীকপিরি। শ্রীচরন্দা নিজরি তোল্লবী ননাই ওইবী ঐখোয়না।

### লোল

ব্রজগোপিগী নুংশিবা অব্বাবা উবদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা হৌরে রাসলীলা। খুরুমজবি য়েংজরি ভাগ্যচন্দ্রনা

### মেনকুপ

রাস হৌরক্লে নুঙাইববা যমুনা মপান্দা শান্নরি রাধা শ্যাম্মা। বাগ কয়া ঈশৈ শক্কুনা তালগী তাছ য়েংদুনা।

### শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীলাইশ্রম য়াইমা সিংহ, নোংমৈবুং, ইম্ফাল

দুহার – শ্রীসলাম তোম্বী সিংহ, কুবাও মখোঙ ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল

পূংয়েবা – শ্রীময়াংলম্বম নিংথেমজাও সিংহ, অব্বাং খুনৌ।

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী য়াঙ্খেতরুকশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – অনৌবম মাঙব, ক্বাকৈথেল থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।

তাং ২৯। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## য়াঙ্খেতরেৎ শুবা শৈশক

## রস – অন্তর্ধান

## রাগ – গাজি

হরি হরি শোললিয়ে ব্রজ লীলা নীংশিংদুনা গৌরনা। হীক্লা হীক্লা কপ্লে গৌর লৈমায়থক্তা ওল্লদুনা। রাস লীলা নীংশিংদুনা গদাধর নরহরি খুত্তা পায়রগা ব্রজনাথ কৌদুনা। কদায়দনো বৃন্দাবন্না কদায়দনো নিধুবন্না। বৃন্দাবনগী গুনবু শক্লি ৱাহে মচেৎ মচেৎ ওইনা। খণ্ডবদা ঙমদ্রবা প্রেমতগী ঈহৌনা। অসিগুম্বা লীলা রসসে শকচৈ যদুনাথনা।

**লোল**

অহানবদা গৌরাঙ্গগী লীলা খর শোঞ্জরে। অসিগী তুংদা কৃষ্ণনা অন্তর্ধানগী লীলা খর খর শোঞ্জরগে।

রাধা কৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস শান্নে। শান্নরিবদি এক গোপী এক শ্যামনি। গোপীশিংনা নৱাংবা উবদা খঙহৌদনা মাঙখরে। কৃষ্ণবু উদ্রবদা থৱায় ৱানা গোপীশিংনা কৃষ্ণবু থিরক্লে।

ব্রজ গোপী ময়াম্না বন্দা কোয়না থিরি শ্রীকৃষ্ণবু। ইৱাল করি লৈদুনা হুন্দোক্লন্লিবা ঐখোয়সিবু। উদা ৱাদা কোইহং হংলি, কৃষ্ণ লেঙখিবা উহৌবরা। খোংনাংবট, অশোক পাম্বী, নাগেশ্বর, লৈহাউ পাম্বী নখোয় উহৌদবরা। মোমোন নোকপা মীনোক্লা গোপী থম্মোয় হুখরে। থৱায় ওইবা কৃষ্ণ উজবা ফংদরে। তোল্লি গোপী ঐখোয় করম হিংগদৌরি।

অসোমদদি রাধানা হায়জরকই কৃষ্ণদা, পাঙ্গল শোনবী রাধাবু পোরগা অমুক্তা পুবিরো। তিংখং তুম্বৌ মরক্তা খোঙবু থাংবা ঙমদরে। রাধাগী নাপল উবদা খঙহৌদনা মাঙখরে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌদুনা লৈমায় থক্তা ওনখরে।

## লোল

কপ্তুনা লৈরিবী রাধাগা গোপীশিংগা থেংনরে। অৱাবা ৱাবী শাদুনা হীক্লা হীক্লা কপ্লবে। ইতাশা, ঐখোয়না কদায়দা থিরুনি। মহাক্তি মফম খুদিংদা শীনবা থুংন লৈবনি। মহাক্তি মহাক্কী নাম গুন শোঞ্জবা মফমদসু লৈগনি। অসি হায়দুনা যমুনা মপান্দা কৃষ্ণগী লীলা খিবিকপু গোপীশিংনা শকচরি। অসিগুম্বা লীলা রসসে উদ্ধব দাসনা শকচরি।

## মেনহৌ

গোপীশিংনা ৱাজবসে উবিদুনা শ্রীহরি ফাওবিববে গোপী মাঙদা। শিববা হকচাংনা থৱায় অমুক ফংবগুম্না হরাউনরে গোপী পূম্বা নোংবু ঙাইবী নোঙৌবীনা জগোয় শারি নোংগী লক্তা। কায়না মৈশা লাংবী গোপী অমৃত ঈবীক ফংজবেদো। মোমোন নোকপা শ্যামগী মায়থোং য়েংজে পেন্না জ্ঞান দাসনা।

## মেন অওনবা

যমুনা মপান্দা কৃষ্ণনা ঙাহৌইরি গোপীশিংগা লোযননা জগোয বাস হৌবে। পূংলোনসু যৈবক্লে। ঈশৈবু শক্লক্লে। ফজবা শাথেক্তা লৈনা জগোয শারে। খুৎকা খুৎকা পাযনবি, মীৎকা মীৎকা চানবি, নীংথিববীশিং। যোগেশ্বর কৃষ্ণনা মুর্ত্তি ময়াম পুথোক্লে। গোপীশিংগী নাক্তা কৃষ্ণ অমমম উহল্লে। গোপীশিংনা নীংজবা লমন শিংবিববে। মপোক কয়ারক্তা তাঞ্জবা মরলনো। রাস লীলা লোইরদুনা সিংহসন্দা লেঙশিল্লক্লে।

## তাঞ্চপ

যেংঙু ইতা, অনী অসে অঙকপা শকফম্নি। অঙকপা শকফমনি। পূক্লিং পেন্না য়েংজহৌসি। ফংঙমদ্রবা লনবু ঙসি ফংজরে। নুমিৎ থাসু পূন্না থোক্লে। থরো-থম্বাল পূন্না শাৎলে। নোংগী লক্তা নোংথাং জগোয় শারে।

## জলকেলি

বাধা কৃষ্ণ সখীশিংগা যমুনাদা কুমথরে। ঈপাক থক্তা শান্নরে মীচঙ মীচঙ নাইনবে। ঈশিং ৱা ৱা চাইশিন্নৈ থম্বাল হেক্তুনা লংশিন্নৈ। খুবাক খুনা নোক্লরি নুঙাইবা ঈপাক্তা তাউখরে। জলকেলি লোইদুনা ফিজেৎ লৈতেং হোংখরে। মনি মন্দিরদা লেঙশিল্লে অথুম অহাউ কচ্চরে। পূক্লিং পেন্না হাবিরে

পানা খুদপ চাবীরে। রাধা কৃষ্ণগী প্রসাদী সখীশিংনা ফংজরে। মাগী মাগী কুঞ্জদা চঙনখরে গোপীশিং। ললিতা নন্দ কুঞ্জদা রাধা কৃষ্ণ চেপখরে। নৌনা চঙজে অনীগী সেবা নরোত্তম দাসনা উইথরকপা মীৎফম পূক্লিং পেন্না য়েংজরে।

## লোল

মতাং অসিদা নারোত্তম দাসনা গোপী ভাব লৌজদুনা হায়রকই।

## প্রর্থনা

করি খঙজদ্রবী ঐনা থৌজাল মীৎয়েং ফংবদা অমুক্তং, লৈফম খঙলোই হরাউবনা। সেবাগী মতম ঙাইজদুনা চামর থৌগল ফংজনিংই, কচ্চনিংই কর্পূর তাম্বুল। পীনৌ নিজৈ প্রেম সেবা নখোঙ থম্বাল অনীমক্তা থৌরাংজৈ ননাইনা অসিতবু। পীনৌ খুয়া থম্বাল লৈহী ককঙাওনরী পূক্লিং খোইমু পামজদে অতৈ নাবোতম দাসনা।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীখোঙনেম সিংহ, ৱাবগাই

দুহার – শ্রীসাপম যুগে সিংহ, ৱাবগাই

পূংয়েবা – শ্রীহুইরেম নিলা সিংহ, উচেক্কোন

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী য়াক্কৈতরেৎশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – জগবন্ধু মাগুব, উরিপোক, ইম্ফাল

তাং ৩০। ৬। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## য়াঔেনিপাল শুবা শৈশক

## রস – মাথুর ভাবী

## রাগ – হামির

শ্রীগৌরাঙ্গনা শান্নরি ব্রজলীলা তত্তনা। ব্রজদা ওইখিবা অদু উরক্লে ভাব নয়ন্না। রাধা ভাব চগুলক্কুনা হায়রক্লে গৌরনা।

লাক্লে ব্রজসিদা মপূক ফত্তবা অক্রুর। পুবিখিদৌরে থৰায় ওইৰা শ্রীগোবিন্দবু। অসি হায়দুনা লৈপাক্ত ওন্দুনা কপ্লক্লে। গৌরগী ভাব রসবু রাধা বল্লভ দাসনা চুপ্লি।

তাইদ্দবা ৰা ঙাক্তা নিন্নরক্লে মায়কৈ খুদিংদা ঙাঙনরক্লে। মমিংদি বৈষ্ণব অঙ্কুর শাজত্তি হুরানবনি। হয়েংদি পুবিখিদৌরে ঐখোয়গী থৰায় ওইৰা শ্যাম। করি উপায়নো য়েংঙু নখোয়না ইবুংঙো লেঙখিদনবা। হায়জৌ মখোঙ পায়দুনা অহিং কৌবী দেৰীদা। অহিংদা থোকপা থা থৰানমিচাক্তা হায়জসি নোঙান্দনবা। কালিন্দীদা হায়জহৌসি থিংবিয়ু নোং ঙানখিদনবা। নত্রবদি থৰায় থাগনি শোয়দনা রাধা ঐনা।

শ্রীমতী ৰাবীগনু হে-রাধে লেংঙুরবসু শোয়দনা লেঙলকনি খঙজে। ঐখোয় সখীশীংনা ইবেম্মা নঙ উদবদা কোয়না ঙাওদুনা চেনবা কৃষ্ণনি। রাধে নঙগী কুণ্ড মপান্দা রাধা রাধা শোল্লদুনা কপ্পুনতা লৈবদো সখী ঐখোয়না উজে। হায়না হায়না হয়েংদি চৎখিগনি শ্যাম। পূর্ণিমা থানিল ঙমজবা মায়থোং মোমোন নোকপা মীনোক করম্না কাউসিগে ঐনা।

খোইখোইবা মীৎয়েংনা কোকিলগী সুর ঙমজরবা নুংশিবা খোঞোক করম্না কাউগদগে রাধা ঐনা। মীকুপ অমা উদবদা যুগ কয়া উদবগুম্না ৰাজরবী রাধানি। অসুম্না ঙাঙনরম্বদগী স্বর ফুল্লে লৈমায়দা ওল্লে। চেনশিন্দুনা কোনখৎচৈ সখীনা শ্রীমতী রাধিকাবু। গোবিন্দ দাসনা য়েংজে স্বর মপী হোন্না ইবেম্মগী নাকোংদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লক্লে সখীনা নয়ন পাঙলক্লে। অপোম্বা থম্বালনা পোম্বোম শাৎকাইবগুম্না রাধিকাবু তপথহল্লগা লাক্লে সখীনা কৃষ্ণগী নাক্তা। কৃষ্ণ দুতী লাক্লে, লাক্লে রাধাগী মাঙদা। অনীগী অপুনবা শক্তম উবদা হরাউজে যদুনন্দন দাসনা।

করিবু হায়সিগে রাধে নিংথৌগী মনাই লাক্লে। চৎপা তরে হয়েংদি শোয়দনা। চৎলুখিগে রাধে। বিদায় পীয়ু রাধে। ঐবু নঙনা চানবিয়ু। কায়না মৈনা চাক্লকপনা লৈরে রাধা ফুম্বংননা। ঙইহাক লৈরগা হায়রকই শ্রীমতি রাধিকানা। লেঙবীয়ু মাঙদা ইবুংঙোনা, রাধাগী থৱায় মঙাসি ইঞ্জগে তুংদা। পাপ চেনবী দেহেসে ইঞ্জগে লৈজসনু হৌজিকমক। থৱায় থাদোক্লে নমাঙমক্তদা নত্রগা বাঁশীদু থম্বীরম্মু মৈচাক ঈংজনবা। ইবুংঙোগী বাঁশীদু য়েংজরগা ঈংজবা ঙম্বরা য়েংজগে ননাই রাধানা অসি হায়রদুনা নিজরি রাধানা হন্না হন্না বাঁশীসু নহাক্কী। নহাক্ল ওইবনি থম্বীরম্মু বাঁশীদু।

নঙগী বাঁশীনা অকংবা উবু য়েন্নীং চোংহন্দুনা হিংহনবনি। অঙকপা বাঁশীনি মরোল অহুম্বু শুক্ষৎপনি। থম্বীরম্মু ননাই রাধাদা

তৌবা ঙম্বা বাঁশীনি গোপীগী থম্মোয় হুবনি। কালাদো ঐখোয়গী য়েক্ল বনি। মদুতা পায়রগা ঈংবা ঙম্বরা য়েংগে। ঈংদ্রগা থৱায় থাদোক্লনি হু চাদুনা।

অসিগুম্বা রাধাগী অরেপ্পা ৱাহৈশিংদু তারগা গোপীশিংনা ৱাহৈ কয়ানা লৈশী-লৈথোঞ্জদুনার থেমজিন্দুনা পুশিল্লে নিকুঞ্জদা। রাধাগী অরেপ্পা ৱাদো তারগা গোপীশিংনা ৱাহৈ কয়ানা থেমজিঞ্জরে। অশাউবা নেমথখরে রাধা। নিকুঞ্জগী মনুংদা রাধা শ্যাম পুন্না ঙাল্লে। সখীশিংনা কুঞ্জদা লৈরে। প্রেমগী ঈথক ইপোমদা তাউরি রাধা গোবিন্দ।

রতি লীলা মপূং ফারে। অনৌবা ফিজেৎ লৈতেংলে। অনীগী ৱাপ্পু উজবদা হরাউজরি বিদ্যাপতিনা। অনীগী ৱাপ্পু উজরগা জয় ওইরি রাধা শ্যাম্না। শ্রীবৃন্দাবন্দা অনীগী শ্রীচরন্দা গোপীগী আত্মা কচ্চরি।

হে রাধে শ্রীগোবিন্দ পীনবিয়ু চরন সেবা।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

| | | |
|---|---|---|
| ঈশৈ শকপা | – | শ্রীনাওরেম নন্দকিশোর সিংহ, নাওরেম লৈকাই, ইম্ফাল |
| দুহার | – | ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা |
| পূংয়ৈবা | – | শ্রীচিংগাংবম অঙৌ সিংহ, কোংপাল |
| য়ৈখিবা | – | রাজমেল ৬৪ (হুস্ফুমরি) গী য়াঙ্খৈনিপালশুবা মেলগী পূংলোন্ |
| মফম | – | জগবন্ধু মাঙুব, উরিপোক, ইম্ফাল |

তাং ৩০।৬।১৯৮৯ ইং।

• • •

# য়াঙ্খেমাপল শুবা শৈশক

## রস – ভবন বিরহ

## রাগ – কালি

অসি ফাওবা থাগে হায়দে থব্রায় ইতা। য়েংবগী পেন্দবা পা-ত-না পলহনবা। লৈখরে মাদি লমদম তাম্না। কপ্লি শ্রীগৌরাঙ্গ অহীকপা খোছাংদা, অসুম হায়না ঙসি অয়ুক্তা। পুখরে অক্রুরনা চৎখরে শ্যাম কানু। ইনথরি অপঙবা গোপশিংবু। অতৈ লৈতে গতি অমা। থোকহনখিদে গুরুজন্না। ৱাৎপা লৈতে মীফত্তসু। ভাবা বেশদা হায়রকই গৌরনা অসুম হাইহৎলি অদুম লৈমায়থক্তা। শীছরি মিস্নাদা ঈরোং ফাংনা গঙ্গা ঈচেল, চোৎহন্দুনা পৃথী লৈমায়থক।

তাখরেনে থোকলম্বা থাজ অরেম্বা ওইরে মন্ত্র যন্ত্র। চাইরে সিন্দুর নোংপোক চীঙ্খে তমথিনা তাক্লি লোইরেদো ঙসি য়েংউ ইতা পাপী অক্রুরনা পুখিদৌরে হরি মধুপুরদা। মঙ্গল তৌরি ব্রাহ্মণ অহলশিংনা। হৌনা লোনচৎ খঙদে গোপীশিংসু কনানা করি হায়নবা লৈতে খঙলবমক্তা চৎখ্রনি হরি। ব্রজনিংথৌ রানী অনীসু থমায়শিনবিরে কনাননো। খঙলে মসি বিথিতননি ৱাহললিবা গোবিন্দ দাস।

ৱানদে কনামত্তা গোকুলদা ইতা। লুপ্নদে অমত্তা অব্রা ঈপাক নুংশিদা, গোপ গোপী কনানসু। হীক্লা হৈনা কপ্লি রাই, ওন্দুনা রথ মমাঙদা, চিংনা য়েংনা তোয়না হরি তম্না। খন্ন খন্ন অসুম্না অব্রা মৈশা খাঙনা, চৎখ্রসনু থব্রায়সু মতুংইন্না। য়াদা নাপী চীক্লা অমুক চঙলকই রামগী মাঙদ হাইহৎলুরি লৈমায়দা ওন্ন-থোইনা। অমুক ৱাছু অমুক হৌগৎ, লাল্লি ইকায় ইকি ৱাংমা, কায়না মৈনা কনমনখিবনা। রাধা মোহন প্রভুনা হায়দুনসু হল্লক্কনি, ৱাছখরি অমুক য়েংলম্লগা। ৱাছরিঙৈদা অসুম, স্তান মাঙলিঙৈদা অদুম থৌদোকখরে রথ অক্রুরনা।

## অওনবা

নিজরিনে ঙসি তোল্লবীনা, হাপ্পীয়ু চরন ঈকোকথক্তা। অপঙবী ওইবনা শাউবা মখা পোন্না লঙজখি চরন্দা হুক্লা। গুঞ্জা ঙক্ত য়েৎনা, নোনখি কয়া থোক্ল, তাখিদে থওইনা ঐনা। পায়খিবা ইখোঙদা লৈমায়দা তাদুনা লাল্লে ঙাকউ রাধা হায়না। চৎখবো হায়না ঈখোঙ থঙ্গত্তুনা থৌগনখি কোকথক্তা ঐনা। ইরাল হল্লবীনি, তায়োন্নবী ঐনি, ঙাকপীয়ুনে লাল্লি খঙনা। নিজে থৌজাল মীৎয়েং, চঙজে শ্রীচরন, নেৎপিয়ু পাপ চেনবী কোক্তা।

## তাঞ্চপ

অসুম হায়না রাধা ওনখবে লৈমায়দা। কপ্লি হীক্লা ঙাকপিয়ু হায়না। রাইগী মতৌ উরে মিস্না ঈবা চেল্লে, লৈতাঙমদে পূক্লিং কৃষ্ণ। কোনখৎপিরি বাধা, নানবিরক্লে কোক্তা, থেমজিনবিরি কয়া থোক্লা।

তপথৌ পূক্লিং রাধে, কুইগদবা নত্তে, লাক্কনি। ননাক্তা তান্না। থেমজিল্লগা অসুম তোংখৎখরে অমুক, থৌহনখরে বথ য়াঙনা। অৱাবা ইবেন্দা লুপ্লি রাম দাস, লৈজে অসুম য়েংনা লাপ্না।

উখিদরে অমুক বথ উখিদবে উফুল
তায়োন্নরে নোংদম্বনা খঙলে ঐনা লেপ্লা
ৱাঙ্থরে অসুম হাযনা লৈমায়থক্তা রাধা
স্বর হোনখিদরে রাই কোনখৎচৈ সখীনা
কপ্পরক্লে মখোল থোক্লা থৌগঞ্জবীশিংনা
লুকথদুনা নাকোংনাক্তা শোন্নৈ হরি নামমৃত।
খুৎতুম্না থবাক্তা শুনৈ কোক্তা মখুৎ হাপনৈ
ব্রজ তারে খঙহৌদনা লোইরে ঐখোয় ঙসি।
লৈনৈ য়েংনা থৱায় ৱানা রাইগী মায়থোং তম্না।
কনখিবনা প্রেমগী লীচিং ফংলে রাইগী পুন্সি।
অসিগুম্বা কায়না মৈচাক শকচৈ থম্মোয় ফূক্লা।
কপচৈ রাধা মোহন তৌফম খঙজদনা।

**শৈশক লোইরে।**

ঈশৈ শকপা – শ্রীময়াংলম্বম ইবোতোম্বী সিংহ, ইবোইশেম্বা

দুহাব – শ্রীমেলৈ সিংহ, ইবোইশেম্বা

পূংযৈবা – শ্রীমাইবম কমল সিংহ, সলাম।

যৈথিবা – বাজমেল ৬৪ (হুন্ফুমবি) গী যাঙ্খেমাপলশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – জগবন্ধু মাণ্ডব, উবিপোক, ইম্ফাল

তাং ১।৭।১৯৮৯ ইং।

• • •

## হুম্ফুশুবা শৈশক

## রস – স্বপ্ন দর্শন

## রাগ – কান্তি রাগিনী

### ভঙ্গা

শীছরক্লে মিম্না থন্বালদা নুঙাইবা ঈরা
উরম্মী মঙলান্দা গৌরকিশোর উরম্মী গৌরবু,
কোক্লে ঙম্না কায়না মৈশা
উবদা ঙসি মায়থোং কায়রে থম্মোয় উবদা,
মঙফাওনরকপদা কপচৈ নরহরিদাস
উফুল্লক্তা ওন্না ওন্না।

### লোল

শ্রীকৃষ্ণ লেঙলকপগী পাউ তাবদা রাধা ঙাম্ভোকচৈ থম্মোয়গী অমম্বা। অহিংগী মমৈদা থন্বাল লৈকা শয্যা থক্তা উইথখি অমুক হন্না।

**প্রাণ বন্ধুর লাগি**– যশোদা চেনথোরক্তুনা ওকচরুই মচাগী মায়থোং চুপচখি। ব্রজগোপীশিংনা যেংনজখি। হরাউনা। লৈতানদে হরাউজবনা। উরম্লগা অসুম মঙফাওনখি। রাধানা হরাউজখি পূক্লিং নিংকোক তৌনা। অঙনবা অয়ুক্তা তম্লকই সখীশিংদা শকচৈ মনাই পুরুষোত্তমনা।

লাক্লম্মী মধুপুরদগী গোকুলদা, হরাউবনা ঙাওনৈ নন্দ যশোদা। বিদ্যপতিনা হায়জরি, খাঙবা কল্লু রাধে উরনি শোয়রোই। থব্বায় শকপী ইতারোই তমজগেকো তাবিয়ু– কোনবিরম্মী তোল্লবীবু, ইথক হৌখি হরাউবনা থম্মোয়গা থম্মোয়গা থব্বায়গা থব্বায়গা। পেঞ্জরম্বা ঐনা কয়া লৈহী থকখি হন্না হন্না। মতম তাঞ্জাসিদা মীকপ থোকখি ঐনা। খঙদে করি ওইবা নৌহৌনরে মৈচাক।

### মেনগোয় ঘাট

উদ্ধব দাসনা হায়জৈ মবেম্মদা হন্না হন্না খুদম্লি মঙ্গলগী রাধে।

## অওনবা

**কি হইল**– হায়জরগে ঙসি তাবিরো ইতা, করম্বা নোংদম্বনো চানবিরিবা ঙসিতা, মতম কুইনগী তুংদা। উইথরম্মী ইমিৎসে, কপ্পল্লগা অসুম নোংগাল্লমদাই কান্দা। অকিবা শক্তমদা লেপ্পল্মী মাঙদা, লোন্নদুনা মখুৎ অনীমক। খংপ্রেক খংনা কোনগে তৌরুই, মীকপ থোকখি খুদক্তা। ব্রাছগে তৌবদা বিশাখানা ঐবু কোনশিনবিখি। মাগী তম্পাক্তা প্রলযগী মৈবী হৌখি। চাকথোকখি থম্মোয়নুংদা। পেঞ্জে ঐনা অদুতদা। জ্ঞানদাসনা হাযজৈ, তাবিযু উরনি শোয়রোই মবুংঙো।

**রাই সাজে**– উরম্মী মঙলান্দা প্রাননাথ, লৈরম্মী লেপ্তুনা মাঙদা মখুৎ লোন্নদুনা। মঙফাওনরকপদদি পুঙমদরে থব্রায়, করি করম তৌরসিগে, করি লৈরি পাম্বে। ইখুৎনা পায়রম্বা মনি মাঙপ্রবা কৈদা করি করম তৌরসিগে। কবি লৈরি পাম্বে।

**রজনী বাহিয়া**– ইতা ইখুৎনা পায়রম্বা মনি ফংঙমদবা 'মুক্তা, মঙফাওনরকপদা থব্রায় পুঙমদবা, খংপ্রেক খংনা ঐনা কোনগে তৌজরুই। মীকপ থোকখি পাপ চেনবীনিনা অদুম খুদক্তা উবম্মী শক্তম অদো, মোমোন মোমোন নোকপা পূক্লিং হুবা শক্তম।

**ব্রজের রসে**– লঙজরুবা ইরালতনা চাররে পাপ্পু পাপ্তুনা। কনাদা হায়কনি থম্মোয়গী ব্রাফম। লঙজরুবা ওইজরগে যোগিনী, হোংজরগে লৈঙাঙগী ফীজোল। য়ৌজরুগে মাগী নাক্তা লৈবাক ব্রাংমা লান্না হায়জরকই জ্ঞানদাসনা তপথবিয়ু রাধিকা লেঙলক্কনি মতম চানা শ্রীবৃন্দবনগী মবুংঙো কৃষ্ণদো।

## শৈশিন শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীইবোবী সিংহ, ঘড়ী

দুহার – শ্রীসেলুং সিংহ, লাংজিং

পূংয়েবা – শ্রীয়ুম্নাম মিৎতোং সিংহ, য়ুম্নাম হুইদ্রোম

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী হুম্ফুশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – জগবন্ধু মাঙুব, উরিপোক, ইম্ফাল

তাং ১।৭।১৯৮৯ ইং।

• • •

## হুম্ফুমাথোইশুবা শৈশক

## রস – ভূত দশা

## রাগ – উপরাগ

কপ্লি ঐগী থৱায় অসে গৌব মশুংলাংগী। ফংলুগনি মাবু অমুক মফম কৈদা ঐনা। লৈবি কনা লানবিনবা মহাকপু নত্তনা। নমদুনা পীদুনা হবি নামামৃত। উবকখিগবা অমুক মাযথোং থাজ থানিল। মপ্লে ঐদি মাযকৈ পূম্বা থৱায় পুঙমদনা। নুংশি হৈতবকো অসুক হাযজৈ বাসুঘোষনা হিংলোই গৌব নত্তনদি বিষ্ণুপ্রিযা দেবী।

কবিবু হায়সিগে ইতা গৌবাঙ্গগী লীলা, অক্রুর অক্রুব হায়না চেল্লি কোযনা কোযনা চীংশিন্দুনা হান্নগী লীলা। কদায়দনো পুরিবদো থৱায়গী মবুংঙো লংথবমদুনা ঐবু ঈপাক্তা ঙাঙবী শকপী তৌগদবা লৈতে কনামত্তা। তূমীন লৈনৈ খামদে কনানসু। কপ্লি মওং অসুম চীন্দা হায়না অদুম। করিগী ঙাঙদে নখোয় করিমতা। উবদা মতৌ কপ্লে ভক্ত মখৈসু, তৌফম খঙদে গোবি- দদাস।

লেঙখ্রবদা হরি মথুরাদা পূম্মাং হাঙলে গোকুলদি ঙসি। পোনগী নুংদা কপ্লি তেনবা চেল্লি ষনবী মথুরা মাযকৈ। নিনখিদরে যমুনা মপান্দা থোকখিদরে কনা গোপ গোপী। থাবগা থৱায় ঈপাক্তা লেপ্না ওইরুগে কানু মপোক অমদা। ওইহনগনি মাবুনা রাধা, খঙজনবা মখল রাধানা ৱাবা। বিদ্যাপতিনা থেমজৈ কিনা, নত্তে মতম হুজিক কপ্লুবগী। প্রেমগী ময়োল ঐগী চোংফাত্রিঙৈ কংলে। চোংঙমখিদবি খুমু অনী। নোংমা পানবা থানা থোকপগুম অতিয়াদা মুংলে লৈজবন্বা আশা মবীক। ইতাবোই হুজিক্লা ঐবু হুন্দোকপিবে মানা। মিনুংশি খঙদবা শ্যাম রাইনা। থানিলনা নোংইনবু খোইমুনা লৈবাংবু থাজৈ কনানা থাদোক্কনি। খঙই শেংনা ঐনা খল্লুরগা মাগী মতৌ, থোকহনবনি মসি বিধিতনা।

খণ্ডদে কনাবু পাপ চেনবী থৱায়সিনা লেপ্পা লৈতে শোনবা কানু কানু। বিদ্যাপতিনা হায় নুংশি হৈতে মাধব বসরাজনি হায় গোবিন্দনদি। কায়রে থম্মোয লাঞ্জদনা নুংশি হৈতে বিধি, পুথোকপিখিদুনা মীৎকী ৱাংমা লান্না। নুঙাইজবা ঈবেল ঈপাক ওইহল্লে মরুভূমি। যেংবতদা নোংহৌ শিবে চেক্লা নোঙ্গৌবিদি।

মাঙহঞ্জকই ঐনা ইশাগী ধর্ম্ম খল্লুবনা ঈঙজগনি, উববদা মাগী চীক্লবা চেংলৌ। থাদোকপিবে মানা কান্নদবে হিংলুবগী। পিযু সখী, হুবু চাবগা শিবগে। পুনশিনবিযু চেৎনা কন্না তোমাল মশাদা ঐবু কোঞ্জগে পাম্বোম্না শ্রীকৃষ্ণশক্লা যাহৌঙনবা মীপূম তিংনা উনসনু নিতিগী ঐবু। খঙনজসনু কৃষ্ণ প্রেমগী মহে।

বিশাখা নঙনা লৌজহৌ খুজী, ইন্দুরেখানা খুদোপ লৌহৌ, চিত্রা নঙনা নসিকা লৈতেং। মনিকুণ্ডল অনীসিনা নাপ্পা লৈতেং ওইনহৌকো, যেম্বোকপিযুকো অতৈদসু অতৈ। উনবদা কাইনা ৱাবা, কপনৈ সখী মখৈ সেগাক কাযবি থম্মোয শশিশেখব। লেঙলক্লে রাধাবানী কালিন্দী মপান্দা। থেম্বা নৌবা সখীশিংনা হাপখিদে নাপ্পদা। ঙাওনা ফৈনা চৎপী শামু লমশা অমোম, ওইবি পাংখক শামুগা থিংঙমদে কনানা। চেল্লি মঙম শান্দ মঙলান খোঙচৎকুম। হাইথবি পৃথিথক্তা তাবি ৱাম্বদুনা।

উরুবদা রাইগী মতৌ হবাউজবি পদ্ম সখী, চেল্লক্লি চন্দ্রাবলী নাক্তা। তাবীযু ইবেম্মা ৱাম্বদুনা লৈবে বাধা থাজদবে অমুক হিংলক্কনি। কপ্লক্লে চন্দ্রাবলী তাবদা পাউ অসি মাগী সখী মচীন্দগী। নীংথিজবী মশা ওল্লক্লে লৈমায থক্তা, কোক্কী শল্লাং ইচোই চোইনা। তৌবম্বা আশা ফঙ্গনি হরিবু অমুক লাক্কনি শোয়রোই রাইগী প্রেমতনা। নীংজবম্বনা অমা নোংদমখোন্না অতোপপা অমা লৈতবে আশা ঙসিদগীদি। অসুম হায়না চন্দ্রাবলী মকোক্তা খুৎ হাপ্তুনা ৱাম্বদুনা তাখি লৈমায়থক্তা। কোনখৎচখি মাবু পদ্মাবতী সখীনা। শীম্বহনখি মমীত্তা পিরাং মরী। লাইকন্নরক্লগা কুইনা তারক্লে জ্ঞান চন্দ্র সখী স্বর মপী শাংনা হোন্দুনা। থীল্লগনু পুরো রাইগী নাক্তা য়ৌরো হায়জে গোবিন্দ দাসনা।

লাক্লে চন্দ্রাবলী রাধাগী লৈফমদা, ৱাম্বরিবা মফম অদু তান্না। য়েংজরগা রাইবু চিংনা চিংনা, শীম্বে পিরাং অতৎপা লৈতনা। রাধাগী হকচাং হুমাংনা

চোৎলি। ঈংথরি উনগুম্না মৈশা য়াওদনা। থবায় শোক্লা চন্দ্রাবলীনা কপ্লি মখুৎ মকোক্তা হাপ্না। হায়রকই চন্দ্রানা বিশাখাদা, তম্বীবনি নঙনা রাই প্রেম খঙহনবনি। করম তৌরি বিশাখানা। কামলি তপ্না রাধা নাম, শোল্লি শ্যাম নাম কপ্পতনা ওল্লি লৈমায় থক্তা কৈদ চৎখ্রে মাদি নকাদগী।

তাবদা শ্যাম নাম য়েংই রাইনা মায়কৈ খুদিং
উরুরে তোমাল পাম্বী লেপ্লম্বদো মাঙদা
উবদা তোমাল পাম্বী হৌরিবদো লাপ্না
ঙাওচৎনৈ রাধা কোঞ্জনিংই লাঙতক্লনা
পাউখুম ফংদবনা রাই চেনখরে মনাক্তা
কপলক্লে শ্রীরাধা তোমাল ওইরম্বদা।
কদায় ঐগী থম্মোয় থানিল মীৎকী ঈংজনফম।
থানিল কোটি হেন্না ঈঙবা।
কদায় নোংলেন নোংহৌ ঙম্বা।
অমৃত ঈহৌফম কদায চন্দনগী চন্দন।
লায়না চিংবা ইন্দ্রি মঙা কদায় মুরুলী থোনবা।
রাইগী নাক্তা সখী অমা চঙলক্লে য়েংঙমদনা
খাঙবা কল্লু রাধে হায়জৈ জ্ঞান দাসনা

লেঙথরক্লি গৌর মনাই ভক্ত মশাদা
চঙশিন ঙমদে মাঙদা ব্রাহ্মে লৈমায় থক্তা।
শোনগৎ ঙমদে হকচাং শোনমনখিবনা গৌর;
তারি লৈমায়থক্তা লৈরি মনাই ভক্ত য়েংনা।
কপ্লি হীক্লা হীক্লা কৈদনোনে হরি হায়না
ব্রজগী কায়না মৈরীনা থম্মোয় মৈশা লাংনা।
করিনো গৌরাঙ্গনা মওং অসুম তৌবা
জ্ঞানদাসনা হায় পান্দম করি লৈবা।

কিবনা জরাসন্ধ চেনখি দ্বারীকাদা থাদোক্নুনা মথুরাপুর।
তম্মী রাইদা দূতীনা লাক্লগা ব্রজদা হোন্দোক্নুনা মরম পূম্বা।

### অলং

কায়না ৱাখলনা মবুংঙোগী ওৎখিনুংদা ৱাধিকাগী
মন্দাকিনী ঈচেল ফাওখি মীৎলু নাপোম।

### মূল

তাৰুবদা বাই থৱায় ফুক্লা ৱায়। তবাশুবা পছাং অৱোইবা খোঙথাং। ওইবে পাংখক শিবমক্কা। তৌফম খঙদে নন্দগী শঙ্গাই। শীছখি মীত্তা পিবাং। বাধাগী অৱাবা উবদা পূন্বা ৱাছনখি সখী মখে।

### অলং

মথেক অহুম থেকপা মীৎয়েংনা খোইখোইবা তাখিদে বাঁশী খোঞ্জেল নুপী ওইবী মপোক পাঙ্গল শোনবী থৱায হিংলুগনি কবম ফৃকখবে থৱাযদি, উবিদবি মহাক্লদি।

### মূল

উববোইদো অমুক মাযথোং থাজদো। লোইখবে লোইনা লৈজবা আশা। খাঙবিখো বাধিকে ফংগনি শোযদনা হাযজৈ উদ্ধব দাসনা।

মক্ম ফুক্লে লোইবে সখী, তেকখবেদো আশা মযোল মপোকসিদি ফংলবোই মাবু। উজগনি অমুক হন্না খঞ্জবম্মী আশা চাউনা খঙলে হুজিক শিবনা হাল্লে।

হা হা হবি গুণনিধি প্রাননাথ বঁশীধাবী
থৱায় ওইবা-ও লাইবক থীবীগী।
কায়নবমদাই থৱায় হকচাং তাইবং মৈশা
কোকচরমদাই উনিংবা উজদবে পাপচেনবীনা।
সনাগী উৱীগুম ৱাধা তারি থৱায় য়াওদ্রবগুম
ওনখৎখরে মিস্না চেঙকুপ শীনা।
অসুম তৌনা শ্রীৱাধিকা লেকথখি লৈমায়থক্তা
হকচাংগা থৱায়গা তোঙান্নৱবগুম।
কপনৈ ঙম্না সখী মখে হৌনা লাউনা তেংথাদুনা
ওন থোইনা খাঙনৈ লৈমায়থক্তা।

উজবদা মতৌ অসি ফৃক্কদোই থব্রায অসি
থম্মোয পাযনা খাওই শিশুবাম্না।
উবদা অসিগুম্বা শিবগুম্না মতৌ
লাযকন্নবি মযাম চঙনা ব্রানা থব্রায যাওনা।
মীৎতা নাদা হাপ্লি যৈবি কোক্ত ঈশিং
তৌজে সেবা কনানা তৈথোক্তুনা মাযথোং
থৌগল্লি কনানা চামব কিনা লুনা তপ্না
হুমজে কনানা পেঞ্জদবী কোনা হুমাইনা।
তপ্না কিনা অসুম্না তৌনৈ সেবা সখীশিংনা
নুংশা থীবা মীৎযেংতনা থৌগল্লি মবেম্মগী।
লেঙখিদবে লশিং মফোল নাতোন শুমাঙদা
কপ্লবক্লে হাইহৎনবে লোইববনি খঙনা।

**লোল**

তেংথানৈ সখীশিং বাধা কৌদুনা পূমনিল নিন্না কপ্পতনা শোন্নৈ হবে কৃষ্ণ কনবিযু হাযনা নুংশা থীনা তোযন তোযনা। থোকহনবনি মসি কৃষ্ণ মাতনা। চী' দা অসুম হাযনা হাযনা থল্লি লশিং মফোল নতোন শুমাংদা, যেংলি স্বব বিশাখানা।

কপচৈ বৃন্দা হা হা প্রনেস্ববী লেঙলি কৈদা। লৈবি গতি কবি ঐগী লৈত্রবদা নঙনা। লেঙখৎপিবো বাধে হুন্দোকপিনু ঐবু মপূ পান্দ হিংজবিবী ননাই ঐনি থাজ মাযথোং যেংনা। লেঙখ্রবদি নঙনা অসুম তাবীখিদ্রবা অদুম সত্যনা খঙসনু ঐসু থৌগঞ্জনি লেপ্লা। কপ্লি বৃন্দা তেংথা নাওই ওন্ন থোইনা ব্রানা। কপনৈ অতৈ সখীশিংসু বৃন্দাগা লোযননা। ফুম্বংনবি তৌফম খঙদা হাইহৎনবি, 'পূম্বা লুপ্লি থব্রায হকচাং 'পূম্বা মনাই শিশুবামগী।

ফন্নি হৌগত্তুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্না বাধা
লৈনা য়েংনা মাযকৈ শীন্না মিস্না ঈহৌননা।
মতম তাঞ্জা অসিমক্তা ফাওবক্লি নাবদ
কুপখিদবে মমিৎ মুনি উজবদা বাধা।
উবি ব্রহ্মা মাগী মাঙদা শ্রীবাধা শক্তমদা
দণ্ডবৎ কৎলে ঋষি শাংদ্রোংনা লৈমাযদা।

হৌনদে হৌগৎলো ঋষি দোষ লওশিনবীরে
গোপ নুপীনি ঐদি করি লৈজদবী।
উরগা কনানা ঐবু খনখিগনি করি।
মুনিগী মিংচৎ থীগনি মাওজগনি ঐগীনা।
তানা তানা নারদনা মখুৎ অনী লোন্নে।
শ্রীরাধিকাগী মিং লীশিংনা লৈশী লৈথোঞ্জখি।

নারদগী পূক্লিং খওলবদা রাধা
তানখরে ৱারম কয়া থোক্লা
গোপ গোপী চীখদনা হরাওহন্না মীপুম তিংনা
লাক্লে অমুক ঋষি দ্বরীকাদা।
কৃষ্ণ ঋষি অনীমক্লা লেপ্পদুনা থৌবম পরেং
হৌবক্লে যজ্ঞ কুরুক্ষেত্রদা।
অওকপা কৃষ্ণগী গুণবু খওদে অতৈ কনানবু
ভক্ত নত্তনা হায়জৈ শিশুরাম্না।
মালয়া চন্দন থাদগীসু হেন্না ঈংবা
থুন্নবা অমৃত ঈচেলনা তিনবা
যশোদাগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী
মতীক মগুন শোনবতদা তত্তনা।

ময়েং তাশিল্লকখি রাধা নুমিৎ খুদিংগী। শ্রীগোবিন্দ মিংলেন প্রেম রস ঈরেল, লেঞ্জনিংই পুন্সি শক্ল শোন্না অসুম। আশা তৌজে কুইনা নিজৈ মীকুপ খুদিং থকচবদো লৈহী পূক্লিং খোইমুনা

শ্রীগোবিন্দ প্রাননাথ, চঙজরি শ্রীচরন্দা, তোল্লবনি খওনা ঐবু পীনবিয়ু চঙজফম। মপোক মপোক খুদিংদা লৎনবিগনু শ্রীচরন। চঙবা শিবা অনীমক্তা লানফমনি ননাইগী নাম গুণ লীলা কীর্ত্তণ প্রেম ভক্তি খওজদে। থোকচদে খৎচবা ঈরৈ পূক্লিংতনা কাউওমদে। চরন দর্শন ফংজদনা লৈঙমজদে। মীৎকুপ অমা চিংশিনবিয়ু চরনখাদা প্রেমগী লীচিং থৌরীনা। থিজৈ কোয়না অমম্বদা অমম্বতা মথেংনৈ। হাংদোকপিয়ু মায়া যুখল উহনবিয়ু মঙাল নওগী। তাজৈ সাধু বৈষ্ণব চীন্দ মপাল নাইদে নহাক্তি। লাচ্চনিংই থম্মোয়নুংদা লাকশিন্দুনা

পীকশিন্না। কপচৈ ভাগ্যচন্দ্রনা চঙজৈ নঙগী চরন্দা। হা গোবিন্দ রাধা নাথ কনবিয়ুদা ননাইবু।

## শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীঅহোংশাংবম নীল সিংহ, কৈনৌ থোংখা

দুহাব – ঈশৈ শকপা মশাগী পুরকপা।

পূংযৈবা – শ্রীলালহবী সিংহ, ককচিং ৱাইরি

যৈখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী হুম্ফুমাথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – জগবন্ধু মাণ্ডব, উরিপোক, ইম্ফাল

তাং ২। ৭। ১৯৮৯ ইং।

• • •

# হুম্ফুনিথোইশুবা শৈশক

# রস – কুরুক্ষেত্র মিলন

# রাগ – উপরাগ

পাম্বোম্না খুকউ যৌনা চোনবা কুচুনা সনা অহিংবনা ফুদোংবা সঙ্কীর্ত্তণনা থৱায ওইবিবা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোক্লবিবা কলিগী অমম্বা কোকহনবিবা হন্না হন্না খুকমজবি শ্রীগৌবাঙ্গ নুংশি হৈবা।

নীংনা ঈপাক ঈবোলনুংদা মৌন লুপখিবা কুকক্ষেত্রগী ভাব নীংশিংলকই। গৌবাঙ্গনা মমাঙঙৈগী ব্রজগী ভাবপু নীংশিংদুনা গৌবাঙ্গগী হকচাং পূম্বা নীকই, মীৎলুদা প্রেমগী ধাবা শীছবি। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা থম্মোযদা ব্রজগী প্রেমনা ঙাওখিদুনা গোপীগী ভাব খল্লি, গোপীমক ওইদুনা লেঙলক্লে। অঙকপনি গৌবাঙ্গগী ৱাখল অসিগুম্বা বসপু বিদ্যাপতিনা শকচৈ।

**নবদ্বীপ**– কুকক্ষেত্র যাত্রাদা লেঙলক্লে শ্রীহবিনা। তাইবং শাৎনা ফাওবা জগত্তা খঙদবা উদবা লৈতবা মদুদা মীযাম চৎনবি যেংনবা। নন্দ যশোদানচিংবা ব্রজবাসী পূম্বা সখীশিং লোয়না বাধানা। হবাও মথোই কানা যৌবে প্রভাস তীর্থ। উবে যদুনাথ।

**করি কর**– কুমথবক্লে ফিংনা কৃষ্ণ বথ মথক্তগী কৃষ্ণনা উরুবদা বাজবেশ ওইবম্লে। যাওবি, কনা কনা যাওদে কোয়না কোযনা য়েংলি কৃষ্ণনা।

ঙাম্লে ঙসি অনী পুন্না থৌগঞ্জে সখীশিংনা, শকচবি ক্ষেত্রগী মিলন। উদ্ধবদাসনা য়েংজে ব্রজবাসীশিং কবম তৌবি। লম্বী তম্লি চৎলি মীপুম তিংনা, নন্দ উপনন্দনচিংবা ব্রজবাসী লোয়না শ্রীদাম সুদাম, দাস সুবল ষনশেন্নহাশিং য়াওবে। বীব বৃন্দা দেবী ব্রজগোপী অহল ওইবী। ললিতা বিশাখা সখী শ্রীমতী রাধিকানচিংবী।

### লোল

ধনিষ্ঠা মুখরা নন্দী য়াওরি, পূর্ণিমাসী কৃষ্ণ লীলা থৱায় ওইবী, ৱাত্তে গোপী মশীং অমত্তা। চৎখিবনা য়ৌরে কুরুক্ষেত্র তীর্থ প্রভাসকী লমদম। বিশ্বকর্ম্মনা শাবা ফুরা দলাল কয়া কয়া ঙাল্লিবা সনা শঙ্গাই সনাগী চেকপল য়েংবদা মান্নে বৃন্দাবনমক্কা।

**জীয মগি**– কুমথৈ বাধা গাড়ীদগী সখীশিংগা লোয়ননা কৃষ্ণ লৈবা মায়কৈদা তপ্না তপ্না চঙলক্লে।

### লোল

শ্রীমতী বাধিকানা কৃষ্ণ কায়নবগী ৱাখিবনা

**হা হলন্তং**– মাঙদা তুংদা সখীনা কোয়শিল্লি, কৃষ্ণবু উনিংবতনা লাঙতক্লে। সখীগা লোয়ননা রাধানা কোয়না কোয়না য়েংলি। কখোক্কনি থৱায় হকচাং মাগী চরন্দা। হা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লদুনা লৈমায় থক্তা তুখরে। কোঞ্জরি সখীশিংনা কোযনা কোয়না থৌগঞ্জরি।

### লোল

শ্রীমতী রাধিকানা কৃষ্ণ কায়নবগী ৱাখলনা চাদ থক্তনা মতম কয়া খাঙজখিবা হকচাং পূন্বা ময়েং তাই। কয়ামুক শোনখি হায়ববু রাধাগী ওয়গী খুৎনিংথৌদা হাপ্পা খুদোপ্পা খুজেংদা খুজী ওইবা য়াখি। মদু ফাওবা খাঙখি। ৱাজৈ কপচৈ তোয়না তোয়না চঙলক্লে যজ্ঞাসন্দা।

**তারদাসি**– যজ্ঞগী থোঙ শঙবনা লাউরি তোয়না। ইললি খৎলি লাউনা খোংনা। অসিগুম্বা রসসি শিশু রামসু য়াওনা শকচৈ।

**হাইদেখ**– হা নন্দ নিংথৌনা হায়জৈ তোয়না তোয়না কল্লি কল্লি মাতাগী মৈচাক। যশোদানা তোয়না কপ্লি। চঙবা য়ারোই হায়বীরেনে থোঙশংবন। উহল্লু নখোয়না ইচা গোপালবু, উহনবগী মহৈদি নখোয়না ফংজৌ। সনা লুপা মনি মুক্তা পামজবা পীবিগে।

**প্রান সখিরে**– লায়রবগী ললবু পীনৌ, পামজদে অতৈ ললদি।

**হা হা**– হায়রক্লি থোঙশংবনা তাখিনি মীনা তূমীন লৈয়ু।

**ইন্দ্রবির**– খাঙলি মরোল অহুম মক্কা কৃষ্ণপোকপী দৈবকীনি কিদুম কিরে নৱা তাবদা হায়রক্লি থোঙশংবনা।

**তোবে গৌর**– ব্রজ তাবগুম্লে কোক্ত ৱানা খাঙলে নন্দরানী।

**কহঅহি**– শিঙমখিদে অদুমক্তদা উবা ফংলোই খল্লুবদা।

**ঝর ঝর**– নীক্লি হকচাং চোঙখৈবগুম্না থোকখিদে চীন্দা ৱাহৈ অমা ঙাঙবা ফাওবা।

**জারোলাগী**– খাঙবা ঙমদে থম্মোয়নুং ৱাহুখরে লৈমায়থক্তা।

## তাঞ্চপ

**রসিক নাগর**– ধনিষ্ঠানা যশোদাবু কোনখৎচরি,
কোকথক্তা ঈশিং থাদুনা এ: হুমাই হুন্নি তপ্না।

**হাসিয়া**– মশাগী ফিজিগী মচী পায়দুনা অকোয়বদা কোয়না ফমনৈ এ: হুমাই হুন্নি তপ্না। হা গোপাল হা গোপাল হায়না কপ্লে তোয়না তোয়না। উরে নন্দ নিংথৌ শীহৈ পিরাং থম্মোয় শোক্লা, কপনৈ তোয়না তোয়না। শ্রীদাম সুদাম সখা ময়াম কপ্নরি। উনিংবনা লাঙতক্লনা খুত্তা ননী পায়দুনা কৌখি তোয়না তোয়না।

## লোল

মমা যশোদানা তোয়না তোয়না কৌরি মচাবু করি হায়রি ইমাগী গোপাল ইমানা ননী মাখন পুরক্লি চারো লাউ। নঙনা চারগা ইমা পেনগে। অদুগা নমাঙদা ইমানা থৱায় থাদোক্কে। তাবদা কৃষ্ণদো মপা বাসুদেবদা ঈশিং হৈগে তৌরম্মী, খুত্তা ঝরী পায়দুনা। মমাগী ৱা তাবদা লৈমায় থক্তা ঝরী তাখিবা খঙহৌদে। গোপাল চেহ্ৰোরক্কে। উবদা নারদনা উদনা খাম্মী।

**শাস্তো**– থাদোকপিয়ু রাজবেশ, গোপবেশনা লৈতেংবিয়ু যশোদানা পেঞ্জগনি। চুম্মী হায়জে। অদুনা শিশুরামসু য়াওনা হায়জে। কৃষ্ণনা হায় তাবিয়ু ঋষি হায়বিয়ু ভাব অদু। থাদোকপিয়ু রাজবেশ ব্রজেশ্বরীনা উথ্রবদি শোয়রোই থাগনি থৱায়। চুম্মী ৱাদু থাদোক্লগে। ঐগী গোপগী ফিজেত্তি কনানা শেৎকনি।

## লোল

কৃষ্ণগী ৱা তাবদা নারদনা শিশুরামবু পুহল্লক্কে। গোপ ফিজেৎ শেৎচল্লে। গোপাল থোরক্কে ময়াম উনরে। শ্রীমতী রাধিকানা প্রেম সেবা পীনরে। লোইরগা সখীশিংনা থৌগল তৌজরে। ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলা মতমসিদা লোইজরে।

চণ্ডজরি গৌরাঙ্গ ইবুংঙো কলিগী জীববু লানবিহৈবা মপোক মপোক খুদিংগী চরনগী ননাই ওইজগে। অচৌ অপিশক খায়দনা চানবিহৈবা ইবুংঙো। লানবিগে হায়না লাক্লম্বনি শোল্লসে জীব তল্লগনু।

## শৈশিন-শৈশক লোইরে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীকুবেব সিংহ, হৈবোক

দুহাব – শ্রীইবোহল সিংহ, থৌবাল কিয়াম সিফাই

পূংযেবা – শ্রীৱাইখোম বাবুমচা সিংহ, হৈঙাং

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমবি) গী হুম্ফুনিথোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – জগবন্ধু মাণ্ডব, উবিপোক, ইম্ফাল

তাং ২। ৭। ১৯৮৯ ইং।

• • •

## হুম্ফুহুমদোইশুবা শৈশক

## রস – ব্রজাগমন

## রাগ – উপরাগ

প্রেমরাজ গৌরাঙ্গনা উরক্লে ওইরক্কদবা লোইনা। প্রেমগী ঈথক কারক্লে হৃদিদা নীক্লা নীক্লা। মায়থোং মকা লাল্লি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা। ঙসিতদা ঐগী অৱাবা কোকলগনি খুন্দুনা। ঙসি ঐগী নুঙাইবনি ফোঙদোকপা ঙমদে চীন্না। থম্মোয় মৈশা লাংলম্বা পাপ্পা য়োমলম্বা। কোক্লগনি ঙসিদগী লোইনা। শোল্লি অসুম্না গৌরাঙ্গ প্রভুনা, মঙ্গল ওইরগনি হায়জৈ রাধা মোহন দাসনা।

**লোল**

প্রভাস যজ্ঞ লোইরদুনা ত্রিভুবনগী মী লাই হিংচাবা লোয়না হনখ্রবদা, পাণ্ডব, যাদব, ব্রজবাসী অসি লৈহৌই। মসিদা বিশ্বকর্ম্মনা শেম্বা নব-বৃন্দাবন রাধানচিংবা লৈ। কৃষ্ণনা রাস শান্নসি হায়রবদা রাধানা হায়জৈ, ইবুংঙো-অনৌবা বৃন্দাবন অসিদি পামদে। গোবর্দ্ধনসু লৈতে, যমুনাসু চেন্দে ইবুংঙোগী শ্যাম কুণ্ডসু লৈতে, অদুগা ননাই ঐখোয়না খুজীনা তৌজবা কুণ্ডসু লৈতে। ইবুংঙো কান্নদে লেঙলসি। কৃষ্ণনা হায়– রাধে ঐ হয়েং শোয়দনা লাক্লগে মধুপুর দ্বারীকাগী থবক খরসি লোইশিল্লন্লগা হয়েং শোয়দনা লাক্লগে। রাধানা হায়, থাররোই ফংঙমদনা ফংজরবা মনিবু থাদোকপা ঙম্নরোই চৎলসি। তৌঙমদবা ইবুংঙো হংচিৎ লাক্কনি হায়দুনা চৎখিবনা থাশিং কুমশিং খঙদনা লৈথোকখিবা তৌবা ঙম্বা ইবুংঙো। ননাই ঐখোয় কিজৈ থাররোই ইবুংঙো।

কৃষ্ণনা হায়রে ঐ শোয়দনা লাক্কনি, থাজদ্রবদি সে ঐগী থৱায়গা মান্নরবা বাঁশীসে পুরো। হয়েং রাস শান্নবা নংনবা লাক্লগনি চিংনগনু। অসি হায়রগা পাণ্ডব যাদব ব্রজবাসী হনখরে। শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারীকাদা হল্লক্লে।

### ঈশৈ

খল্লক্লে শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা হল্লগে হায়না মধুপুর দ্বরীকানচিংবদা ব্রজগী মাধুরী ফংদরে।

### লোল

দ্বারীকাগী লীলা লোইরে। মনাইগী নীংবা থুংহল্লে। মধুপুরদা হল্লক্লে দশুবক্র লানবিরল্লে। বৃন্দাবন্দা লেঙবিরক্লে যশোদানা পমজরে নন্দ নিংথৌনা হন্না হন্না মচাবু চুপচরে। ব্রজবাসী ৱাবা কোক্লে, হৈপাল-লৈপাল ময়োল চোংলে। কোকিল খোম্বাং শুনা খোংলে। ৱাহোং জগোয় শারে।

মতাং অসিদা সুবল কৃষ্ণনা বন্দা কোয়রকই। বৃন্দাসখীনা কৃষ্ণবু উনগে হায়দুনা লাকই। কৃষ্ণ হেক উবদা বৃন্দানা খঙশিন্নদনা হায়রকই।

### ঈশৈ

কনানো ইবুংঙো নঙবু কদায়দগী লাকপনো। কদায় তান্না চৎলিবনো। মমাঙথৈদা বৃন্দাবনসিদা লৈরম্বরনে ইবুংঙো। কৃষ্ণনা হায়জে, হে বৃন্দে গোকুলদা লৈজবা বন্দা কোয়না ষন শেনবা কৃষ্ণ কৌবদো ঐনিনে।

### লোল

বৃন্দানা হায়রকই, কৃষ্ণ কৌরবদি চৎপিশ্রো। ঐখোয়গী বৃন্দাবনসিদি কৃষ্ণ হোঙবা মফমনিনে। হৈপাল য়েংলে কৃষ্ণ, লৈপাল য়েংলে কৃষ্ণ। য়েংলু য়েংলুবা খুদিংমক্তা কৃষ্ণগী কৃষ্ণ ঙাক্তনি। ঐখোয়গী বৃন্দাবনসিদি কৃষ্ণ হোঙবা মফমনি। কৃষ্ণ য়োনবা শিৎলোইনে।

কৃষ্ণনা খল্লি— বৃন্দানা ঐবু খঙদবদি নত্তে। করিগীনো মানা ঐবু অসুক থীনা হায়রিবসে। খল্লুরগা কৃষ্ণনা হায়রকই—

### ঈশৈ

বৃন্দে নঙনা কৃষ্ণ ঐবু ইম্বোকপিগনু।
বৃন্দে নঙনা কৃষ্ণ ঐগী গুরু সখী ওইবিয়ুনে।
জগতকী বৈষ্ণব কয়ানা রাধা ফংনবা হায়দুনা
গোপী নখোয়দা চংজরিবা নত্রনে।

চানবিয়ু বৃন্দে কৃষ্ণ ঐবু লৌশিনবিয়ুনে।
নঙনা ঐগী গুরু সখী ওইবিদুনা ইখুৎ পায়দুনা চিংশিনবীয়ু
পূর্ণিমা থাজবু ঙমজবা মায়থোংদো অমুক্তা উহনবিরোনে।
বৃন্দা নঙগী থৌজাল নত্তনা উপাই অমা লৈতেনে।
ৰাদু তাবদা রাধা পুরক্লগনি হায়দুনা
কৃষ্ণবু তপথহল্লগা বৃন্দা চৎখরে।

## লোল

খোঙথাং তপ্না তপ্না ৰাখল খন্ন খন্ন রাধাগী মনাক্তা য়ৌরক্লে বৃন্দাদেবী। কুঞ্জদা সখীশিংগা লৈরম্লে রাধিকা। নীংথিনা শেম শারে, মধুবন মহৌশা ওইদরে। থোইনা হেন্না ফজখরে। মালিকা মালতীনচিংবা লৈয়াম ফজ ফজনা শাৎচরি। ইবুংঙো লেঙলক্লগনি মতাগুম্না। ইবুংঙো লেঙলক্লগা ওকচনবা মঙ্গলগী পোৎলম লোইনা শেমজরে থেন্দুনা।

## তাঞ্চপ

ঐগী থম্মোয়গী মনি ইবুংঙোদো লাকপিদরে কুঞ্জসিদা ললিতা মায়কৈ কদোমদা লেঙখ্রবনো ললিতা।

হয়েং লাক্কনি তাকপিরকপা মীনম্বা ওইরবরা ইতাশা। কাউবা য়াদে খল্লোই হায়বা ঙমদে ইবুংঙোগী শক্তম অদো ইতা। মোমোন নোক্লম্মী লোন্না য়েংলম্মী। ঐগী পূক্লিং হুদুনা পুখিদো ইতা। করি রস হাপ্তুনা খোংলকপা বাঁশীনো তাবদদি কয়া ঈংই হুদিদদি কয়া চাকই ইতা। ওম্বোকপগী বাঁশী খোঞ্জেলনি। রাধা রাধা হায়দুনা কুঞ্জদা খোংবদো মদুতা তাদুনা লৈরেনে ইতা।

কৃষ্ণগী ৰা তাবদা বৃন্দা সখী লাক্লে।
বৃন্দা উবদা হায়জরক্লে শ্রীরাধিকা ইবেম্মা

## মেনহৌ

হায়য়ু ইতা থীল্লগনুনে।

আজবনি– বৃন্দাসখী কদায়দগী লাক্লিবনো হায়য়ুনে।
কৃষ্ণগী পাউ পুরকপরনে হায়য়ু বৃন্দে থীল্লগনুনে।
হয়েং লাক্কনি তাকপীরকপা অরেম্বা ওইরে চান্নবী।

ললিতা মীনা ব্বারগা হরাউবা কৃষ্ণনি।
লাক্লগনি তাকপিরকই ইবুংঙোনা
হৌজিক ফাওবা করি খন্দুনা লাক্ত্রিবনোনে।
ইবুংঙোদা কচ্চনবা শেমজরিবা পুম্নমকসে
শেমজরুবা পুন্বা অরেম্বা ওইরে।
অতকপা চন্দন লৈ পরেং পুম্নমকসে অরেম্বা ওইরেদা।
প্রান নাথ ইবুংঙোদো উবা ফংলোইদৌরিবরনে।
কুমগী নোং ঙাইজবীনা, নোং মরীক খীকপিদুনা খৌরাংবসে কোকহনবীরোনে
প্রেমগী মৈনা চাক্লিবসে করম্না ঈংগনি।
থব্বায় ওইবা ইবুঙোদো উবা ফংলোইদৌরিবরনে।
খল্লুরগা চান্নবী থোইনা হেন্না চাকইনে।

অওনবা

**কেনে কুঞ্জেতে–** ঐগী থম্মোয়গী মনি ইবুংঙোদো
লাকপিদরে কুঞ্জসিদা ললিতা।
মায়কৈ কদোমদা লেঙখ্রবনো ললিতা।
হয়েং লাক্কনি তাকপিরকপা
মীনম্বা ওইরবরা চান্নবী ইতা।
কাউবা য়াদে খল্লোই হায়বা ঙমদে
ইবুংঙোগী শক্তমদো ইতা।
মোমোন নোকলম্মী লোন্না য়েংলম্মী
ঐগী পূক্লিং হুদুনা পুখিদো।
করি রস হাপ্তুনা খোংলকপা বাঁশীনো
তাবদদি কয়া ঈংঙি হাদিদদি কয়া চাকই ইতা।
ওম্বোকপগী বাঁশী খোঞ্জেলনি
রাধা রাধা হায়দুনা কুঞ্জদা খোংবদো
মদুতা তাদুনা লৈরেনে ইতা
করি উপায় লৈরিবগে শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা।

## তাঞ্চপ

**হে দে সখী** – হায়যু চান্নবী ইতাশা, করি উপায় লৈরিবগে
প্রান নাথ ইবুংঙো ফংনবা।
ললিতানা হায়রকই, খোংলোদনা বাঁশীদো
কৌরোদনা কৃষ্ণদো
ঐখোয়বু ঙাওহনবা খোঞ্জেলদো তাহল্লোদনা।
জগত শুক্ষৎপা বাঁশী পায়রগা করিগী খোংদ্রিবনো রাধে।
জীব থম্মোয় চিংশিনবা ঙস্বা সুরদু হাপ্তুনা
খোংলোদনা ইবুংঙোবু কৌবোদনা য়েংজরগে মায়থোংদো।
সখীগী ব্রা তাবদা বাঁশী পায়খত্তুনা খৎমিন্নবে।
উরীনা উ ফংবগুম্না খোইমুনা থম্বাল ফংবগুম্না
রাধা কৃষ্ণ ফংনরে।
রাধা শ্যামগী অপূনবা শক্তম্না
গোপীগী থম্মোয় চিংশিনখরে।
প্রেমগী ঈথক ইপোমদা গোপী লোইনা ঈবাক্লবে।
অমগা অমগা য়েংনরক্লে রাধা শ্যামবু য়েংজবগা।
ললিতানা হায়রকই, য়েংউ য়েংউ ইতা
কুইনা উরুদ্রবা রাধা গোবিন্দগী শক্তম
ঙসিদি উজবা ফংজরে।
নুঙাইজরে, নুংঙাইজরে চাক্লম্বা থব্বায় ঈঙজরে।
অমুক চৎহল্লনুসি ইতা প্রেম্না চেৎনা পুন্দুনা থমসি।
শ্যাম্না রাধাদা ঙাথরি বেনীগা চুড়াগা য়েৎনরি।
মালিকা পরেং অমনা অনীদা পূন্না থোল্লি কয়াদা নুংশিবিবা।
তোঙানবা য়ারোই কায়নবা য়ারোই
থানা থোকপদা থাবল লোয়নদরা
লৈনা শাৎপদা লৈনম য়াওদবরা।

## গোপী প্রার্থনা

হে বাধে শ্রীগোবিন্দ পীনবিয়ু চরন সেবা
মপোক মপোক খুদিংদা প্রেম সেবা পীনবিয়ু

খুয়াখাদা থম্বীয়ু ফীগাও শানা নিজরি ।
নীংজফম চঙজফম ননাইদি খঙজদে
পঙলবীনি খনবীদুনা লৎনদনা লৌশিনবিয়ু ।
অতৈ অমা পামজদে অনীগী সেবা নত্তনা
ঐগী কর্ম্মনা ফংজবা ।
শা উচেক ওইরবসু বৃন্দাবন্দা পোকচরগে ।
শান্নবা লীলা খুদিংদা য়াওজবতা পামজবনি ।
অসিগুম্বা রস সিবু বৃন্দাবন দাসনা শকচরি ।

## শৈশক লোইরে ।

ঈশৈ শকপা – শ্রীশগোলসেম কালিদমন সিংহ, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল

দুহার – শ্রীথাংজম চাউবা সিংহ, খুরাই, ইম্ফাল

পূংয়েবা – শ্রীফৈরোইজম ইবোতোম্বী সিংহ, ফৈজা লৈতোং

য়েখিবা – রাজমেল ৬৪ (হুম্ফুমরি) গী হুম্ফুহুমদোইশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দজীউ মাণ্ডব, ইম্ফাল

তাং ৩ । ৭ । ১৯৮৯ ইং ।

• • •

# হুম্ফুমরিশুবা শৈশক

## রস – বিপরীত সম্ভোগ

## রাগ – উপরাগ

অঙকপনি গৌরগী লীলা
ঙাওরি রসদা ব্রজ লীলা
ঈহৌরি মীৎতা নুঙাইবা ঈবা
হায়রকই প্রভুনা প্রেম্না থন্না।

**লোল**

অসুম্না শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা বৃন্দাবন্দা শ্রীমতী রাধিকানা সঙ্কেত কুঞ্জদা মবুংঙোবু ঙাইদুনা ৱানা লেঞ্জবা অসিগুম্বা ভাব রস অসিবু খল্লুবগা অৱাবা ঈপাক থক্তা তাউরি। অসিগুম্বা রসসি শৈশকচৈ চৈতন্যদাসনা।

**নাথ হরে পৈশতি দিশি–** ৱানা লেপ্লে শ্রীরাধিকা সঙ্কেত কুঞ্জদা। মতম খঙনা শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জদা লেঙলক্কে। কোয়না কোয়না চৎলদুনা থিজৈ বাধাবু শ্যাম্না।

রাধিকাগী মায়থোং থম্বাল উজবা ফংজরে শ্রীকৃষ্ণনা। ফংঙমদ্রবা মনি ফংলে খল্লেনেসে শ্যাম্না। ঘনশ্যাম দাসনা লুপচৈ অনীগী প্রেমরসদা। কদম মপাল শাবগুম্লে পূক্লিং তু চুংলেনেসে। কৃষ্ণগী মায়থোং থম্বাল রাধিকানা উজববু ফংখি। মাবু উজবদা মায়থোং মকা ফনখি। পূক্লিং থম্মোয় তথক ঈথক হৌখি। হরাউ মথোয় কাবী কামগী ৱাখলনা লাকহৎলিবী মখল মখল শকলোন পুরি। কুঞ্জয়াইদা থোকপা শংবান থাজ মঙালনা রাধিকাগী ৱাখল ওল্লেনা।

**আইসো আইসো রসময়ি–** লেঙশিনবীরো চান্নথোইবা ঙানবিরোগবা। লেঙশিনবীসি ইবুংঙো য়েংজগে মীৎসে পেন্না। মতম খুদিং নীংজৈ শোঞ্জে উজবা মহৈ যাঞ্জে।

## একতাল

থাররোইদ্দা নঙবু ঐনা থম্মোয়গী মন্দির থৱায়গী তুংনফম থমগনি লোত্তুনা ঐনা। অমুবা শন্নাংলক্তা লোৎকনি অমুবা নঙবু থুংগনি পামজবা ঐনা।

গুরুজন্না হংলক্লবা পাউখুমগনি অসুম্না অমুবা শম্বুল কিশিনি হায়না। য়েংজেনে রাধানা নত্তে নুংশি থৌবীনী পুনগনি নহাক্কী পামজবা চরন। মুনগনি কনানা লাক্কুনা রাধাগী থৱায ওইজবা নঙবু।

## মেনগোয়

মুনগনি কনানা লৌসনু লাক্কুনা।

**সখির প্রেম**– ঙাল্লিনে থাজ থানিল নিকুঞ্জগী মযায়দা। নুমিৎকা থাগা পুন্না থোক্লে। সনাগী উবীনা তোমালদা য়েংলে। চুমথাং নোংথাং অনী পূল্লে। ৱাহোংগা লিলগা শান্নবিযে।

## মেনবুং

**সজাইলু কুসুম**– থৌওং থৌদাং মওং মওং ৱাঙাঙ শাঙাঙ তৈনা অনীগী প্রেম রসদা তাউজৈ শিববাম দাসনা।

নোংহৌ লাক্লে নোং মংলক্লে, চীংখোং চীংদোল নোংনা কুপ্লে। খাক্লা লাউনা নোং তাবে। নোংখোং ফূয়না নোং তারে। লোক্কী ঈশিং ঈমায় চোন্না ঙংলি ঈবাউখোলনা।

**পিয়ারী রাধে**– ইখৌ লাংলবী নোঙ্গৌবীনা পেন্না থকচৈ থাবু নোংইন্না ফংজৈ। নোং হাংলক্লবদা নুংশিৎ লেপ্লবদা মহৈ মহৈ লোইনা পোত্থানরে। নোংলৈ নুংশিৎনা পুরুবা ফিবু শেমজিন্নে। মতম খঙবী অয়াম্বা সখীশিংনা মাগী মাগী থৌগল শোযহন্নদ্রে। থৌগল পোৎলম লানশিনজরি। হৈ শিংলবী সখীশিংনা।

## তাঞ্চপ

**রাধা মাধব**– রাধা গোবিন্দনা নিকুঞ্জদা ঙাল্লি। অনীগী লেঙদ্রবা মঙালনা মায়কৈ শীন্না ঙাল্লি। অনীগী মক্ত্রবা নুংশিনরিবা করিগা চাংদম্বা কনানা ঙমগবা।

অতিযাগী থাজনা লোৎলি নোংলক্তা বাধা শ্যাম উবদা ইকাযবদুনা। অনীগী প্রেম কনানা খঙগবা। বাধাতনি প্রেমগী মশক খঙবা। কৃষ্ণ নুংশি মশক খঙবা কনা অমা লৈবিবা। লৈববোই ব্রজদা অখঙবা বাধিকা নত্তবা। অনকপা উদা উবীনা যেৎপগুম কৃষ্ণদা থব্বায থমজবী লৈববোই ব্রজদা অখঙবা বাধিকা নত্তবা।

**ধৌ কালা**– নোংদম্বনা অনীসে কবম্না শেল্লিবা কনানা হেল্লিবা কনানা ব্বাৎলিবা। শকপদা ঙমদ্রবা মতীক মগুননি। উজৈদো অনীবু অমত্তা ওইনা। ঙাল্লি বাধা গৌবিন্দনা কুঞ্জবনগী লৈতেং ওইনা। সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল অনী অসি পূন্না শাৎপগুল্লে। ঙবাং ওইখিবা ফজবদো ঙসিনা হেন্না ফজৈদা। উশাদা চোঙা তেনব্বানা বাধা শ্যামবু থাগচ্চবি।

## মেনকুপ মপী

**জয় রাধা –** জয ওইবিনে বাধা শ্যাম্না
ঙাল্লিঙৈ যেংজহৌসি পূল্লিঙৈসিদা।
লাইবক ফৈ ফৈ ব্রজ গোপীশিং
বৃন্দাবন কুঞ্জবন শেমজবি বৃন্দানা।
শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌবেলনা লাচ্চবা
শ্রীবাধা গোবিন্দ অনীনা জয ওইবিনে।
চানবিযু হে বাসেশ্বরী নায়িকাগী লুচিংবী।
শ্রীগোবিন্দগী থব্বায শকপী
ননাই ভাগ্যচন্দ্রনা ইবাচ্চবী।
বৃষভানুনা পোকচবী চানবিযু
ননাইগী শীংদা চিংশিনবিযু খুযাখা
পীনৌ সেবা থৌদাং।
নত্তনদি বাধে নঙগী কৃপা, ফংলোই হবি কৈদৌনুংদা।
যেংবিযু কৃপাগী মীৎযেং ফংজনবা হবিগী চবন।
শিঙ্খজবি প্রেম ধাবা হা বাধা গোবিন্দ হাযনা
নবহবি তোল্লবনা ইকোক্তা খুৎ হাপচদুনা।

## নিত্যাই পদ

নিত্যাই নিংঙু নিত্যাই শোল্লু নিত্যাই কাউগনু।
নিত্যাইগী চবন কৃপাদগী ব্রজপ্রেমবু ফংগনিনে।
পীনহৈবা নিত্যাইনিনে শ্রীচবনবু কাউগনু
চঙজকদ্রগসু কৌশিনবিদুনা।
শ্রীবাধা গোবিন্দগা থানবা লৈত্রবা নিত্যাইনিনে।
সখ্য প্রেমদা বলবামনি
মধুব প্রেমদা আনঙ্গ মঞ্জুবীনি।

## ছয় গোসাই

খুকমজবি চৈতন্য নিত্যাইনন্দ প্রভুবু
খুকমজবি আদ্বৈতনচিংবা ভক্ত পূন্নমকপু।
খুকমজবি রূপ সনাতন
ভক্ত বঘু নাথপু খুকমজবি হন্না হন্না।
গোসাই তব্দক্কী কৃপাদগী অবানবা খুভম ফংগনি।
খুকমজবি হন্না হন্না ইষ্টদেব গুরুবু।
শ্রীগুরুগী কৃপাদগী ব্রজপ্রেমবু ফংজৈ।
চানবীহৈবা বৈষ্ণব গোসাইবু হন্না হন্না
খুকমজবি নাম সঙ্কীর্ত্তণদা শকচৈ নবোত্তমদাসনা।
হবি শোল্লু পূক্লিং, বাধে কৃষ্ণ কৃষ্ণ তত্তনা
শোল্লু পূক্লিং।

**জয় যগোল কিশোর**— ফজৈ শ্রীবাধা গোবিন্দ
আবতি কচৈ ব্রজ গোপীশিংনা।
মাযথোং অনী থানি পূক্লিং হকচাং ঈংবনি
যেংজৈ পেঞ্জৈ লাইবক ফবীশিংনা।
মশীং নাইবা নীংথিববা ঘীগী বর্ত্তি কৎচৈ
হাযজৈ কুঞ্জ পূমঙাল ঙান্না।
পূংলোন পূংখোল শৈহেক শৈদা

নুংশিবনা নিল্লি নুংশি নুঙাই ঈপাকথক্তা তাউনৈনা।
সখী কনাগুম্বীনা শাবি জগোয
চামব থৌগল ফংজে কনাগুম্বীনা।
শ্রীবাধা গোবিন্দগী আবতি বসবু
শকচৈ শোঙ্গে ননাই কৃষ্ণদাসনা।

নিত্যাই পদ তাদুনা বস হুস্ফুমবিগী শৈশক অসি লোইশিল্লে।

ঈশৈ শকপা – শ্রীগুরুমযুম বাবুসনা শর্ম্মা, যাইস্কুল, ইম্ফাল

দুহাব – শ্রীমাইবম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংঙোম থোংজাউ

পূংযৈবা – শ্রীখোমদ্রাম সেলুংবা সিংহ, হাওবম মবক, ইম্ফাল

যৌখিবা – বাজমেল ৬৪ (হুস্ফুমবি) গী অবোইবা হুস্ফুমবিশুবা মেলগী পূংলোন্

মফম – শ্রীশ্রীবিজযগোবিন্দজীউ মাণ্ডব, ইম্ফাল

তাং ৩।৭।১৯৮৯ ইং।

• • •

# SHRI SOUGAIJAM THANIL SINGH

## A brief bio-data

Born in 1946 into a family of artistes at Kakching, a prosperous town on the Indo-Myanmar road in Manipur, Shri Sougaijam Thanil Singh loved to call his father late S. Ksher Singh his aadi Guru, the first Guru who initiated him into the art of pung playing. Later on as he grew up he received further training into the art from Tombi Sharma and Ojha Bhagyachandra. Being a devout votary of art and culture, his restless spirit took him more deeper and deeper into the fathom of art until he found his real Guru into the person of Koireng Singh, Partho Singh and Gulap Singh, all distinguished Gurus of Manipuri Pung. From early childhood Shri Sougaijam Thanil Singh showed great ingenuity into other areas of culture also. His multi-faced personality brought him again at the feet of Guru Amubi Singh, an icon of Manipuri dance, from whom he learnt Manipuri dance. His rise and recognition were very quick. After obtaining a post-graduate in Manipuri Nata-Sankirtana (Pung) and another Diploma in Manipuri dance from J.N. Manipur Dance Academy in 1974, he was appointed as a teacher in Manipuri Pung in the same college in 1976. Then his career got a shot from step to step. In 1998 he was promoted to Pradhan Guru, then Director-in-Charge in 2005 and ultimately retired as the Director of the Academy in 2006 after a prolong successful career. During his professional career at Dance Academy, he was instrumental in introducing various courses and composing dance-dramas for the Academy. His Composition of various solo items got him acclaim from dance-lovers not only in Manipur but also in different parts of India. He had an acute vision and love for Manipuri Culture and highly professional efficiency for Manipuri Pung. This had made him a tireless composer, exponent and teacher. He was proud to have

produced numerous students in the line of his likings and vision. Visits and tours to various parts of the country and abroad were as easy as sipping of a tea for him. He participated in several important cultural festivals all over the world including Iran, Iraq, Switzerland, Germany, USA, Hungary, Denmark, Portugal, USSR, China, Italy, Bangladesh. He Choreographed Pung Cholom and Dhol Cholom at the opening ceremony of ASIAD in 1982.

As a teacher he knew the dirth of authentic text-books of various art-forms in the Cultural Institutions in Manipur. He diverted his attention to this area also and produced four books relating to Manipuri Nata-Sankirtana (Pung) designed to be the text-books of advanced learners in the field, namely i) Meitei Punglon Rajmel 64 ii) Punglon Rajmel 12, iii) Khomjillaba Meitei Punglon Tanjao, iv) Nata Sakirtana Raag Punglon. He also presented several research papers at various forums, seminars and conferences. Recognition and honours came to him as a result of his effort and research in the field. He received Manipur State Kala Akademi Award in 1980, Sangeet Natak Akademi Award in 1994, Vadya Bhushan from Manipuri Sahitya Parishad in 1997 and Padma Shri in 2004. He also helped in the development of several organisations by contributing his might in the area of Manipuri Culture. He had been associated with Manipur State Kala Akademi as member of the Executive Board, JNMDA as member of the Advisory Committee, Prashar Bharti Audition Board and a member of DPC, Viswa Bharati University, Santiniketan. He has guided more than 30 scholars in the field of Manipuri Nata Sankirtana, some of whom got Doctorate Degree and got appointed at the University in Manipur, Assam and West Begnal. He was felicitated by distinguished artistes, politicians and social workers at various forums and at various places.

At present, he leads a peaceful retired life with his wife, children and relatives at Yaiskul Yumnam Leikai, Imphal, where he settled with his family after leaving his ancestral house at Kakching Wairi, Manipur.




অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। মৈতৈ-পুংলোল্ (রাজমেল—৬৪)

২। খোমজিল্লবা মৈতৈ পুং তাঞ্জাও

৩। পুংলোল্ রাজমেল তরানিথোই

৪। নট সঙ্কীর্ত্তণ রাগ পুংলোল




# রস হুস্ফুমরি শৈশক



**লাইরিক অসিবু ফোঙভবী**

**লৌরেম্বম নিঙোল শৌগাইজম ওংবী কুমুদিনী দেবী**

ইং ১৯৪৭ তা লৌরেম্বম কন্হাই সিংহ অমসুং লৌরেম্বম ওংবী মধুমতি দেবী অনীগী মচানুপী ওইনা হাওবম মরক লৌরেম্বম লৈকাইদা পোকখিবী শৌগাইজম ওংবী শ্রীমতি কুমুদিনী দেবী পীশক পীক্লিঙৈদগী হৌনা জগোয় ঈশৈদা থরাই য়াওরকপী অমদি মণিপুরী কলা সংস্কৃতিবু পামজনা হৌরকপী নুপীনি। মশাগী চহি ২০ শুরকপদা শ্রীশৌগাইজম থানিল সিংহদা লুহোংলগা য়ুম পান্নরক্লুনা মপুরোইবনা খোয়দাজবা মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণ, পুং অমদি চোলোমনচিংবগী মায়কৈদা য়াম্না থরাই তানা লোইনরকখি। [illegible] মতম চুপ্পদা মশানা পামজবা বিদ্যাদা থরাই লুপখ্রবা মতমদা ইমুং-মনুংগী মৈতৈ-[illegible] না মপুরোইবগী অপাম্বা মনিং থুংননবা হোৎনজরকখি। মোং-হাজদবা, [illegible] ওকপদগী হেন্না অহেনবা লন-থুম কয়া মীহৌজদবনা, মপুরোইবনা তাল্লকপা শেল খরনা মচাশিংগী অরাং-অপা মেনশিঞ্জদুনা, য়ুমগী নুপী অমা ওইবগী ফিদম অদু-ঙাক্লনবা হোৎনজরকখি। মপুরোইবনা কলা সংস্কৃতিগী লমদা লৈপাক্কী সম্মান অমা ফংবা ঙম্লিবা অসিগী থৌদাং খরদি মহাক্কীসুনি।

চহি লৈশিল্লক্লঃ মতম অসি ফাওবদা মপুরোইবগী অনিংবা অমদি অপাম্বা লম্বীদা অয়েংপা পীদনা মচা-মশু অমদি মমৌশিংগা য়ুমগী অরাং-অপা য়েংশিন্দুনা চপ-চাবী মৈতৈ নুপী অমগী শিন্দ্বা লৌজরি।

মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণগী ওজা-গুরুশিংনা চেকশিন্না ঙাক্লুনা থম্মীরম্বা রস ৬৪ গী ঈশৈগী ময়েকশিং অসি মৈতৈ লোন্দা পুথোক্লুনা তুংগী মীরোলগীদমক্তা থম্লন্নবগী মপুরোইবনা কুইনা মঙজরক্লবা মঙ অমা মঙফাওহুম্নবগী মায়গৈদা মহাক্কীসু থৌদাং অমা য়াফম থোকই হায়বগী খাখল্লোন অসিবু চেৎনা থাজদুনা লাইরিক অসি ফোংবগী মতাঙদা অঙম্বা থৌনা লৌজরক্লি। লাইরিক অসিবু মীয়াম মমাংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা ওজা-গুরুশিংগী মিংখৈবু থম্মোয়দা চেৎনা কোঞ্জদুনা মপুরোইবগী পাঙ্গল ওইনা লেপচরি।